

# থিয়েটরগী ৱারোল

অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

# থিয়েটরগী মারোল




দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর
ইম্ফাল

# থিয়েটরগী ৱারোল

॥ থিয়েটরগী মরমদা নৈনবা লাইরিক ॥

অহানবা থোঙবা : ফেব্রুৱারি, ১৯৮৫

অথোঙবা : দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল— ৭৯৫০০১



কপি মশীং : ১১০০

নম্বা : পদ্মা প্রিন্তরস, প্যাউনা বাজার,

ইম্ফাল— ৭৯৫০০১

মথুন য়েকপা : খোইদং[illegible] তো[illegible]

মমল : লুপা [illegible]

[THEATREGI WAROL— a prose work on theatre in general by A. Shyamsundar Singh. published by the Cultural forum Manipur, 1st edition 1985, printed at Padma Printers, Paona Bazar, Imphal. Price Rs. 16 00]

# অফোংবগী ৱারোল

মশীংলোমদা য়েংবা তারগদি মণিপুরী সাহিত্যগী পুকৈ অসি ফনা চোল্লে হায়বা তাই। লনাই ওইনা নত্রগা কাংলুপকী ওইনা শৈরেং, ৱারীশৈচা, উপন্যাস কয়া চহী খুদিংগী পুথোক্লরক্লি। ফোরমনসু চহী খুদিংগী মথল কয়াগী লাইরিক কয়া ফোংদুনা সাহিত্যগী পুকৈ অসি হেনংংনবা হোৎনদুনা লাক্লি। অদুমকপু মণিপুরী সাহিত্যদা নৈনবা ৱারেং অমসুং ক্রিতিসিজমগী লাইরিক্তি য়াম্না ৱাৎলি। ৱাৎলিবা মাইকৈ অশোমদা পুক্নিং থিংজিন্দুনা মনম মনম লাইরিক কয়া ফোংনবগী থৌনাদি ওসি ফাওবদসু ফোরমগী লৈজরি। নসিগী মরমসু লৈ। অদুমকসু ৱাফম অসি নাকোইননা থমলগা অরাৎপসি থরদা ওইরবসু মেনসিনবদা মতৌং ওইনবা ফোরম্না ৱারেংগী লাইরিক কয়া ফোংনবা হোৎনরক্লি অমসুং ফোংলক্লি। চহী অসিদসু, ফোরমগী ২৫ শুবা কুমওন (সিলভর জুবিলী) চহী অসিগা মরি লৈননা বাংলাগী মমিং লৈরবা থিয়েটর ক্রিটিক শ্রী অজিতকুমার ঘোষনা ইবা "নাটকের কথা" হায়বা ৱারেংদা য়ুক্ষম ওইবা শ্রী অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহনা ইবা "থিয়েটরগী ৱারোল" কৌবা লাইরিক অসি খ্বাইগী খুৎতা শিন্নজরি।

মনিপুরী সাহিত্য অমসুং থুনাইগী য়েংবিদুনা ইকাই খুম্নজরিবা মনিপুরী থিয়েটরদা মমিং লৈরবা অইবা অমসুং নাটকার শ্রী অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহনা লাইরিক অসি ফোরমদা পীবিবা অমদি অহানবগী ওইনা নমদুনা ফোংবা য়াবিবগীদমক ফোরম্না ওমথৈ লৈতনা থাগৎচরি। লাইরিক অসি ফোংনবা হোৎনবদা শেনগা মতৌং পীবি-বকপা মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমী অমসুং লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অঙম্বা অমদি অয়াবা মতৌং পীবিখিবা পুম্নমকী মফমদা ফোরমনা তৌবিমল থাগৎবা উচ্চরি।

ইম্ফাল। জেনেরেল সেক্রেটরী

# ৱাহৌরোক

'থিয়েটরগী ৱারোল' হায়বা লাইরিকসি ঐনা খণ্ডজ-হৈজকহনা ইবা নত্তে। মপুঙ ওইবা শকক্তি শ্রীঅজিতকুমার ঘোষনা ইবা 'নাটকের কথা' হায়বতুদগী লৌখোকচবনি। মসিদা ঐ ইশাগী ওইনা থিয়েটরগা কুইনা য়াওনজনরকপদগী ফাওজনরকপা থংম্মাইগী বাকম খরদং অতুক মতাং চাবদা থেংচিনজবনি। লাইরিক অসিদা যাওরিবা মালেম-ফাওববা কয়াগী ৱাহৈ-ৱাবোলশিং অসি ঐনা অমুক্তা থেংনজখিদ্রিবা, মমিং কাওবা তাজদ্রিবা কোঙ্গায অমা যাওরি। মসি অখণ্ড-অহৈশিংদি অচুম্মক খণ্ডবি-পাবিরম্লগনি হায়বগী ৱাখল্দা কান্ননিংঙাই ওইগদ্রা হায়না, ইশানদি খণ্ড-খণ্ডদা অচুম্মক হাপচিনজবনি। মীঙোন্দগী পুম্নগা অখণ্ড-অহৈ শাই হায়বগোমদা পুরিদনবা নোল্লুক্তা নিংশিংজরি। জাতিগী ওইনা খজিজ্জংবু কান্ননিংঙাই ওইরবদি ঐগী নিঙজবা মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজরি।

অইবা।

পাঙজ্রবা পুন্সিগী পামজবা শিনফম ওইনা
লিশাং-শিংনা থিয়েটরগী মাযকৈদা চথরকপদা,
নিঙবা থুংঙক্রবা কযা মায়োক্নরকপদগী
থস্মোইদা নৈনজবা অমদি অথঙ-অহৈগী
লাইবিক থবদং পাকবদা থেংনজরকপা
রায়োল থনদং মমি-শামি ওইনা খোমজিনজবা
'থিয়েটরগী রাবোল' হায়বা লাইবিকসি,
ইরৈবাকী থিয়েটর পাম্বশিংগী মফমদা
মমল লৈত্রবস্ত লৈতনা পামজ-খুদোল
ওইনা তমজবি ।

অইবা ।

# মাওমীবা মচল

লীলা শান্নকম; লীলা কৃষ্ণশিংগী মঙৈং; শকওং শক্তম শেম্বা; মৈতালগী খূৎশীল; শুন্দগী শক্লকপা ইশৈ অত্তুগা খোঁদোক্কা চুশিন্নবা খোন্থোক-খোন্থাং; লীলাগী অখোইবা শক্তম অমদি চংনবী কয়ামূক; ক্লসিক নাটক; অওই শক্তম লাকপা নাটক; খুদম্মা উৎপা নাটক; ফোঙদোক্কনা তাকপা নাটক; পৌরানিক নাটক; ঐতিহাসিক নাটক।

(লাঃ ৯৫ —১৬২)

# থিয়েটরগী ৱারোল

## পুন্সি অমসুং থিয়েটর : নাটক ফম্পাক লীলা

লৈশেমগী লৈভদিবা কুম্মৈগী মরক্তা থিয়েটর হায়রবসি খুৎশেমগী কুম্মৈ অমনি। কুম্মৈনা পুন্সিগী অরোঁ পোথোকফম ওইরবতা নত্তনা মী মশা শেমগৎপদা অমদি জাতি অমা শেমগৎপদা মচঙ ওইবা পোৎশকসু ওই চহি চা কয়া কয়াগী মমাঙদগী হৌনা থিয়েটর হায়রবসি লৈরবে অদুবু যুগকী খোঙচৈ মতুং ইন্না মওংদি হেক হেক হোংলকই, লমহাংদা শাস্ত্রশস্ত্রদগী শঙলুংদা শান্নরক্লে, মু শা মচালগী মতৌ থাউমৈ শিল্পিন্নরে। ঙসুম্না মওং অসুম্বক হোলকপগা লোয়নন্না মগুণসু নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লে। হৌজিক্কী যুগতদি থিয়েটরগী মতিব-মচালসি অসুক্কী মতিক চাউখ্রে — বিশ্ববিদ্যালয়দা তথন্নবা হিরম অমা ওইনা থম্লে। অদুনা মীপুমখুদিং — থিয়েটর করিনো, করম হৌই হায়রবসি হৌজিক খঙদবা যাক্রবা মতাং লাক্লে। থিয়েটর হায়রবসি মৈতৈ ৱাহৈদি নত্তে, অদুবু খঙনখ্রবা চৎনখ্রবা ওইরনা মৈতৈবোল অদুম্মক ওইখ্রে। লীলা হায়রবসি তোঙান তোঙানবা মওংদা মখল-মথেল কয়া থোক্লা লৈখ্রবসু মকুদি অমতনিনা, থিয়েটরগী মওং মতৌ নৈনরকপদা অতুম ইচন-মচন্নবা য়াই। পুন্সি অসিমক লীলানি। পোকপা-শিবা থিয়েটরগী চঙথোক চঙশিনগা অমহা অমতনি। শেক্সপীয়ারনা হায়রম্মি, তাইবংজি ষ্টেজনি। লেঙলি পাল্লিবা পুন্সিগী থৌদোক কয়া লীলা ইরশিংনা খোমজিন্নগা মচাক ওইনা শিজিন্নৈ। অদুবু মচাক লৈরগা হেক লীলা ওইবদি নত্তে, মতু খুৎশিন হৈনা লেংশিন্নগা লীলা ওই। সাহিত্যসু পুন্সি নৈনবনি, খুৎশিন হৈবা চঙই, অদুবু

খুৎশিনগী অকনবা নিয়ম লীলাদা লৈবগুম্নদি লৈতে। নাটক্প্ সংস্কৃতিদা দৃশ্য কাব্য হায়নস্সু কৌনৈ। মসিনা অস্সুম্মক তাক্লে, থদ্মোইতা নত্তনা নাটক্কদি মীৎ-নাকোংস্ত য়াওই হায়বসি। অত্থনা কুপশিনবা, হৈ শিংবা খুৎশিন চঙই। অত্থগা সাহিত্যগা খেন্নবা অমনা, লীলাদি মী অমতগী নত্তে, মীয়াম পুম্না বস চুপক্লি। পুন্সি খোঙথাংদা মী অমগা অমগা খেন্নবা কয়া লৈ, ময়াম অসিগী চন্নবা য়াবা ফিভম যেংত্তনা চঙখোম্না শকউংলকপা অমদি অফ-ফবা নৈনরকপা ওৎনা, নাটক্কা অকনবা নিয়ম লৈবনি।

## খোঙচৎ ( Action )

লীলাদা পুন্সিগী শক্তম মম্রি নাইহল্লি, অত্থবু ইচেল-ইথৈ নাইবা, হোংদোক হোংজিন তৌবা পুন্সি ওবু শকউংলি। অ্যারিষ্টটলনা হায়, "Tragedy is essentialy an imitation not of persons but of action and life, of happiness and misery. All human happiness or misery takes the form of action ; the end for which we live is a certain kind of activity, not a quality." অয়েংবশিংবু কল্লবা ইথৌ পোকহন্না মপুরিং লুপ্পুন্না থম্বা হায়বসি লীলাগী মরু ওইবা পান্দম্নি। হায়বদা ইথৌ অমদি মপুক্রি লুপহনবা হায়বসিমক্তবু থোদোক থোবম, লোনচৎ শাজল্তু তোয়না শক্লোন নাইহনবা অত্থগা বাথল কুম্বননা থম্নগদা ওই। শ্লেগেলনা মহাক্কী ফাওরবা লাইরিক Dramatic Literature হায়বত্থদা হায়, "Action is the true enjoyment of life, may, itself" ঐখোয়গী থম্মোইদু ইপক ইপোম হৌহনবা ওম্বত্থনা ঐখোয়বু হুৎঙাইবা পোকহল্ল। লেঙ-ঙংপা শক্তম উরগা ঐখোয়গী থম্মোই মথুম-মরাঙ হৌহনবগুম অতৌনা থক হৌহনবা ঙমদে। অত্থবু হায়রিবা লেঙ-ঙংপগী মরম অসিদস্থ মক ওইবা নিংশিংগদবা

খরদং লৈরি। হেক্তমক লেঙ ঙংলি হায়বত্না নুংঙাইবা পোকপদি নত্তে। লেঙ ঙংলিবত্থু মিৎ থুংকপা অমদি শক্লোন কয়ামুক নাইবা মতৌ তৌরগনা নুংঙাইবা পোকই। খোঙজেল য়াঙনা চেল্লিবা ইফুংকী ঈচেলত্থু অরেপ্পা মফম অমদা লেপ্তুনা অসুম য়েংলবদি মাগী লেঙ ঙংলিবা খোঙচত্তুদি উগনি, অদুবু মিৎথুংকপা হায়বত্থুদি ওইরোই। অদুনা খোঙচত্তু ঙাইহাক্তুংদগী মন্নবদা লেখোরকপা ওইনা তৌরক্কনি। অদুবু নিংথি-ফজরবা চীং লম্বীদা কোঙ্গুং অমদি নুঙত্থুম নুঙজাউগী মরক্তা মাগী খোঙচত্তু তুংইন্নদুনা চংলুববদি অম্না ঐখোয়গী থম্মোইদা খোঙচত্তুনা নুংঙাইবা ইপোম অমা ঈহৌহল্লকনি। লমজেল তান্নরকপদা লাম্বা পানবিবশিং অদু লেংথোং এম্মনা অদুম চেনখিন্নরক্রবদি ঐখোয়গী থম্মোইদা নুংনাংবা কৈস্থ পোক্কে। অদুবু চাংয়েংনবিবদুদা কনানা থোইগদগে হায়বদু লেপ্পা ঙম্মক্রবা অদুগা লাম্বাশিং অদুগী মন্নুংদগী কনা অমনা অমুক মাংজিন থাবক্লবা, কনা অমনা অমুক তুংদা শোগহৌরবা তানফমদুদদি, ঐখোয়গী থম্মোইসি পিং পিং চোংনা নুংনাংবা অমা কম্না পোক্লকই। ফুটবল শান্নবদা বল অদু পল্লেপফম খঙদনা মিথুপ থুদিং মফম হেক তেক হোৎলকপনা, য়েংলিবা মীশিংশু শান্নরিঙৈদা অদুক য়োশিন্না মপুক্লিংদা লাংতক্লবা পোক্লিবনি। ইঙ্গিন হায়বসি খোঙচৎ নাই, অদুবু খোঙচত্তু অরেপ্পা ফিভম অমদা হঙ্গিন-হঙ্গিন্না অদুম্মক লৈবনা ঐখোয়দা মিৎ থুংকহন্দে। থবাই পানবশিংগী খোঙচত্তি নুংঙাইবগী মশক্কি, মরমদি খোঙচত্তু মাঙজোননা খঙলু নিংঙাই লৈতে অদুগা ঙক্ক ঙক্কবঙাক কোয়থি থি। লীলাগী Action সু movement তৌবতনা নত্রগা ক্য, ক্য চংথহনবতনা হেক ওইবা য়াদে, মতুদা থোৌদোক-থোৌঙং তোঙালহল্লকপা অদুগা থৈদোক থৈজিন তৌবা অমা চঙই। Samuel Seldon না মহাক্কী An Introduction to Playwriting হায়বা

লাইরিক্তুদা চঙখোয়া ইরি, "What the author looks for in the personality is an inherent restlessness. The individual tends to do more than sit around. He can be counted upon to what something, to want it actively, to want it badly enough to put up a struggle to attain it. The play will develop out of that inner restlessness, that urge to be doing, to change something, to get something.' লীলাগী খোঙচৎ নেনরকপা মতমদা ৱাফম অমসু চংশেংনা নিংশিংবা তাই। লীলাগী খোঙচৎ হায়বসি অহানবমক্তদা লীলা কুপ্লিবা নিপা মুপীশিং অতুগী চঙথোক চঙশিন অতুগা মশা হাইং শম্মকপা অতুনা শেম্লকই হায়বসি ওংশেংখ্রবা ৱানি। লীলা কুপ্লিবা মীতুনা চুন্নতমক অতুম লেপ্লগা নত্রগা যমতুনতা নৈরগা ৱা চাঙলক্লবদি অয়াম্বা মতমদা লেথোরকপা অমদি তানিঙঙক্কবা ওমা পোক্লবই। অতুনা মহাক চঙবা তাই, থোকপা তাই, ফম্বাক্লুংদা লৈরক্লদা মশাতু হাই-হুম্না লেঙ থোংপা তাই। হকচাংগী কায়াৎশিং—মক ওইনা মায়, মিৎ, খুৎ অতুগা পিশম অনি মওং-মতৌ কয়াদা ঙংপা তাই। হকচাং লেঙ থোংলগনা লোইবস্থু নাত্তে, খোম্লোক্লসু কয়া অমা ওন্থোক ওনশিন তৌবা যাই। মরম অসিদগী লীলা-কুম্বা মীশকশিংনা কবিগুম্বদা নেম্না, য়াঙশিন্না, তপথনা অমদি অফিং-অফাই ওইনা হেক চাঙলিবনি। মতৌ অসুম্না মিৎ নাকোং অনিনক্তা লীলাগী action তু এথোয়গী থম্মোইদা হেক হেক ফাওহন্দুনা পুক্লিংদা লাংতক্লবগা লোয়ননা ইথে। লাংবা অমা পোকহল্লিবনি। অসুম্না হকচাংনা খোম্লোক্লা মক ওইনা action পোকহল্লি হায়তুনসু হায়রিবশিং অসিগী মওং পোদনা কবিগুম্বা উপায় অমনা Action পোকহনবা য়াওদবদি নত্তে। তোঙান-তোঙানবা হৈ-শিংলবা খুৎশেম্না action তোঙান তোঙানবা

শক্তমদা পিনস্থ ময়াওই। যৌনা থম্মোই শোকপা উৎলকপদা কনাগুম্বনা শুক্লেঙ-লেঙদনা, থাং লাং ঙাঙদনা ঙাইহাক্কং শাংনা চুং ফিরান চানা লৈবহ্ন ঙম্লবদি, লীলা চিংথবগী মতম্তা হেন্না থাঙ্গৎপা ওইনা থোকপস্থ লৈ। চময়বা রাখলনা থমহৎখিহ্নুনা কনাগুম্বনা ঙাইহাক শুম্রংদা মিৎযেং অমতা ওইনা য়েংহ্নুনা লৈখিবহ্নুস্থ, ভাবোক্কী থম্মোইদা থুক পানখিহ্নুনা লীলাগী খোঙচক্তা কনথৎহনবা ওইনা থোকপস্থ য়াওই।

হকচাং লেঙ খোংনদবনি হায়হ্নুনস্থ কা হেল্লবদি লীলাবু মাঙহল্লি। মতৌহ্নুন্না খোঙ্তোক্তা কা হেনবা য়াওরক্লবস্থ মুংঙাইবগী মতম্তা তানিংদবা নোরিংবা অমা পোকহল্লি। লীলাগী খোঙচক্ শিথাং শিংনা চংহনগদবনি, কাপ্পোং-কাপ্পোং নাইহল্লোইদবনি। মশ্যা অমদি অঙ্ক খায়দোরকপদ। খোঙচক্, ঙাইহাক লেপ্লবস্থ, ভাবোক্কী থম্মোইদদি ইচেলহ্নু কাবদনা লৈ। অহুনা খোঙচংকী ওংশংবা লেফমদ ভাবক্কী থম্মোইস্নুংদনি।

অহুগা অমন নালা পুক্নমক্কী খোঙচৎ চপ মান্নগদবনি হায়বহ্নুস্থ লৈতে। শেক্সপীয়াবগী লীলাদা মপানগী জগৎকী খোঙজেল লৈবা অহুগুম বার্নার্ড শো নত্রগা গোলসওআর্দিগী লীলাদা লৈতে। ঐতিহাসিক লীলাদা খোঙচৎ খোঙজেল শেম্লিবা অহুগুম Symbolic ওইবা নত্রগা Problem নৈনবা লীলাদা আশা তৌকবা যাদে। মতাংসিদা অধ্যাপক সাধনকুমার ভট্টাচার্যগী রাফম অমা নিংশিংবা য়াই— 'জাতি অনুসারেই নাটকের কাহিনীর অগ্রগতি দ্রুত অথবা কম দ্রুত হয়। সুতরাং সব ক্ষেত্রে দ্রুত ঘটনা পরম্পরা প্রত্যাশা করলে চলবে না। রসকেন্দ্র যাকে (যে উপাদানকে) আশ্রয় করে থাকবে, তার প্রকৃতি বা চাল অনুসারেই নাটকের গতিপ্রকৃতি নিয়ন্ত্রিত হয়। অতএব সব নাটকের ঘটনা বিন্যাসে সমান গতিশীলতা খুঁজলে চলবে না।' অহুম অহুম ওইনমক খোঙচক্ত য়াঙবা তপ্পা অহুগা মওং অতৈ

অদু অদা ফনমক ওইরবসু, মসিমদি কম্না অমুক্তা হন্না নিংশিং-নিংই লীলা হায়বসিমক্তবু action লৈতবা য়াদে। মতিক মঙাল শন্দোকপা য়াবা, অদা-মুংঙাই পিবা যাবা থৌদোক্তুনা লীলাগী থৌদোক ওইফম থোকই। তেংবানগী ওইনা কান্ননিংঙাই য়াওরবসু য়াওন্নবসু ঙাইবং থম্মোইগী কান্নফম ওইবা, হোংদোক হোংজিন তৌনিংঙাই ওইবা লমচৎনা লীলাগী লমচৎ ওইহনবদা ঙাবনি। লীলাগী খোঙথাং খোঙচৎকী মরমদা Theatre and stage হায়বা লাইরিক্তা হায়রিবদু লৌবা যাই— In a word, dramatic action is the movement, from one mental or emotional state to another and no play, however quiet, however lyrical, can exist without it.

## মুক্কবা ( Conflict )

লীলাদা চঙদবা য়াম্নবা খোঙচৎ খোঙজেলদু শেম্মনবগী দমক্তা লীলা ইবশিংনা পাম্বৈ কয়া কযামুক হক লৌনৈ। ময়ামদুদগী অহানবমক্তদা মুক্কবা (conflict) হায়বসি লৌখংপদা ঙাই। মক্কববুসু খোঙচৎকুম্না লীলাগী ওঙাই যম্নবা পোংচা অমনি হায়না থম্নে। তশেংনমক অসিগুম্বা লীলাস লৈতবদি নত্তে, মুক্কবা য়াওন্নবসু লীলাগী খোঙচৎ অদুম্মক নিংথিনা শেম্বা য়াবা। অদুবু অদুগুম্বা লীলাগী মশিং টি থোইনা, পংযান য়ামদে। ফার্ডিনাণ্ড ব্রুনেতিয়েবনদি হায়রিবা মুক্কবসিগী ঙায়োন্নবদা ফনমক কম্না শোগৎলবসু মদুগী মমাঙদা হেগেল, শ্লেগেলসচিংবা মশিং চৎলবা সমালোচক কয়া অদুগা হৌজিক মতমগী শিংথানরবা সমালোচক নিকল অমদি অতৈ কয়া কযানা মুক্কববু ওন্তোক্না কন্না য়ানিংনা লৌই। মুক্কববু লৌনিংবা অদু অদা মওংদা ফনমক লৌরবসু, লীলাগী মমুংদা মদুবু হেকমক যাওন্নবদি লীলাদু মুংঙাইহনবদা তশেংনমক শাথিনা য়ানিংঙাইগী মশক্তি।

মীওইবগী পুন্সিদা মূরুবা থূৎ থোক্লবা হায়বসি মথল-মথেল কয়াদা অতুম উবা ফংই। উদবা লাইগী শক্তি অমগা মীওইবগা লান্বা কন্না পান্নবা য়াই। অসিগুম্বা লম্বা পান্নবসি গ্রীক্কী লীলাদা অমদি ঐথোয়গী নোংদম্বদা শিন্নথোকপা পৌরাণিক লীলাদা তন্তনা থেংনৈ। ইডিপাস, অরিষ্টিস, কর্ণ অসিনচিংবা ফাওরবা লমচংশিংগী পুন্সিদা হায়রিবা মথলগী শয়েং পাম্বোম ঙাম্নবসি অতুম উবা ফংই। অসুম্বা হায়রিবা উদবা লাইগী শক্তিগা মীওইবগা লাম্থেংনবগী মওং-মতৌসি থাইনগী লীলাদতন্থু নত্তে, মতমপুম্বগী লীলাদা মচেৎ-মকায় ওইনা নত্রগা ফোংনা অতুম্মক ইরোয-মরোযনৈ। কনা কনাগুম্বা তৌজিক মতমগী সমালোচকশু হাযরিবা লাইগী শক্তি অসিবু থিংঙমদবনি হায়না কন্না অতুম হায়। Ronald Peacock না মাগী The Art of Drama হাযবতুদা অসুম্না ইরি— "On the other hand destiny emerges often as an almost tangible presence, with the force of a personality from the interaction of events and people; and where this interaction appears most striking, where man seems to be the play thing of forces beyond control, the notion of destiny becomes most pregnant." হায়রিবা অসুম্বা মরুবা লান্বা পানবসি লীলাতুদা চঙথোম্না য়েৌশিন্না উৎপা ঙম্রবতদা ট্র্যাজেডিতু খ্বাইমক্তগী য়েংহৈথিব্রবা থম্মোই শোকপ্রবা অমা ওইনা থোকই।

মূরুবগী অনিশুবা শক্তম অমনা তাইবং মীওইবা মশেল অমগা অমগা তেমশিনরকপদগী অতুম্মক থোকই। হায়বিবা মথলগী মূরুবসিনি লীলাগী অথোইবা মচাক। অয়াম্বা লীলাদা মরু ওইবা মীশক্তুগা মায়রোং য়াবা অথোইবা মীশক অমা নত্রগা তুক্কচপ্রবা লমচং চৎপা মীওই হেক হেক থন্নে। অসুম্বা অমগা

অমগা ক্রক ক্রক য়েংশিন্নবা অনিসিগী শয়েং-পান্থোম ঙাম্নরকপদুনা লীলাদুগী অরুবা থাক অমদি লুংঙাইবা খোঙজেল হেক হেক থোকহল্লি। জেসন অমসুং মিডিয়া, ওথেলো অমসুং ইয়াগো, আলমগীর অমসুং রাজাসিংহ, প্রতাপসিংহ অমসুং আকবর, রঘুপতি অমসুং গোবিন্দমাণিক্য হায়বনচিংবা অসিদা অদুম্বা মী মশেল শাথিনা মৃত্যুবগী লারবা খুদম উবা ফংই। অদুগা ভখেংনা অমুক হায়রিবা মীগা মীগা মরুবসি মীওই অনিতদা থোক্লিংঙাইনি হায়বগী অরেপ্পস্থ থক লৈতে। অযাম্বা মতমদা অদুম উই মরু ওইবা মীশক্তুগা তাঙ্গা তাঙ্গাগী মতুংইন্না অংগোপ অংগোম্বা তোঙানবা লোনচংকী মীশক্তা হেক মকখায়নরকপা। মায়োক্নরক্লবা শক্তিদু হেন্না মপাঙ্গল কনখিবা নত্রগা শোক্নবা অমদি অদুম ওইনিংঙাইনি। অদুবু য়াম্নমক কলহনখবদি লীলাগী মরু ওইবা মীশক্তুবু নমহংখিদুনা লুংঙাইবা য়োৎহন্দে, শোং নল্লবসু মরু ওইবা মীশক্তুগী নিপা খোকপা থোঙম্বদু নোপথখিদুনা ভাবোক্কী পুক্লিং থুংহন্দে। অদুনা লীলাগী ওইনদি নাকল অনিদু কারক মপাঙ্গল মবৌশিং মান্নহনবা অদুগা হৌবদগী লোইবা ফাওবা য়েৎনহনবা মরহনবন। মহৈ চাহল্লি। মী অমগা অমগা মকথায়নবসি হিনম কয়া কয়াদা অদুম থোকপা য়াই। পান্দম খেন্নবকপা, অপাম্বা ভায়োন্নবকপা, ওইজবা তান্নবপাদগী খোয়-শাউনবকপা অসিনচিবা কয়াদগী শয়েং-পান্থোম ঙাম্নরকপদু শেম্বা য়াই।

লীলাগী অহমশুবা মথলগী মরমরকপসি সমাজগী শক্তিগা মশাগী শক্তিগা মরুরনপদগীসু হৌদুম থোকই। ইবসেনদগী হৌরদুনা হৌজিক মতমগী চযেংনরবা থাকম নৈনবা (সমস্যামলক) লীলা অয়াম্বা মসিগী য়ৈথাইনবসিন। মরু ওইনা লৌখংল্লি হৌজিকী যুগ অসিদি নৈননিংঙকপা অমদি য়াওন পাম্বগী যুগনি, হংনিংবা অদুগা লংজিন থিগৎনিংবগী যুগনি। মীওইবনা

মশানা চুমজববা লেঙদ্রবা বারোলনি হায়বসি হৌজিক কবিমতা লৌনিংদে। চিংনন্থনতা লৈ। মায়োক য়ানবা চোংথোরকই। মরম অদুনা অতৎ-অথম লৈতনা মশানা লেপ্লিবা বাথলদুগা সমাজনা লেপ্লিবদুগা হেক হেক মূক্ররকই। রোমান্টিক লীলাদা মীওইবগী থম্মোইমুংগী অকনবা ইথিন অদুগা ইথৌনা মরু ওইনা চৎলি, অদুবু হৌজিক মতমগী সমাজ য়াকাযহনবা লীলাদদি মীওইবগী বুদ্ধি লৌশিং অদুগা অপান পামদা মত উৎপনা তঙাইফদবা ওইনা চৎলে। হৌজিকী মতমদা লাইরিক লাইশুনা খোঙজেল যাঙাশল্লকপা, বাথল মথল মথেল পাক শন্না শন্দোক্ররকপা অদুগা বাজনিতীগী হক যংলকপগী মতৈনা মীওইবগী পুক্লিংসি সমাজবু মিং পাঙহনবা অমদি অথন অথন্নবা অপাম্বরোমদা চৎনবক্রে। মরম অদুনা হৌজিক হৌজিকী লীলাদি বাথল লৌশিংগী মরুবোমদনা মরু ওইনা তৌরে। সমাজগী চৎনবীগা মুংশি মুংওন্সগা লাম্বা তৌরকপা, ইঙ্গিনগা পুন্সিগা মূক্ররকপা, মপুগা শিন্মীগা শাউগৎনরকপা, শেঙ্গাউ পায়বগা মীচম প্রজাগা তেমশিংনরকপা অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা চয়েংনবা বাফম্না হৌজিক মতমগী লীলাদা মরুবগী শক্তম শেম্নবক্রে।

লীলাদা মরিশুবা ওইনা মূক্রবা মথল অমসু লৈরি। হায়রিবা মথলগী মূক্রবসিনা লীলাগী থ্বাইমরুগী অথোইবা মূক্রবনি, অদুনা অসুম্বা মূক্রবসিবু লীলা ইবনা হেক ঙম্লিবমখৈ হৈ-শিংনা খুৎথাবা ঙম্লবদি মাগী লীলাদু য়োনা হেক্তা মায়পাকপা ওই। মসিগী মরুসিদি লমচৎ শাজৎকী বাংমদা লৈবা নত্তে, মমুংদা অদুম্মক কুমহুনা লৈবনি। লোনচৎকা লোনচৎকা, থম্মোইনা পাম্বগা তৌফম থোকপগা, সমাজগী চৎনরোলগা ইশাগী পামজবা বাথলগা লৌশিংগা পুক্লিংগা, মতৌ তম্বগা তশেংবগা, কা হেনবা বাথলগা লৈজবা ইতিকা, লৈপাক্কী থনবগা ইশাগী থনবগা অসিনচিংবা চক্র ঙক্রবা মূক্রবা কয়া মীওইবগী লমচৎ শাজত্তা অদুম্মক থোক্লিংঙাইনি

গ্রীক্কী ট্র্যাজেডি ইবশিংগী মন্নুংদা খ্বাইদগী ইবোন কোনবা ইউরিপিডিসকী থুংইদা অস্নুব্বা থন্নুংদা মূকখাইনবসি উবা ফংই। শেক্সপীয়ারগী লোনচৎ লমচৎশিংদা মপান্থোংগী মূক্রবসি হকচিন্না য়াওরবস্নু থম্মোই কায়ববা থন্নুংগী মূক্রবা য়াওবনা ম্যাকবেথ, ওথেলো, হ্যামলেট অসিনচিংবগী লমচৎসি ট্র্যাজেডিগী খ্বাইদগী রাংলবা থাক্তা লৈরিবনি। ইবসেনগী নোরা, হেড্ডা গ্যাবলার অসিনচিংবগী লমচত্তস্নু হায়রিবা থন্নুংগী মক্রবসি য়াওবদগী মথগাই পানবা, থম্মোই শোকপা হায়বত্নু ওইরিবনি। বাঙলাগী লীলা লাইরিক্তা ভীমসিংহ, চানক্য, নুরজাহান, জয়সিংহ, বিল্বমঙ্গল, কংস অসিনচিংগী লমচত্তা থন্নুংগী মূক্রবসি য়াওবতনা অথোইবা ওইনা লৌনরিবনি। মপান্থোংগী মূক্রবা উরগা পুক্নিং মথুন মরাঙ কল্লা হৌরকপা অত্নুম্মক, থন্নুংগী মূক্রবা উরগা ইংহৌহনবস্নু ওনজ্রবস্নু, ঐখোয়গী থম্মোইগী বাচিন কোয়া খুদিংদা অরা-মুং-ঙাইতবা রাখলগী হরবা চৈনাখোল তম্দি শীন থুংনা হেক পিরকই। মপান্থোংদাদ উনিংঙাই ওইদবা, থম্মোইন্নুংদদি প্রোক প্রোক চংবক।না খাঙচমলক্কবা মতৌত্নু উরকপদা, ঐখোয় নীওইবা মপোক্কী উপায লৈতবা, রাখল লৌশিং মাঙলকপা তাঞ্জা তান-ফমত্নু নিংশিংলক্কুনা থম্মোই শোকপগা লোয়ননা অঙকপা অমা পোকহল্লকই।

ট্র্যাজেডিগী বা নত্তে, কমেডিদস্নু লীলাগী খোঙচৎ শেয়ক-পদা মূক্রবা হায়বসি ওন্থোক্না য়াম্না চঙই। অত্নুদা কমোক্টদদি য়রবসি মপান্থোংগী থৌদোক অত্নুগা মপান্থোংগী লোনচৎ-শাজত্তদা ফোংদোকই। থৌওং থৌরম অমদা অতোপ্পা থৌওং-থৌরম অমা মরৌথাংনা চয়েৎ-মুংয়েৎনহন্দুনা কমেডিগী কল্লবা মুংঙাই ইপোম লাংহল্লি। থৌওংত্নুগা লমচত্নুগা থেঙ্গাইনরকপদগীস্নু কমে-ডিগী নিংথিবা রস পোকহল্লি। শেক্সপীয়রগী শাইলক অমস্নুং ফলষ্টাফ, মধুসূদনগী ভক্তপ্রসাদ, অমৃতলালগী হলধর (কৃপণের

থন), রবীন্দ্রনাথকী কেদার, শরৎচন্দ্রগী রাসবিহারী অসিনচিংবা লমচৎশিংসি তায়োম্নরবা থৌদোক্কী ইচেল-ইরৈদা তাথিবনা ময়েথংদা মায়থিবা তম্না ফংবদা তাথিবনি। হাস্যরসকী মরু ওইবা থৌরম অমনা নাতৈ চানদবনি। লীলা ইবহুনা থৌদোক অমা মহুগা তায়োম্নগা থৌদোক অমগা তাইশিন্নরক্লবা, নত্রগনা তাইবং শেবাৎনরবা লমচৎ অমা চুম্না ফজনা চৎলিবা লমচৎ অমগা থেন্নরকপা মতৌহু ফজনা উৎলক্লবা, অহু ওইরবদি নাতৈ চানদবগী নোক্লিংলকপা রস অমা লীলাহুদা পোকহল্লকই। কমেডিগী মূক্লবগা ট্র্যাজেডিগী মরুবগা থেন্নরিবসি— কমেডিগী মূক্লবনা তাঞ্জা তাঞ্জাগীনি অহুগা ট্র্যাজেডিগী মূরুবনা লেঙদনা ভুং কোইনা লৈবনি। কমেডিগী মূরুবদি থৌদোক নত্রগা লমচৎকী অহুক কুয়োমতা ওইবা শরুক্তগী শেম্মি অহুগা ট্র্যাজেডিগী মূক্লবনা লমচৎকী থন্নুংমক য়োরবা কল্লবা ইচেল অমদি থিংঙম-লাকমজবা হৈনবী লোনচৎ শাক্তগী শেম্মি।

মূক্লবনা লীলাগী অথোইবা চৎফম থোকপা অমা ওইরবসু কনা কনাগুম্বনদি হায়, মূক্লবা য়াওন্দ্রগা লীলা হেক ওইদবদি নত্তে। মথোয়গী মস্তা, থৌরবা বাডাওগী অরাই-অথুম, মীওইবনা ফিভম অমদগী ফিভম অমদা ওল্লকপা, মুংশি-মুংওল নত্রগা অকন অথোগী লৈশি-লৈথোন, সমাজগী ফিভম কয়া কয়াবু শক্তাকপা অসিনচিবসি মূক্লবা য়াওহন্দ্রবসু লীলা ওইহনবা অহুম্মক য়াই। খুদমগী মশক ওইনা মথোয়না শেকভকী মূক্লবা য়াওদবা লীলাবু পল্লি। চুম্মি মূক্লহন্দ্রবদি লীলা ওইদে হায়বসে কনানসু হায়রোই। অহুবু মূক্লবা য়াওন্দ্রবদি লীলাগী বারিহু চুম্নতগী অহুক লীথবা অমদি পাউ তম্বা ওইনা থোক্লিংডাই য়াম্না লৈ। বারি, উপ-ন্যাস ইবদদি অইবহুনা বারিহু অসুম লিশাংশিংনা লীথরকপদা, মফম মতমগী লৈশি লৈথোনবগা লোয়ননা অহৌবা থৌওং, অনৌবা লমচৎ কয়া থার থারহুনা পারিবশিং অহুগী পুক্লিং

খোয়রাঙবা অমদি ঙক্লা মুংঙাইবগী ইথিন্দু লেঙদনা থম্বা য়াই। অতুবু লীলাগী দৃশ্যশিংদি অকরুবনি, অতুগা মতুগী লোনচং লমচংশিংতু ভাবোক্তা হান্না অতুম ফোঙদোকই, অইবগী ফজবসু মতুনা ওই, মরম অতুনা লীলাগী বারিদি মৃরুবা থেঙ্গাইনবা থোকহল্লগতা অকনবা থোঙচং ওইনা শেম্মে। অথুকপা অমদি চয়েৎনবা শেম্বা ঙমদ্রবদি ভাবোক্তী থম্মোইদা ঙবপা রাওনা মুংঙাইবা অতুগা নুংনাংবা পোকহনবা ঙমদে, অতুনা লীলাতু পুক্লিং থুংবা ওইহন্দে। মরুবসি ফোংনা অমদি তশেংনা হেক্তা শকউৎত্রবসু রাহৈ রাঙাঙদা তকথৎনরকপা, থম্মোইদা কন্না য়ানিংদবা উৎলকপা, থৌদোক কারল চংনবক্তুনা খুদোংথীবা থোক্লকপা অসিনচিংবদা চয়েৎনবা কয়া কয়া ময়েক লানা উৎপতু অতুম য়াই।

## খঙহৌদনা থোকপা ( Accidental )

লীলাগী থোঙজেল শেম্নবগী লৌশিং অমা ৈলরিবনা— থৌদোক্তা লমচংকা তোরোং খাদাননা খঙহৌদনা থোকপা অমা শেম্বসিনি। মতাংসিদা অ্যারিষ্টটলগী remark অমা নিংশিংনিংঙাইনি— "Such incidents have the very greatest effect on the mind when they occur unexpectedly………" ফম্বাক লীলা (Drama) গীদি মায়কৈ অমতং ভাবোক্তা ফাত্তোকই, অতুগা মায়কৈ অহুম্না খুমজিল্লি। হায়রিবা খুমজিল্লিবা মায়কৈশিং অসিদগী য়ান্না হৈংশিংনা লীলাগী মীশকশিংতু চঙলকই, থোকখি। অসুম্বা চঙথোক চঙশিন তৌবসি ভাবোক্তা মাঙজোননা হান্না খঙদবতুনা, ইখঙ খঙহৌদবা ওইনা থোক্তুনা মখোয়গী থম্মোইদা তথকপা, খোয়রাং অমা হেক হেক পোকহল্লি। হায়রিবা চঙথোক চঙশিনসি উৎলিবা লীলাগী উৎলিবা দৃশ্যতুগা চুশিন্নহনবা তায়োন্নহনবা অনিমক অতুম্মক য়াই। হায়বদি, লীলাগী দৃশ্য উৎলকপদা লাম্নী অমগী মথংদা লাম্নী অমা

অসুম অসুম মায়কৈ কয়াদগী লালগী লাল্লাউ লাউদুনা চঙলক্লবদি লীলাগী খোঙচত্রু ফজহল্লি কনখৎহল্লি। মতাংসিদা চঙলক্লিবদু দৃশ্যদুগা চুশিন্নবনি। অদুগা অমনা, লানফমগী দৃশ্য অমদা ময়াম্মক কোয়রাঙ লাঙলদুনা পাখৎপা য়াওনা কঙাউননা ঈসিবিঙৈ তাঙ্গাদা ইখঙ খঙহৌদনা মুপী অমখক শান্তিগী ফিরাল পায়বদুনা তফিং তফিং হেক চঙলক্লবদি লাঙলম্বা পাখৎনবম্বপুম্বদু খঙলেপ লেপখি। মফমসিদা চঙলক্লিবদু দৃশ্যদুগা তাযোন্নবনি। অদুগা মকভুমিগী দৃশ্য অমদা নিপা অমখক খৌরাংবনা খঙফম খঙদদুনা ঈশিং ঈশিং হায়না কোয়রাউ লাউবক্লবদা, খঙহৌদনা নিপা অমখক ঈশিং পল্লা হাপ্লা পাত্র অমা পাযদুনা হেক চঙলক্লবদি, মদুসু নিপাদুনা চঙলক্লিবদু দৃশ্যদুগী রসকা তাযোন্নবনি। মতৌ অসুম্না বরিগম্বা দৃশ্য অমগী বসতা ভাবোকী পুক্লিং পুংলুপ লুপ্পনা লৈবিঙৈ তানফমদা লীলা ইবনা দৃশ্যদুগা খোঙবা মঙইনিংঙাই ওইবা মীশক মীওই পুশিল্লক্কুনা রসকী ইচেলদু কনখৎহল্লি, অদুগা যৌশিলহল্লি, নত্রগনা দৃশ্যদুগা তাযোন্নবা লানচৎ পুশিল্লক্কুনা তেঙানবা বসকী চৈখেং পিরগা দৃশ্যরসকী ইচেলদু ইচাউহন্দুনা কল্লবা ইপোম লাংহল্লি। লীলাগী থৌদোক অমদি লমচত্তু, খুলাক খংজিন ওইনা থোকপা ওইরবসু, য়েংলিবা ভাবোকশিংগী থম্মোইদা মখি শামি ওইনা ইখে, অমা পোকহনবা ঙম্নবদি লীলাগী খোঙজেলদু হায়ঙনদনা কনখৎলকই, মতমদুদদি অসুম্বা লীলাগী খংলাক খংজিন তৌবা মতৌসি লীলাগী অংতাপ্পা চংনরোল ভুজং-খোযবাঙবা (নাটোৎকণ্ঠা, Suspense) হায়বদোমদা চপ্পখি।

## লীলাদা ভুজং-খোয়রাঙবা (Suspens)

ভুজং খোযরাঙবা হায়বদি সাসপেন্স পোকহনবসি লীলাদদি হায়নিংঙাই লৈতনা কান্নরবা পোৎচং অমনি, মরমদি মদু য়াওবনা ভাবোকপু ঙাইহাক কাংদনা চাং চাং লাউনা ইখৌ লাংবা পোহন্দুনা

লীলাগী থৌদোক্ত্ কূপ্পা য়েংলকই। রোনাল্ড পিকক্না মাগী The art of Drama হায়বতুদা হায়,—মূক্রবদগীস্থ ঙকহনবা অমদি তথুক-তথুকহনবনা লীলাগী ওইনদি হেন্না কল্লবা মচাক ওই,—It is Commonly held that conflict makes drama but surprise, and particularly tension, are the truer Symptoms. খুদম ওইনা মহাক্না পি, চেল্লিবা ট্রেন অমা রেলখোঙ তৎলবা লম্বীবোমদা অস্থুম অস্থুম লেপ্তনা চেন-শিল্লক্লবদি, মতুদগী হেন্না লীলা ওইনিংঙাইসিবু করি অমুক লৈরিবগে? মতাংতুদা তশেংনা লীলাগুম্না থোকপা চীঙ চীঙ লাউনা পাথৎপা হায়বদি সাসপেন্স হায়বতু অতুম লৈরবনি। হায়রিবা সাসপেন্স অসি থোকহনবদি, ভাবোক্তা ঙাইহাক লৈতনা হান্না খঙহনবা তাই, মাঙদা অতৎপা রেলখোঙ লৈরে হায়বসি। মবম অতুনা, সাসপেন্স শেমগে হায়রবদি য়েংলিবশিংদা থরদং হান্না খঙহনবা তাই, অতুগা থরদংনা খঙহন্দনা থম্বা তাই। অতুম তৌরবতদা খঙত্রিবা শকক্ত্ খঙনিংবনা মথোয়গী থম্মোইস্নুংদা পোক্লিবা পাথৎনা লাংতক্লবতু মপোপ কায়দনা লেঙদনা লৈ। লীলা ইবনা ভাবোকশিংগী থম্মোইবু অতুক্কী মতিক কন্না চিংনহনবা থোয়বাঙ-হনবা ঙাম্লবমখৈ, সাসপেন্সস্থ অস্থুম অস্থুম হেনগৎহনবা ঙমগনি। পাম্বৈ লৈত্রবা কনাগুম্বা মী অমবু হাৎননবা লাকপা কিরবা শকফমগী তমথিরবা মীশক অমনা স্নুংশি হৈত্রবা মখল মওং কয়াগী শাজৎ স্নুংজৎ উৎলক্লবা — পাম্বৈ লৈত্রবা তু শোল্লবা মীতুতম্না মরক মবক্তা থানা থানা হেক য়েংলক্লবা, মিক্সৎথোঙ ময়াদা হঙ্গৎ হন্দা চত্তৃনা লৈরক্লবা, লোল্লপ অথিবা থোনফম অমা অনি ঙাঙথোবক্লবা পায়রিবা, ছুরিতু হন্না হন্না ভাবোক্তা উহল্লতুনা ময়াতু থৌরিত্রা থৌদ্রবরা হায়তুনা চাং হেক হেক য়েংলক্লবা—অসিগুম্বা মওংসি কয়া কয়া তৌরক্লবদি ভাবোকশিংগী স্নর স্নুনগৎপমখৈ তুজং থোয়রাঙনবতু হেন্না হেন্না কনথৎলকনি।

Merchant of Venice কী মরিগুবা অঙ্কগী অহানবা দৃশ্যদা রিচার লোয়শঙদা শাইলক্না অ্যান্টনিওগী শত্থম পাউণ্ড অমা ককথৎনবগী দমক্তা শেম শাররুবা অত্থুগা হৈশিংবদা মপালৈত্রবী পোরশিয়ানা শাইলক্কী দাবি অদু অচুম্বনি হায়না অহানবা কোক হেক য়াথোরকপা মতমদুদা, হায়রিবা সাসপেন্সসি ভাবোক্কী থম্মোইদা খ্বাইদগী ৱাংলবা থাক হেক য়োরকই। ম্যাকবেথ লীলাগী আনিগুবা অঙ্কগী অহানবা দৃশ্যদা ডানকানবু হাংপা চত্রিঙৈগী মমাঙদা ম্যাকবেথনা 'Is this a dagger' হায়না মহাক্কী ক্বাওরবা থম্মোইদা চীং হেক লাউবা ৱাঙাঙত্থ হেক হৌরকপদা ভাবোক্কী থম্মোইদা সাসপেন্স তনপোক পোক্লকই। মথৎগী দৃশ্যদা লেডি ম্যাকবেথনা মপুরোইবত্থ হল্লকপা মিকুপ খুদিং মিত্থন চেঙ্গুম চেঙ্গাননা ওয়্যোক্লা লাংতক্লনা ঙাইবকপত্থ উবদা সাসপেন্সকী অয়োবা ফিভম যোরকই। সফোক্লিসকী 'ৱাজা ইডিপাস' লীলাদা ইডিপাসকা মিত্তাংবা টেরেসিয়াসকা ৱারি শারকপা মতমদা শাউরবা অমদি খোয়রাংলবা ইডিপাসতা মতম শাংনা তশেং তশেংবা ৱারোলত্থ ফোংদোক্তনা টেরেসিয়াসনা চুম্মতমক 'your enemy is yourself' হায়বা ৱাহৈ অসিথক্কং হায়রকপত্থদা ভাবোক্কী থম্মোইদা চিংনবা য়াওনা কল্লা লাংতক্-রিবত্থ অস্থুম অস্থুম্মক হেনগৎহল্লকই। যাও শেনবত্থগা নিংথোগা ৱাবি শারকপা অত্থুদস্থ সাসপেন্সতু কল্লবা ইচেলগী শক্তম লৌ-বকই। হায়রিবা অত্থুম্বা সাসপেন্সতু লোইখি। থম্মোই শোক্লা নিঙবা কায়রক্তুনা নিংথৌ ইডিপাসনা কপ লাউনা লাউরক্লবদা—
Alas ! all out ! All known ! no more concealment !
মতৌ অস্থুম্বা সাসপেন্স হায়বসিমক্তবু ঙাইক্তংগী মন্নুংদা অত্থুম লোইখি, মরমদি শাথিনা থম্মোই লংথৎপসি মতম শাংনা কুইনা থক লৈতে। অদুম ওইনমক লীলাগী খোঙচত্তু খৱদংগা অমুক চথরক্লবা মতমদা অনৌবা থৌদোক থৌওং পুশিন্দুনা অমুক্কা হন্না

সাসপেন্স অদুম শেমগৎনৈ। হায়রিবা সাসপেন্স অসিতনা লীলাবু মায়পাক্না লমজিংদুনা চংলি, অদুগা মসিনা ভাবোকপুম্ব লীলাতুদগী মপুক্নিং ইচোই চোইথোকহন্দে।

## অর্থ লোণ্ডবা থোদোক ৱাঙাঙ (নাট্যশ্লেষ, Dramatic Irony)

লীলাগী খোঙজেল কলহন্নবগী পাম্বৈ অমনা অর্থ লোণ্ডবা থোদোক ৱাঙাঙ হায়বা Dramatic Irony শিজিন্নবনি। পাখোংগুম্বা ৱারোলনা ৱাহৈ অমখকপু অর্থ অনি থোকহনবগুম, লীলাগী অর্থ লোংবা থোদোক ৱাংাঙদসু অইবনা থোদোক অমদি ৱাহৈ বাতাদা হৈ-শিংনা অর্থ অনি থোক্না পুহনবা য়াংই। লীলাদা কৃমিবা মীহুনা, লীলাগী হান্না থোকখিবা থোদোক্কুগা চৃশিন্নদবা, তৌফম থোক্কবা ৱাঙাঙ শাজৎ অমবোমদা পোক হেক চথৎক্লবদি য়েংলিবা ভাবোকী পুক্নিংদা হায়োন্নবা অমা পোক্লকই। অসুম্না লীলাগী থোদোক্কু খঙনবা লাক্নরকপদা লীলা কৃমিবা মীগী ভাবোক্না লাপথোরকপা হাঙ্গাতুমক্কদা Dramatic Irony থোককই। Hudson না ইবা An Introduction to the Study of Literature হায়বা লাইরিক্কুদা অসুম্না ইরি—"... and this difference necessarily arises whenever the characters act or speak in ignorance of important facts of which meanwhile the specta tors are in possession." লীলাগী অর্থ লোংবা থোদোক ৱাঙাঙসিনা ভাবোকী থম্মোইদা হৱাউ মুংঙাইসু অরাবসু অনিমক অহুম পিবা য়াবনা, কমেডি, ট্রাজেডি লালা মথল অনিমক্কা হায়রিবসি অহুম শিজিন্নৈ। As you Like It হায়বা লীলাদা অরলান্ডোগা নিপাগী ফিজেৎ শেৎপা রোজালিণ্ডগা ৱা ঙাঙনরকপা মতমদা, নত্রগা 'চিরকুমার সভা'গী মেম্বরশিংহুগা নিপাগী

ফিজেং শেৎপা শৈলবালাগা ৱারি-ৱাতাই শানৱকপদা হায়ৱিবা ফাগিগী অর্থ লোঙবা ৱাফমসি কোংদোক্লকই। কমেডিদা হায়-ৱিবসিমক শিজিন্নহুনা লীলা ইবনা ভাবোকশিংগী থম্মোইছু হৱাউ নোক্লিংবা ৱসত। কল্লা ইপোম লাংহল্লি। হায়ৱিবা মথলসি ট্র্যাজেডিদা শিজিন্নৱগনা অয়োবা মন্নুংগী ভাব ফুম্বা মওং অমা থোকহন্দুনা ট্র্যাজেডিগী অৱাবহুবু থম্মোই শোকহনবা অমদি কাউঙমদবা ওইহল্লি। তাইবং মীওইবনা অউবা অমদি উদবা জগৎকী ৱাফম কয়া যৌশিন্না খঙনবা যাওবগে। অহুবু খঙ-উদবা জগৎ অহুদগী থিংডমত্রবা চৈথেং পিবক্তুনা মাগী তৌজবা, নিঙজবা পুন্নমক অৱেম্বদা হেক হেক তানৈ ; মতাংসিদনি তমথিৱবা Irony থোক্লিবা। গ্রীকী লীলাদা হায়ৱিবা অহুম্বা Irony অসি বান্না হেক্তা শিজিন্নবনা ট্র্যাজেডিগী অৱাবা শকফম অহুগা চঙখোম্না য়োশিনবা হায়বহু হেক ওইহল্লি। ওথেলো লীলাদা ওথেলোনা ডেসডিমনাবু হাৎলগে হায়না লাকপা মতমদা পুকচেল শেংজৱবী, মপুবোইববু থৱাই ওইনা খঙবী ডেসডিমনানা মপুৱোইববু কৌবহুনা 'Will you come to bed, my lord?' হায়বকপা ৱাহৈহুগী মন্নুংদা থম্মোই শোক্লবা Irony অহুম্মক য়াওই। অয়াম্বা মতমদা লীলাগী মুপী নিপাহুনা চাডলকপা ৱাদা লীলা ইবনা য়াম্না খুৎশিন হৈনা অর্থ অনি থোকপা বা হাপচিল্লি। অর্থ অমনা থোক্লিবা থৌদোক্তগা মৱী লৈনবা অহুগা অতোপ্পা অর্থ অমনা উদবা করিগুম্বা ভাব নত্রগা হিৱমগী অথুপ্পা অৱোনবা ইঙ্গিত পিবা। Macbeth লীলাগী অহানবা দৃশ্যদা হেলোইশিংগী মচিন্দা 'Fair is foul, and foul is fair' হায়ৱকপসি তাবদা মতমহুগী মহৌশা লাইৱেম্বীনা পিৱকপা থুদোং থীবা অহুত্তা নত্তনা, লীলাগী থৌদোক অমদি ম্যাকবেথকী লমচত্তা অক কত্ত কন্না মূক্ৎবগী মখিহুন অহুম তাই।

## য়ারি (Plot)

লীলাগী মরম নৈনবা তারবদি অহানবমক্তদা য়েংকম থোক্নি-ৰসি লীলাগী য়ারিতুনি। পথিবীগী লৈবাকপুম্বগী মতম পুম্বগী সাহিত্যগীস্থ মসিনা অহানবা অদুম মওইবমগনি। সাহিত্য ইবনা পুন্সিগী বারি অমা মযামদা তাহনবদা তাবনি। য়ারি অদু চোইজাইনববা, খোঙজেল যাওক্তবা অদুগা পোলোই অমা নাই-ক্তবদি নিংথিবা হায়বদু ওইদ্রে। মদুগী হৌরকপা, ফোঙদোকপা অদুগা অরোইবা হায়বসি লৈগদবনি। বারি অদু যগকী অদুগা শীংথানরবা সাহিত্যগী লোনচৎ ভুংইন্না কবিগুম্বা মতমদা থোদোক্লা মরু ওইবা, কবিগুম্বা মতমদা লমচৎ শাভৎনা মক ওইবা, অদুগা কবিগুম্বা মতমদনা তন্থনা মক ওইবা অদুম যাই। কবিগুম্বা মতমদা মাগী শক্তমদু ফোংনা শকউৎলগা খোঙজেল কলহনবনস্থ শেম্বা যাই অদুগা অমবোমদনা মমুক শকলোন্নুনা থন্নগা তুরৈ ইরৈ নাইবা খোঙজেলনা শেম্বস্থ যাই। অদু অদা ফনা ওইতুনস্থ, বাবিদি বারি চংযবদু ওইবদা গাবনি, মদু নত্রবদি সাহিত্যদ মাগী মকম লৈতে। অ্যারিষ্টটলনা লীলাগী শরু তরুথক্কী ব পল্লন্থি, মদুদি বারি (Plot), লমচৎ (Character), হৈশিংনা বাঙাঙ শেম্বা (Diction), বাখল (Thought), দৃশ্য (Spectacle) অদুগা ইশৈ নোংমাইগী খোইথুম্নবা খোম্বাং (Melody)। হায়রিবা শকক তকবসিগী মন্থ'দা মহাক্না Plot পুনা খ্বাইদগী অথোইবনি হায়রম্মী। Tr. Bywater গী Poetics হায়বতুদা হায়রি 'We maintain, therefore, that the first essential, the life and soul so to speak of Tragedy is the plot... ' অ্যারিষ্টটলনা হায়, লীলাগী বারিসি অনিথোক্লা ওইবা য়াই— ইতিং তিংবা (Simple) অদুগা চয়েৎনবা (Complex). বারিতুগী ইচেলদ, লেপুনা চেন্থরবা অদুগা অপল অরাক য়াওক্তবদি

ইথিং থিংবা হায়বছ ওই। অহুগা বারিহুগী লৈরিবা ফিভম অমদগী তোঙানবা ওন্ন-তৈনবা ফিভম অমদা ওণ্ডোরক্লবা, হায়বদি Peripety ওইরকপা ; অহুগা লীলাদা উৎলিবা character হু চময়বা জ্ঞান তাদবা ওইরম্নদগী জ্ঞান তাহল্লকপরোমদা শকওল্লকপা, হায়বদি Discovery তৌরক্লবা, অহু ওইববদি বারিদ চয়েৎনবা (complex) হায়বহু ওই। গ্রীকী লীলা বারিগী মপাস্তোংগী শক্তম নৈনবদা ফংলিবা শককশিংগী মমিংদি— Prologue, Episode, Exode অহুগা Chorus। কোরাসকীদি অমুক মক ওইনা শকক অনি অহুগা করি কবিণ্ডবা লীলাদনা অক্তম থোক্লা থাযদোকই - (১) Parode, হায়বদি কোরাসকী অহানবা শক্লাকপা, (২) Stasimon, হাযবদি অপুনবা ইশৈ খোস্তোক অহুগা (৩) Commos, হায়বদি কোরাস অহুগা লীলাগী মীশক্লা ৎেংথাবকপা। Parode কী মমাঙদা লৈরিবহুনা Prologue নি। কোরাসকী ইশৈ অনিগী মরক্তা লৈরিবহুনা Episode পৌই, অদুগা অবোইবা কোরাস ইশৈগী মতুংদা থোক্ল্‌রিবদুনা Exode নি।

মথক্তা পনপ্রিবা লীলাগী মমুং অমদি মপালগী শকক মথাযদোকসিগা ভারতকী নাট্যশাস্ত্রদা হায়রিবা লীলা বারিগী শকক মথায়দোক্লা চাংদমন্নবা য়াই। ভারতকী নাট্যশাস্ত্রদস্থ লীলাগী ফিভম মঙাথকী বা পল্লি— আবস্ত (অহৌবা), প্রযত্ন (অনিংবা) প্রত্যাশা (অপাম্বা), নিয়তাপ্তি (লাইবক তুংইনবা), ফলাগম (তারকপা মহৈ)। হায়রিবসিদা যুক্ষম ওইদুনা লীলাগী তাই-শিল্লফম মখল মঙাগী বারোলস্থ ইরি, মদুদি— মুখ (মমায়) প্রতিমুখ (মনমগন), গভ (থমুং), বিসর্ষ (অরাবা) অদুগা নির্বহন (পোলোই)। লীলাগী শকওং শক্তম তুংইল্লা অঙ্ক থায়দোকই। সংস্কৃতকী নাটক মথৈবু ময়াম্লা রূপক হায়না কৌনৈ। অদুবু হায়রিবা রূপকশিং অসিগী মমুংদা নাটকী কাম্লাৎ কায়দবা রূপকতদি

অঙ্ক মণ্ডাদগী তন্না ফাওবা লৈগনি, অদুগা অতৈ ৱাপক ওয়্মক্তদি অঙ্ক অমতমক লৈরবস্ন য়াই।

লীলাদা উৎলিবা থৌরমদ্, অঙ্ক কয়ামুক থোক্না খায়দোকই। অঙ্ক অমমমদা লীলাগী থোঙচত্, চঙথোনবা শক্তম অমদি ইনোৎ হাপ্পনা কনথৎহল্লি। শেকসপীয়ারগী লীলাদা অঙ্ক মঙা খায়-দোক্লিবদ্গী অঙ্ক খুদিংমক্তা মক ওইবা মক্সুংগী ৱারোল ক্রমদ্না লৈ। লীলাগী থৌদোক ইচেলদ্ অঙ্ক মঙাদা কাখৎ কুমথা তৌহনা পোলোই য়ৌরকই। Exposition, Growth হায়বদি Rising Action, Climax হাযবদি Crisis, Denouement হায়বদি Falling Action, Catastrophe হায়বা শরুক মঙা থোক্না অঙ্ক মঙা খায়দোকই। হায়ৰিবা অস্নুস্না অঙ্ক মঙা খায়-দোক্লিবসিগী মকদি গ্রীক্কী লীলা ৱারিগী শরুক মঙা, মহুদি Prologue, Episode অহুম, অদুগী Exodos হায়বসিদগী লৌবা ওইরম্বা য়াই। অহুম্নদি ওইরগা শেকসপীয়ারগী অঙ্ক মঙা খায়-দোক্লিবসিদি সেনেকাগী লাতিন ট্র্যাজেডিগী অঙ্ক মঙা খায়দোকপা মওং মতৌ অদোমদা তশেংনা কন্না মমি তাই। লীলাগী থৌদোক ইচেলহু মথক্তা হায়খ্রিবা নিয়ম মথল মঙা অসিগী মতুংইন্না অঙ্ক মঙা থোক্না খায়দোক্লবস্ন লীলা পুন্নমক্কী থৌদোক ইচেলহু হায়বিবা লম্বীসোমদা চপ চানা ইল্লি হায়বদি লৈতে। খুদমগী মশক ওইনা হায়বা য়াই, Climax নত্রগা Crisis হায়ৰিবসি তোঙান তোঙানবা লীলাদা মফম তোঙান তোঙান্না অদুম উবা ফংই, মদুদি— Julius Caesar দা অহুমশুবা অঙ্কগী অহানবা দৃশ্যদা, Macbeth তা অহুমশুবা অঙ্কগী অহানবা দৃশ্যদা, Othello লীলাদা মরিশুবা অঙ্কগী অহানবা দৃশ্যদা অদুগা King Lear গীদমা হেক হৌরকপা অহানবা অঙ্কগী অহানবা দৃশ্যদা। অঙ্কবু অমুক পিক্তক পিক্তক খায়দোক্লগা দৃশ্য শেম্মি। দৃশ্যশিং অসিদা থৌদোক্তুগী চুনা-চুনবা সিন য়েক থোক্তুনা উৎলি। হায়রিবা

অয়েকপা সিনসিনা লীলা কুম্লিবা মীশিংদুনা শারিবা লোনচৎ শাজত্তু তশেংবা ওইনা খলহনবা অত্তুগা মখোয়না উৎলিবা ভাব অত্তু ভাবোকী থম্মোইদা চঙখোল্লা পালহনবদা য়াম্না মতেং পাংই। দৃশ্যশিং অত্তুনা লীলাগী বারিত্তুগী ওক্র ওক্রবা খোঙচত্তুস্তু অত্তুমক শকউৎখোক্লকই।

ইবসেনগী মতমদগীদি লীলাগী বারিবু অঙ্ক মঙা খোক্লা খায়দোকপা অত্তুগা অঙ্ক অমদি দৃশ্যগী শোয়কত্রবা অকরুবা নিয়ম লৈবত্তু অমুক লৈখিদ্রে। ইবসেন, বার্নার্ড শো অসিনচিংবগী লীলাদা দৃশ্য খায়দোকপসি লৈতবগুম্না তৌখ্রে। ইবসেনগী অয়াম্বা লীলা অঙ্ক মবিতমক লৈ, করিগুম্বা লীলাদা ওয়ুক, হায়বদি The Wild Duck কুম্বদা অঙ্ক মঙা শুই। বার্নার্ড শোগী অয়াম্বা লীলা অঙ্ক অহুমখক্তনি, অত্তুগা লীলা অমা অনি, হায়বদি Mrs. Warren's Profession কুম্বদা অঙ্ক মরি শুই। অঙ্ক অহুমতমক লৈবা লীলানা হৌজিক মতমগী লীলাগী চৎনবী শক্তম ওইরক্লে। অং অহুমত্তুগী ময়াই থংবা অঙ্কত্তু, অহানবা ওয়্বদা শাগংলক্লিবা খোঁদোক্তুগা অহুমশুবা অঙ্কগী পোলোই তারক্লিবা খোঁদোক্তুগা চুম্বিন্নমা অরুবা অঙকপা খোঁদোক বয়া শেম্লে। অহানবা অঙ্কমক্তদা লীলাত্তুগী অয়াম্বা character শিংত্তু শকউৎখোকপগা লোয়ননা ভাবোকী থম্মোইদা লাংতক্লহনবা অমদি কল্লবা ইখৌ অমা পোকহনবা চুম্মি। লীলা হৌগৎলকপা মতমদদি ভাবোকশিংগী মপুক্লিংত্তু খোয়্রজংবা কয়া পোক্লিবনা অহানবমক্তদা অথুকপা খোঙং খোঁদোক হেক পুশিল্লকপত্তু চুমদে। খোয়্রাংবা অমদি তথুকপদি তপ্পা তপ্পা অসুম য়েংলিবশিংগী থম্মোইদা ইহৌহল্লক্তদবনি। ময়াইথংবা অঙ্কদনা খোঁদোক্তু মরৈ মরা থাংহনবা, ইখৌ পোকহনবা অত্তুগা তথক তথকহনবগী শাক্ত নিংথি ফজনা কনশিলহনগদবনি। অরোইবগী অঙ্কনা খুাইমক্তগী হেম্না লুই। অঙ্কসিদা কিশিপুম্বা খোক্তদবনি, বাহং পুম্বগী

পাউথুম পিগদবনি, অতুম্নদি ওইবগা যেংলিবশিংগী খোম্নাংবা য়াওনা ইখৌ লাংলিবতুদি থক শিথহল্লোইদবনি। মরম অদুনা থৌদোক্তু নৌনা অমুক ইবৈ ভুবৈ চেনবা যাবা মচাক থরদি লোইবা অল্লোইবা অঙ্কগীদমক্তা থমগদবনি। ভাবোক্কী লাংতক্লবত্থু লীলা কাওবা লেঙহন্দনা অদুম থম্বা হাযবসি তঙাইযত্রবা পোৎচংনি।

বাঙলাগী লীলাদস্ত দ্বিজেন্দ্রলাল ফাওবগী লীলাশিংদু চাউ-রাক্লা অঙ্ক মঙা থম্লবা ডাক্লি। ববীন্দ্রনাথস্ত অহানবগী মতাংদা কবি কবিগুম্বা লীলা, হাযবদি 'বাজা ও বাণী' অদুগা 'বিসর্জন'দা শেক্সপীয়ারগী মখেৎ লৌদুনা অঙ্ক মঙা শুহনবা অদুগা দৃশ্য কযামুক খায়দোকপসি ইরম্মিদি হাযবরু, মহাক্কী অযাম্বা লীলাদা অঙ্ক অমদি দশ্য খাযদোকপগী অনরবা নিযম অদু থোইনা থম্মদ্রে। কবি বরিগুম্বা লীলাদা থুদম ওইনা 'মুক্তধারা' অদুগা 'রক্তকরবী'দা অঙ্ক অনথক্রুংদা দৃশ্য ডদ্ধমক পুমগুপ ভুম্নসি শেল্লে। রবীন্দ্রনাথকী মতুংদগী বাঙলা লীলাসি অঙ্ক তোঙান তোঙাম্ন খায়দোকপসি অদুম তৌরবস্থ চাউরাম্না অঙ্ক অদমগী লীলানা ময়াম্না পাম্লনা হাযবদু ওইরক্লে

লীলাগী থোদোক শেম্বদা অইবনা মাযকৈ অনিখক কপ্পা য়েংশিনফম পোকই। অহানবদা, থোদোক্তু অপূনবা শক্তম অমা তাহনগদবনি। অনিশুবদনা, থোদোক্তুগী মচুংদা অঙকপা অমদি কোচি থাংবা হাযবসি পোকহনগদবনি। থৌদোক্তু অপূনবা শক্তম অমা তাহনবা ঙমত্রবদি কৈদোঙ্গুংদা ভাবোক্কী থম্মোই ফাদনা থম্বা ঙম্মিংঙাই লৈতে। লীলাগী থবক খুদিংমক, লমচৎ খুদিংমক তঙাইফদনা চঙদবা য়াত্রবা ওইহনগদবনি। কান্নদবা থবক থৌরম অদুগা লোনচং শাজৎ হাপচিনবনা লীলাগী থোঙচত্তু শোথহল্লি, কোঙদোক্লিংবদু ভুশোনহল্লি। লীলাগী থোদোক্তু অপূনবা শক্তম ওইহনবগা চঙরবা পোম্না কোচি বোয়াং থাংহনবগা, অনিসি তায়োম্নরবা শক্তম অম্না ওইনা উম্নবস্ত, অমগা অমগা চুশিন্ননা

শেক্সপীয়রদ্বু ঙমগ্রবদি লীলা সুংঙাইবা হায়রদ্রু ওই। অহানবগী-সিনা লীলাগী মকুম্নোমদা চিংশিন্নবা হোৎনবনি, অকোনবগীসিনা লীলাগী মরুম্নোমদগী চিংথোক্লবা লাক্লবনি। অদ্বু অইবনা মরু অতুগদি মরী থম্না থম্না হৈ-শিংলবা থুংশেমদা ঙক্লবা মশা-মরেং কয়া লোঙথোকহনবা ঙম্লবদি, মহাক্কী বারিতু ওস্থোক্না সুংনাংবা য়াওনা খঙনিংবা পোকহল্লি। মতুম্না ইববু ঙম্লবদি অইবগী হৈ-শিংলবা থুংই থুংশেম ময়েক শেংনা ফোঙদোকই।

লীলাগী মরু বারিগা পোৎতপ বারিগা করম্না তাইশিন্নগদগে হায়বতু লীলা ইবনা মসুং তানা তশেংনদি খঙবা তাই। পোৎতপ বারিগীসু তোঙানবা মশাগী ওইজবা বারিগী শক্তম অমা লৈবা তাবনি, মতু নত্রবদি মাবু পোৎতপ বারি কৌবা য়াদে। অতুগা অমনা, পোৎতপ বারিতুনা মরু ওইবা বারিতুবু নমহন্দ্রুনা চৎখিদনবা মায়কৈরোমদসু চেকশিন্না মুন্না য়েংগদবনি। হায়রিবা অনি অসি তাইশিন্নবা য়াবা লমচৎ খরসু লীলাতুদা য়াওহনগদবনি। থোদোক অমদি লমচৎ তাইশিন্নরগতা ওইবতুনত্তনা, বারিগী বস ইচেলতুগা মপা চানহন্না (Parallelism) অমদি চাংদম্নহন্না (contrast) শেম্রগসু চঙথোনবা শক্তম অতুম শেঙ্গা য়াই। মরু বারিগা পোৎতপ বারিগা অসুম্বা মান্নবা অতুগা মান্নদবা অসিদগী লীলাগী উৎনিংলিবা থৌরমতু অযেংবশিংগী মফমদা কন্না সুংনাংহনবা বাখল অমা পোকহল্লি। King Lear লীলাদা নিংথৌ লীয়রগী বারিগা গ্লষ্টারগী পোৎতপ বারিতুগা লেংথোং মান্নবা অমা ওইবদগী লীলাতু ঙক্লবা অমদি থম্মোই শোক্লবা অমা ওইহল্লিবনি। মরুগী বারিদা মপানা তাম্থোকপিগ্রবী মচানুপী অতুগী মফমদগী মপাল নাইবা সুংশিবা অদুগা পুক্লিং খোয়দাজবা সেবা ফংখি, অদুগা মানা য়ৌনা চান্না সুংশিজগ্রবী মচানুপীশিং অতুনদি মাবু নমথাক তৌথি। অতুগা পোৎতপ বারিতুদসু, মপানা সুংশিজনা থমগ্রবা মচানিপাতুনা মাবু মাঙনবা শীনথি, অতুগা সুংশিদনা লোয়নথিবা

মচা নিপা অতুনা মাবু ওস্থোক্না থাজজবা অমদি অৱা স্নুংঙাইগী তংনা থানজ্রবা থোঙলোই ওইখি। মরু ৱারিগা পোৎতপ ৱারিগা চাংদম্নবা (contrast) মওংনস্থু ট্রাজি-কমেডি য়ানথাইনবা ফজ-রবা শক্তম অমা থোকহল্লি। খুদম ওইনা – 'সাজাহান' লীলাদা সাজাহানগা ঔরংজীবকা অমুক উনবা তাইশিন্নবা ফনা থোক্লবস্থু, দারা অতুগা সুজাগী মশা ওইবা পোৎতপ ৱারি অনি অতু থম্মোই শোক্লবা অৱা পোলোইবোমদা তাখিবনা, অরোইবদা উনরবগী দৃশ্যতু ভাবোক্কী থম্মুংদা ওমচাক্লনা চাকপা অমদি পেন্দবা অমদি অতুম্মক পোক্তুনা লৈ।

## লমচৎ শেম্ব।

অ্যারিষ্টটলনা লীলাগী লমচৎকী মবমদা মরু ওইবা ৱাফম মবিথক পল্লম্মি। অহানবদা লমচত্নু অফবা (good) ওইগদবনি। অতুবু তশেংনা অফবা হায়বতুমক ওইগ্রবদি বরিগুম্বা লমচত্তা ট্র্যাজেডিগী থোক্লিংঙাইদি লৈতে। অ্যারিষ্টটলনা হায, ট্র্যাজেডিগী লমচাওি য়াম্না ফবা অতুগা যাম্না ফত্তবা অনিগী মরক্তা লৈগদবনি – 'There remains, then, the intermediate kind of personage, a man not pre-eminently virtuous and just……' লমচৎকী অনিশুবা মরু ওইবনা, মহাক্তু চপ হেক চানবা (appropriate) ওইগদবনি। অহুমশুবনা, লমচত্তু তশেংবা অচুম্বা (real) ওইগদবনি। মরিশুবনা, লমচত্তু হেক্তমক চূশিন্নবা (consistent) ওইগদবনি। মসিমস্থু মানা হায় লমচত্নুদা করিগুম্বা চূশিন্নদবা য়াওরবস্থু চূশিন্নবোইনা চূশিন্নদবা (consistently inconsistent) ওইহনগদবনি। মাগী অস্থুম্বা কুপশিন্না ৱস-খিজিনবগী নিংথেংদা লমচৎকী মওং মতৌশিংগী ৱা থম্না পল্লম্মিবসি, মতমচুপ্পগী ওইনা লীলাগী লমচৎকী মরমদদি চাওরাক্না অতুম পানশিনবা য়াই। অতুবু ৱাফমসিমদি থম্বৱা তাই, মীওইবা পুন্সিগী

মরমদা মানা খওজিল উশিল্লিবসি মাগী মতমতুগী সমাজতুগীতনি। মুগকী থোঙলে তুংইন্না হোংদোক হোংজিন থরদি অতুম্মক মরৈবা তাবনি।

সংস্কৃত অলঙ্কার শাস্ত্রদা লীলাগী মরু ওইবা মীশক অতুগা অতৈ অতোপ্পা লমচৎশিংগী মওং মতৌ চঙথোক্না শেংনা তাক্লি। মরু ওইবা মীশকুগী গুণ কয়াগী বা পল্লি। মহাক্ত য়েংবদা ফজবা, তনৌ তনৌবা, পুকচেল চাউবা, নোঙ্গুকপা, থবক্তা হৈশিংবা, মীনা মুংশিবা, য়াঙাঙ ফজবা, জ্ঞান চঙখোনবা কলা পাম্বা, থৌনা লৈবা, মপুকচেল চেংপা অসিনচিংবা গুণসি লৈবা তাই। ধীবললিত (ঈংনা ফজবা), ধীরশান্ত (ঈংনা তপ্পা), ধীরোদাত্ত (ঈংনা পুকচেল চাউবা) অতুগা ধীরোদ্ধত (ঈংনা থৌনা লৈবা)— অসুম্না মথল মরি থোকপা মরু ওইবা মীশকী বা অলঙ্কারশাস্ত্রদা ইরি। অ্যারিস্টটলনা চুশিন্নবা (consistency) গী বা পল্লম্বদু, সংস্কৃত আলঙ্কারিকশিংনস্ত মরু ওইবা মীশকী অথোইবা পোৎচঙনি হায়না হায়রি। সংস্কৃত নাটক্তি মরু ওইনা কোক্লেন ওইবিবা নিপা নুপীতুগী মুংশিনবরোমদা ইনবনা, নুপীতুগী মফমদা নিপাতুনা শান্নিবা য়াথল অতুগা চৎলিবা শাজংকী মতুংইন্না নিপাবু মথল মথেল কয়ামুক থোক্না খায়দোকই, মতুদি— দক্ষিন (নুপীদা মিহৈবা), শঠ (লোনম চাউবা, খৃষ্ট (লমকেৎ লমহাইবা), অনুকূল (চান্না তুংশিনা তৌবা)। লাম্বা ওইরিবা মীশকুনা চীং লেম্না ঙকচাউ থেকপা, মিহৈ চাউবা থকসি খাসি খঙদবা অতুগা পাপ্তদা লপ্পা ওইগদবনি নিপাতুগা লৈনরিবা মরীগী মতুং ইন্না নুপীগী মথল মথেলতু লেপ্পি। মরু ওইবী নুপীসি মথল অহুম থোক্না খায়-দোকপা য়াই, মতুদি— (১) নিপাতুগী হকপাম্নরিবী নুপী ওইবা (স্বা, স্বীয়া), (২) নুপীতু যুম পান্দবী (অনুঢা) নত্রগা অতোপ্পগী নুপী ওইবা (অন্যা, অন্যস্ত্রী), (৩) জগোই ইশৈদা হৌশিংবী, মীগী মথবাই থোনবা হৈবী (সাধারণী)। নিপাদা চৎপা শাজংকী

মতুং ইমা মুপীবু অমুক মখল নিপাল থোক্লা থায়দোকই, মত্তুদি — বাসকসজ্জিকা (চান্নববু কে-মৌনা শেমদুনা ভাইজরিবী), অভিসারিকা (ইঙ্গিত ভৌরকপা মফমদা চান্নবগা শকউন্নবা চৎপী), বিরহোৎকণ্ঠিতা (মুংশি থাইনা মৈশানা খোয়রাংনরবী), খণ্ডিতা (নিপাত্তুনা অতোপ্পা মুপীদা খোযদাখিবা উত্তুনা খোয়শাউনববী), কলহান্তরিতা (নিপাগা নিংঙাই শাংদানকুবদগী কাইনখিবনা নিংঙম্মক্তবগী মৈশা লাংলবী), বিপ্রলব্ধা, (হায়নখিবা মফমদা নুংশিবনা লাক্তুনা লৌনম্বীরবী), প্রোষিতপ্রিয়া (মপুরোইবা লংকৈদা লৈগ্রবী নুপী) অমুগা স্বাধীনপতিকা (নীং-খা তম্না লৈনিংবী)। সংস্কৃত নাটক্কী নোক্লিংবা রস পোকহল্লিবা মীশক্ত বিদুষক বৌই। বিদুষক্তা চাপ্চা ফিজেত্তা, থবক্তা, রাঙাওদা মায়কৈ পূম্বদগী নোক্লিংবা ফাগিগী বস পোকহল্লি। সংস্কৃত নাটক্কী অতৈ লমচৎ কয়াগী রাফমতু নাট্য শাস্ত্রদা ইরি,— মত্তুদি বিট (ওক্তবা), দূত (পাউ চৎপা), প্রতিহারী (থোঙভাকপা), কৌঞ্চুকী (নুপী-নহাগা ভোরোৎ খ'দানবা) অসিনচিংবা।

লেংলি পাল্লিবা মীওইনগী পুন্সি লৌখংলগা লীলাগী লমচৎ ওইনা শেম্মি। তাইবং মীদি মতম চুপ্পদা হোংদে, লেঙদে। অদুবু যুগ যুগকী ওইনা ম'গী সমাজগী শক্তম, ফিভম অদুগা থৌদো, লোনচৎ, ক্দিম অসিনচিংবদি হেক হেক হোংই। সংস্কৃত নাটক অদুগা গ্রীক নাটক্তি মক ওইনা রামায়ণ, মহাভারত অদুগা ইলিয়াড, ওডিসিগী লমচৎশিংদু লৌদুনা ইবা ঙাক্লি। মহাকাব্যগী লমচৎশিংদু হায়বিবা লীলাশিংসিদা অমুক্তা নয়েক লানা অমদি মনুং হুপ্তিন্না ঐখোয় খঙবা ঙমকই, মখোয়গী মনুং হুপ্তিনবা পুন্সিগী অরোনবা ফোংদোক্তবা অঙকপা কয়া লীলা ঙম্মকসিদা শক্তারুকই। অদুবু মতমদি অদুম্মক লেপনাইদনা হোংলকই, যুগ যুগ খুদিংদা মী কয়া কয়ানা লীলা কয়া কযা জগৎসিদা হেক শান্নবক্লি। মীথোই মীহেনবা মীশিংনা লৈবাক কয়া থুগাইরি, কয়া অমা

শাগৎলি, মখোয়গী থিংঙমজ্রবা থবক থৌওং অমদি লাকঙম ফাঙমজ্রবা লোনচৎ শাজৎনা মী কয়াগী মরাইবক লেপ্লি। এলিজাবেথ যুগকী রোমান্টিক নাটক্কা মখোয়শিং অত্তুগী লমচত্তু ঐখোয় অত্তুম উবা ফংই। মখোয়না তৌরকপা থবক, শাজৎ, ৱাথল অমদি অপাম্বা ঙম্নমক্তু মীয়ামদগী তোপ তোপ্পা কা হেল্লবা থনুংগী ইথিল অমদগী পোক্লকপোই তৌই। অত্তুনা হকচিন্না থম্মোইদা পানবা, ট্র্যাজেডিগী য়ৌনা থৱাই শোকপত্তু এলিজাবেথকী মতমগী লীলাদা থেংনবিবনি। নিংথৌনা পাল্লম্বদগী প্রজানা লৈবাক ঙাকচবা হৌরকপগা লোয়না সোয়ননা সমাজগী শক্তম হোংখ্রে, অত্তুগা মত্তুগা ইবোয়ননা নাটক্কী নিপা নুপীশিংগী শকওং শক্তম অমদি লোনচৎ শাজৎসু অত্তুম হোংখ্রে। যুম্বান থোইনা মরাঙ কায়জদবা সমাজগী হেক লৈম্লিবা মী মথল খুদিংমক্কী শক্তম লীলাদা উৎনরক্রে। মীথোই মীহেনবা মী অমা অনিগী লমচং ঐখোয় উবা ফংখিত্রে, মত্তুগী মত্তা লোনচৎ লিচৎ কযাগী চম্লবা শক্তম ঐখোয় উরক্লে। মখোয়গী ৱাথল অমদি লোনচত্তুনা পুক্নিংগী কান্নবা কবিগুম্বা লেঙজ্রবা অচুম্বা শক্তম অমগী শাফু ঐখোয়গী থম্মোইদা কন্না পালহনবা ঙমজ্রবসু, থন্নানিংঙাই নৈননিংঙাই ওইবা ৱাথল অত্তুগা ৱাহং কয়া বয়াদি ঐখোয়গী থম্মোইদা ফাঙহল্লক্লে। হৌজিক মতমগী লীলাগী লমচত্তি চুম্নতা থম্মোইন্নুংদা মরুহন্দুনা শক্তাকপত্তু নত্রে, তশেংবা শক্তম (ভস্ত্র) গা, থবক পাঙথোক্লবগী নৈনবা (সমস্যা) গা থেঙ্গাইনহন্দুনা ওন্তোক্লা চয়েং খোয়েৎননবা ৱাথল থস্থহন্নবগী শক্তম ওইরবনি।

তাইব, মীওইবগী পুন্সিদি চোইজাইনৈ, লম্ফাঙই অত্তুগা তাইওন্নবা থবক অমদি ৱাথলনা থল্লি। অসুম্না লেপ্লিবা পুন্সি শক্তমসিগী করিগুম্বা শরুক থন্ন পুমথা থাদোক্লগা, করি করিগুম্বা মমি শামিবা অমদি লোত্তুনা ফুমত্থুনা লৈবা শরুক লোখত্তুনা

ময়েক লানা ফোঙদোক্লকপনা খুৎশিন খুৎশেম হৈবাশংগী শক্তাকপা হায়বত্তু ওইহল্লকই। লীলাগী খুৎশেমদস্তু তশেংবা পুন্সিগী লুরবা হক্লবা মায়কৈত্তু নাথৈহনা পুমথম থমগ্রগা, মতমগী ওইবা চন্নবা থৌরম তোৎশিন য়ানশিন্নহনা শেন্নকপস্তু য়াওই। অইবত্তুনা লীলা ইরকপা মতমদা তশেংবা পুন্সি শক্তমগী অথম্নবা মায়কৈ অমা শকউৎনবা কন্না লাক্লরকই। মতম অমগী অকক্লবা চৈথলগী মঙ্গংদা লৈগ্রবা থৌরম থৌদোক কয়ামুক্লা হায়রিবা পুন্সিগী ওইরক ওইবক্লিবা শক্তমবু চঙখোম্না হাপচিন্দুনা লীলাত্তুবু মুংঙাইবা পোকহনবনা লীলা খুৎইগী অনৌবা মক ওইবা খোঙথাং ওই-নরক্লে। হৌজিক মতমগী Symbolical অত্তুগা Theoritical প্লেদা য়াওরিবা লমচৎশিংত্তু অওইবা শক্তন্দু লাকশীল্লবা অমদি মক মরু ওইবা View ত্তু মচা তানা ফোংদোক্লবা, অত্তু ওইরবদি মহৈ য়ানবা হায়বত্তু অত্তুম্মক ওই। পুন্সিদগা আইডিয়ানা হেনগ্রবদি লমচত্তু মথব্রাই পালহনবা ওইনা থোকহনবত্তু ওইথো ক্লংঙাই ওইদে। অত্তুগা মথল অমগী লমচৎস্তু লীলাদা হাপ্পা য়াই— মত্তুদি যুম্বং-নগ্রবা অত্তুগা থৌঙমত্রবা। মহাক্তু গটৈ অমনা মশাগী পাঙ্গল থোকচবা ঙমদনা অত্তুম্মক পুন্সি খোঙদমনহনগ্রবা। লৈপাক য়েন-থোকগ্রবা মত্তুংদা নিংথৌ লীয়রগী ফিভম, ঔরংজীবনা কৈশুম-শংদা ফাত্তুনা থমগ্রবা সাজাহানগী মওং অসিনচিংবসি রাফমসিদা নিংশিংবা য়াই। হায়রিবা লীলাশিং অসিদা অরা চৈথেং ফংবগী খাঙভ্রমদবা. থম্মোই চাকপগী অয়োবা থাক, অত্তুগা মবাল শীরকপগী ওমথি শাক্তৎ অসিনচিংবা উৎলকপনা লমচৎশিংত্তু খুম্বংনবা থৌঙমদবা ফনমক ওইরবস্তু লীলাগী নিংথি শক্তম লেঙদনা অত্তুম থম্বা ঙম্মি। মত্তুনা ভাবেংকী থম্মোইদা অঙকপা য়াওন অমা পিরক্তুনা লীলাবু মুংঙাইগনি। অত্তুবু য়াম্না হেক্তা হৈশিংগ্রবা লীলা ইবা মী নত্তনদি, হায়রিবা অস্তুম্বা থৌ পাঙত্তমত্রবা লমচৎপু লীলাদা মায় পাক্লা পুথোকপসি য়াম্নক লুনিংঙাইগী থবক্নি।

লীলা অমদা তোঙান তোঙানবা লমচৎ কয়া লৈবা য়াই, অদুবু লীলাগী থোঙচত্তি মরু ওইবা লমচৎ অমা অনিগী মরুম খুপ্তুনা চৎলি। অসুম্বা মরু ওইবা লমচৎসিদা লীলাগী মায় পাকপা পাক্কবগী দায়িত্ব চাউনা লৈরবনা, মাগী লমচৎ শেম্বদা অইবনা হৈ শিংনা খুৎথাবা তাই। মগাক অতুনা হেক ঙাম্লিবমখৈ লীলাগী থোদোক্কা চেৎলবা মবী লৈনরবা, কোচি থাংনা মূক্করবা, পাখৎপা চময়বা থোদোক থোঙং কয়ানা ভাবোক্কী থম্মোইবু কন্না ইপোম লাংহনবা ঙম্লবা, অদু ওইয়রবদি লীলাদু পায়বা পুক্কিং তাবা ওইহল্লি। অদুগা করি কন্নিগুম্বা লীলাদা মীশক অমদগী হন্না, হিরম কয়াদা মরু ওইবা মীশক্তুগা থোং চপ মান্নবা থম্বা মীশক কয়া থম্বসু লৈ, মতম অদুদদি মরু ওইবা মীশক পুথোক-পদা লীলা নৈনবা কাঙবুশিংগী মরক্তা কন্না য়েংনফম নৈনফম ওইরকই। Julius Caesar লীলাগী মরু ওইবা মীশক কনানো — সিজাররা ব্রুটাসরা? সাজাহান লীলাগী মরু ওইবা মীশক্তা কনানো— সাজাহানলা ঔরংজীবলা? চন্দ্রগুপ্ত লীলাগী মরু ওইবা মীশকসি চন্দ্রগুপ্তরা চাণক্যরা? হায়রিবা বাহংশিং অসিগী মরমদা সমালোচকশিংগী মত অতুম্মক খেন্নবা লৈরগদবনি। নিকলনাগী Theory of Drama হায়বদুদা Twin hero হায়বদি মরু ওইবা মীশক অনি লৈবগী বা ইরম্মি। খুদমগী মশক ওইনা মহাক্কা Othello লীলাগী বা পল্লদুনা হায়, লীলাসিদা ওথেলো অমদি ইয়াগো অনিমকপু মরু ওইবা মীশক্কি হায়না লৌবা য়াই। মওইবমক্তি অ্যারিষ্টটলনা পিন্নিবা মরু ওইবা মীশক্কী সংজ্ঞা অদুগা শেকসপীয়ারগী লীলা খুৎশেমগী অকুপ্পা মওং মতৌ অদোমদা য়েংশিন্নুরবদি ইয়াগোনা কৈদৌঙ্গুংদা মরু ওইবা মীশক ওইফম লৈতে। অদুবু অসুম্বা চনৈনবা ফিভম থোক্লকপদদি ভরাই ভরাই পাক হেক্তা মসিনা তঙ তাবনি হায়বদু লেপ্পুবা য়াদে। মরু ওইবা মীশক্তুবা শোল্লবা অমদি থৌ পাঙভমরবা, অদুগা

অমরোমদা লাম্বা পারিবতুনা য়াম্না হেক্লা কনগ্রবা, থৌ পাওম্বা ওইরবদি অয়েংবশিংগী মুংনাংনরকপা অমদি মুংডাই ইপোমছু লাম্বা পারিবা অদোমদগী শেমগৎলকই। অত্তুবু লাম্বা ওইরিবা মীতুনা তশেংনমক ফত্তবা মীশক হায়বতুমা ওইগ্রবদি, মডোন্দা ফনা য়াম্নমক পুক্লিং লপ্পা ওইরবস্থু, থৌজাল মুংশিকবদি থক তৌদে, মহাক্লা মাঙ'থবদা ঐখোয়গী থম্মোইদা অরা-মৈশা লাংবা তথুকপা হায়বতু পোক্কে। অতুগা মহাক অতুনা মায়োক য়ানিংডাই ওইবতু মায়োক্লক্লবা, অফ ফত্ত লোনচং য়ানশিন্ননা লমচত্তু চয়েৎনরক্লবা. অতু ওইরবদি লাম্বা পানরিবতু মক ওইবা মীশকী শক্তম লৌরকই। হায়বদি, অইবনা ফনমক চেকশিন্না পামজনা মাবু লাম্বা ওইনা শেমবস্থু, লীলাগী থৌদোক অমদি শাফুনা মক ওইবা মীশক হায়বতু মহাক্লা তাবকই। The Merchant of Venice হায়বা লীলাদা অ্যাণ্টনিওদগী শাইলোক্কী লমচৎলোদনা হেন্না ভাবোক্কী পুক্লিং চিংশিল্লকই। হন্মথ রায়গী 'কারাগার' নাটক্কা লাম্বা পারিবা কংসনা বক ওইবা মীশক ওইনা চৎলি। রবীন্দ্রনাথকী 'বিসর্জন' নাটক্কস্থ গোবিন্দমাণিকাবু অইবনা ফিদম্নফম ওইবা, মু শিকম পোকপা মীশক অমা ওইনা ফনা শেম্নবস্থু, লীলাগী মরুবরপা, অরাবা, হোৎনভমন কান্নদবা অমদি থম্মোই শোকপা চৈথেং কয়া শকউৎলকপতুনা রঘুপতিবু মক ওইবা মীশক ওইনা উবৈ। 'রক্তকরবী'দস্থ মক ওইবা মীশক্তি নন্দিণীনি, অত্তুবু শাথিনা থম্মোইন্নুংদা মুক্লরকপা অতুগা অয়োবা লাম্ভেং মায়োক্লরকপরোমদা চথরকপদগী নিংথৌগী লমচত্তুনা ভাবোক্কী থম্মোইদা থোইনা হেন্না মুংনাংবা পোকহনবোইনা তৌই। লীলাগী Supporting Character (তেংবাং লমচৎকী মীওই) হায়বসিগী মথৌদি অথোইবা মীশক্কুগী থৌওং থৌরমত্থুদা শোগৎপনি, অত্তুবু কয়িগুম্বা মতমদা কল্লবা থোঙচত্তা লীলাগী থৌদোক্কুগা তৎনা থানদ্রবা মন্নী ওইনা লৈথিবা থোক্লবদি তেংবাং লমচৎনা মক

ওইবা মীশকগীসু হেন্না মমল য়াম্বা ওইনা থোকই। হৌজিক্কী মতমগী লীলাদগী খুদমগী মশক ওইনা য়েংসি। বিধায়ক ভট্টাচার্য্যগী 'ক্ষুধা' হায়বা লীলাদুগী মরু ওইবা মীশক্তি তশেং-বমক রমানি, অদুবু অবাবা, খুদোংথীবা কয়া খাঙদুনা পুন্সিগী পুঙম থাঙমদ্রবা শকউৎপনা সদানি, অদুনা ভাবোক্লা ভুংশিবা পোকপদি মঙোন্দনা হেল্লি। অসুম্বা লীলাসু কয়ানি লৈরিবা। লীলাগী মমুংদা অতোপ্পা মথলগী লমচৎ অমসু লৈ, মখোয়দুবু টাইপ কেরেক্টর (হিরম অমা মুন্না শক্তাকপা) হায়না কৌনৈ। অসুম্বা মথলগী লমচৎসিদি মরুবগী চক্রি চরাং চঙদে, লীলাগী হায়রিদুদসু মচং ওইনা কয়া তৌনদে। মীওইবা পুন্সিগী করি-গুম্ব' কা হেনবা নত্রগা তায়োন্নবা মায়কৈদু মখোয়দুনা শক-উংলি। অঙাউবা, য়ু ঙাউবা, লাইথুং পকপা, তাৎ হৈবা, নাম শোয়বা অসিনচিংবগী শক্তম উৎলিবদু টাইপ কেরেক্টর হায়না খঙনৈ। খঙনা উনরবা পুন্সিগী শক্লোন অমবু মখোয়না চঙখোন্না য়োশিন্না উৎলকপদুদা ভাবোক্তা মুংঙাইবা মথেল অমা পোকহল্লি। The Rival লীলাগী মিসেস ম্যালাপ্রপ, 'সিরাজ-দ্দৌলা'গী করিম চাচা, সাজাহান'গী দিলদার, অসিনচিংবসিনা ফাওরবা টাইপ কেরেক্টরগী রাকম ময়ামদা অদুম্মক নিংশিংহনগনি।

থৌদোক যক্তহনবগা লমচৎশিংদু চাশিন-চুশিন্না শেম্বা ঙমগতা লীলাদু মপুং ফানা মুংঙাইবা হায়রবদু ওই। অদুমকপু লীলা লীলাগী মঙংইন্না অনিসিগী অকম অয়াং থেন্নবদি অদুম্মক মরৈ। চাউরাক্লা হায়ররবদা, ট্র্যাজেডিদনা লমচৎনা মরু ওই অদুগা কমেডিদনা থৌদোক্লা মরু ওই। ট্র্যাজেডিদা পুন্সিগী মমুং ছুপ্পিনবা অয়োবা শক্তমদু শকউংলি, মসিদা মীওই' পুন্সিগী কল্লবা লানকম, থনুংদা শাথীনা মূরুবা অদুগা লোইনাইত্রব' অবা চৈনাখোন কয়াগী শক্তম য়েকই। ট্র্যাজিক ওইবা লমচক্ত থৌদোক অমা লোথৎলগা পুন্সিগী তমথিরবা অমদি থিংবা ঙমনিংঙাই

লৈখিত্রবা অচুম্বছ্ন ফোঙদোকই। অহুনা মসিদদি লমচৎনা মরুনি, থোঁদোক্লা মশানি। অহুবু লমচৎনা মরু ওইবসি লীলা ইবহুনা লীলাগী লমচৎ অমা অনিতংদদা মাগী বাথল অমদি মিৎয়েংহু কুপ্পা মপুং ফানা য়েংশিল্লগতা ওই। লমচৎ অতৈ কয়ামুক্তস্থ মচং ওইহনগে লাক্লকুরবদি ট্র্যাজেডিগী য়োঁশিন্না থম্মোই শোক্লিংঙাই ওইবা ইচেলহু চোইজাইনখিহুনা তয়াং-তয়াংহনথি। য়েংনিংঙাই ওইরিবা রাকমদি অস্ত্মা ট্র্যাজেডিগীদ মীশক অমতদা মপুং ফানা মিৎয়েং বাথল থমখিবদগী মমিং থোল্লকপা মতমদা অয়াম্বনা মীশক অহুগী মমিং লৌহুনা থোক্লে, মহুদি— King Oedipus, King Lear, Hamlet, Macbeth, সিরাজদ্দৌলা, প্রতাপাদিত্য, টিপু-সুলতান অসিনচিংবা। য়াঙরিবী নুপীগী মমিং লৌহুনা থোল্লকপদস্থ হায়বিবী নুপীহু লীলাগী শরাইবরা নিপাগুম লিংজেল লৈবী থোঁদোক মাযোক্লবা ভস্বী, থনুংদা কম্না মক্লবী, য়াম্না হৈডম শিংভস্বী ওইবা তাই, খুদম ওইনা, মিডিয়া, অ্যান্তিগোন, নুরজাহান, রিজিয়া অসিনচিংবা। কমেডিদনা লীলাগী থোঁদোক্ত খুৎশিন হৈনা শীনবা ভম্লগা মায় পাকপা ওই। কমেডিদদি পুন্সিগী মপাম্বোংগী ওইবা তয়াং তয়াংবা শরুক অহুতা লৌথংলি, অহুনা লমচৎকী মনুং গুপ্তিন্না কুপ্পা য়েংশিল্লগা তশেংবা অচুম্বহু পুথোক্লবগী মহুত্তা থোঁদোক্তা থোঁদোকা চক্রি থাংনা মক্লহন্দুনা খোইরাং ইপোন লাংহল্লগা নুংঙাইবা পোকহনবহুনা মাগী পান্দম্নি।

## রাঙাঙ ( সংলাপ, Diction )

লীলাগী বারি অহুগা লমচৎ শেম্বগী খ্বাইদগী অথোইবা পান্থৈদি বাঙাঙনি। বাঙাঙ হায়বসি লীলাগী মীশক্তুগী বাকমঙাক নত্তে, অইবগী রস পোকহম্নবা অহুগা মনুংগী মক ওইবা বাকমহু ফোঙদোক্লবগী অথোইবা শাদোংনি। মরম অসিদগী

লীলাদা ৱাঙাঙগী মগুণ অমুক চাউথিরিবনি। ৱাঙাঙনা মহৈ য়ানবগি থোদোক থৌরম অমদি লমচত্তুদা য়ৌনা চুশিনহল্লগতা ওই। থোদোক্তুগী দৃশ্যনে, লীলাগী মীশক্তুনা শেংলি চাবিবতুনে, অতুগা মানা লৌরিবা পার্টতু থডনা উনরক্লবা তুংদা আশা তৌরম্বা ৱাঙাঙতু ভাঙথোবক্লবদি ভাবোক্তা নিঙবা কায়না অমা কন্না পোকহল্লি, লনচত্তুদা পুক্লিং লূপশিনবা তৌহন্দে। নিংথৌ লীয়রনা কল্লবা লোং লুংশিং অমদি অথাক অরাউ তৌরকপতুগী মরক্তা হায়রকপা —

Blow, winds, and crack your cheek! rage! blow!
You Cataracts and hurricanoes, spout
Till you have drench'd our steeples,
drown'd the cocks!

চায়বা ৱাঙাঙসিনা মপানগী মহৌশাগী শক্তমতুগা থরাই হকচাং মনংতা ওইনা পুনশিনহল্লি অতবু অসুম্না পুনশিল্লগম্থ হেক্তমক ওইবতুদি নত্তে, মসিদা পার্টতু লৌরিবা মীশক্তুগী চুনরবা থোন্থোক অমদি হকচাং কয়াংকী চংশিন্নবা মফোঙদোকন্থ থানবা য়াদনা চঙই। চিন্দতা ভাঙনা নত্তনা, থম্মোইগী থোন্থোক য়াওনা ফুদোকপা চন্নগতা ভাবোক্কী থম্মোইদা পালহনবা ঙম্মি। মাহে লৈতেং যাওবা ৱাঙাঙদদি নফম, মতম, লমচং অমদি থোদোক্কা যাম্না চুশিন্নহনগদবনি, মত্রবদি তাবদা লেথোরক্কনা তন্থবা পোকহল্লি। ঐতিহাসিক লীলাদদি লৈশি-লৈথোন, প্রমান-পাম্থে, তাঞ্জা চানা শাংলপ তৌবা ৱাঙাঙ ভাঙলগা পকচৈ, মরমদি মতুন তৌরগা শারিবা লমচল্লু মকা লাম্না অয়োবী য়ৌনা ফোঙদোকপা ঙম্মি। 'সাজাহান' লীলাগী অনিশুবা অঙ্কগী অনিশুবা দৃশ্যদা সাজাহান্না ভাঙলকপা মতেক অমতং—

"য়ুহারাবা! নীক্লো, নহাকী কলবা অকি তুম্লুং থোল্লাউনা, শেগাইরো মালেমগী থবাকসে মচেং মচেং তানা। শাথিরবা লাম্নে অমা হোৎক্কনা, চাকথেক্রো ঙমম্বা উৎপুত্ত ওইনা।

অদুগা কল্লবা নোংলৈ-মুংশিং অমা শিংলক্কনা, চাইশিল্লরো উৎ মপৈদো ঈশ্বর মমায়থক্তা।”

হায়বা রাঙাঙগিদা সাজাহানগী য়োন। হেক্তা থম্মোই চাকপন্থ লোলগী হৈরবা খুৎশেম অদুগা লৈতেং খোঙেং ময়ামসিনা ময়েক লানা ফেংদোকই।

সামাজিক লীলগী লমচংশিংদি তশেংনা খোল্লিবা অমদি খঙনা উনর্বিবা তেংবান সিদগী অতুম্মক শেম্বা মবন্না, লোন্দা পুদাদস্ত অরাইবা চংনবোলদা নন্না শিঞ্জিন্নৈ। অদুবু মসিমদি অয়াম্বা মতমদা নিং শংবা ডাই, লীলাগী রাঙাঙদি য়ান্না হেক্তমক চম্মন-খিবস্থ যাদে, খুৎশেল টৈবা রাঙাঙদা কাবক্তং লৈতেং খোল্লেংনা, খোইহেল-খোন্তাং হাইংফং য়াওনা নাংবন্দা তানিঙবা পোকহনবা তাই অ্যারিষ্টটলনা হায়দন্নি “The perfection of Diction is for it to be at once clear and not mean.” অচম্বা লোন্দা অরিবা লোল মতাং চানা থেৎচিনবনস্থ তাবদা খোইথুম্নবা পোকহনবা যাওই মখল মথেলগী লমচং শারকপদা চুম্নগী চুম্ন ওইবা রাঙাঙডাক্তা চাঙগুবনদি লমচত্ত্ব ওইহনবা মালহনবা ঙমদে। রাঙাঙদুদা চিংথোক চংশিন তৌবা, কোথবা, খোইরপ তৌবা অসিনচিংব স চংই। হায়বদি, সাহেব শাবকপ মতমদা রাইগী ক্রিয়া হায়রগাদু লম হানা খোন্থোক চুমদনা শেম্বা, মন্নক মরক্তা ইংরেজী হিন্দীনচিংবা শব্দ হাপচিল্লুনা তাবদদি মুঙাইবা, ঙক্লবা শব্দম অমা শেমগা মতৌ মালহল্লি, নত্রবদি সাহেব ওইদবোই নিঙই। সাহেবনি হায়দুনা ইংরেজীতদা ঙাংলবা নত্রগা শান্নরিবা লীলাদুগী মাগী মাগী লোন্দুতদা ঙাঙলবদি য়োশিন্না মথবাই পালহনব হায়বত্থ ঙমদে। হায়রিবা মওংমুম্না লীলাগী লমচং লমচত্তুগী ওইবা যাবা চুনবা লোন্দা পুদা রাহৈ রাঙাঙ শেম্নগা ডাবোক্না খোয়দাবা হায়বস্থ ওই।

লীলাদা ঙাঙনরিবা লোন্দাদু লমচং অদুগা থৌদোক্তা চুশিন্ন রগতস্থ ফজবা ওইদে, লোল অদুদা ইখিন, মরুবা, খোন্নরাংবা

অসিনচিংবসি পোকহনবা অমা চঙই। বাঙাঙন্থু মযামগী চৎনবী রাঙাঙদা ঙাঙগদবনি হাযবসি চুম্মি, অদুগা রাঙাঙতু লীলাগী রাঙাঙ থরা শিজিন্নগদবনি হাযবসিস্ক চুম্মি। অসুম্বা লীলাগী বাঙাঙসিগী দমক্ত দ বাঙাঙতুগী খোম্থাম্শিংতু কবিগুম্বদা অফিং অফাই ওইবা, কবিগুম্বদা ফম্না নেমথবা, করিগুম্বদা হঙ্জিন্না হায়বা তত্তগ। করিগুম্বদনা তেন্না হ যবা অসি চঙই। লীলাগী রাঙাঙদা মক ওইনা চঙলিবসি অযাম্বা মতমদা ফ ত চঙশিনবনি। চযেংননা যান্না শাংলবদি খোঙথাংতু তপথবকই। হাযবরিবা তপথ খোঙপাংসিদি কাবা অদুগা উপন্যাসতদি পন্নে, অতুগা লীলাদদি কযা পরদে। রাইহ অমতং ঙাঙলগস্ক লীলাদা নোংথাংগুম্বা বাঙাঙ হাকহনবা যাই। অদুম অদুম ওইনমক থোঙং ফিজমগী মতুংইন্না শাথাং শাদদি অতুম্মক মযাঙনৈ। হাযবদি, লোল তেন্নকপনা পানা পেদচন্দ্ যাং শল্লিদি হাযনবু অশাংবনা কবি কবিগুম্বা ফমদা যান্না নতৈ যানহনবস্থ এখেয উই। কবিগুম্বা য়োশিন্না পস শক্তাম্প, পম্মোই শোন্না রাবা, তৌজমন বান্নক্তবা উংলম্পা অশাং বা বাঙাঙ নত্রনদ মযেক শেংনা খুদোকপন্থ লে। Julius Caesar লীলাগী অহুমশুবা অঙ্কগী অনিশুবা দশ্যদা অ্যান্টনিনা, Friends, Romans, Country men' হাযনা বক্তৃতা তৌবকপন্থ মাগী শাংলবা বাঙাঙন্থ নত্রবদি অতাবশিংগী থম্মোইদা অহুম য়োনা হকচিনহনবন্থ ঙম্মোই। Macbeth লীলাগী অনিশুবা অঙ্কগী অহানবা দশ্যদা ম্যাকবেথকী শাংলবা বাঙাঙ 'Is this a dagger which I see before me' অসিনচিংবন্থদা মাগী থমুংদা মূরবা অমাদি ঙমচান্নবন্থ তশেংবা শক্তমদা ফোঙদোক্লকই। অশাংবা বাঙাঙসি লীলাগী কবি করিগুম্বা ফিজমদা মক ওইনা চঙবা তান্নবস্থ কুপ্না শেন্নগদবদি, রাহৈশিংন্থ তাব অমতদা চথহনা অমদি খোম্থোক অমতদা ঙাঙহনা ভাবোক্তা লেথোকপা পোকহন্নোইদবনি। লীলাগী acting তৌরবপদা

তৌরকপদা ঋর ৱাংথং-নেমথা তৌহুনা ৱাহৈ অমতদা হন্না হন্না হায়রকপহন্থ. থম্মংগী ইথিল নিংথিনা কোঙদোকপা ওইনা তৌহুনা তাবোক্না অথুকপা হুংঙাইবা পোকহল্লি। থুদম ওইনা ম্যাকডাফকী কাওরবা ৱাঙাঙ— 'O horror! horror!'— অতুপা অমনা হ্যামলেটকী ৱাহৈ - "O Villain, Villain, smiling, damned villain?" হায়রশিংসি পনবা যাই।

মপা চানবা প্রমান পাহৈ, নিংথিবা ৱাহৈগী লৈতেং হাপচিন থেংচিনবনা লীলাগী ৱাঙাঙহু কাবাগী নিংথি শক্তম নম্মি তাহ'ল্ল অতুগা অপাম্বা মীওই অমগী পুক্সিদা ফংলকপা তান্নু তুথোং তাশংবা শক্তমদা শকউংলকই। ম্যাকবেথনা হায়বকপা—

Life's but a walking shadow, a poorplaver

That struts and frets his hour upon the stage,

And then is heard no more.,

হায়বসি তারকপদা ম্যাকবেথকী মশাগী পুন্সিগী নিংবকাযবহু লৈশি লৈথোন ৱাঙাঙসিনা পুন্সি চুপ্পগী নিংবা কায়রবগী মতৌ উংলকই। 'প্রফুল্ল' লীলাদা যোগেশকী মচিন্দগী ঐথোযনা— 'আমার সাজান বাগান শুকিযে গেল' (ঐনা শেমজবা লৈকোল্দু কংহুনা মাঙখ্রে) হায়বসি তারকপদা, পুন্সি চুপ্পগী কোংনক্কমন কায়দবগী চৈনা অমা ঐখোয়গী থম্মোয়দা পাল্লি। অতুম্বা লৈতেং ৱাঙাঙ অসিগী মহুত্তা যোগেশনা করিগুম্বা 'ঐগী ইমুং মম্নং তুম্না মাংখ্রে' হায়না হায়রম্লবা, অদু ওইববদি লৈতৌম্নংদা পুন্সিগী মুংনাইত্রবা চৈনাথোল অমা ফোঙদোকপহু ঙম্লমোই।

লীলাগী ৱাহৈ ৱাতাসি লৌথংলবা হিরম অতুগা রসকী করিগুম্বদা ৱারেং ওইহনবহু যাই। থাহনগী সাহিত্যদি শৈরেংগী লোন্দাদা তাক শিন্তিন্নরম্বনা, হায়বিবা লোন্দাতুদা লীলা ওন্নবক ইনরম্মি। গ্রীক্কী লীলা, শেকসপীয়রগী লীলা, শৈরেংগী লোন্দাদা মীয়াম্না য়েনা পামবা ওইখ্রিবনি। অতুবু হৌজিকী যুগ অমদি

ৱারেংগী যুগনি, অদুনা অয়াম্বা লীলা ৱারেংদা ঙাক ইনরে। লীলাদা শৈরেংগা ৱারেংগা কনানা পকচবা হেনবগে হায়বসিগী মরমদা, সমালোচকশিংনা হন্না হন্না কয়া নৈনখ্রে য়েংনখ্রে। অদুবু অওইবমক মায়কৈ অমরোমদা য়েংলুরগদি নৈনরিবসে কাম্নদবনি, মবমদি যুগকী খোঙলৈনি, ভাবোকশিংগী অপাম্বা অমদি রস খেন্নরকপগী মতুং ইন্না লোলগী শক্তম শকওংসু হোংলকপদা তাবনি। গ্রীক লীলাদি ভাবোক লিশিং কুন্থ্রামুক্কী মমাঙদা শান্নরম্বা ঙাক্লি, মরম অদুনা খোন তিংখৎনা লাউখ্রুনা লোল ময়াম থিথবদু তংঙাই ফদনা চঙলম্মি। শেকসপীয়রগী লীলাদা চন্নবা মীওং নত্রবা মুপী নিপাশিংগী পুন্সিগী থোদোক ইন্নিবশিংদু ৱারেংলোমদা ইরম্ন-বদি মমল লৈথিদ্রবা অমদি লৌখৎফম লৈত্রবা অম ওইবমগদবনি। অদুগা অমুক্কা হৌজিক্কী মতমদা হনশিনবা সমাজগী খোঙচত্তা হংনরিবা অমদি নৈনরিবা ৱারোল ৱাঙাঙশিংসি শৈরেংগী মওংলোমদা শকওন্নবদি, ওন্থোরা হেক্তা শাশিন্নবা অদুগা শাথনা চনখিদ্রবা অমা ওইনা থোক্নি। পৌরাণিক লীলাদদি শৈরেংগী ৱাঙাঙনা পক্কবা তেল্লি। মরমদি পৌরাণিক লীলাগী জগত্তি খংঙমউঙমদ্রবা তথ্যাত্মিক্কী জগৎনি, মফমদুদদি ধ্যানা অমদি কল্পনাতনা য়োৌবা ওন্মি। অদুগুম্বা জগৎকী শক্তমদুদি শৈরেংগী ছন্দতনা নিংথিনা মকা লাম্না শকউৎপা তু ওন্মি। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি হাযারবা পদ্যছন্দসি ঐথোযগী লীলাদগী পুম্মাঙ মাঙখি-বগুম তৌরে, মবমদি সমাজগী মথল মথেল মূক্কবা নৈনবগী মনমতদা লীলা ইনখ্রে। Contemporary Play হায়বদুদা পৌরাণিক লীলা ফনা লৌথৎলবসু মতমগী হৎথিন্নোমদা কন্না শকউৎথিবনা ৱারেং ওইনা ইনরে। মসুং হুজিন্না থিবা নৈনবা অমদি থন্নবনা যুগসিগী ধর্ম ওইরবনিনা, লীলাগী লোলসু শোই-দনমক ৱারেং ওইবদদি তাবনি, অদুবু মসিমদি মহায়নিঙই শৈরেংগী ৱাঙাঙ মাঙহনথিবনা যুগসিগী লীলাগী শক্তমসি ফজবা

কনা য়াম্না হস্তখিবোইনা তৌরমাল্লে হায়বসি। তাইবং মীওইবগী থম থেংনা বাবা অছুগা থ্বাইদগী হেনবা অচুম্বদি শৈরেংতনা ইরগা থোকই, ৱারেংনদি য়োৌবা ঙমদে। তোল্ল তারবা, হোৎনজমন কাম্নত্রবা মীওইবগী কাউঙমত্রবা শকফম পত্তছন্দতনা তাইবং থম্মোই ফাওহনবা ঙম্মি। Elizabeth Drew না মাগী Discovering Drama হায়বা লাইরিক্কুগী লামাই ২২৫ শুবদা অস্তুম্না ইরি— 'Above all, it is only in poetry that we can feel that the dignity and grandeur of the human spirit survive its failure and impotence. It is only by the eloquence of his passions that man becomes greater than the fate which overwhelms him and which proves inexorably his slavery to death.'

শৈরেংনা লীলাগী শক্তম ফজবা হেলহল্লি হায়বসোমদ নৈনরক্লি, অছুবু চঙখোম্না মচং চানা লেংশিন্দ্রবদি শৈরেংনা অমুক লীলা মাঙহনবস্মু থোক্লিংঙাইনি। শৈরেংগী বাঙাঙছু লমচত্তুগী থম্মোই ইথিন অছুগা শাফুরোমদা কুপশিন্না য়েংদছুনা নপানগী জগৎকী শক্তম অমদি মচু মমেন থাবরোমতদা ইথ্রবদি, ইশৈগুম্ন তৌবা কল্পনাগী কা হেল্লবা শক্তয়োমদা চৎখিছুনা লীলাগী থোঙ জেলছুগী তাযোম্নবা ওইনা থোকই।

মথন্তা ঙাঙবা (Soliloquy) হায়বসি থাইনগী লীলাদ য়াম্না চৎনরম্নবস্মু, হৌজিক্কী মতমদদি থোইনা চৎনজ্রে। মশাগী বাথল, ফিভম, মশা মথন্তনা কোঙদোকচবগী মহুত্তা, হৌজিঙ্গি থৌদোক্লা, থৌরম্না, অতোপ্পগী বাঙাঙ শাঙাঙনা কোঙদোক্লব লাক্লরক্লে। মশা মথন্তা ঙাঙজবা হায়বসিমক্তবু বাথল চোইত্র পাত্রংথ্রবা মীওই নত্তনা তাইবংগী চৎনবোল নত্তে, অছুবু বাঙাঙঃ জইবা মশাগী ওইনা থোকহন্দনা লীলাগী লমচত্তদা পানশিন্নগ

কবিগী ফজবা কল্পনাগা লোইননা ফোঙদোক্লবদি চৎনরোল কায়ববস্থ ফজবা শক্তম অমা ওইহল্লি। শেকসপীয়রগী Soliloquy কয়ানা ভাবোক্কী থস্মোইদা পালহনবা, ইথক হৌহনবা থৌথোয় থেংনদবা নত্তে। শেকসপীয়রনা অফাওবা লীলা ইবা অমা ওইরিবসি, কৈদোম্নুংদা মহাক মশাগী বা মাগী লীলাগী মীশিংদুগী মচিন্দা ঙাঙহন্দে। লীলাগী লমচৎ পুম্নমক্তদি মহাক অদুম্মক য়াওবনি. অদুম্নদি ওইরগা মহাক মফম কৈদা শকউৎথোকপদি তৌদে। শাইলক্না হায়রিবা বাতু মাগী বানি, অদুগা থাসানিও নত্রগা পোরিশিয়াগী বাতুস্থ মাগী বানি। মতৌ অস্নুম্না মাগী লমচৎ খুদিংমক্কী বাঙাঙদা মহাক মশাগী ফোঙনিংবা পুম্নমক্ত খুৎশিন হৈনা য়ানশিন তোৎশিন্দুনা শেম্বা ওয়বদি, মহাক্তু মায় পাক্লবা অইবনি হায়বা য়াই।

বার্নাড শোনদি হায়, কবিগুম্বা অমা তাকপি তম্বিবা থাঙদনদি পরেং অমফাওবা মহাক ইনিংদে। অদুবু অয়েংবা গযাম্বনদি হায়রিবা মতম্বিসি পাম্লদে। অদুদি হংবা য়াই, লীলা ইবনা কৈদোম্নুংদা মশাগী হায়নিংবা বাতু ভাবোক্তা তাহনবা য়াত্ররা? য়াই, কবিগী য়াদনি, অদুবু মতুগীদমক্তা মহাক মপা চাবা চনবা থোদোক অমদি লমচৎ শেম্বা তাই। ভাবোকশিংদুনা থোদোক অদুগা লমচত্তুগী হৌনশা ওইবা অমদি ওইফম থোকপদু চপ চানা লাকশীনবা ঙমগ্রবদি, লীলা ইবদুনা হায়নিংলিবদু তাবদা থোইনা নাকোয়নননা থোক্লোই। 'বিসর্জন' অদুগা 'মালিনী' লীলাগী গোবিন্দমাণিক্য অমদি মালিনীগী বাঙাঙশিংদু রবীন্দ্রনাথকী তশেংবা মত ফোঙদোকপা ঙাক্লি, অদুবু রঘুপতি অদুগা ক্ষেমঙ্করগী বাঙাঙ ইরকপদা মহাক নোপ্পা, থোওইদবা কৈদোম্নুংদা থমদে। মখোয়গী লিংজেল ফবা, বাথল চেৎপা অদুগা ধর্ম্মদা লুপ্পদু মখোয় মখোয়গী বাঙাঙদা য়োনা ফজনা ফোঙদোকই। অদুনা খুৎশিল হৈবরোমদা লীলা অনিসিনা মহাক্কী মায়পাকপা হায়বদু ওইগ্রিবনি। লীলা ইবা মীদি খুৎশিন হৈবা (শিল্পী) অদুগা তত্ত্ব খঙবা (তাত্ত্বিক) অনিমক ওইবা য়াই, অদুবু মহাক অহানবদবা শিল্পী, তুংদমা তাত্ত্বিক ওইগদবনি।

# ট্র্যাজেডি

## পুন্সি অমসুং ট্র্যাজেডি

পুন্সিদি কন্নিগুম্বদা নোকপনা মুংঙাই ইপাক্তা তাউই, অদুগা কন্নিগুম্বদা কপ্পনা অন্না ইরোম্নুংদা লৈপ্লি। অসুম্বা নোকপগা কপ্পগা য়াম্নবা পুন্সিগী রস অদু সাহিত্যদা শকউৎলকই। অদুনা সাহিত্যদি কন্নিগুম্বা মতমদা হন্নাউ মুংঙাই পুন্সিগী লংলন মঙালনা লৈতেংই, অদুগা কন্নিগুম্বা মতমদনা অবা নপ্পোনন্নবা পুন্সিগী শৃঙ্খা মন্নবনা কৃপ্লি। পুন্সিগী হায়রিবা অসুম্বা শক্তম অনিসি তোঙান তোঙানবা সাহিত্যদা শকউৎলবস্থ, লীলাদা উৎলকপগুম অশেং অশেংনা চঙখোম্না উৎপদি তৌদে। লীলাদদি পুন্সিগী শক্তম অমতমক থল্লগা লৌখৎপা তাই, অদুগা লৌখৎলিবা পুন্সি শক্তমদুগী মতুং ইন্না লীলাগী থোঁদোক, লমচৎ পুন্নমক্ত চৎশিন্না শেন্নগতা খুৎশিন চুম্বা অমদি খুথা হৈবা হায়বদু ওই। উপন্যাস-তদি মরু ওইবা নিপা মপীদুগী তুং তাবকপদু কন্নিগুম্বা মফমদা হকথেংননা খোয়দাম্নিন্নরক্কুনা লোইশিনথিবা (মিলনান্তক। অদুগা কন্নিগুম্বা মফমদনা কায়না মৈশা লাংনা লোইশিহনথিবা (বিয়ো-গান্ত) অদুম্মক যাই। মরম অদুনা উপন্যাসতা খুংশিন হৈনা হৈতবগী শেন্নবা থোইনা পংউ উদে। অদুবু লীলাদদি মুংঙাইবা পোলোই তাহনগে হায়না শেন্নক্লিবা থোঁদোক থোঙং, লোনচং মুংচৎ, মৃক্কহল্লিবা মঙং, রাঙাঙ শাঙাঙশিংদুগা, অন্নাসা পোলোই তাহন্নবা শেন্নকপগা খুৎশিন মান্নবা শেন্নবা য়াদে। মরম অদুন লীলা ইবনা মাগী লীলাদুগী তাবক্কদোরিবা পোলোইগী রাহু ইহান হান্না লেপথোক্লগা লীলা ইবদা খুৎথাগদবনি। অহানব-মক্তদগী মুম্না থনগদবনি, পুন্সিগী করম্বা রস মহাক তাবোক

মাংদা উৎনিংলিবনো —নোকপনা খোইথুম্ববা কমেডিগী রসরা নত্রগা অৱাবনা তুহৎলবা ট্র্যাজেডিগী রসরা হায়বদু?

পুন্সিগী তশেংবা শক্তমসি করম্বদগী হেন্না মরেক লানা ওই— পুকচেল তিন্নবা অমত্তা ওইবগী (মিলন) নুংঙাইবদরা নত্রগা কায়নবগী (বিচ্ছেদ) অৱাবদরা? পুকচেল তিন্নবা অমত্তা ওইবা হায়বসি ঐখোয়গী কংজনিংবা পম্নংনি, অদুবু মদু পাক পাক চক খোকপদি নত্তে। নুংঙাইবা ঐখোয় পুম্নগী পামজবনি, অদুবু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা তাঙবদগী তাঙলবা পোৎশক্নি। অঙাংনা চক পোক্লকপদা কপ্নি, শিরমদাই ওইরবা মীসু তাইবং তৎনবমদাইদা মমিত্তা পি শম্বরকই। পুন্সিগী হোৱকপা লোইরকপা কপ্পা ৎক্কি। চৈরকী মতাংদদনি অৱা নুংঙাইগী বেকু লোৎপী শান্নরিবা। অদুবু নুংঙাইবনা কপ্লিবা পুন্সিগী শককসি কয়ামুক্তি হাপ্পি। আত্তিযাগী ফজরবা মচুগী চুমথাং— ওখোক্লা ফজে অদুবু উরম্বা লৈরম্বা মতমদি ওস্তোক তেপ্লি। তুরেলদা তাউথরকপা কাজোল— য়েংবদা পুক্লিং হুই অদুবু মিংনকুপ্পদা অহুম্মক তাকথি। নুঙাইবসু মচু কয়াগী চুমথাং অমদি তাউথরকপা কোঙোনগন মিং থরা ফজে অদুবু মতমদি ঙাইহাক্তংতগীনি। অদুবু . ক্ত অমনা নৈখাযরক্তুনা নোংমদোল্দা নোংগী মপেনা অথাব ৎৱাউ তৌরক্লিবা, মালেমগী থবাক শেগাক চিংখাইরক্লিবা, ংদোন নীংখাযরক্তুনা লৈমায়থক্তা ওম্বরক্লিবা সমুদ্রগী ইথক মমগা অমগা কপ্লবা শাফুদা য়ৈথায়নহল্লিবা. অদুগুম্বা শক্তিদু ’থিরবা অমদি তমথিরবা ফনমক ওইরবসু, লৈশেমগদি মঙুম্মক থাঙলোয়নম্নবনি, অদুনা মদু লেঙত্রবা তশেং তশেংলবা অচুম্বনি। মতুম্বা অৱাবগী মশক ওইরবা, নুংশি হৈত্রবা পুন্সিবু শকথবক্তনা ুন্সিগী থ্বাইমক্তগী হেন্না চুরবা মনুংমক য়োশিন্না শকথঙবা হায়বদু ’ইবনি। পুন্সিগী ইথৌদু শারবা লৈকংলারক্তা লম্নাংনথি, আশাগী থাংলবা নোঙবা মযোন্দু থাঙঙমজবা শাযুনা য়েথেক্তুনা

লৈমায়থক্না চোইজাইননা তাখি, মঙলানগী মণি থান্নবা ফুত্তাদু উনা উনা উফুলথোক্না নিঙথায়্রখি— মসিনি মীওইবগী পুন্সি ! অসুম্বা পুন্সিগী অচুম্বসি মমুং তাঙ্গা শরুখঙলকপতনা শিল্পকলা থোক্লকপনি, দর্শন থোক্লকপনি ধর্মসাধন থোক্লকপনি। ট্রাজেডিগী মঙুংদা হায়রিবা অসুম্বা পুন্সিগী অচুম্বশিবু অয়োবী থাক্তা ময়েক লানা শকউৎলি। অছুনা ট্রাজেডি হায়বসি শিল্পসাধনাগী খ্বাইদগী হেন্না চঙথোক্লবা থুংলেম্মি। ট্রাজেডিদা মাঙরিবা লিপা হূপীহূগী মাঙাঙ বাক্তা অমদি পুন্সিগী পোলোই অত্থূনা ঐথোয়বু লম্ফাংলবা তাইবং পুন্সিগী লেপ্পাইদবা চৎথরক্লিবা পল্লেপক্ত খঙদবা বাহং অদোমদা থম্মোই ইপোম লাংহলি অহুগা অমুকন্থ অদ্ধাবতা মায়োক্নবা পুন্সিনা থোনা কনা মাযোক্নরিবদু উবদা ওকপনা থবাক য়ৈহল্লি।

মীথোই মীহেল্লবা ট্রাজেডি ইবশিংনা পুন্সিগী অচুম্বা চুংশি-নিংঙাই ওইরবা, থম্মোই শোক্লবা অচুম্বহু রস জেন্নবা শক্তমদা তক্কন শক্তাক শকউৎপিরক্লি। সফোক্লিসনা হায়, And none can be called happy until that day when he carries his happiness down to the grave in peace. নিংথৌ ইডি-প্পাসকী পোক্লোই কয়াদা অকিবগী মশক্লো। শেক্সলোইহু উৎকপদ সফোক্লিসনা হায়্রিবসি তশেংনমক অচুম্বনি হায়না থক্লি ইউরিপিডিসনা Medea নাটকতা হায়,

The man completely blest
Exists not. Some in overflowing wealth
May be more fortunate, but none are happy.

কনাবত্তা হুংঙাইবা য়াওদে, মসিনি পুন্সিগী দর্শনগী জেওজব জেথোকথোক। কনানা ইকাই খুম্নবা কয়নি, কনানা কনাইগ জোক্না লৈনি, অছুম্ব তাবমকলি অসেব্বা নত্তবা? অথঙ অহৈনি হায়মুনা মশাবু উথোকচন্নিবা, মাঙাঙ লাইবা তাইনা ঙাক্তলিব তারবকলে, ইউরিপিডিসনা খ্বাইমতলী অপওবলি হায়না হুম্ব.

ওয়ামক কায়দবনি, ওয়মক অরেম্বনি – 'Vanity of vanities, all is vanity.' অথেলোনা ডেসডিমনাবু হাৎলমদাইদা হায়—

So sweet was ne'er so fatal. I must weep.
But they are cruel tear ; this sorrows heavenly.
It strikes where it cloth love.

কয়ামুক্তা য়োনা থম্মোই শোকথ্রবা চেনাখোলনো বাহৈশিংসিদা লোঙদোক্লিয়সে। অময়োমমদা খিংডনম্নবা মুংশিবা, অময়োমদনা লাকচমল্লবা লম্মন খুঙ্গিংব অস্তুবা লাইগা তিংচাবগনা ওৎথায় নৈথায়বদগী খোক্লকপা হু-চেন্নবা অমৃতসিনি মীওইনা পুন্সিনা হংলিবা। হংলিবা ওয়মকগী থ্বাইদগী হেন্না শাথিবদি নিঙবা কায়থা অমা শোক্লকপসিনি মশিংনি পুন্সিগী শাগোম্নরবা লায়-নাওম মৈচাক কন্না লাংলক্লিবসে। ওয়মক মাঙ তাকথ্রবদা 'প্রফুল্ল' নাটক্কী যোগেশনা হায়রকই

'উরবয়া, উরবয়া, য়েংউ, শিয়মদাইদস্তু উনি অতুম, য়েংউ তাসে, যেংউ। ঐনা শেমজবা লৈকোন্দো কংহুনা মাঙখ্রে! প্রস্তোকপনিদকো। ঐনা শেমজবা লৈকোন্দো কংহুনা মাঙখ্রে।'

কথা থানা, কয়া চেকশিন্না মীওইবনা মপুন্সিদা শেমগচ্চবা লৈকোন্দো লৈকোন মপুগী মিংথকমক্তদা তম্না অতুম্মক কংথি মাঙথি। লৈকোলগী লৈবাংশিংহু কেন্দুনা তাথি, উনাশিংহু কংহুনা মাঙথি, কঙাউনবা নুংশিংকী শাউমদা উপালগী পিক্লবা কংলবা মশা মরেংশিংহু তনিক তনিক্লা থাঙহুনা লৈ। থ্বাইদগী হেন্না বাম্বিবদি লৈকোলহু অতুম্না শিথয়কপসি মিংমক্লা উনা উনা হিংলিবা মপুহুম্নি। উজাউ অমা মায়কৈ শীন্না মশা মরেং শন্না মনা পূডনা হৌরিঙৈ মতমহুদদি উচেক কয়া মশাহুদা তোংলহুনা হুংশিমা শৈশক্লে, মী কয়া মাগী মকমদা চঙহুনা পোথানরৈ। অতুবু উজাউহু মনাপূম্বা কেনশিল্লক্লবা, লৈরাং লৈশাং অমুক মত-থিদ্রবা মতমদদি, মহাক মথন্তমক কংলবা মশাশিংহু, আতিয়াতম্না

য়েংলছুনা ভেংথাছুনা লেল্লকই। মতৌ অসিমক্তা মাল্লনা তাইবং মীওইবগী পুন্সিস্থ অশিবগী খুদমক মথল মথেল চামথোক্লা মশাদা শাগোল্লরক্লবস্থ, পুন্সিগী থৌদাং লোইদছুনা অস্তুম লৈরকপা মতমছুনি মাগী খ্বাইদগী খম থেংলবা ট্র্যাজেডি ওইরিবসে।

## ট্র্যাজেডি মশক লেপ্পা (সংজ্ঞা)

ট্র্যাজেডিগী মশক তাকপদা সমালোচকশিংনা মথল মথেল কয়া থোক্লা নৈনৈ। অছুবু মথোয়না নৈনরিবপুম্বছু মরু ওইনা অ্যারিষ্টটলগী সংজ্ঞানা য়ুম্ফম ওইবগা শেমগৎনৈ। তশেংনমক অ্যারিষ্টটলস্থ মাগী মমাঙদা চৌথিবা ট্র্যাজেডি ইবা অছুমথক্তী লৌলা লৌথংলগা মাগী সংজ্ঞাছু শেম্মিদি হায়ববু, ঙসি ফাওবদ ট্র্যাজেডিগী মক হুজিনবা রাফম নৈনরকপা তারবদি মাগী সংজ্ঞা খাদোকপা য়াদবোইনা লৈ। অ্যারিষ্টটলনা ট্র্যাজেডিগী সংজ্ঞ লেপ্পকপা মতমদা অস্তুম্না হায়— 'A tragedy, then, is th imitation of an action that is serious and also, a having magnitude, complete in itself; in languag with pleasurable accessories, each kind brough in separably in the parts of the work; in dramatic, not in a narrative from, with incident arousing pity and fear, where with to accomplish its catharsis of such emotions.'

অ্যারিষ্টটলগী সংজ্ঞাসিদগী ঐথোয় ট্র্যাজেডিগী মরমদ মওং মতৌ খরদি লাকশিনবা ঙম্মি। অহানবদা, ট্র্যাজেডি হায়বদি পুন্সিগী করিগুম্বা থৌদোক অমগী মতৌ তম্বনি— imitation of an action। অনিশুবদা, ট্র্যাজেডিদা পুন্সিগী করিগুম্ব হকচিল্লবা serious - থৌদোক য়াওগদবনি। অহুমশুবদা ট্র্যাজেডিগী থৌদোক্তু মশানা অছুম মপুং ফাজবা— Complete

in itself— ওইগদবনি অদুগা লমওনবৈ (magnitude) অমা লৈগদবনি। মরিশুবদা, ট্র্যাজেডিগী লোন্দা পুদাদা হুংঙাইবা পোকহনবগী মচাক — pleasurable accessories য়াওগদবনি। অ্যারিষ্টটলনা মফমসিদা Pleasurable accessories হায়রিবসি ছন্দ অমদি ইশৈবু লৌহন্নিংই। মঙাশুবদা, ট্র্যাজেডিগী মফোঙ-দোক্তি লীলাগী শকওং— dramatic ওইগনি, বারি লীথবা narrative— ওইনা তৌরোই। তরুকশুবদা, ট্র্যাজেডিদা মীনুংশি খোনবা (pity) অমদি অকি অৎবং (fear) অদুম পোকহনথিবনা নতুগী feeling (বাখলশিং) তুদগী মীওইবগী থম্মোইবু কোম-থোকহল্লি। ট্র্যাজেডিগী হায়রিবা অসুম্বা মওং মতৌশিংসি পুথোক্কুনা য়াম্না নৈনখোৎনবা, চিন্দা পাউদানবা কয়া তৌনরে। দার্শনিক হেগেল অদুগা শোফেন হাওয়ারনচিংবনসু মশা মশাগী মত কয়ামকম পিনরে। মখোয়শিং অসিগা লোয়ননা ট্র্যাজেডিগী তত্ত্ব কুপ্না নৈনরবা সাহিত্য সমালোচক খরগী মতসু য়েংশিনবা য়াই। ভিক্সননা মাগী Tragedy হায়বা লাইরিক্কুদা ইরি, Tragedy calls us to witness a conflict, which arouses the sympathies and forces us to take sides, dispels apathy, awakens the sense of justice, kindles thought, dilates the imagination and throws the whole nature into expectancy, into marching order.' অদুগা অমুক F. L. Lucas নসু ট্র্যাজেডি-তত্বগী ৱাফমসি ওস্তোক শন্দোক্না অমদি লৌথুপ লৌকোই লৈত্রবা শাউদা নৈনরতুনা হায়রি— 'So the assence of Tragedy reduces itself to this —the pleasure we take in a rendering of life both serious and true.'

ট্র্যাজেডিগী মরমদা মথক্তা পনখ্রিবা দার্শনিক অদুগা সাহিত্য সমালোচকশিংদগী খঙনিংঙাই ওইরিবসি, ট্র্যাজেডিগী তত্ত্বদি

পুন্সিগী মরু ওইগ্রবা তত্ত্বগী মথুং চল্লি. মরম অঁতুমক্কা তেংবানগী অথোইবা দার্শনিক অতুগা পণ্ডিতশিংনা হায়রিবা তত্ত্বসিবু কন্না নৈনম্লিবনি। মখোয়না নৈনবদগী মসিমদি খঙলে, ট্রাজেডিদা পুন্সিগী অশেংবা অমদি শাথিরবা শক্তম, অৱাবা অতুগা মূক-থায়নবগী শক্তমতমক শকউংলি হায়বা। পুন্সিগী অশেংবা অমদি শাথিরবা শক্তমক্কা লেঙফব্রবা অৱা চৈথা খোঙলোইনহুনা অতুম্মক লৈ হায়বসি ফোঙদোকপনা ট্রাজেডি ইবশিংগী মক ওইবা পাম্দম্লি। অতু ওইরবদি ৱাহং অমা থোক্লক্লে, হায়রিব অতুম্বা লেঙফব্রবা অৱা চৈথাদুঙাক্কা ট্রাজেডিগী মথুংদা ফুল্লিনা খোঙ্থোক্তু ওইরবদি, অতুম্বা অৱাবগী শক্তমতু উরগা ঐখোয়ন নুংঙাইবা পোক্লিবসি করিগীনো।

## ট্র্যাজেডিনা নুংঙাইবা পোকহল্লিবসি করিগীনো?

অপাববু পুন্সিদা ঐখোয়না থাদোকপা পাম্মি, অতুম্নদি ওইরগ অৱাবা অতুমকপু ঐখোয়না সাহিত্যদা অমদি শিল্পদা অমুক উং নিংল্লিবসি করিগীনো? রাম সীতাগী অৱাবনা থল্লবা ৱারি বাপাগী চহি কুম্জা চামচুপা শাযনা নৈচাক, মরৈবাক্তগী তাম্থোক-পিগ্রবা যক্ষগী অৱা তেংথাখোল, শেল্লিগী চাক্লবা শোক্লবা থম্মোইগা খোম্থোক, হার্ডি অতুগা শরৎচন্দ্রগী পিরোযনববা পুন্সি মরেক অসিনচিংবসি পাকনদা ঐখোয়গী থম্মোইসি শাথিনা কায়, অতুমকপ হায়বিবশিংসি ঐখোয় অতুম্মক হন্না হন্না পানিংই। মীওইব পুন্সিগী ট্রাজিক ওইবা শক্তমতু উরকপদা চৈথেং চৈনা, মীপুং শিনা ঐখোয়গী থম্মোইগুংদা কল্ল ইপোম অতুকী মতিক লাংলক্লি-বমথৈ, মহাউ তংনিংখিগ্রবা নুংঙাইবা অমগী ইথিল্লা ঐখোয়গী থম্মুংসি হেন্না হেন্না ইপোম লাংহল্লকই।

ট্র্যাজেডিনা নুংঙাইবা পোকহনবগী মরম নৈনরকপসিগী হৌরকফমদি, অ্যারিষ্টটলগী সংজ্ঞাদা য়াওরিবা catharsis হায়ব

রাহৈহুদগীদি অ্যারিষ্টটলমা হায়রি, ট্র্যাজেডিদা মীহুংশি থোনবা অমদি অকি অথং অহুম পোকহনখিবনা মহুগী রাখলশিংহুদগী মীওইবগী থম্মোইবু কোমথোকহল্লি। লৈসিংনা catharsis হায়-বসিবু শেংদোকহনব — purification হায়রনা অর্থ তৌরি। তশেংবা পুন্সিদা মীওইবনা মীহুংশি পোকপা অমদি থকংপা অকিবনা য়োৗনা হেক্তা থোয়রাং মুংনাংবা পোকখিবা অমা, নত্রগনা হাইফেত্তমক চংঙকুবা পোকপা অমা তৌই। হায়রিবা কিভাম অনিসিগী মরক্তা ময়াই ওইবা লম্বী অমা ট্র্যাজেডিনা পুথোকই। শুকাসনা অ্যারিষ্টটলগী Catharsis নত্রগা Purgation হায়বসি অচুম অবান নৈনরকপদা তশেংবা অস্থুম্না হায, ঐথোয়গী থম্মোই-মুংদগী খম থেংলবা মুংনাংবহু তাম্থোকখিবগী মতম্তা হৌনশাগী ওইবা ঈংলবা ঐথোযগী থম্মোইদা মুংনাংবা অস্থুমক পোকহল্লকপনা শারবা যাম্না হেল্লি।

কংসোনা হায, ট্র্যাজেডিনা ঐথোয়দা মুংঙাইবা পোকহল্লি, মরমদি অতোপ্পগী অবাবা উরগা ঐথোযদা মুঙাইবা মথৌ অমা পল্লুংদা পোকহল্লি। অতোপ্পগী অবাবা উরগা পোকহল্লিবা মহুং-ঙাইইশিবু মনস্তত্ত্ববিজ্ঞাদা (Psychology দা) Sadism কৌনৈ। অতৈ কনা কনাগুম্বনা অমুক মসিগী ওন্না তৈনবদস্থু হায়বা য়াওই। মখোযগী মততা, ট্র্যাজেডিগী মুংঙাইবগী মরুদা লৈরিবসি Sadism নত্তে, masochism নি। হাযবদি ট্র্যাজেডি উকপগা ঐথোয় ইশা ইশাদা অবাবা পোকই অতুগা অতুম্বা অরাবহুদগী মুংঙাইবা মথৌল অমা ইহৌহল্লকই। অতৈগী অরাবা উরগা মুংঙাইবা পোকপসি মীওইবগী মৈহৌরোলদগী কল্লবা ইথিন ওইনা লৈবক-পোইনা তৌই। অ্যাম্পিথিয়েটরদা বোমগী মীশিংনা শাথিনা মুংশিহৈথিজবা দৃশ্য কয়া থরাই তাম্না য়েংশিংলুরিবহু থল্লুবদা, তমথিরবা মহুংঙাইরোমদা মীওইবনা পামশিনবা হেনবগী থুদম ফংই। থাইনদি ওং নৈবা অমদি মীহুংশি থঙদবনা নিংথৌশিংগী

লেমজবা অতুগা মথরাই তাজবা পোৎশক হায়বতু ওইনরম্মি। তশেংনমক হৌজিক ফাওবদসু হায়রিবা অতুম্বা মুংশি হৈতবা মনুংঙাইছু ঐখোয় পাম্নদ্রে হায়বতুদি য়াদে। সিনেমা অতুগা থিয়েটরদা হৌজিক্কী মতমসিদা মরালগী মশক ওইবা হিরমশিং উৎপনা য়াম্না মরু ওইবা ওইনা চৎনরক্লে। তমথিনা ওৎনৈবা, মুংশি হৈতনা হাৎপা অসিনচিংবসি হৌজিক্তি হেক্তমক তশেংনা উৎনরক্লে। মসিনা তাকপদি মীওইবগী লোনচৎ ওইনা মুংশি হৈত্রবা মনুংঙাইসি থাইনদগী লেঙদনা অতুম্মক লৈরি। অতুম অতুম ওইনমক ট্র্যাজেডিগী মনুংঙাইসি মীওইবনা তশেংনমক মুংশি হৈত্রবা থম্মোই পানবদগীনি হায়বতুসু মপুং ওইনা য়ানিংবা পোক্লুদে। ট্র্যাজেডিদা ঐখোয়গী পুক্নিং রাথলসি লীলাগী মক ওইরিবা মুপী নিপাতুগা তৎনা থানত্রবা মুংশিবগী লংলা অমদা। শমজিন্নতুন লৈ। মখোয়গী অরাবতু উরগা ঐখোয়গী থম্মোইদসু অরা চৈন' খোল ফাওবকই। অসুম্বা অরা শকক য়ামিন্নবসিনা ঐখোয়দ মুংঙাইবা অমা পি। মবমদি অরাবা ফাওনিন্নবতুনা ঐখোয়গী থম্মোইদা য়াওন অমা থোকহল্লি। থম্মোইগী য়াওন থাক্লকপদা মুংঙাইবা পোক্লিবা। কমেডিদদি ঐখোয়গী থম্মোইবু কাবক্তম' য়াওনহল্লি, অতুনা কমেডিগী মুংঙাইবদি ঙাইহাক্তদগী ওই অতুগা ট্র্যাজেডিদদি ঐখোয়গী থম্মোইবু হকচিল্লা য়ৌশিন্না য়াওনহল্লি, মরম অতুনা ট্র্যাজেডিগী নুংঙাইবদি কুইনা শাথনা লৈ।

Fontenelle অতুগা শেলিনা হায়, মীওইবগী থম্মোইদা নুংঙাইবগা অরাবগা অতুম তোরোৎ থাদাননা তৎনা থানদনা লৈ, অমনা কাঙলকপদা অমতুসু অতুম ময়েক্লা কাঙলকপদা তাবনি। Fontenelle গী মততা ট্র্যাজেডিগী অরাবসি ভাবনা শাবনি (কাল্পনিকনি), হায়রিবতু থম্মোইদা ফাওবনা ঐখোয়দা নুংঙাইবা ফাওরিবনি দার্শনিক হিউম্না অসিগুম্বা মত অমা ফোঙদোকই, ট্র্যাজেডিনা ঐখোয়দা মুংঙাইবা পিরিবসি মাগী রাঙাঙদা হৈশিংবা—

Eloquence ননি। ট্রাজেডিগী ছন্দ, তনিক তনিকপা খোঙ্গোক, ইশৈ অসিনচিংবসিনা ঐখোয়গী থম্মোইফুংগী অবা চৈনাখোলবু হুৎশাইকরোমদা শকওলহল্লি। লুকাসনা ট্রাজেডিগী হুংশাইবগী খুন্নমসি তোঙান তোঙানবা মতৌগী মত কয়া নৈনবগা মথৈথংদা মহুমা মত কোন্দোক্লম্মি— 'Tragedy, then, is a representation of human unhappiness which pleases us notwithstanding, by the truth with which it is seen and the skill with which it is communicated !'

লুকাসনা হায়বিবসিদগী ট্রাজেডিদা হুংশাইবা পোকহল্লিবসিগী মমদা হিরম অনিথক শঙবা ওম্মি—পুন্সিগী ওশেংবা শক্তম শকথঙবা মতুংগা মকোংদোক্ল' হৈশিংবা। সমালোচনাদা মীথোই মীহেল্লবা নকলনা হায়রি ট্রাজেডিগী লমচত্তা য়াম্না রা থ্রবা মগুণ (lofty nobility) অমুগা খৌনা ফবগী লংলবা মচাল (heroic grandeur) উথা কই অমুনা ঐখোযদা হুংশাইবা পোকহল্লিবনি— ..... The first and undoubtedly the greatest reason for our pleasure derived from the witnessing of a painful drama the prime tragic relief, is the presence in some one or other of the characters of a lofty nobility, a note of almost heroic grandeur.'

মথক্কী দার্শনিক অমসু সমালোচকশিংগী তোঙান তোঙানবা ওশিং অসি য়েংলগা ঐখোযনা উই, মত খুদিংমক্তা অচুম্বা অমা নংগা অমদি অতুম ময়াওই অমুবু পুমচুম্নক হেক চুম্বা হায়বহৃদি নম্ব কৈদা থেংনদবোইনা ঙাক্তৈ। তিবম অসিদা ঐখোয়না ও শক্তী লৈজবা অলঙ্কারশাস্ত্রদা মপুংফাবা অচুমদু থেংনবগুম্না ঙাই। তাইথং মীওইবগী রাথম্মা অথাবা, হুংশাইবা হায়বদচংসি অমুম মপোকই, অমুবু মমংগী ওথ ক্লৌশিম্না শকথংলগা

(বিভাব) চুশিনরবা মিৎয়েং-নায়েং শাওং শাদানচিংবগা (অনুভাব) লোয়ননা, হায়রিবা ভাবতু ভাবোকী থম্মোইদা রস ওইনা কাও-হনবা ওন্নবা মতমদতা রস অহুনা নুংঙাইবওমক পি। অবাবনা করুণ রসরোমদা ভাবরুবদি হায়রিবা করুণ রসতু মালেমগী ওইবা তোক্তুনা লাইরমলেনগী নুংঙাইবরোমদা শকওনখি। সাহিত্য দর্পনদা ইরি—

> হেতুত্বং শোকহর্ষাদে—
>
> গতেভ্যো লোকসংশ্রয়াৎ।
>
> শোকহর্ষাদয়ো লোকে
>
> জায়ন্তাং নাম লৌকিকাঃ॥
>
> অলৌকিক বিভাবত্বং
>
> প্রাপ্তেভ্যঃ কাব্যসংশ্রয়াৎ।
>
> সুখং সঞ্জায়তে তেভ্যঃ
>
> সর্বেভ্যোই পীতি কা ক্ষতিঃ॥

ট্র্যাজেডিদা মীওইবা— পুন্সিগী অবা-অনাবু লীলা ইথল খুৎশিন হৈনা বিভাব অনুভাবনচিংবগা তোংশিন য়ানশিনন রসকী শকুম ওনহল্লবা মতমছুতদা, ভাবোক্না ট্র্যাজেডিদগী নুংঙাই-বতমক কংই। কাউরোইদবদি, লীলাগী লমচত্তুগা ভাবোকশিংগ তংনা থানজ্রবা মরী অমা লৈরবা—তাইবং লোনচংকী শকুম ওইনা শেম্লবা— ফিভন-অছুতদা ট্র্যাজেডিনা লাইরমলেনগী ওইব নুংঙাইবা অমা পিবা ঙম্মি। অবাবা থৌদোক থোকহল্লগং ওইবা য়াদে। অইবগী খুৎশিন-হৈয়বা, থম্মোইদা পানবা বাঙাড মকোঙদোক অশিনচিংবসু লীলাছু নুংঙাইহল্লবগী অথোইবা মচাক ওই। অ্যারিষ্টটলগী pleasurable accessories, ডিউমগী eloquence, অহুগা লুকাসকী the skill with which it is communicated হায়রবনচিংবসিগী মনুংদা ছন্দ, ইশৈ, বাটৈ বাতা, অমদি মকোঙদোক্না নুংঙাইবা পোকহল্লবগী মচাক্সি হায়বসি

অহুমক তাক্লি। মাসি পুরুমকসি অইবগী হৈ-শিংলবা খুথাদা তাংই, অহুনা মমুৎ তারবা চঙখোলবা খুথাতনা ট্র্যাজেডিগী মুংঙাইবা হায়বহু ওই।

## ট্র্যাজেডিগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন

মীওইবা পুন্সিগী অৱাবসি ট্র্যাজেডিদা মথল মথেল নাইনা শক্তম লাংই হায়বসি চুম্মি, অদুবু যুগ যুগকী সমাজগী ফিভম নৈনরকপা, চাউখৎ খোঙথাং পাররকপা অদুগা অকোয়বদা লৈরিবা মুয়োম্বনগী শাজৎ শক্তম হোংনরকপগা লোয়ননা, হায়রিবা অদুবা অৱাবদুগী শৈকোকম অমদি থাংনরক্লিবা খোঙচৎ খোঙলৈসি হেক হেক শকওল্লকই। সফোক্লিস, শেকসপীয়র, অদুগা ইবসেন হায়রিবশিংসি বাংলবা থাকী ট্র্যাজেডি ইরম্বা তাক্লি. অদুবু মখোয়গী ট্র্যাজেডিদু থন্ন নৈনরকপা মতমদা— সফোক্লিসকীনা মতমদুগী গীক্কী ধর্মসংস্কার, শেকসপীয়রগীনা এলিজাবেথকী যুগকী রাজ-তান্ত্রিক সমাজগী বারোল অদুগা ইবসেনগীনা তরামাপলগুবা শতাব্দীগী গণতান্ত্রিক সমাজগী থৌওং, ঐখোয় নিংশিংবা তাবনি মদুগা লোয়না লোয়নন্না তোঙান তোঙানবা যুগকী সাহিত্যগী থাংলকপা খোঙকম, থাইনদগী চংনরকপা খুৎশিন খুৎশেম অদুগা পুনরম্বা রস মওংসু খন্তবনা চুম্মি। তাইবং মীদি অন্ধানি, তাইবং মীগী অৱাবসু অন্ধানি, অদুবু অৱাবদুগী ফোরকফম ওইরকফম পুখোয়রকপা অদুগা অৱাবদু ফোঙদোক্লবগী খুৎশিন খুৎলোন্দা হৈশিংলবা খুথা তোঙান তোঙানবা মওংদা হেক থানরকই হায়রিবা ফজরবা মথল মথেলগী খুথাশিং অসিগী মতুংইন্না ট্র্যাজেডিগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন উবা ফংনরকই।

গ্রীক ট্র্যাজেডিদা মীওই পুন্সিগী অৱাবগী মরমসি করিনা ওই? অ্যারিষ্টটলনা হায়রম্মী, 'a man not pre-eminently virtuous and, just, whose misfortune, however, is

brought upon him not by vice and depravity but by some error of judgement'। হায়রিবদগী ঐখোয় হিরম থরদি খঙবা ওম্মি। যৌনা হেক্তা ধর্ম চেনগ্রবা (Pre-eminently virtuous) অমদি অচুম্বতা চংগ্রবা (just) মীটি ট্র্যাজেডি থোকপা য়াদে। অদুদি রাহং অমা থোক্লক্লে, মরাল শুকপক পকথিন্নবা মীদুগী অরাবা উৎকপদদি ট্র্যাজেডি ওইবা ওইদব্রা? The Trojan Women মত্রগা The Silver Box হায়বনচিংবা লীলাদা মরাল লৈত্রবা মীনা অরাবা ফংবা অমা ইকাইবা নংবদু ঐখোয় অদুম্মক উই। অদুবু অ্যারিষ্টটলগী রাখলদদি অদুগুম্বা মওংগী অরাবদুদা মীয়ুংশি পোকপত্তমক ঈহৌ কল্লি, অকিবদি য়াওদে, অদুনা হায়রিবা মওংগী অবাবদু গুপেং ট্র্যাজিকা অরাবা নত্তে। অ্যারিষ্টটলনা পল্লিবা error of judgement হায়বা রাহিসিগী মরমদা অথঙ পহৈশিংনা যাম্না নৈনবে অয়াম্বনা ট্র্যাজিকী অরানবা (error) অসি হৌনবা ওইবা অরান বনি হায়বদি পাপকা অদুম খোঙলোইনরবনি হায়না লৌনিংই অদুবু রাখল শেবাম্নথিনহুনা তৌবা মরালগা থঙনা থঙনা চেং মরালগা লেপ্পা অমত্তদা থম্বাদ চুমদে। অদুবু মসিগী রাকমসিং নক ওইবা নত্তে। মক ওইনা য়েংগদবদি, ট্র্যাজিকী খোরিং অরানবদু মাগী তারক্লিবা পোলোইহুগা চুশিনথ্র অমাদি পুং... হায়বসিনি। লুকাসনা ট্র্যাজিকী শাথিনা লানবা (error) অসিগী মরমদা ফজরবা রাহৈ অমা হায়রম্মি— 'And the peculiar virtue of the Tragedy of Error is that it is convincing in its logic, neat in its form, and poignant in its irony. It remains not the only kind of tragedy, but, as Aristotle says the best.'

অ্যারিষ্টটলনা ট্র্যাজেডিগী মওং লেপ্লকপদা হাক্লা লুবক ... অমসু পল্লমি ট্র্যাজিকী মীশক্তমা রাখল শেবাম্নথিবদগী ক...

অকায়বা শাজং চংলক্লবদি গ্রীখোয়গী থম্মোইদা মাগীদমক ঙুংশিবিবা অমদি অথুকপা অমা পোক্লকই হায়বসি মথক্তম্হ পনগে। অদুবু অতুগুম্বা শাজত্ত্ব করম্বা মতমদা ট্র্যাজেডিগী মমুং চনগনি? .য়ক্লবা অমনা য়েক্লবা অনগী মফমদা কবিগুম্বা অকায়বা লোনচং শাজং চংলকপতু ট্র্যাজেডিনি হ মনা .লৌবা য়াদে। মরী লৈনদবা (indifferent ওইবা) মীশক অমনা লাম্বা পান্নকপতুমু করিগুম্বা ট্র্যাজেডি অমতা ওইদে। অদুবু চায়বা, ঙু শিনা মীওই অমনা কারল চংলকপা, পুকচেল তিম্নদবগী থোদৌ তৌরক্লবা মতমতুদদি ট্র্যাজেডি থোক্লকই। মাচন মনাউ অমগা অমগা চুমদবা শাজং চংনরক্লবা. মচাগা মপাগা মৃকনরক্লবা, মমাগা মচাগা থংনা চনবা থোরক্লবা, হকপান্নম্বিবা মুপী নিপাগী মমুংদা পুকচেল পায়জেল তিম্নমক্তবা উবক্লবদি মীওইবগী থম্নথেংবা ট্র্যাজেডি শায়বতু ওই। হায়'বনা ট্র্যাজেডি অসি গ্রীক নাটক্তদা .ত্রে, মতম পৃম্বগী নাটক্ত অতুম্মক উবা ফংই। ইডিপাস, "লক্ট্রা, হ্যামলেট, ওথেলো, লৌযব, বিক্রমদেব, গোবিন্দমাণিক্য, শাজাহান অসিনচিংবা অথোইবা ট্র্যাজিক লমচংশিংগী মমুংদা শায়রিবা ট্র্যাজেডিসিমক ঐখোয়না উই। মতুক্তবু ঙুংশিজবা, মহাক্কী য়াইকনবতা থনবা, মহাক্কা মুংঙাইবতু উজনিংবা মীশক্তগী .কমদা থিংমজবা .োদনকাল অনগী থৌশিন্দগী য়েক্লবা ওইবা ..রক্লবা, মাবু মক্ক ফংনা মাঙনবা শীক্লবা, মতমতুদদি মীওই .নিগী ম্নাইমক্তগী থম্মোই শোয়্বিংঙাই ওইববা ট্র্যাজেডি হায়বতু ই। চায়বা, ঙুংশিবা, পাম্মুবা, ফজ লোনচং অমদি ইথৌ .শক থঙবা হায়বদ্ধ লৈবদগী ভাইবং পুজিদা ট্র্যাজেডি হায়বতু পবিবনি। থম্মোইগী হৌনশা লোনচং হায়বা অমা লৈবনা, .দুগী তাম্মোনবতু উবকপদা ঐখোয়গী থম্মোইদা মীঙুংশি পোকপা অমদি অথুকপা পাথংপা হায়নতু পোক্লক্লিবনি।

মথক্তা আরিষ্টটলনা ট্র্যাজেডিগী শকক ত্তনা থোকপগী

বাফম পনথিবছুগী মন্নুংদা ইশৈগী শরুক্তু কোরাসতগী লৌরকপনি। হৌজিক মতমগী মিৎয়েংদা য়েংলবদি, হায়রিবা কোরাসসি নাটকী মন্নুংদা শেমজিন শাজিনবা অমদি কান্নদবা ওইনা থনবা য়াই। অদুবু বাফমসিমদি থনবনা চুম্মি, হায়রিবা কোরাস ইশৈসিদগী ট্রাজেডি থোকখিবনি। ডায়োনিসস মন্দিরগী অরাংবা কাংথক্তা খুলগী ভক্ত পুজারশিংনা শকথিবা কোরাস ইশৈ অদুদগী ট্র্যাজেডি পোকখিবনি মতুংদা লীলাগী নিপা মুপী অদুগা রাস্তাংশাস্তাং ট্রাজেডিদা হাপচিনখিবনি। মথং তাথককপদা হায়রিবা কোরাস অসিনা লীলাগী মন্নুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা শরুক ওইখি। ইস্কাইলস অদুগা সফোক্লিসকী লীলাদা হায়রিবসি অতুম্মক থেংনে। অদুবু ইশৈগী লীলা থোকাথ হায়তুনমু, লীলাগী ওল্লক্লিবা থোঙচক্তা অমসুং তশেংলবা মুপী নিপাগী থম্নুংদা মরু ওইরকপা অমদি থৌরাংগী থৌদোকরোমদা শল্লবা শারু শিখিবনা ইশৈগী শরুক মাংশন্লক্লে, হৌহৈ বাতানা লীলাগী অমত্তা শায়রব শরুক ওইথোকলক্লে।

গ্রীক থিয়েটরদা থিক্কং অমগা শিজিন্নদে। কোরাসন দৃশ্য অমগা দৃশ্য অমগা শমখৎনহল্লে। মাগী, লোনচৎ শাকং লোমদা হৌজিক মতমগী লীলাদগী অঙ্ক অমসুং দৃশ্যগী খায়দোব খায়থিন অংখ মমতদা থাংথোকরক্লে। লীলা অয়াম্বা সে অমত্তদা ঐগা দম অমতদা থোংলাক পুম্নমক পুশিন্দুনা শোং রক্লে। ইবসেনগী 'The Pillars of Society, Hedda Gabler অদুগা রবীন্দ্রনাথকী 'মুক্তধারা', 'রক্তকরবী অসিনচিংবা লীলাদা দৃশ্য হাংদোক হোংজিন করিমত্তা য়াওদে। লীলাদা উৎনিংলিব থঙচক্লিলিবদু কনশিন্নবা অমদি থোয়জংহন্নবগীদমক্তা লীলা ইব শিংনা অরিস্টটলগী One and complete action হায়ব অদোমদা খুৎথাংনরে।

ট্র্যাজেডিগী হৌখৎলকপা গ্রীক লীলাদগীনি, অদুবু ট্রাজেডিগী

মথেংনা চাওখৎপদি এলিজাবেথ মতমগী লীলাদা থেংনৈ। গ্রীব লীলাদা লাইবক্কী লুংশি হৈত্রবা নোংদমখোল অদুগা পুন্সিগী লাইনাইত্রবা অৱাবগী শক্তম তশেংনদি শক্তাকই হায়ববু, মহুদা টুংলিবা পুন্সিশিংদু য়াম্না শেংবা, ৱাখল মক্তবা অদুগা চৎনম্নিবা দস্তুদা মথৱাই লুপ্নি। অদুগা এলিজাবেথ মতমগী লীলাদদি ঐখোয়না ট্রাজেডিগী অৱা চৈথেং অদুগা মৈৱুন চুবগী তশেংবা শক্তমদু উই। মতম লিৱাইগী মীদি লুংস্ত লুংশিনৈ অদুগা তুকচু ঙক্চনৈ, মালং ফুডা শানৈ, আশা চাউনৈ, অদুগা অমুক্তা কল্লক শেহৌবনা কঙাউনৈ, নিঙবা কান্নরকপদা থৱাই চাক্না তেংথানৈ। মাইগা মীগগী ৱা নত্তে, মীগা মীগা শথেং পাম্বোম ঙাননা ...যনরকপদগী পুন্সি সমুদ্রদা যান্নরবা অমত্ত পোক্লকপদু এলিজা-বেথ মতমগী লীলা ইবশিংনা থক্লে। মাবলোগী ট্রাজেডিদা ...ডুহন্নবা লেনবা মীথোই মীহেনবা মীওই অমথক্তংগী লাম্থং-...পা অমদি অৱাবা ...বগী শক্তমদু উবদি ফংই হায়ববু, শেম-...পদা খুংশল চঙখোন্দবা অদুগা মীওইবগী থম্মোইদা ফাও-নবদু ৱাংপদগী লীলাদু অচৌবা ট্রা...ডি ওইবা ঙমখিদে ...জেডিগী য়োনা মাইপাকপগী শক্তম... মতমচুপ্পগী অথোইবা লীলা ইন ওইনা লেরবা শেকসপীয়রগী ড্রামাদা ঐখোয়না উব ফংই। শেকসপীয়রগী ট্রাজেডিদা ...স্তাংগী থৌরম থোদোক-নৱা কায়না হা'থা অদুগ' বা হেন্ন' মচাক শেমজিনবা য়াওই, অদুবু তশেংবা ট্রাজেডিদি মপান্থোংগী থবক অমদি থৌওংদগী ওইবা নত্তে, মাগী তশেংবা শক্তমদি থম্মোইন্নুংদগী ফোঙদোরক-পনি— তাযোন্নবা শান্নং অনি যৈথায়নবকপদা— conscience বা Policy গা ফাওমদনা থন্নুংদা মূকথায়নরকপদা। হামলেট লীয়র, ম্যাকবেথ, ওথেলো হায়বনচিংবা মথোন্ন খুদিংমকসি হায়-রিবা লাম্ফমসিদা শাথিন্নবা চৈনাখোল ফংবা ঙাক্নি। শেকসপীয়রগী ট্রাজেডিদা শিবা হায়বসি তংঙাইফদনা চঙলবা পোৎশক অমা

ওইদি হায়রবু, শিবতনা ট্র্যাজেডিগী খ্বাইদগী হেন্না থম্মোই শোক্নৰ শক্তমদি নত্তে। ট্র্যাজেডিগী অয়োৱী য়োনা থম্মোই শোয় শকউৎপদি শিবদগীসু হেন্নবা অরা মৈচাক ফংনা ফংনো হিংদুনা লৈবত্তুনি।

এলেজাবেথকী যুগতা ট্র্যাজেডিনা য়োনা মায়পাকপগী তশেংলবা শক্তম উৎলবসু ট্র্যাজেডিগী খোঙচত্তি মতাংহুবাইদা লেপ্পা লৈতে। মতমগী খোঙচৎ হোংলকপা তুংইন্না ট্র্যাজিক্কী খুৎশেমসু শকওন্নরে। হৌজিক্কী যুগকী তশেংবা শক্তম উৎপ (বাস্তব) সমাজ য়াকাইহনবা (সমাজসচেতন) অদুগা চয়েৎনা হিরম নৈনবা (সমস্যামুলক) মওংগী ট্র্যাজেডিগী খুৎইনা হৌরকপা ইবসেনগী নাটক্তগীনি। থোদোক্কী খোঙজেন যাঙবা, কল্প থম্মোই ইথিনগী হকচিন্না মুরুববকপা অরাবা নংবগী যাববা মৈৎ অসিনচিংবসি হৌজিক মতমগী ট্র্যাজেডিগী ৰুগ ৰা মশক উতি দবগুন্না তৌরে। ট্র্যাজেডিনা বাকৎলিবসি হৌজিক্কী মতমদ বস পামজবা থম্মোইগী মফমদা অমুক নত্তে, হৌজিক বাকৎলিবসি লৌশিং অমদি য়েৎনা নৈনবা পাম্বা পুক্নিং থবাইগী মফম ওইরে। সমাজগী চৎনরবকপা লোনচংকা মীওইবা মশাগী ফংফ খোকপা হকা মকথায়নরকপা, অদুগা অর্থনীতি অমদি রাজনীতিদগী থোক্নকপা মত থেন্নবকপগী কন্নবা লান্থেং অসোয়দতা হৌজিক মতমগী লীলাগী ট্র্যাজেডি শেমরে। শেকসপীয়রগী ট্র্যাজেডিগুম লমজং শাজৎনা অমদি থম্মোইগী ইথিন্না লীলাগী অয়োবা শক্তম শেমদ্রবসু, মত থেন্নবগী কন্নবা শাফু পিদুনা তমসিগী ট্র্যাজেডিবু মায় পাকপা হায়বদু ওইহল্লি।

## ট্র্যাজেডিগী অমসুং ভারতকা পুন্সি কিদম

ট্র্যাজেডিবু নৈনরকপদা ঐথোয়না নোংচুপ্পোলগী সাহিত্যতবু পন্দুনা নৈনরে মবমদি ট্র্যাজেডিনা হৌরকপা অমদি নৈ নৈদুনা

খোঙচৎ শেম্নকপসি নোংচুপ্লোমগী সাহিত্যতদা থেংনৈ, থাইনগী ভারতকী সাহিত্যদদি মসিগী খুদম উবা ফংদে। য়েংলুবদা ওয়াক্লা ৱঙ্কিংডাই ওইনা তৌই, অৱা অনা শক্তাকপনা পুন্সি শকথঙনবগী .ক ওইবা হিরম ওইনা লৌনম্লিবা, থাইনগী মহাকাব্য রামায়ণ অমগা মহাভারতনা অৱাবা অমদি থশ্মোই শোকপগী থম থেংলবা ফিভম উত্তুনা মতম চুপ্পগী থুংদগী চেল্লবা ট্রাজেডিগী খুদম ..না পিরম্নবা, অদুগুম্না নৈপাক্তা ট্রাজেডিনা মরু হুম্লিবসি ..নোং? করুণ রস শেম্বদা অসুক কুপশিন্না হৈশিংগ্রবা সাহিত্য ইবশিংনা, সাহিত্যদা অৱাবনা পোলোই ওইবা ফিভমসি ..রগী দমক্তা উৎনিংলমদ্রিবনো, মসিগী রাহংসিসু ঐখোয়গী থশ্মোইদা চেক চেক পোক্লকই। সংস্কৃত সাহিত্যগী লীলা অয়াম্বগী মচাক শেম্লিবা বারিগী লেঙফম্রবা পোলোইসি কায়নবা অমদি মরাবনি, খুদম ওইনা বিক্রমোর্বশী, উত্তর রামচরিত অসিনচিংবা। অদুবু লীলা ইবশিংনা খুৎশেমগী উপায়না হায়রিবা লীলাশিং মথুগী পোলোইদু মুংডাইবা মিলনান্তক) য়োমদা তাহল্লি। মখোয়দু সংস্কৃতগী লেঙত্রবা অয়েপ্পা ফিদম্রোমদা পুম্ন চুপ্পগী ওইনা খাঙহনা লৈ, লাইরিক মতা মতাদুগী বস তারকফমগী বা মখোয়না থোঙডাম্না অমুক খন্থরুবা তৌদে। সাহিত্যগী অসুম্না থাদোকপা য়াত্রবা আদর্শ অসিদগী মখোয়না লৌরম্লিবা পুন্সিগী শকঙ মমদি রসকী মিৎয়েং অদু হাইফেন্তুং অতুক নৈনবনা চুম্মি।

ট্রাজেডিদা ঐখোয়না পুন্সিবু অৱাবগী শক্তমঙাক ওইনা উইদি হায়ববু, অদুম্বা অৱাবঙাক ওইবা শক্তমদুগী মপাম্মা পুন্সিবু অমুক্তা চেন্না ফজহনবা অমুক্তা চেন্না নঙ্গ লেহনবা হায়বদু ওইহল্লি। য়েখায় থিনগায়বা নৈবনা পুন্সিসি অসুক য়ৌনা অকি তুজুং পোক্লিবনি, চৈথেং চৈনা নৈবতনা পুন্সিসি অসুক য়ৌশিন্না পামজনা খোয়দাবা ওইরিবনি। ট্রাজেডিদা মীওইবনা মায়োক্নরকপা শক্তিগা মসুম লেপ্তুনা লান্থেংনরকপদা কান্নদবা অবেম্বদা তারকপা অতুগা

মমৈদা পুন্সি ফাওবা কথোক্লকপা মতমত্তুদা অরাবগী মতুম্বা নিংথি মিংচং অতুগা মীওইনা পোকপা মপোক্কী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা ইকাই খুম্নবত্তু মকা লাম্না ফোঙদোরকই। মরম অতুনা ট্র্যাজেডিগী পোকফম ওইনিংঙাইদি, জগৎকী থৌওংলোমদা য়েৌনা হেক্তা থরাই লূপ্পবা, লুংঙাই পুন্সিগী ইখৌ কন্না লাংলবা মফমত্তুদনি। নোংচুপলোমগী লমদা হায়রিবা অতুম্বা মথরাই সপ্পা অমদি হখোলাংবত্তু মপুং ফানা লৈবনা মফমত্তুদা ট্র্যাজেডি পোক্লকপা হায়বসি হৌনশা ওইববনি। অতুগা ভারতকী ওইবা পুন্সিদর্শনদি পূর্বজন্মগী কর্মফলদা শিন্নথোকই, হন্দকী মপোক্কী শুাংনজবা নোমজবা পুন্নমক কান্নিঙাই ওইত্রে হাযনা থল্লবস্তু, মথংগী মপোক্কী লুংঙাই য়াইফনবনি হায়বসোমদা থন্দোকই। তিংননবগী অপাম মিহৌ করিস্তু থোইনা পোক্তুবা মফমত্তুদা, তিংলুবদা অরেপ্পদা শাবকপপী ট্র্যাজিক ওইবা অরা রাখলত্তু করম্না পোক্লকদৌরিবনো? ভারতকী ওইবা পুন্সি মিংযেংদি, নোংদম খাল্লোমদা লেপ্পমক থাজবা ফনা লৈরবস্তু কোকওমত্রবা অরাবগী শক্তম ওইনদি সাহিত্যিকশিংনা য়েক্লুবা পামদে, মরমদি অতুম্বা শক্তমত্তু য়েক্লুরবাদ মীওইবগী মপুক্লিংসি লাইনা তম্বিরকপা থৌজাল শক্তমত্তুস্তু মীরাযথোক ওইনা থল্লকপা য়াই হায়না। অতুনা খুংশেম্নবু ওইরবস্তু লাইশেম্নবু ওইরবস্তু, অরা অনং পুন্নমক নাঙ্গোক-হল্লগা মক ওইবা নিপা মুপী অনিত্তু লুংঙাই পস্থুং থুংনহন্দুনা ভারতনা হায়রম্বা শাযদনা ভাবোকশিংগী মথরাই চাকপত্তু কোকহন-বগা লোয়ননা, ঈশ্বরগী মফমদা চেংনা থাজবা, য়েৌনা পেজবা পাকহন্নবা কন্না লাক্লবোইনা তৌই।

সংস্কৃত সাহিত্যগী অস্থম্বা রসকীমিৎয়েংসি তুংদা থোক্লকপা তোঙান তোঙানবা লোলগী সাহিত্যগী পোলোইরোমদস্তু অত্তুম্মক চংনরকই। অমুকস্থ তংশংবা ওইনা হায়রবদা, কাব্য পুন্নমক্কী পালোই তানকপসি তাইবং মীওইবগী শক্তমশিংত্তু স্বর্গদা

রৌহনবনি। ঐখোয়গীদি পুন্সিগী য়োনা খৌরাঙজরবা পোলোইসি মর্তদা নত্তে, স্বর্গদনি, মসিগী রাকমসি কাউত্রবতদা ভারতকী সাহিত্যগী পোলোই তাকপা রসকী মররমদা ঐখোয় মমুৎ তানা বাখ্যা তৌবা ঙমগনি। বৈষ্ণব পদাবলীগী রারিসি মাথুরাদা লোইরবস্থ কাইনথংদা ভাবসম্মিলন উত্তুনা কাব্যগী অরোইবন্থ অমুক মিলনগী রসরোমদা তাহল্লকই। ধর্ম্মনা জয় ওইবা অধর্ম্মনা মায়থিবা হায়বা, মীওইবগী লমচৎ শেম্নবা অরায়বা লোনচৎসিগী এসনা পোলোই শেমত্তুনা থাক অনেম অরাং মী পুম্নমকী থম্মোই অত্তুমক খোল্লি। ভীষ্ম, কর্ণগী পুন্সিদা অরাবগী শক্তম ফনমক যাম্না য়েক্লবস্থ, মমৈথংদা অইবশিংনা কৃষ্ণভক্তি অমদি মুক্তিগী রাকয়োমদা পুশিল্লকুনা শান্তরস ওইনা তাহল্লি।

হৌজিক মতমগী সামাজিক নাটকশিংদদি নিংথিরবা মওংগী অরাবনা পোলোই ওইবা খুৎই কযাম্থ থেংনরে। মসিদগী খঙবা ঙম্লে, যুগসিগী নোংপোক্লোমগী মীওইশিংস্থ মখল মখেলগী সাহিত্যদা পুক্লিং চঙলকপা, বস কয়াগী রাখয়োমদা খোঙজেল কম্না চেন-শিল্লকপনা অরা পোলোইগী লীলাদা খোয়দানবক্লে হায়বসি। অত্তুবু মত্তু ফনমক ওইত্তুনস্থ মসিমদি হায়রুবদা লুনা খোল্লি, ঐখোয়গী অরাবনা পোলোই ওইবা লীলাসি নোংচুপলোমগী ট্র্যাজেডিগা শারেপ শাওং অক্ষা অমতা ওইরে হায়বসি। নিংথম্বনা মক্ত ওইনা তুহৎপা লমদা কল্লবা লাল্লোংগুম অরাবা খাঙনবা লাক্লরিবা মীওইশিংনা, কল্লবা শাথিরবা অমদি তমথিববা পুন্সিগী চৈথেং চৈনা পুঙরবা চেল্লিবা পুকচেল্লু, ঐখোয়গী ওলাৎবনা মপুং ওইবা, পোথোক চাথোক নিংথিবা অমদি রাখলগী ফজ মঙলান্দা ঈংনা তপ্না তাউত্তুনা লৈবা ভারতকী মীওইশিংদদি খক ওইনিং-ঙাই লৈতে। ঐখোয়গী লৈবাক্তি ঋতুগী খোঙচৎ নিংথিবা, লেহাউ চেল্লবা লমদম্লি। অত্তুনা মক্মসিগী মালেম লৈমনা খোৎপগুম লৈবিবা মীশিংগী থম্মোইস্থ খোৎলি। প্রোফেসর

নিকলনা মাগী Theory of Drama হায়বতুগী লামাই ১২০ শুবদা হায়রি -- 'Tragedy, after all, is not a thing of tears. Pathos is closely connected with pity and neither is generally indulged in by the great dramatists as the main tragic motif.' হায়রিবা নিকলগী বাহৈসি থাহনগী ঐতিহাসিক নাটকী চাউরবা লমচৎশিংদা পানশিনবা য়াবা অতুমক, হৌজিক মতমগী সামাজিক নাটকী মীয়াম্না অতুম খঙনরবা কুশংবা লমচৎশিংদা পানশিনবা য়াবিত্রা। য়াদবা হায়বসিদি খল্লিংলুইদ্রি। অতু অদাবু ওইরবসু লম লমগী মহৌশাগী ফিভম, চৎনরোল, শাকৎ অসিনচিংবদা চাউনা খেন্নবা কয়া লৈবনা, ভারতকী ওইবা ট্র্যাজেডিগী বাকমসি ইতোন পাংনবা নিংঙয় অমত্তোমদা য়েংবদা ভাবনি

# কমেডি

## ট্র্যাজেডি অমসুং কমেডি

ট্র্যাজেডিনা পুন্সিগী হক্লবা অমদি মঙ্গুং হুন্দিল্লবা মায়কৈছু শরুউংলিদি হায়ববু, পুন্সিগী অমুক তয়াং তয়াংবা তকোম তকোম্বা, লুংঙাইবা রসবী মায়কৈস্থ লৈরি। হায়রিবা মায়কৈ অনিসি চিংশিন্নরকপনা পুন্সিবু অক্লম অয়াং মান্নবা থল অমদা থম্লিবনি। নোংজ থাগী শুক্লা মুরবা ঙাইহাক কাংদনা নোংখোঙ কুইনা চুবা নোংছু উনা উনা অতুম শরুতকী তবারবা নোংগী কুম্মেরোমদা ঙনথি। নোংগী ঈবাংলা চোল্লবা থাতিয়াছু ঙাইহাকংগী মঙ্গুংদা চুমপাংগী হরাউ মীনোক্লা লৈতেংলকই। মতৌ অছুম্না ট্র্যাজেডিগী থম্মোই শোল্লবা, হক্লবা চৈথানা মীওইবগী থম্মোইসি ওংথায় নৈথায়বক্লবা মক্মতুদা, কমেডিগী মেতনা খোয়থুম্নরবা খুংশোক্লা চক শোক্লকুনা ঐথায়গী থম্মোইমুংগী মৈচাক, অবা চৈথেং পুৰতু ওন্না অমুক কোকহনবিথি। অসুম্বা কপ্পা অমদি নোকপসি অমতা ওইনা পুমতোং তোংশিন্ননা লৈবদগী ট্র্যাজেডিগা কমেডিগাসি মতম অমতদা পুন্না অতুম খোঙহৌমিন্নবোইনা তৌই। গ্রীক, ইংরেজী, বাঙলানচিংবগী অহানবা খোঙহৌগী সাহিত্যদা ট্র্যাজেডিগা কমেডিগা মতম অমতদা লৈমিন্নবগী রাকম মতাংসিদা পনবা য়াই।

গ্রীসতা ডায়োনিসস হায়বা লাইছুগী নিংথম থাদা তৌবা উৎসবতগী কমেডি অছুগা বসন্তগী মতমদা তৌবা উৎসবতগী ট্র্যাজেডি হায়বসি পোকখি। লাইসিগী পুজাদা Dithyramb Song হায়বা চৎনবী অমা লৈবতুদগী ট্র্যাজেডি থোকখি, অছুগা নোক খেবা হরাউ তন্নায়া থল্লবা শোভাযাত্রা অমদি Phallic

Song দগী বমেন্ডি পোকখি। ইংরেজী সাহিত্যদসু Morality অমসুং Interlude তগী মথং শীংনা ট্র্যাজেডি অমদি কমেডি থোংকখি। ভরতনা মাগী নাট্যশাস্ত্রদা রূপক মখল তরাগী হায় পল্লম্মি—

নাটকং সপ্রকরণমঙ্কো ব্যায়োগ এব চ
ভাণঃ সমবকারশ্চ বীথী প্রহসনং ডিমঃ ॥
ইহামৃগশ্চ বিজ্ঞেয়া দশমো নাট্যলক্ষণে।
[ নাট্যশাস্ত্র। ১৮ শ অধ্যায় ॥ ]

হায়রিবা রূপকশিং অসিগী মনুংদা নোক্নিংবগী রস পোকহনবা প্রহসনগী হায়সু পল্লি। বাঙলাগী নাটক যেংবদসু ঐখোয়না ট্র্যাজেডিগা কমেডিগগী ইচেল মতম অমতদা থাংকমিন্নরকপা চেনমিন্নবতু উই। অসুম্না ট্র্যাজেডিগা কমেডিগা লেংমান্নরবা পরী (parallel) ওইনা থম্বসিনা শাকপদি, যেংলিবা অয়াম্বনা মতম অমতদা হায়রিবা অমা তৈনবা রসকী লীলা অনিমক পুম্না য়েংবতু পাম্মি। মতমচুমগী ওইনা ভাবোরা বম্লবু অরাংবা ধাক্কা থাঙ্গৎপতুগুম লৌশিনবসু হম্বা নিংযেংনা থক য়েংদবোইনা তৌই।

অওইবমকসু ট্র্যাজেডিদা শীথাং-শিংনা নকংনদা তমক লৈরবদি ভাবোক্তা থীন্দনা চোকথবা, লেথোকপা অমা পোক্লকই। অমুন ট্র্যাজেডিগী মনুংদা তয়াং তযাংবা নোক্নিংবা পোকপা লমচৎ নত্রগা থোদোক হাপচিন্দুনা লীলা ইবশিংনা ঙাইহাক অদা পোথোক্লবা শীল্লি। হায়বদা 'রিলিফ' নত্রগা হরাউ তয়াম পোক-হনবা দৃশ্যাশিং অসিনা ভাবোকশিংগী চৈনা ফংলুরবা ঈ তোংশিংদু মহৌশাগী ফিভমদা অমুক হঞ্জিলহল্লি। গ্রীক ট্র্যাজেডিদসু অয়াম্বা মফমদা কমিক্কী লমচৎ হাপচিন্দুনা অয়েংবা অতাবশিংগী মপুক্কি পেন্নবা তোংনৈ। থুদম ওইনা, Antigone অমসুং Bacchae লীলাগী দূতশিং (massengers), Orestes লীলাগী ফ্রিজিয়ান

অহৈবা মীনাইগী লমচৎ, Helen লীলাগী মেনেলাউস অসিন-চিংবা। অদুগা মতুংদা থোরকপা অফাওবা ট্র্যাজিক লীলাশিং— Macbeth কী পোর্টার, King Lear গী ফুল, Ghosts কী অন এঙ্গষ্ট্রাণ্ড অসিনচিংবগী মাফমস্তু মতাংসিদা পনবা য়াই। মগুণ লৈরবা অমদি আদিরস চঙখোম্না ফোঙদোক্লবা সংস্কৃত নাটকী মরু দমু বিদূষকনচিংবা লমচৎ হাপচিন্দুনা অতাবশিংগী মুংঙাইবা পোকহন্নবা শীল্লি।

ট্র্যাজেডিদা কমেডি হাপচিন্দুনা অন্নাবা ভাইহাক পোখোকহল্লগা মুংঙাইবা অমুক পোকহনবা অদুগা মতৌ চপ মান্নন। অমরোমদা অমুক কমেডিগী অন্নাইবা, অয়াংবা রস মরক্তুদা ট্র্যাজেডিগী থস্মোই শোকপা অমদি মুংনাংবগী ইচেল ইরৈ হাপচিন্দুনা রস অদুবু মুংঙাইবগী বল্লবা ইপোন অমা লাংহল্লকই। কপ্পতমক তায়োন্নবগা চোবথবকপা অমা পোক্লকপগুম, নোকপতমক তায়োন-নরগস্তু খোয়রাং খোয়শাউনবা অমা পোক্লকই। মরম অদুনা কমেডিগী নোকপদুদস্তু ট্র্যাজেডিগী কাবকপা ভাইহাক্তংগী ওইবা চৈনাথোল পিদুনা ভাবোক্কা থস্মোই চিংশিন্নবা হোৎণদবনি। অদুম্বা কাবকপা ভাইহাক্তংগী ওইবা চৈনাথোলদু হকচিল্লবা, কাউঙমন্নবা মওং তাগ্রগনা কমেডিগী শক্তমদু ট্র্যাজেডিরোমদা ওন-শিল্লকই। কন্নিগুম্বা লীলাদা ট্র্যাজেডি কমেডি অনিমকী রসতু হকচিন্না য়াওনিন্নরক্লবদি অনৌবা মিংথোন অমা পোল্লকই— কমেডিদু মতমদুদা ট্র্যাজিকমেডি হায়না খঙনরকই। অদুবু তশেংবা কমেডিগী শক্তমদি অবাবদু মঙমচুপ্পদা নোকপগী মখা পোল্লা চৎকদবনি, হায়বদি, অবাবদুনা অনোকপদুবু নমহত্তুনা য়াংখৎ-হনগদবা নত্তে। লীলা ইবশিংনা কমেডি ইচেল্লক্কা চঙক্লনা মুংনাংবগী অন্না শক্তম অমা হেক তোরোৎ থাদানহল্লক্লগা, থীন্দনা অমুক খঙহৌদনা অন্না শক্তমগী লাংদু থদৎথিদুনা, নোং চেল্লবা মুংশা মঙালগুম নোক্লিংবগী ইথক ইপোম মায়কৈ শীল্লা

ঈহৌহল্লকই। খুদম ওইনা অতুক হায়রবদা— শরৎচন্দ্রগী 'নিষ্কৃতি', 'পরিনীতা', 'বিজয়া' হায়বনচিংবা লীলাদা মতম খরদংগী ওইনা অরাবগী লাং থাক্কুনা অয়েংবশিংগী থম্মোইবু কুপশিন্দুনা থম্মি, অতুদগী মমৈ কাইনথৎদা য়ৈখায়বা অমদি লুবনা গ্রাফমশিংদু কোকহনখিত্তুনা মক্তুবা পেন্না খোয়দাবগী মঙাল অমনা ভাবোক-শিংগী থম্মোইম্নংদা পুমঙাল ঙালহল্লি।

মীওইবা পুন্সিগী তপ্পা চিক্লা লেম্বা (Sublime) অমুগা নোক্নিঙাইগী মতৌ ওইবা (ridiculous) হায়বা অনিসি খুবাক খুনমগুম্বা ওই বস্তু, নকপদি ভম্মোক্লা য়াম্না নক্লে। হাইফেক্তুং লৈথোক লৈশিন তৌরকপদা কপ্লিংবনা নোক্লিংবা ওল্লিংঙাইনি, নোক্লিংবনা কপ্লিংবা তাবক্লিংঙাইনি। করুণ রসকী মতৌ উংলক-পদা বনাগুম্বা লীলাগী মীশক অমনা লৎ লৎ তৌনা ঙাঙলক্লবদি, পুংক্লুমক্তদা অয়েংবশিংনা নাপ্পা লাউনা হেক্তা নোকথোরকই মহাক্না য়াম্না ?কশিল্লা য়ানা শেদগচ্ছরনপা রস্তু দিংন কুম্নগী নম্বদা ওন্না তৈন নক্লুমানদা তাবি। অতুগা অমুনা যংগিগী মীশক শাব্রিবা লীলাগী মীতুনা ফাগিগী রস পেন্নহন্নবা তৌরকপদা নাইতৈ চানদনা মমাযদা মনিত্তা নানল ভুরল প টুং উংলক্লবস্থ, ভাবোক্লা নোক্নিবগী মতম্তা নাগীদমক ইকায়বদুম পাদপি।

লীলাগী থোৎলোক শেম্নকপা অমুগা উংলাকপা খুংলীল খন্নরকপগী নতুংইম্না চপ মান্নবা হিরম থোদোক অমবু কনানা ট্র্যাজেডি ওইনা, কনা অমনা অমুক কমেডি ওইনা লেপ্পা অতুম যাই। ক্লিওপাট্রা নাবি থোদোকপু শেকস্পীয়রনা ট্রাজেডি ওইনা ই, অমুগা বার্নার্ড শনা কমেডি ওইনা ই। শেকসপীয়রগী Romeo and Juliet তা লেংনৈ বাখল লেম্নাম্নখিবদগী ট্রাজেডি ওইবা অমুগ Comedy of Errors তনা লেংনৈ বাখল শেরাম-খিবনা কমেডি তারকপা। নিপা মুপীগী নায়না মৈচাক উত্তুনা

করুণরসকী লীলা কয়া অইবশিংনা ইরে, অদুবু কায়না মৈচাকী নোক্লিংলবা মতৌ পুথোক্লুনা উৎলকই দ্বিজেন্দ্রলালনা মাগী 'বিরহ' কৌবা প্রহসন লীলাদা। অস্মা পোৎশক অমত্তবু, অইবনা পুনিংবা ছিরম অমদি খুথা হৈ-শিংবগী থেম্নবা তুংইন্না করিগুম্বদা ট্র্যাজেডি অদুগা করিগুম্বনা কমেডি অদুম্মক ওইহল্লি।

থোদোক থোরমদু মখম অয়াম্বদা ফনমক চপ হেক মান্নবা ওইরবস্তু, করি করম্বা রাখল অমদি খুৎশীল খুৎশৈমদা থেম্নরকপনা ট্র্যাজেডিগা কমেডিগা অস্নুক য়াম্না চাউনা ফরক তানরিবনো হায়বসি নৈননিংঙাই অমনি। ট্র্যাজেডিদা পুন্সিগী লেঙফম্রবা অদুগা তাইবংগী হৌনশা ওইবা লোনচৎপু শকুম লাকই, অদুগা কমেডিদনা পুন্সিগী হৌজিক হৌজিক্কী ফিভম অমদি সমাজগী ওয়্মোক ওনশিন হৌবক্রিবা শকওংদু শক্তাকপা পাম্মি। প্রমি-থিউস, ইডিপাস, অরিষ্টিস, ম্যাকবেথ, লীয়র, ওথেলো হায়বনচিংবা ট্র্যাজেডিশিংসি মখম মতমগী ওনথৈ লাম্থোক্লুনা মতম চুপ্পগী ওইনা বস খঙবা তাইবং মীওইশিংগী থম্মোইদা লেঙম্রবা খুভম ফংলি। মখোয়শিং অসিগী মফমদা, ভসি ফাওবদস্সু হোংবা লৈত্রবা মৈহৌরোলদগী থাওরবপা তাইবং মীওইবগী তোঙানবা রাখল, লৌশিং, ফিদমদি হোংদোক হেংঙাক্তন নাই, অদু ওইদুনস্সু মীদি লেঙদ্রবনি, অহোংবা লাইদ্রবনি। অস্নুপা মতম চুপ্পদা খঙনা উনরবা তাইবং মীওইবগী থম্মোইন্নুংগী হায়ফম খঙদবা থুপ্লবা রুফমাস মতম চুপ্পগী ওইনা ঐখোয় অদুম্মক শকখঙদবা অমদি লাকশীনবা ভমদবা হায়বদু ওইনা লৈরবনি। হায়রিবা খঙভমদ্রবা অথুপ্পা পুথোকপা ভম্নবা মতম পুম্বদা দার্শনিক অদুগা ধর্ম্ম-সাধক কয়া কয়ানা হোৎনদুনা লাক্লিবনি, অদুগুম্বা অথুপ্পদুমক ট্র্যাজেডি ইবনস্সু পাপাক্লবা লাক্লবদু পাম্মি। অদুগা কমেডি ইবনদি পুন্সিবু অদুক কুপশিন্না ওৎনৈদুনা য়েংবদু পাম্লদে, অদুক লুথনা থম্বক্লবদুস্সু পাম্লদে। শাথিনা কন্না নোম্নগা নিঙবা কায়না

অরেম্বদা তারকপন্থু মঙোন্দদি কান্নদবা অরেম্বনি হায়না লৌই—

Why are we weigh'd upon wit heaviness,

And utterly consumed with sharp distress,

While all things else have rest from weariness ?

হৌংবা অসুম্বা ইকোম কোমথোকপা পোখাহুনা লৈথোক্লিংবা স্নরহুনি কমেডি হৌংবগী স্নরদি। থরদং নোক থেহুনা হান্নাই ঙযাম্বা, থবদং হুংডাহথোক্কনা বোয়শান শান্নবা, অসিনি মহাক্কী মথৌদি। পুন্সিদি ওম্বোক্ক। কোম্ম, ওম্বোক্কা য়াংই— মুদগী পাথোক্লকপা কোঙ্গোলনি, অযুক্কী ভাইহাকথক্তং শকউৎলম্বা ডাঙ্গনবা মশেক্লি, তম্না অত্তম কর্নাথবা লেবাংগী মেন্ডলবা লৈনম্নি— মসি নত্তনা অটৈ করিমত্তা মত্তে। ট্র্যাজেডি হৌবনা পুন্সিবু কোয়ক্কম তুম্বগী মিংয়েংদা যেংই, অদুগা কমেডি হৌবনা পুন্সিবু নাকল নামঙ্গী মিংয়েংদা য়েংই। ট্র্যাজেডি হৌবগী নথমদাদ পুন্সিগী মপাম্বোংগী কুয়োমসা ওহদবা মীনম্বান, থনুংগী থাকমতনা অচুম্বান, অদুগা কমেডি হৌবগী মফমদনা থনুংগী থারোলাদ কান্নদবা পোরোন্ন, মপানগী কুয়োমতনা খ্বাইমক্কগী হেন্না কান্ননিংডাইনি। থনুংগী জগত্তাদ মীওহবাসি মশা নথঙ্গমক নডায় অদুগা মপানগী জগত্তাদ মীওহবনা ময়ামগা লোৎনা। সেম্নহুনা ডক্লবা শক্লোন কয়া ওই। অসুম্বা মথঙ্গনক ডায়বা মীগী তশেংবা মশকাসি ট্র্যাজেডিদা থডবা ডান্ম অদুগা ডক্লবা শক্লোন পুবা মীওহবগী তশেংবা শক্কম্না কমেডিদা উবা ফংই।

থারক্লবা মতমদদি ভাইবং মীওইবসি মথঙ্গমক তারকই, অদুগা হুংডাহান্নবৈগী মতমদনা ময়ামগী ওই। ট্র্যাজেডিদা মী অমত্তং নত্রগা অনিদংদনা খ্বাইমক্কগী মরু ওইবা মীশক ওহনা থম্লে। মরম অদুনা ট্র্যাজেডিগী মমিং থোন্নকপদন্থু অদুম্বা মীশক্কুগী মমিং লৌহনা থোন্নি। লীলাগী মীশক অমা অনিদংগা ভাবোক্কী থম্মোই যৌনা খোঙ্গিনবা অমদি তশেংবা অচুম্বা অমগী

য়োশিল্লবা শক্তম উৎপা ঙম্নিংঙাই ওইবনু, মীশক্লা য়াম্লবা অদুগা চয়েৎ খোয়েংনবা থৌরম থৌদোক ওইরবদি ঙম্নিংঙাই অমুক লৈতে। অমরোমদা কমেডিদদি মীওইবগা ঙক্লিংঙাই ওইনা লোয়নরকপগী চয়েংনবা, পুকচেন তিম্মরক্কবা, কাংলম থৌরম হুক্কবা কয়া শক্তাক শকউৎপনা লীলা ইবগী পান্দম্নি। অদুনা কমেডিদা য়াম্না ঙক্লবা মীওই কয়া কয়া পুশিল্লকপা তাবনি। মরম অসিদগী মরু ওইনা কমেডিদি লমচত্তা তাংদে, থৌদোক্তা তাংই। বারি মপুঙদা মশা বারি থেংচিন্দুনা থৌদোক চয়েং নহল্লগা খুৎশেম হৈনা লেংশিনবনা কমেডিগী অথোইবা ধর্মনি। অসুম্না থৌদোক্তা তাংবনা কমেডিগী মামংদি করিগুম্বা নোক্লিংঙাহ ওইবা হিরম নত্রগা পোৎশক লৌহুনা থোক্লি, খুমদদি — Midsummer Night's Dream, Measure for Measure, The school for Wives, The school for Husbands অসিনচিংবাসনি। অদুগা কমেডিদা করিগুম্বা মীশক অমগী শক্তাকপা ওইনা থোক্লবদি, কমেডিদু তশেংনমক লমচৎনা মরু ওইবা, হরাউ ওয়ামগী রস তরাইথোক্লগা মঙুং হুম্জিনবা ভাব ফোঙদোকপা অমদি মীমুংশি পোকপা অরাবনা থনবা ওইনা তৌই, মহুদি — বেন জনসনগী Volpone, মলিয়েরগী The Miser, The Man Hater, Tartuffe অসিনচিংবা।

ট্র্যাজেডিগা কমেডিগা মতম অমতদা তোরোং থাদাননা লৈমিন্নবগী বাফম পনগ্রবসু, মীওইবনা মতমচুম্নদা কমেডিদগী ট্র্যাজেডিবুনা হেন্না পামশিন্না লৌনৈ হায়বসিদি য়াদবা ঙমদে। মীওইবনা নোকপবুদি পাম্নে অদুবু থৌওইনা ইকাই খুম্নরুবদি থক তৌদে। Fool, Jester, Clown, বিদুষক অসিনচিংবসিনা মীওইববু নুংঙাইদি নুংঙাইহনগা, মথোয়না ফংলিবনা থৌশবিদবা, চম্নবিদবা অসিনি। অ্যারিষ্টটলনা কমেডিগী সংজ্ঞা পিরকপদা অসুম্না হায়— 'As for Comedy, it is (as has been

observed) an imitation of men worse than the average, worse, however, not as regards any and every sort of fault but only as regards one particular kind, the Riduiculous, which is a species of the ugly.' ভরতকী নাট্যশাস্ত্রদা অশংবা (শুদ্ধ) অদুগা য়ানশিনবা (সঙ্কীর্ণ) প্রহসন মথল অনিগী বা পল্লম্মি 'প্রহসনমপি বিজ্ঞেয়ং দ্বিবিধং শুদ্ধং তথা চ সঙ্কীর্ণম। [ নাট্যশাস্ত্র। ১৮ শ অধ্যায় ] মহাকস্থ অতোনবা থাক্কী মীংইবু প্রহসনগী লমচংনি হায়না লৌরম্মি--

ভগবত্তাপস বিপ্রৈরন্যৈরপি হাস্যবাদসংবদ্ধম।
কাপুরুষসংপ্রযুক্তং পরিহাসাভাষণপ্রায়ম।
অবিকৃত ভাষাচারং বিশেষভাবোপপন্নচরিতপদম।
নিয়তগতিবস্তু বিষয়ং শুদ্ধং জ্ঞেয়ং প্রহসনং তু॥
বেশ্যাচেটন পুংসক বিটধূর্তা বন্ধকী চ যত্র স্যুঃ
অনিভৃতবেষ পরিচ্ছদ চেষ্টিত করণৈস্তু সংকীর্ণম।
[ নাট্যশাস্ত্র। ১৮ শ অধ্যায়॥ ]

হাস্যরস পোকহনবা নাটক অদুগা প্রহসনবু অতম্মা থৌ বা শাবিদবা ফনমক লৈরবস্তু, কৈদৌনুংদা নীলা হবশনা মথেংযাশিং অসিবু শন্দোক্নগা অথৌবা হবচনবা নীলা শুইহনবদা চঙংলাই লৈতে। গ্রীক্কী Trilogy নাটক শাগনবা ; দ Satyric drama হায়বা ফাগি জুগাহগী লীলা অমা থেন শাগৈ। হিনম খুদিংদা হৈশিংলবা শেকসপীয়রনা থুংনোম চপ মান্নবা থুংলোন অমদা ট্র্যাজেডি অদুগা থুংলোন অমদা কমেডি হরম্মী। ভারতত্বু য়েনা নিংথি ফজরবা রসগী লীলা অমা শাগৎলবদা ফাগি জুগাহগী পিক্তকপা লীলা অমা তোপশিনবসি অয়াম্বদা চৎনরম্মি। মীওইবা হায়বসিমক্তবু মতম চুপ্পদা মশাবু থাক বাংলবা, চীংলেম্নবা অমদি থক ঠৈরবা নীশক অমনি হায়না উচ্চানংই।

মসি মাগী নাপল মওং অমনি। ট্র্যাজেডিদা য়াওরিবা কপ লাউবা অত্থুগা থন্থনবগী নিংথি ফজনা শক্তাক শক্তল্লিবত্থু উবদা মহাক মপুক্লিংদা পেঙবা পোকই। অত্থুগা কমেডিদদি মশাগী লমচত্তু তয়াং তয়াংনা অমদি চঙৎ চনৈননা উংলকপনা মাগী চেকশিন্না লোৎচত্থুনা থল্লিবা শক্তমত্থু থঙলক উরকপোইনা তৌই। মরম অত্থুনা কমেডিনা মঙোন্দা কনমক য়ান্না নুংঙাইবা পোকহল্লবন্থু মত্থুদা মমি তারক্লিবা মাগী শক্তমত্থু মহাক লৌনিংলুবা য়ানিংলুবা লৈতে। মসিনি মীওইষগী বাথন্দা পোক্লরিবা ট্র্যাজেডিগা কমেডিগগী ফিভম।

থাইনা মমাংঙৈদা হকচিনবা রসকী লীলাগা নোক্লিংবা রসকী লীলাগা চঙথোন্না তান্না লৈনবগ্নন্থ হৌজিক্কী মতমদদি অস্নম অস্নমক মাঙশিল্লক্লে। ট্র্যাজেডিগী যৌনা অবাবা উংপা ফিভমত্থু হৌজিক্তি চাং যান্না হন্থনরক্লে অত্থুগা কমেডিগী শাথিনা নাক্লিংবা মতৌত্থুস্ন য়ান্না ফাথনা থন্নরে। তশেংনা হায়রবদা, হৌজিক্কী মতমদদি সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা শকক্কী মতৌগুম লীলাগী লাইবিকস্ন থম্মোইদা পালহনবগী মত্তত্তা রাখল লৌশিং ৈননবগী মাযকৈরোমদা চংথিবনা থনুংদগী ফাওবকপা কল্লবা ইথিন হরাউ ওয়ান্না অমদি মীনুংশি পোকপা হায়বনচিংবত্থু মচং ওইনা অমুক লৈত্রে। নোক থেনা হরাউনা পানবা হায়বসি, মীওইবগী প্লান্দা লেম পানা মরাং কায়না, মশা কোন্না লৈরবা অমদি নুংঙাইথোক্লিংবগী রাখলদা ওটথুনা লৈবা ভম্রগতা ওই। হায়রিবা পুন্সি মবেনসি মতম অমদদি লৈরম্লি, অত্থুবু হৌজিক্তি মমি শামজিল্লক্লে। মীওইবদি হৌজিক যান্না থৌ চিন্নরে, থোঙ-জেল ওস্থোক্লা যাঙনা চেন্নবক্লে, বস চুপ্প চুপ্পত্থনা পুন্সি নুংঙাইনা লেমবগী মতম অমদি ফিভমত্থু অমুক শুকওই ওইদ্রে। অত্থুনা লিশাং শিংনা হাস্য রসকী ইচেন্দা তাউথথত্থু অমুক ওন্নত্রে। অত্থুবু নোকপাসি হৌজিক্কী মতমদা পংথৈ অমা নাইথ্রবন্থু থোর-দাথবা অমদি পোক্লরক্লে। নোক্লিবগী পৌবৱা মপান্নোংতগী ওইবা

মশাগীতা য়েংবা অসিনচিংবা শাজৎকী মীওইশিংবু নোক্লিংনা লণ্ডননিংঙাই ওইবা চৈরাক পিহুনা কমেডিহু লোইশিল্লি। মসিগী মতাংদা Merry Wives of Windsor, Tartuffe, The Miser অসিন চংবা লীলাশিং নিংশিংবা য়াই।

পূনশিন্নবকপা হকথেংনবকপা (মিলন) মওংদা পোলোই চাহল্লকপসি কমেডিগী চংনবী নিয়ম ওইনা লৈববস্থ, পূনশিন্নরকপনা পোলোই ভাবা লীলা মখল মথৈ কমেডি কৌগত্রা কৌরোইত্রা হায়বসিগী মরমদা য়াম্না খন্নৈনৈ। লীলাগী অরোইবদা অশিবা থোক্লগা লীলা পুম্নমকপু ট্র্যাজেডি হেক্তা কৌবা য়াদবগুম, লীলাগী পোলোইদা উনরকপা পূনশিন্নরকপা থোক্লগা লীলা পুম্নমক কমেডি হায়বা হেক য়াদে। শেক্সপীয়রগী হ্যামলেট অতুগা অফেলিযাবু অশোইবা ফাওবা হিংহল্লগা অমুক পূলহন্নবস্তু Hamlet লীলাহু কমেডি ওন্তোবপা য়ানিংঙাই কৈতে। Volpone লীলাগী লোইশিল্লকপহু মরু ওইবা মীশক্তুনা মাঙ তাক্লকপা অতুগা কেনুম শঙদা লৈরকপদনি, অদুবু মতুম তৌবহুনা ট্র্যাজেডিনি হায়না লোনদি যাদে। L T. Potts না মাগী Comedy কৌবা লাইরিক্কুদা মসিগী মরমদা য়াম্না ফজনা নৈনহুনা ইরম্মি। মহাক্না হায, 'The end of a play on a novel is indeed important, but it must be appropriate to the rest of the plot It does not by itself determine the character of the work.' হায়বদি, পোলোইহুতনা য়াদে, পোলোইহুগা লোয়ননা লীলাগী মশাপুম্বহুগা মরী অমা লৈগদবনি, মতুম তৌ-রবতদা লীলাহু মহৈ য়াল্লবা ট্র্যাজেডি নত্রগা কমেডি কৌবা য়াই। লীলাগী মপুম ওইবা শকক্তুগা তায়োম্ননা করিগুম্বা খঙহৌদনা হেক শিবা নত্রগা পূনশিন্নহল্লকপা হেক থোকহন্নগম্ব লীলাহু ট্র্যাজেডিনি নত্রগা কমেডিনি হায়বসি পাক হেক লেপ্পা য়াদে। অসিগুম্বা মওংগী লীলা কয়া অমা লৈ, করি মখলগী

লীলানো হায়বছ্ লেপ্পদা য়াম্না বানা থোকপা। 'সাজাহান' লীলাগী লোইশিল্লকপদা সাজাহানগা ঔরংজীবকা অমুক পূনশিন্নবকপগী থৌদোক থোকহল্লবস্থ লীলাছ্ কমেডিনি হায়বা য়াগজ্রা? 'বিসর্জন' লীলাদা রঘুপতিনা মীওই' ধর্ম্ময়োমদা লৈশীন্নক্‌না ঈংবা তপ্পা লেনবা পুন্সিনা পোলোই ওইরক্লবস্থ ঐথোয় লীলাছ্বু তশেংবা কমেডিনি হায়না লৌবদি ওন্নিংঙাই ওইদে। মরম অছুনা লীলাগী অরোইবা শরুক্ক্ ফনমক হকচিল্লবা ফিভম ওইছ্নস্থ, পোলোইতদা য়েংলগা লীলা মশক তেক লেপ্পা হায়বসি অয়াম্বা মতমদা ওস্থোক্লা ঝুলা থোকই।

অস্থুম্না লীলাগী মশক লেপ্পগী অচুম অয়ান পুথোকপগী মতাংসিদা কমেডিগা লোয়ননা ট্র্যাজিকমেডি অছুগা Drame গা থেন্নবগী বাফমস্থ নৈনহৌবা য়াই। ট্র্যাজিকমেডি হায়বসি কন্নিংঙ্খঃ লীলা অমদা ট্র্যাজেডিগা কমেডিগা থল হাইফেং মান্নবা লৈবছ্খ্ কৌবা য়াই। ট্র্যাজিকমেডিগী পোলোইছ্ পূনশিন্নহল্লকপদা তারক-ইদি হায়ববু, মছুগী মঙ্গংদা অৱাবগী মশক ওইবা মশা বারি নত্রগা অৱাবনা লোইশিনবা লমচৎ হাপ্লি। The Merchant of Vanice, 'চন্দ্রগুপ্ত', 'মেবারপতন' হায়বনচিংবা লীলাসি বাকমসিদা পনবা য়াই। Drame গা কমেডিগা থেন্নরিবনা— Drame গী লমচৎশিংছ্ মীথোক্ক মীহেনবা চঙথোনবা গুণনা লৈতেংই, অছুগা কমেডিগী লমচৎশিংনা টাইপ হায়বদি সমাজগী লোনচত্তগী কা হেনবা শাজংকী মীওইশিংনা ওই। Measures of Measure লীলাবু Drame কৌবা য়াই, মরমদি লীলাসিগী অথোইবা মীশকশিংগী লমচত্ টাইপ নত্তে, মশা মশাগী মশক মথোয়না ফোংদোকই। ফলষ্টাফ হায়বছ্ ফাগিগী character ওইবতা নত্তে, শেকসপীয়রনা character ছবু শীংথানবা য়াবা চঙথোন্নবা মীশক ওইনা লেপ্পি।

কমেডিগী মহৌশাগী অথোইবা শক্তম অমদা নোক্লিংবা

পোকহনবনি। ট্র্যাজেডিনা ঐখোয়দা অৱাবা অমদি মীনুংশিগী রাখল পোকহনবগুম, কমেডিনা ঐখোয়দা নোক্লিংবা অমদি নুংঙাইবা পি। অহুবু মতাংসিদা রাহং অমদি লাকই। অসিগুম্বা লীলা য়াম্না লৈ, মখোয়হুদা নোকহন্নবগী মচাক ইন্নাও য়াওদবা, য়োৌশিনবা হকচিনবা ভাবনা ওনবা, অহুন্নদি ওইবগা লীলাশিংহুগী পোলোইদি অমুক পূলহল্লক্কুনা অপেনবা নুংঙাইবা মওংদা তাহল্লকপা। হায়রিবা লীলাশিং অসিবু কবি কৌবা ভাই। নাট্য-রসকী মাযবৈরোমদা য়েংলগদি মখোয়বু কমেডি কৌবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈতে। অহুবু ঐখোয়না নিংশিংগদবদি, কমেডিগী মরু ওইবসি পোলোইহুতনা নত্তে, লীলাগী মশা পুম্বহুদা— থৌ-দোক অমদি লমচত্তা কমেডিগী অথোইবা spirit অমা লেওদনা অহুম্মক চেলহনবহুনি। কমেডি হাযবসি থৌদোক্তা, লমচত্তা অহুগা রাহৈ রাতাদা কবিগুম্বা অমদগী নত্রগনা ইপুন পুম্নবু ওইরবস্থ অহুম্মক শক্তমহনবা য়াই। বার্গসোঁনা থৌদোক্কগী থোকপা কমিক (Comic in situation), রাহৈ রাতাদগী থোক-পা কমিক (Comic in words) অহুগা লমচত্তগী থোকপা কমিক (Comic in character) হায়না কমিক্কী তোঙান তো-ঙানবা মখল অহুম শুবগী রা পনম্মি। হায়রিবা হাস্যরস মখল অহুমসিগী মতুংইন্না কমেডিবু কাংলুপ কাংলুপ নাইনা থায়দোকই। হাস্যরসতি কবিগুম্বদা লীলাগী রারিগী তুংইন্নদা চংলি, অহুগা কবিগুম্বদনা শাফু কনখংলক্কুনা লীলাগী রারিহুবু লমজিংলকই। কবিগুম্বদা ইফোং ফোংনা শকউংলি, কবিগুম্বদনা লোন্না থুপ্পা ইঙ্গিত্তনা ফোংদোকই। অহু অদা ওইনিংবা অমা ওইরবস্থ, নোক্লিংবা রস অসিনা অয়াম্বা শরুক্তা কমেডিগী মরু ওইবা রস ওইনা লেঙত্রবা মমুংগী ইচেলগুম লৈবনা কমেডিগী থৌদোক অহুগা লমচৎপু শোইদনমক নুংঙাইবা পিনবগী শক্তম ওইহল্লি।

## হাস্যরসকী কাওলুপ থাগৎলোকপা

নোকপদা মচাক অনি চঙই, পুক্নিং অমদি হকচাং। নোকপগী হৌরকফমসি পুক্নিংদনি অদুগা যোঙদোকপনা মীওইবগী হকচাংদনি। করিগুম্বা হরাউবা অমা ঐখোয়গী থম্মোইদা ফাওরকপদা হকচাংগী মক ওইবা ৱাযাৎ থরা ইপোম লাংলক্তুনা হরাউবহু ফোঙদোরবা ঙমরকই। হরাউবদগী পোক্লকপা হকচাংগী ইথক ইপোম লাংবহুনি নোকপা হায়রিবাস। মসিনা মক চেন থম্মোইগী ৱাবোল হেক ফোঙদোকপনা, নোকপা ফোঙদোকপসি চিং খুইনক্কগী অহেনবা হায়বদু অদুম ওই। করিগুম্বা অচুকপা, থইথোক্তবা অমদি ঙাকিংঙাই ওইবা থৌদোক, লমচৎ উনবপদা ঐখোয় নোক্লিংবা পোকই। অচুকপা অমদি থইথোওবগী ৱাফমদদি মীওং মীওংদম্ থরা থায়। হায়বদি, যুগকী ৱরাঙ শকথঙবা তাক্লবা লৈদোন্দা লৈবা মীওই শংদাদ টেলিফোন, লেডিফোনচিবা উবদা চরা মুক্তইবা অমা পোক্কনি অদুগা মঙনা লৈবা মাওইনিংদদি মচুম্মা চরা মুংঙাইবদু পোক্লোই। লাংফি লেক উবদা পিক্লবা অঙাংশিংদি ঙক্লা মুংঙাইবনা মখুম থাং চেনখ্রনি, অদুগা চহি লিরবা মীশিংদদি মমুংগী লোনিংদু থাংবনা মরম ক্লবা মুংঙাইরবা পোক্লোই। অদুগা লাইতে চানদ্রবা অমগা তংথোক্নিংঙাই ওইদ্রবা থৌদোক, লমচৎ অমদ বাঙাং শং ভাং তাবক উরকপদা ঐখোয় নোক্লিংনা মুংঙাইবা অমা পোক্লবই। করিগুম্বা লুরবা ৱাফম অমা থংনবপদা থাংহৌদনা কনাগুম্বনা তযাং তয়াংনা কোক হেক চাঙথোরক্লবা নত্রগা তরাং তপাইবা হিরম অমদা লুববা তক্তগী বাগম পুশিন্নরক্লবা, অদু ওইনবদি ঐখোয় ঙকচাননা থংনোক নোক্লিংবা অমা পোক্লকই। মীওইবগী মযাম্মা খঙনরবা থবক থৌওং, লমচৎ শাজংসিদা চুনত্রবা অমগং হেক থেংনরকপদা ঐখোয় ফাগি ওইনা নোক্লিংলকই। কনাগুম্বনা ফিভম কায়না

উংলকপপা, শেরান্নবা চংলকপা, মরাল লওজরকপা অমসুং হাইবগী অরাবা উরকপদসু ঐখোয় অদুম নোক্নিংবা পোকই।

অসুম্বা মথল মথেল কয়া থোক্না লৈরবা নোক্নিংবসি বার্গসোনা অমুক মথল অতম থোক্না থায়দোকপগী বা পল্লম্মি, মসুদি — হন্দিন হন্দিনবা মথং (Repetition), ওল্লা তৈনবা মওং (Inversion) অমসুং অমগা অমগা কারল চংনবা মওং (Reciprocal inversion of series)। মথক্তা পনখ্রিবা নোক্নিংবগী মরমশিং অসি নিংশিংলগা ঐখোয় কমেডিদা নোক্নিংশিবগী মচাকশিংসু নিংথিনা খঙবা ঙমগনি। কমেডিদা ঐখোয়না থেংনরিবসি মরু ওইনা হাস্যরস মথল মরি নে, মখোয়সুংগী মমিংদি— ১। নুংশিবা পোক্না নোক্নিংবা (Humour), ২। বাডাও হৈশিংবা (Wit) ৩। নরেম্নবা বাদা (Satire), অমসুং ৪। ফাগি জগাই তৌবা (Fun)। হায়রিবা হাস্যরস মথল মরিসিগী মতুং ইন্না কমেডিগী হোতাল তোতানবা বা নুপা ওহুম লৈগে।

## ১। নুংশিবা পোক্না নোক্নিংবা (Humour)

হাস্যরসকী ভোতান তোতানবা মথলশিংগী মনুংদা নুংশিনা নোক্নিংবা হায়রিদি ওইবা না খুদমকগী অথোইবনি। জগতকী ফাওরবা হাস্যরস ইবা মযাম, হায়বদি— শেকসপীয়র, ডিকেন্স, শরৎচন্দ্র অসিনচিংবাসি অসুম্বা মথলগী হাস্যরস শেম্বদা মায় পাক্লবা ডাক্নি। হায়রিবা হাস্যরস অসিদা মকা লাম্না নুংভাইবগী মগোল তাহনবগা লোয়ননা থখোক খানবা রসকী নোংলি অমসু চুথহল্লি। নুংশিবা পোক্না নোক্নিংবা শেম্বশিংনা জগৎপু পুকচেল চাউরবা, মিচং সঙ্গন নাইদ্রবা, মীনুংশি থঙবগী মেঙলবা মিৎয়েংনা ওস্থোক্না কুপ্না য়েংই। মখোয়বু পুথোক্নুনা মহাক্না নোকহল্লিবা মীশিংসুগী দমক্না মহাক অমুক নপরাই শোক্না নুংঙাইতবসু পোকই। শেকসপীয়রগী হাস্যরসতা অসুম্বা থোজানবিবগী নিংথি মিৎয়েংসি

ঐখোয়না উবা ফংই। মহাক কনাগী মফমদসু কল্লক যেংথিবা উত্তে, করি অমুক হায়নি ফলষ্টাফকী লমচৎ ফাওবদসু মহাক্কী হুংশিবা থৌজালদু ফংই। হিউমরদি মক ওইনা Character দা তাংই, মরম অদুনা Character না অথোইবা ওইবা কমোডদা হিউমরগী শক্তম ময়েক লানা উই।

## ২। ৱাঙাও হৈশিংবা (Wit)

হিউমরনা পালহনবনা মীওইবগী থম্মোইদনি, উইট নত্রগা বাঙাও হৈশিংবনা পালহনবনা মীওইবগী লৌশিদনি। হিউমারদি মেডলবা খোইথুম্নরবা মডাল শন্দোক্কুনা পুন্সিগী মচং ওইরবা শক্তম অদুগা হকচিন্না লুরবা মাযৈদু খঙহল উহল্লকই, অদুগা উইটনা তথক্রবা মডালগী যাল্লবা মশেল্লা যৈদুনা পুন্সিগী মচেং খল্লা খঙহৌদনা মিংলমদা ফাওহল্লকই। যৌনা চুশিন্নরবা মরক্তা চুশিন্নত্রবা অম থংপু পুশিল্লক্কুনা, নত্রগনা যৌনা চুশিন্দ্রবা মরক্তা শাথিনা যৌনা চুশিন্নরবা মওং অমা পাক পুপোবক্কুনা উটইনা মিকুপ খুদিং ঐখোয়না পুবল্লা রাখল অমদি শাগৎলম্বা আশাদু চোইভাইননা হেক তাহল্লি। হিউমার ইবশিংদি নোক্লিং-ঙাই ওইরিবা মীশক্কুগা মহাক মশাগা অদুম্মক অমতা ওইাশল্লি, মহাল্লা অতোপ্পদা তৈনিঙলিবা মচুদু মহাক মশাদসু অদুম তৈশিল্লি। অদুগা উইট ইবশিংদি অতৈ অতোপ্পবু নোকহল্লি অদুগা মশাদি খক নোক্কে। মশাগী মনিঙ মখা তল্লা অমদি থাক বাংনা লৈবদু মহাক চেকশিন্না ঙাক্কুনা থম্মি। উইট,ত মহৌশানা বাহৈ বাতা শিজিন্নবগী থুংশিল হৈবরোমদা ভোংদুনা চংলি। ওম্ন তৈনবা রাহৈশিংবু হাকথেংননা লেংশিন্দুনা, নত্রগনা তায়োম্নবা অর্থ লৈবা বাঙাও খোনফম শিজিন্নদুনা উইট ইবশিংনা খংঙক হেক ঙকহনবা হাস্যরস শেম্মে।

## ৩। করেম্নবা রাতা (Satire)

করেম্নবনা নোক্লিংবদি রসতগী চৈনাখোলনা হেন্না হকই। হায়বদি, করেম্নবনা ঐখোয়দা হরাউ মুংঙাইবা পোকহনবা চাং অহুদগী চৈনাখোল পিরকপনা শরুক ওন্থোক্লা হেল্লি। করেম্নরিবা মীশক্তু তাকপি তম্বিবা অমদি শেমদোক শেংদোক্লিংবগী শাজৈ পায়রহুনা নোক্লবগী ফম্বাক্তা চঙলকপোম্বনা তৌই সমাজবু তমথিরবা চৈথানা থাহুনা রারক রাতেম্বা অহুগা শেংদোকহনবা তৌবসি মহাক্কী পান্দম ওইনা তৌই। য়ৌনা হেক্তা অখাঙ কনবা অহুগা ঙাকপিহৈবসি মহাক খঙদে, হৈতে। তাইবং মীওই-বগী শেরায়খিবা রাখল, খোঙফম চোইরকপা অহুগা পুক্লিং শোম্থ-রকপা অসিনচিংববু শাথিরবা মওংদা পুথোক্তুনা উৎপনা মহাক মুংশি হৈতবা য়াওনা মথরাই পেঙবা অমা পোকই। চুম্নতমক ফুবনদি তীং শোকপা হায়বহু ওইদে হায়হুনা, মহাক অশোকপহু শাথিনবা থৌরবা খুৎলাই হেক হেক শিজিন্নৈ। অর্থ কয়া ফুম্বা রাঙাঙ অহুগা লৌনম থাগৎ রাহৈ হায়বসি মহাক্কী অথোইবা খুৎলাইনি। মহাক্কা নোকফম অমদি তাথীনফম ওইহন্লিংলিবা মীশক্তুবু মানদি ফোংনা অহুম থাগৎলি অহুগা শোগৎলি। অপাবা নত্রগা অয়েংবশিংনা মাগী মপান্থোংগী রাহৈ রাতাশিংহুদা তশেং তশেংনা অচুম অরান ফোঙদোক্লকপহু উবদা তশেংনা মুংঙাইবদি পোক্কনি, অহুবু অইবহুগী অরোনবা তুম্নবা থৌরবা খুৎলাইনা কুপয়ান য়াল্লকপদা মহাক্কী থম্মোইহু ঈহিং নাইহিং শারক্কনি। বেন জনসন, ভলটেয়ারনচিংবগী সাহিত্যদা অস্লম্বা করেম্নবা খুৎইগী মায় পাকপহু উবা ফংই।

## ৪। ফাগি জুগাই তৌবা (Fun)

হাস্যরসকী লেপত্রবা, পন্দ্রবা ইচেল থোকহনবসি ফাগি জুগাইনা ওই। ফাগিদা নোক্লিংবদি খুরৌ চেন্দে, রাখল কিশি

থাংদে, করিগুম্বা অথন্নবা মত্ত মন্ত্রগা অপাম্বা পাঙথোক্লিংলুম্বা লৈতে। থৌদোক অমদি লমচত্তা কাহেনবা মথল মথেল অতূগা অঙকপা ওইথোক্লবা কয়া হাপচিল্লগা ফাগিদা নোক্লবা শেম্মি। ফাগিদা নোকপা মনোক্তি নিয়ম লৈতবা, ইচোই চোইজাইনবা, লৈঙাক্লোন লৈতবা জগৎনি। চথেং থোয়েৎনবা, চনম্লবা থৌদোক লৌথৎলগতা মরু ওইনা ফাগিগী লুংঙাইবা হায়বত্থু ওই। মঙ্গলকাব্য, রামায়ণ, মহাভারত, দীনবন্ধুগী প্রহসন অসিনচিংবদা হায়রিবা ফাগিগী হুংঙাইবা রসসিগী খুদম উবা ফংই।

## কমেডিগী মথল খায়বা

১। রোমাণ্টিক কমেডি—

কমেডিগী খ্বাইমক্তগী হেন্নবা অথোইবা শক্লোন্দি রোমাণ্টিক কমেডিনি। রোমাণ্টিক কমেডিগী মনুংদা চেল্লবা হাস্যরসত্তুদি কৈদৌম্লংদা কনবা অমদি ইথক ইপোম লাংবা তৌদে, মত্থু থৌদোক্কী মথা পোল্লি অতূগা লীলাগী লমচত্তুগী মনুংদা ফুমত্থুনা লৈ-শীন্নুনা অাহুম্মক লৈ। অসুম্বা মথলগী কমেডিবু অধ্যাপক নিকলনা Comedy of Humour হায়না কৌরম্লিবগী মরমদি, Humour গী তপ্লবা, মেঙলবা অতূগা মুংশি ইরোইননা তথোৎ তথোৎলবা হাস্যরসকী ইচেন্দু কমেডিসিদা চেন্দবননি। মসিদা wit কী মশেক মঙালত্থুসু অতুম য়াওই, অত্থবু মত্থুনা লীলাগী নিপা মুপীশিংতুগী বাঙাঙ শাঙাওদা চঙথোনবা হৈ-শিংবতমক উৎলি, মাহৈ অমদি মাবেংদা খুথা হৈনা শীনবত্থু মরু ওইনা তৌদে। হৈশিংনা চয়েৎনরবা থৌরম থৌদোক উৎপদি কমেডিসিদা য়াওই, অত্থবু থৌদোক্কুদা য়াম্না হেক্তা ঙকপ্রবা থৌংং পুশিল্লক্কুনা খঙহৌদনা হবাউ তুজুং পোকহন্নবদি তৌদে। রোমাণ্টিক কমেডিগী খুংশেমদি অয়াম্বা মতমদা থোং মেঙলবা মহৌশা খুংশেমগী মনুংদতা শেম্মি। Midsummer Night's Dream গী রাত্রিসি এথকলকী

মনাক্তা লৈবা উমং অমগী মন্নুংদা থোকহল্লি। অহিংগী মতমদা উমংনা ওইরিবা শক্রোন শক্তমগী মন্নুংদা নুংশি-হুংওলগী থোই-থুম্বরবা থৌদোক থোকহল্লকপনা অত্তক খোয়দানবা ওইরিবনি। As You Like It কী মন্নুংদসু আর্ডেনগী উমংদনা বারিগী অথোইবা শরুক অত্তম থম্লি। রোমান্টিক্কী মরু ওইবা শক্তম অমনা মহৌশা লাইরেম্বীগা লোয়ননা য়োশিন্না মবী থম্বনি। অম্মম্বা মরীসি রোমান্টিক কমেডিগী মন্নুংদা ঐথোয় তরং তরং নিংথিজনা উবা ফংই। হায়রিবা কমেডিসিগী মরু ওইবা অথোক্লবা শকওং অমনা মরু ওইবিবা নিপা মুপীহুগী নুংশি হুংওলগী থৌওংদা বারিহু চঙ-খোম্নবা শেম্বসিনি। হায়রিবা নিপা মুপীহুগী নুংশি লংলানা পুন্নরকপা, নুংশি খোঙচত্তা খুবৌ চেন্নকপা, অহুগা কাইনথংদা য়েথায় থিনগায় পুন্নমক লান্থোরকপা, অহুদগী মথরাই পেঙনা শকউংরক্তুনা নিংবা থুংজবনা লীলাগী পোলোই ওইরকপা—অশুম্বা পাক থাক্কী মওংসি অয়াম্বা ওইনা হায়রিবা মথলগী কমেডসদা য়াওই। উপন্যসত্তা মরীক চুম্না কূপশিন্না নুংশি হুংওলগী থাকশিংসি শক্তাক্লবগী খুদোং চাবা ফংবহুগুম, নাটক্কুদি ফংদে। নাটক্কুদি লুবনবা তানফম অহুগা শাথিনা মুক্লবা দৃশ্য খরদং উত্তুনা নুংশি হুংওলহু শকউংলি। মরম অহুনা নুংশি হুংওলগী অকুপ্পা ফজ মু ঙাইরবা শক্রোন্দু নাটক্তা শন্দোক্লা তাকপা ঙম্মিংঙাই লৈতে। অয়াম্বা মতমদা লীলাগী অ'ক তুজুং পোকপা দৃশ্য অমদা নুংশি হুংওলগী হৌরকফম উৎংলি, খুদম ওইনা অরল্যাণ্ডোগা রোজালিণ্ডগা নুংশি খোঙহৌথিবসি কুন্তি দৃশ্যদগীনি। অহুগা করি করিগুম্বা নাটক্কনা নুংশনবা তংথাই চনশিল্লক্লবা ফিভমদগী নাটক্কু হৌরকই, খুদম ওইনা হায়রবদা, Merchant of Venice তা ব্যাসানিগা পোরশিয়াগা হান্না শকথঙনরকপা অমদি অমগা অমগা খোয়দানবগী বাফম নাটক্কী অহানবমক্তদা অত্তম উৎংলে। অহুবু খুয়ৌ চেন্দবা নুংশি নুংওলমদি লীলাগী

রস পোকহনবা ঙমদে। মরম অদুনা নুংশিনরিবদুগী থোঙচত্তা খুরৌ থাংহন্দুনা থোয়রাং মুংনাংবা মথং মথং পোকহল্লগা শাথিরবা ফিভম অমা য়ৌহল্লকপা তাই। অদুম্বা শাথিরবা ভানফমদুনা মরু ওইবা নিপা মুপীদু ট্রাজিক ওইনা কয়ানবা লাপ্পবা শোয়ংদনমক ভারক্লবদা, ইথঙ খঙহৌদনা লীলা ইবনা চয়েৎনরবা কিশি অমা তম্হোক থোক্তুনা লীলাদুবু থম্মোইদা পেন্নিংঙাই ওইবা পোলোইরোমদা হেক পুশিল্লকই। অয়েংবশিংগী স্বর চেঙ্গুম চেঙ্গানরম্বদু তন্না ঈংথখিদুনা পম্থিং নমথায়রক্লবা মুংশিংকী ইচেলগুম শঙউম চাউনা চনীং তানা হোল্লকই। রোমান্টিক কমেডিদি অয়াম্বা মতমদা তশেংবা শক্তমদু লোত্তুনা থম্লগা হবাউ তুজুংনিংঙাই ওইবা অথুপ্পা থৌওং লীলাদুদা কুঙনা হাপ্তুনা মুংঙাইনবা শেম্মি। মুপীনা নিপাগী ফিজেৎ শেত্তুনা শকলোংপা কয়া অমনস্থ লীলাদা অঙকপা ফংনা মুংঙাইবা পোকহল্লি। নিপাগী ফিজেৎ শেৎপা রোজলিণ্ড অদুগা 'চিরকুমার সভাগী' শৈলবালাগী বা মতাংসিদা নিংশিবা য়াই। রোমান্টিক কমেডিদা মহৌশা ওইনা ফাগি জগাইগী রস কয়া কন্না হাপত্রবস্থ লীলা ইবশিংনা অয়াম্বা মতমদা মীগী পুক্নিং পেলহন্নবগী দমক নোক্লিংবা মওংগী থৌদোক, লমচৎ কয়া অমা হাপচিল্লি। শেকসপীয়রগী Midsummer Night's Dream, Twelfth Night অসিনচিংবা লীলাদা অসিগুম্বা নোক্লিংবগী মতৌ ওইবসি মরাং কায়না থেংনৈ। বোমান্টিক কমেডিগী থৌরম থৌদোক মশীন্দি কূপশিন্না হৈশিংনা শীন্দবা য়াদে। মরম অসিনা বারি মরুদুদা মশা কয়া হাপচিনবসি লীলা অয়াম্বদা উবা ফংই। নুংশিনবা নুংশিনবী পুঙবা অমগা অতোপ্পা নুংশিনবা নুংশীনবী পুঙবা অমগা মান্নবা ফিভম অমদি মান্নবা থৌওংগী খুৎশেম শেমদুনা লীলাগী মুংঙাইরবা রস ওইনা পুথোকই। Merchant of Venice তা ব্যাসানিও পোরশিয়াগী নাকওইননা লোরেঞ্জো জেসিকা অদুগা গ্রাসিয়ানো

অইবনা পান্নিবসি চৈরাক পিবা অতুগা চুমথোকপনি। মরম অদুনা অন্নুবা মথলগী লীলাসি মহৌশা ওইনা অচুম্বা শক্তাকপয়োমদা পোলোই ভাগল্লি। অইবনা মাগী পান্নিবা মত অমদি হায়নিং-লিবত্থ হেক্তা তশেং তশেংনমক উথোক্তবনা করেম্নবদু মায় পাকপা ওই। মতুম তৌরবদি অইবনা থীনা থীনদি ভাঙদত্নুনা মপাম্বোংদা কনখৎপোইনা তৌরকপত্থ উবদা ভাবোক্তা নোক্লিংবা শুঙাইবা অমা পোক্লকই। মতু নত্তুনা অইবনা খাঙওম্নক্রহনা কোংনা হেক্তমক চৈথা চৈফুত্থ শাথিনা য়োনা হেনগৎহল্লক্রবদি, করেম্নবগী নোক্লিংবত্থ ময়েং থংভা তাথি। অইবশিংগী পুক্তি মিৎয়েং অতুগা করেম্নবা রস তোঙান তোঙান্না লৈনবনা, মওং কয়া কয়া অহুম থৈরে। কনা অমনা নোক্লা নোক্লনা মীয়ুংশি পোকপিবস্থ য়াওই, কনা অমনা করেম কথাইনত্নুনা শাথিরবা চৈরাক পিবস্থ য়াওই। মলিয়েরনা মাগী লীলাগী লমচংশিংদা অকনবা দণ্ডি থক পিদে। Tartuffe পু মমৈথংদা মহাক্লা ভাকপিদে। ক্লিনপেসকী মচিন্দগী হায়দোকহল্লই, —'Nay, brother, hold, and don't descend to indignities ; leave the wretch to his evil destiny, and don't add to the remorse that oppresses him. অতুগা বেন জনসন্না Volpone গী শাস্তি মপীদা মমৈথংদা অস্নুম্না হায়হল্লকই—

Thou art to lie in prlson, cramp'd with irons,
Till thou be'st sick and lame Indeed.

করেম্নলসি অয়াম্বা মতমদা মীগী লমচত্তা পানশিনবত্তা নত্তুনা সমাজগী করিগুম্বা ওইহল্লিংদবা, শেমদোকহল্লিংবা লোনচং শাজং লৌথত্তুনস্থ শেম্বা য়াই। অতুগা লীলা ইবনা করেম্নবা নোক্লিংবা লীলা পুথোকপত্তা নত্তুনা মুম্না বাথল থম্থনিংঙাই ওইবা লীলাদস্থ অতুম্মক মথোঙদোক্লে। ইবসেন অতুগা বার্নর্ড শোগী লীলাদা সমাজগী চংনবী অমদি তুহৎপা লাকথুবব্ শাথিনা করেম্নবা

কয়া উৎলি। Pillars of Society, A Doll's House হায়বনচিংবসি মমিংতদা কবেন্নবগী ভাবতু অহুম্মক কুমহুনা লৈ বার্নার্ড শোগী করেম্নবা মওংদি মচিন ওস্থোক্লা থোই, অহুগা য়াম্নমু তশেং তশেংই।

## ফাগী লীলা (Farce, প্রহসন)

ফাগী লীলাগী হাস্যরসতি থোদোক্লগীতা মপুঙ ওই, হৱাউ তয়ামতনা থল্লি। থোদোক্ল হেক য়েংবদা তায়োন্নবা, থংলাক থংজিন থোকপা অহুগা মরীক য়াম্না চুমহনবনা ফাগী লীলাগী অথোইবা শক্তম্লি। ফাগী লীলাদা ৱাখল ত্তৌথনবা অমদি জ্ঞান তানিংঙাই ওইবা মচাক য়াওদে। শিথ শিথনা নোকহন্দুনা ময়ায় মায়কৈ শলাই থঙহন্দে। Merry Wives of Windsor হায়বা ফাগী লীলাদা Windsor গী ফাগী ভুগাই পামজরবী মুপী অনি অহুগা হেলোইগী অরোনবা ফিজেৎ শেৎপী তোঙান্না character পুশিল্লকুনা ফজষ্টাকপু ককঙাউনবা চমন্নবা পোক- হনবদু উবদা ঐথোয় নোকমন্দুনা পুক্নি তিংবমথৈ শাঙনিংঙাই ওই। The Comedy of Errors তা ফাইবোক পোকপা মচিন মনাই- দুমু মথোয়গী ফাইবোক পোকপা মনাই অনিহুমু শঙং শক্তম চপ মান্নবনা নোক্লিংবা থোওং থৌদৌ কয়া মথোয় মশেলগী মরক্তা থোক্লকপদুদা হায়নিংঙাই লৈতনা নোক্লিংবা অমা ময়ামদা পোকহল্লি। ফাগী লীলাদা Humour গী মীহুংশি পোকপহুমু করিগুম্বদা য়াওহনবা অহুম য়াই। Humour বু য়াওরবমু, Satire বু য়াওরবমু, ফাগী লীলাগী তশেংবা পান্দমদি শাফু কল্লবা অমদি থিংঙমজরবা মুংঙাই কুম্মৈ পোকহনবনি।

# নাটক অমসুং সমাজ

## সমাজ পুন্সিদা নাটক্কী ইথিন

লীলা (নাটক) হায়বসি মী ময়াম্‌ম পুন্না অপক্ত অশিং খায়দনা মুংঙাইনা লৈবাক্কী অমদি মশাগী বাখল খন্নহন্নবগী অথোইবা পোৎশক অমনি। সাহিত্যদা য়েংবা মিৎয়েংনা কল্পনাগী মিৎয়েংনি, লীলাদদি অপান্নানা হায়বদি চঙ চঙ লাঙনা মিং নাকোংথবাই অন্থমক পুন্না য়েংমিন্নবা মিৎয়েংনি। অদুনা ময়েক শেংবসি লীলাদনা হেল্লি। লীলানা মীওই' পুন্সিগী হক্লবা লুব্রবা মতাংশবু শকউত্তে, মতুগা লোয়ননা চেকশিন্নবা, লাম্থোক্লবা উপায়সু লমতাকই। লীলানা পাম্লিবদি, কপহন্দুনবু ওইরবসু নোকহন্দুনবু ওইরবসু, মুংঙাইনা পুক্লিং খোয়দানা পুন্নপকী লৌশিং ময়া থাংদুনা হৌজিক হৌজিক্কী অমদি তুংগী বাখল খন্নহনবনি। অদুনা সমাজগা লীলাগা ওৎন থানজবা মরী থমদবা য়াদে অদুগা লীলানসু সমাজ পুন্সিদা অকনবা ইথিন পিদবা য়াদে।

গ্রীক নাটক্কী বাকন লৌখত্তুনা য়েংসি। গ্রীক্কী ভাবোকশিংদু ঙাইহক্কুং মুংঙাইথোক্লুনবগীদমক্তা লীলা য়েংবা চৎনদে। নাটক্তা মথোয়গী সমাজগী অমদি ধর্ম্মগী ওইবা পুন্সিগা তোরোৎ থাদানদা য়ানশিন্দুনা লৈ। লীলা ইবশিংসু মতম মতমতুগী ওইবা সমাজগী পুন্সিগা য়ৌশিন্না মরী চেৎনা থম্মে। ইস্কাইলাস হায়বদু সরকারগী থবক তৌবা মীশক অমনি। সফোক্লিসনা কূটনীতিদা হৈশিংলবা সেনাপতি অমনি। ইউরিপিডিসনা মরৈবাকপু থরাই হকচাংমক য়াওনা মুংশিজবা প্রজা অমনি। মরৈবাক্তা শাথিনা বারিবদু উবদা মহাক য়ৌনা হেক্তা মথরাই শোকখি অদুগা হায়ওমদনা শাউনিংখি, অদুনা মদুগী চুমজবা অরানবা

লোনচংশিংদু মরুফংনা মাঙখিনবা মহাক অকি-অথং লৈতনা কলম পায়খংখি। ইস্কাইলাসনা ফিদম্নকম ওইবা বাংলবা থাক্কী শাজং শঙং শেমগংপা পাম্বা মীশক্লি। সফোক্লিসনা মাগী লীলাদা খুংশীন-হৈনা লীলা পুখোকপগী ঙক্লিংঙাই ওইবা মতৌ উংলম্মি। মখোয় পুম্নমকসিনা নটক্তা নিংথি-ফজবা অদুগা অচুম্বা হায়বদু চঙখোম্না শকউংলম্বদগী গ্রীক্কী পুন্সিদা হায়নিংঙাই লৈতনা লৈবাক মচা তাবগী কল্লবা শাফু অমা পিখি। অকি-অথং লৈতনা অপাম-অপাম্বা মাথল ফোঙদোকপা অদুগা চুমদবা অমদি ওং-নৈবগী মায়োক্তা প্রজা মীয়াম হৌহনবা অসিনচিংবসি অয়াম্বা গ্রীক লীলাগী পান্দম্ফম্নি। ইউরিপিডিসকী Trojan Woman অদুগা অ্যারিষ্টো ফ্যানিসকী Lysistrata হায়বা লীলা অনিসি লাল তৌববু পামদবা উক্তুনা ইবদগী মনা ফংখি। অনিং অনিংবা ফোঙদোকপা অদুগা অফবা-অচুম্বগীদমক্তা শিবা-নাবা কিদবা হায়বসি মতমদুগী সমাজনা কয়ামুক পাম্নথবগে হায়বদুগী প্রমানদি হায়রিবা লীলা লাইরিক অনিসিবু লৈবাক মীয়াম্না য়েনা হেক্তা খোয়দানখিবদুনা অদুম তাকই।

তরাতরেংশুবা শতাব্দীদা ফরাসী সমাজগী মীনম-শোরিবা, ঙাং-তৌশিন্নবা, ঙকচাউ-থেকপা অসিনচিংবসিগী মথক্তা শাথিঃ রবা চৈফু থারম্মি মলিয়েরনা। মলিয়েরবু মতমদুদা মী অয়াম্বনা লঙনবি, নোক্নবি, অদুবু কনামতনদি মাগী অদুম্বা খেক্তোক্লিংঙাই লৈত্রবা অচুম্বা অদুগা পান্দম্লিংঙাই লৈত্রবা খোনাহুবুদি য়ারুদবা ওয়দে। হৌজিক্কী যুগকী থম্না-লৌনরিবা মাথল জগত্তা ইবসেনগী কল্লবা ইথিন কয়ামুক্তা কম্না তাবগে হায়বদুময়াম্মক্না নিংখিনা অদুম থঙনরি। মহাক্কী নাটক্তা, লেঙদনা অদুম থম্লিংবা, চংনবীদা লুপ্না, থাইনগী সমাজগী মথক্তা কল্ল-কল্লবা চৈফু থাই। মুম্বান-কৈবান্দা অমগা অমগা লৈনরিবা মরী, চংনবী অমদি ধর্ম্মগী মরমদা মঙজ্রং-হাজ্রংগুম চেংনা থাজবা পোকপা অসিনচিংবগী

য়ায়োক্তা কল্লবা লালহৌ অমা হৌনবা মহাক্কী পামজবা মত অমা শন্দোকই। সমাজনা খোঙথাং চুম্না থাংনরকপা অহুগা মুপী নিপাগী মরক্তা অথোই-অহেন বাখল পোক্লরক্তবসিনা ইবসেনগী অয়াম্বা মতশিংহু হৌজিক্তি লিরবা থাইনগীনি হায়না খল্লরবস্থু, হৌজিক্কী জগৎকী বাখল অমদি ফিদম অসি চাৎখৎহল্লকপদা ইবসেনা ওস্থোক্লা য়াম্না কল্লবা ইথিন পিরম্মি হায়বসিদি কনামতনস্থু য়াদবা ওস্মোই। ইবসেনগী পক্লয়, বার্নার্ড শোগী নাটকশিংনা কুনশুবা শতাব্দীগী খুমাঙ-চাওশিনবা পান্নবা বাখল পরীংদা কয়ামুক য়াম্না লংজিন পিরি হায়বসি ময়াম্মক্লা অহুম খঙনিবসিনি। রাজনীতি, অর্থনীতি, সমাজনীতি,—অহু অদা করিগুম্বা অমতা শো-গী কল্লবা খুথাদগী নাম্থোকপা লৈতে। মহাক্লা করিস্থু নিঙশাইবা লৈতনা হায়, 'No doubt all plays which deal sincerely with humanity must wound the monstrous con ceit which it is the business of romance to flatter.'

বাঙলা নাটক্কী রা নৈনকবদা ঐখোয়না উই, বাঙলা নাটক্লা হেক হৌরকপদগী সমাজগী পুন্সিগা অহুম শাগেম্লনা লৈরকপসি সমাজগী পুন্সিদা মথল মথা কয়াগী আন্দোলন হৌহন্দুনা খুমাঙ চাওশিনবগী লম্বীদা অমদি নিংথিনা মপুঙ ফানবগী লম্বেল্লোমদা বাঙলা নাটক্লা লমতাক্লহুনা চৎলি। দীনবন্ধু মিত্রগী অনৌবা ইহৌ-পিবা নাটক 'নীলদর্পণ' না সমাজদা শাথিনা কল্লবা ইথক-ইপোম অমা ঈহৌহনখিবহু, ওসি ফাওবা করিগুম্বা বাঙলা লাই-রিক্লা ওইথোকপা ওমদ্রি। তরামাপলশুবা শতাব্দী ময়ায় চল্লকপদা সমাজ শেংদোক্লবগী মরম লৌখত্তুনা রামনারায়ণ তর্করত্ন, উমেশ-চন্দ্রমিত্র, মাইকেল মধুসূদন, মনোমোহনবসু অসিনচিংবনা ইরম্বা নাটকশিং অহুদা শাগে-জাৎ ফবগী চৎনরোল, মুপী লোনবা অসিনচিংবসি কোকথিনবা অমদি লুপ্রাবীনা অম্নক য়ুম পানবসি চৎননবা সমাজগী পুক্লিং অঙকপা ফংনা য়াকায়হনখি। কুনশুবা

শতাব্দীদা গিরিশচন্দ্র, দ্বিজেন্দ্রলাল, ক্ষীরোদপ্রসাদ, মন্মথরায়, মহেন্দ্রগুপ্ত অসিনচিংবা লীলা ইবশিংনা জাতীবু মুংশিবা শক্তম উৎপা ঐতিহাসিক লীলা কয়া ইতুনা মীয়ামগী থম্মোইদা মরৈবাক মুংশিবগী কল্লবা ঈহৌ পোকহনখি। ধর্মগী য়াওন পুরকপগী মতাংদসু লীলাগা চেৎলবা মরী লৈনৈ। তরামাপল শুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা রামকৃষ্ণদেব, স্বামী বিবেকানন্দ অতুগা বঙ্কিমচন্দ্রগী কল্লবা ইথিল্লা হিন্দুধর্ম অমুক নৌনা মিকপথোক্লরুবদা, গিরিশচন্দ্র অমদি মহাক্কী থোংডলোই লীলা ইবা কয়ানা পৌরানিক অতুগা ভক্তিনা মকওইবা লীলা কয়া পুথোক্লুনা মীয়ামদা মতুগী তশেংলবা শক্তম শকউৎখি।

## লীলাদা ভাবোকশিংগী ইথিন

লীলানা ভাবোক্কা কি-করম্বা ইথিন পিবগে হায়বতু মথক্কা লৈনগ্রে। মতুগা লোয়না লোয়ননা মসিমদি খওবা চুম্মি, ভাবোক্কা মতমপুম্বদা লীলাগী পোৎশক হায়বদি থৌদোক-ৱাথোক অতুগা উৎপা মউত্তুদা কল্লবা শাফুগী ইথিন পি। স্যামুয়েল সেলডেন্না মাগী An Introduction to Playwriting হায়বা লাইরিকুদা হায়রি, অয়েংবা মীশিংনা লীলা য়েংবা লাকপসি মপুক্লিংগী অপাম্বা মরিগা লোয়ননা লাকই। অহানবদা, ভাবোক্কা উনিংই পুক্সিগী তোঙান-তোঙানবা শক্তম ( Diversion )। মী খুদিংমক নিতিগী মায়োক্লরিবা পুন্সি লাম্ফমদা চোকথবা, হৈনিংদবা পোক্লকই। করি অমুক হায়নি, মুংঙাই য়াইফরবা, ঈংনা-পেন্না পাল্লবা মীওই-শিংকাও মশাগী পুন্সিদগী তোঙানবা শক্তম ওইপ্রবা অতোপ্পা মীওইগী ঙক্ল ঙক্লবা পুন্সি শক্লোন্দু মহাউ তংনিংলকই। অনিশুবদা, ভাবোক্কা পাম্মি হাইফেৎ ময়াই কাহনবা ( Stimulation )। তাইবং মীওইবগী হক্তিন-হক্তিন্না চৎপা লেথোরকপা খোঙচত্তা, মহাক্কী থৌনা-লৌশিং পুম্নমক্কু মমি শাম্লকই অতুগা চোইজাইননা

মাঙলকই। মহাক মখোয়শিং অদুবু তেকথৎহনবা অমদি পাঙ্গল ফুদোকহনবা পাল্লকই। অদুনা অল্লাবগী চৈথা ফংবদা, হুংঙাইবগী ইপোম লাংবদা মহাক অসুক য়াম্না মথৱাই তাক্লিবনি। অদুম-শুবদা, ভাবোক্না পাম্মি পুন্সিগী মরমদা থঙশিন-উশিনবা (Illu-mination)। ভাবোকশিংগী মরক্তা থল্লদং অদুক থিজিন খোংচিনগনবা অদুগা রাথল খন্থগনবা মীওইশিং অদুদি লীলাদগী ঙক্ল-ঙক্লবা অমদি হকচাং তেকথৎনিংঙাই ওইবা অদুতা ফংলগা হেক পেনবা ওইদে, মখোয়না অতৈ থল্লা অমগম্থু ফংনিংই, তেংবান অদুগা পুন্সিগী মরমদা মখোয় খঙনিংই, জ্ঞান তানিংই। লীলাগী উৎলিবা মওং মতৌশিংদু উরগা মখোয়গী অদুম্বা অপাম্বদু হেক নিংবা থুংই। মরিশুবদা, লীলা য়েংলগা ভাবোক্না পাম্মি ইন্দ্রিয় পেলহনবা (Sensation)। লীলা য়েংলকপা মতমদা মহাক মিৎ পেল্লবা দৃশ্য ময়াম অদুগা ঙক্ল-ঙক্লবা থৌদোকশিং উনিংই অদুগা নাকোংদা খোয়থুম্না থোক্লবা খোললৈ-খোম্থাং অমদি ঈশৈ তানিংই। অসুম্বা ভাবোকী অপাম্বা মরিসি কুপ্না য়েংলগা লীলা ইবনা লীলাদা খুং থাবা তাবনি। পুন্সিগী অঙকপা শক্তম ভাবোক্না উনিংই, অদুম্বা অঙকপদু লীলাদা হাপ্না তাই। হায়রিবা মথক্কী মখলশিং অসি সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা শরুক্তদি অপাবশিংগী ইন্দ্রি পেলহল্লি কল্পনাগী মপান্না, অদুগা লীলাদনা অপেনবদু পোকহল্লি মিংথক মিংথক্তা। গুন চেল্লবা লীলা ইবশিংদি হায়রিবা ভাবোকী অপাম্বা ময়ামসি পিবতা নত্তনা, অতৈ থল্লা অমম্থু পিনবা হোৎনৈ। মহাক্না পুন্সিগী মম্নুং হুক্তিনগ্রবা অচুম্বদু ফোংদোকই অদুগা য়ৌনা হেক্তা ফিদম্নিংঙাই ওইবদু শক্তাকই। মহাক্না ভাবোকশিংগী পুন্সি শক্তমদু থঙহন-উহনবগা লোয়ননা তুংগী থোঙচৎকীম্থু মায়কৈ তাকই। অধ্যাপক নিকলনা মাগী World Drama হায়বা লাইরিক্তুগী লামায় ৯৩৭ শুবদা মসিগী মরম্সি নিংথিজনা ইরি—

'The truth, of course, is that the really strong playwright is the man who is in tune with the audience, but who may perhaps desire to play some melodies for the reception of which the audience is nearly, but not quite ready.'

শেকসপীয়রগী মতম অহুবাইগী ভাবোকী বা অহুক খল্লহুনা যেংসি। অঙম-অথৌ, মীচম প্রজা, ইনাকখুনবা, লাইরবা, মীওই খুদিংমক লীলা য়েংবসি ওস্তোক্লা য়াম্না পাম্লম্মি, অহুনা লীলাগী মতিক-মঙালাস মতমহুদা অহুক য়াম্না পাক শল্লম্মনি। মতমহুগী ভাবোকশিংহু লীলাদা মখল-মথেলগী অঙকপা—লৌনম-লৌথুপ, হাৎনা-শুনবা, মীয়াম পুল্লপ চৎপা, ইশৈ-নোংমাই অাসনচিংবসি য়েংবা ওস্তোক্লা পাম্লম্মি। মাথোয়শিংহু ভূত হেলোইনচিংবগী মঙ-হা ওইবা থৌরম বয়াবুসু চেৎনা থাক্লবা পোকই। ভাবোক-শিংগী অমুম্বা অপাম্বসি শেকসপীয়রনা থৌ-রা শাদবসু ঙম্লমদে। শেকসপীয়রনা মতম চুপ্পগী ওইনা লেঙভ্রবা মীওইবগী লোনচৎ-শাজৎ, অপাম-মিহৌ অসিনচিংবা লৌখত্তুনা লীলা ইরম্মি হায়বসি লেঙকভ্রবা রাফম ওইব্লবসু, মহুগা লোয়না-লোয়ননা মহাক মতমহুগী ভাবোক্লা পাম্লবা মচাক-মথেল কয়া অমসু অহুম্মক হাপচিল্লি হায়বসিদি য়াদবা ঙমদে। অহুবু মগাপচিন্দদি মহাকী মপা লৈতনা হৈ-শিংগ্রবা থুৎশীন-থুথানা ওইথোক্লবা মঙগুম্বা থৌওংশিংহু লীলাগী থৌদোক্লা ওস্তোক্লা চুশিন্নরা শেম্মি। এলিজা-বেথ যুগকী ভাবোকশিংনা তু চুংবা অমদি ঈ-শাগৎপা থৌদোকশিং য়াম্না পাম্বা অহুগুম রেষ্টোরেশন যুগকী ভাবোক্লদি পাম্লদে। রেষ্টোরেশনগী যুগকী ভাবোক্কি অথল্লবা ঙাক ওইরকপনা, থৌদোক্লা মরু ওইবা, থোয়রাং-থুংনাংবনা থনবা লীলা থোয়দানরক্তে। মথোয়দি মচিন তুল্লবা বুদ্ধিগী মশাম্না অহুগা হাহৈ-বাতাগী নোং-থাংগুম তকথ-তথকপনা পাম্লবা ওইরকই। অহুগা ভরামাপলগুবা

শতাব্দীগী হৌরকপা অদুবাইদদি লাইরিক লাইতু হৈতবা, চোংলম-হারম চাত্রিতৈগী লোনচত্তদা লুপ্পা ভাবোক্লা মশিং হেল্লবনা, মখোয়না পাম্বা ইপৌ-পোবা মেলোড্রামানা অথোইবা ওইনা উৎখি।

সংস্কৃত নাটকী রস চুপকে হায়রবদি ভাবোকশিংনু থোই-দোক্লা জ্ঞান লৈরবা, রস খঙবা হায়বনু ওইবা তাই। সংস্কৃত নাটকী ভাবোকী মরমদা শুগাইনা ইবা বারোল ঐখোয় থেংনৈ। শঙলুংদা তিল্লিবা ভাবোক ময়ামনুগী মকোক অইবা অথোইবা মীশক্তু (সভাপতিনু) সিংহাসনদা লৈতেংন্নুনা লৈ অদুগা মাগী-মায়কৈ মরিমক্তনা মাগী মাগী মন্তিকচাবা ফমফমদা মথা পোনবা নিংথৌ কাওবু: অঙম-অথৌ ময়াম অদুগা নিংথৌকোন লৈম্নশিং ফম্মি। শূদ্রশিংগী রাফম পল্লমরম্বু মীচম শূদ্রশিংদি অথিং-অরাক লৈতনা চঙহল্লমগদ্রা হায়বসিমদি চিংননিংঙাই ওই। লাইরিক ময়েক চত্তবা, থাজনিংঙাই ওইদবা, অমদি লমচং চুমদবা কনাগুম্বা মী অমতা চঙবা ফংলুনিংঙাই লৈতে। নাট্য শাস্ত্রদা ইবি, অথমরবা ভাবোকশিংনু (প্রেক্ষকশিংনু) কুপশিন্না থম্মোইদা ফাওঙম্বা অমদি য়েৌশিন্না অচুম অরান লেপচম্বা ওইগদবনি অদুগা লীলাগী মীশকশিং অদুগসু হকচিন্না লুনা থবাই অমতমক ওই-মিন্নগদবনি। মতৌ অসুম্না সংস্কৃত নাটকী ভাবোকশিংনু মচং-ওইরবা, পুকচেল থোইজেল তিমবা ঙাক ওইবনা সংস্কৃত লীলাদা কবিত্বগী অয়োৌবা থাক, কল্পনাগী তাম্নবা খোঙচৎ অদুগা চাংদম্লিংঙাই লৈতনা নিংথি-ফজবা শেম্বগী শক্তম উবা ফংই। গ্রীক অমদি সংস্কৃতকী লীলা অনিমক ওস্থোক্লা লিরবা অদুগা মপুম-মরৈ ফারবা ঙাক্কি। অদুবু গ্রীক নাটক্তি লমহাংদা ভাবোক লিশিং লিশিংগী মমাংদা শান্নবনা মীচম প্রজাশিংগী থোয়দানবা অমদি স্বুংঙাইরস পোকহন্নবরোমদা চেংনা কুপ্পা য়েংশিল্লি। অদুগা সংস্কৃত নাটক্কি নিংথিনা ঙাক-শেল্লবা অমদি চল্লাং-থোয়রাংনত্রবা

মীত্তিনফম শঙম্নুংদা অথম্নরবা ভাবোকশিংগী মমাংদা উৎপনা, ময়ামগী ওইবা চোইথ্রং-পাথ্রংনবা বারেম-থৌরেমম্থু হুন্দোক্লগা আত্তিয়া-খোম্না ফাংলবা ব্লম্নরা অমদি য়ৌনা নিংথি ফুকবগী রসরোমদা খোঙদম্মি।

বাঙলা নাটকশিং ঐখোয়না উই, ভাবোকী অপাম্বা অমদি মুংঙাইগদবা য়েংহুনা লীলাগী থৌদোক থোকহন্নি অত্তুগা খুৎশিন ইনা উৎননবশ্থু থৌম্নাংই। মিঙ্কন চেঙ্গুম-চেঙ্গানবা ট্র্যাজিকী অয়ৌবা থাকগী থম্মোই শোক্লা পি তানা কম্লনা ভাবোক্লা পাম্বা হেন্নি। ইশৈশ্থু য়াম্না পাম্নবনা ইশৈ শরুক মরাং কায়না য়াওই। পৌরানিক ঐতিহাসিক নাটকদা য়াওবদি লায়রহুনা, থাইনগী সামাজিক নাটকফাওবা মরম চাবা চাদবা থিদনা ইশৈ হাপচিন্নুনা ভাবোকী থম্মোই খোম্নবা লাক্লে। অত্তুবু হৌজিকী মতমগী লীলাদদি মমাংঙৈগী চৎনরোলশিংত্থু অয়াম্বনা লৌথোনরক্লে। লীলা উৎপগী মতমশ্থু য়াম্না তেনশিম্নবক্লে। শাংলবা বাঙাঙ, মশা মথংশ্থুমক ঙাঙজবা, ইশৈগী শরুক য়াবিবনথৈ হাপ্পরক্লে। পুন্সিগী লাম্ফম্না নোংমা নোংমগী শাথিরবপা বনশিল্লকপনা অথোৎপা অমেঙবা রসকী ইচেল হৌজিক পুম্নাঙ-মাঙথিবগুম্না তৌরে। যুগকী খোঙলৈ তুংইন্না থাংলক্লিবা মীওইবগী খোঙচৎ-খোঙলৈ কুপশিন্না য়েংলগা ময়াম্না পাম্নরিবা মায়কৈরোমদা লীলাগী খোঙচৎ তম্নক্লে।

লীলা ইবগী লেঙফজবা খুৎশীন অত্তুগা সমাজগী হোংনাইদ্রবা থৌওং—

শক্তম লাকপা হৈবা মী ( শিল্পী ) অত্তুগা লাইরিক ইবা পাম্বা মী ( সাহিত্তিক ) শিংগী থম্মোইদা মহৌশাগী খুৎশেম-মুংশেমগী কম্লবা ইথিন অমা হেক ফাওবনা, লীলা ইবনা লীলা ইনিংলিবনি। তেংবান অত্তুগা পুন্সিগী নিংথি ফজবা কয়া, অথুপ্পা বারোল কয়া, অবা-মুংঙাইগী চৈথেং কয়া শিল্পীগী থম্মোইদা

কল্লবা ইপোম হেক হেক লংলকই। শিল্পীদি করিগুম্বা মতমদা স্নুংঙাইবনা কঙাউটৈ, করিগুম্বা মতমদনা অরাবনা তেংথা নাওই। মন্থ ফোঙদোক্লকপদগী জগৎকী শক্তম, পুন্সিগী অথুম্বা মরোল শক্তাকপা ওইরক্লিবনি। অন্থগুম্বা শক্তম, শৈহেক্তুনি লীলা ইবনা ফোংদোক্লিংলিবস্থ। অন্থবু লীলা ইবনা শেম্লিংলিবসি ভাবোকী থম্মোইদা স্নুংঙাইবা অমদি রস পোকহনবতা নত্তনা জগৎকী অন্থগা পুন্সিগী তশেংবা অমস্থ উৎপন্থ পাম্মি। অস্থুরসি য়েং-শিন্নবা মিৎয়েং অন্থগা রাহৈ-রাতা শেম্বগী হৈ-শিংবন্থ লৈত্রবদি কনাগুম্বা লীলা ইবা অমতনা মায় পাকপা ঙম্লিংঙাই লৈতে। Objective কা লোয়ননা Subjective হায়বদি পোৎশক্কা লোয়ননা রাঙাঙ তিন্নরগতা লীলা ওই।

অধ্যাপক নিকলনা মাগী World Drama হায়বন্থদা লীলা লেংবগী মরু ওইবা মবম অনিথক পল্লম্মি। মহাক্না হায় : 'For these qualities of playwriting endeavour the causes would appear to lie in two things—the necessity for the incorporation within the dramatic frame work of human character closely and maturely observed, and the very technical demands made by theatrical form.' হায়বদি নাটক ইগে হায়রবদি লীলা ইবন্থ মীওইবা পুন্সিগী মরমদা য়াম্না য়োশিন্না অমদি মমুৎ তানা খঙশিন উশিন্নবা লাক্নগদবনি অন্থগা লীলাম্থ উৎলকপদা থুংশীন হৈনা শীন্নবগী জ্ঞানস্থ চঙখোন্না লৈগদবনি।

পুন্সিগী মরমদা মুম্না খঙজিন-উশিনবা হায়বসি সাহিত্যদা খুৎ থাবা মীশিংগী চঙদবা য়াত্রবা পোৎচঙনি, অন্থগা লীলা ইবশিংদদি খ্বাইমক্তগী হেল্লবা মরু ওইবা পোৎচঙনি। লীলা ইবা মীদি মীওইবগী থবক-থৌওং, লমচৎ স্ন চৎ অমদি থম্মোইদগী

কোঙদোক্লকপা ইথিন-মুংথিন মখল মখেল, য়াম্না কুপশিল্লবা মিৎ-য়েংদা য়েংবা তাই। মী অমনা করম তৌনা নোকই, কপ্পকপা মতমদা করি মাহৈ-মাতা শিজিন্নৈ, য়ু থক্লগা করম্না নৈয়েং-ফাইনা বা ঙাঙই, শাথিনা শাউরক্লগা করম্বা লোনচৎ চৎলকই, অসিন-চিংবা হিরম পুম্নমকসি লীলা ইবা মীদি তশেং-তশেংবা মওংচু থঙবনা চুম্মি। পুন্সিগী মরমদা অচুকপা মতিক হিরম খুদিংদা জ্ঞান তানা, মনুং হুপ্পিম্না থঙবা ঙম্লিবমথৈ, চঙ চঙ লাউনা মথবাই পানবা লমচৎ মতাক শেম্বা ঙমগনি। শেকসপীয়র, মলিয়ের, গিরিশচন্দ্র অসিনচিংবনা শেম্লম্বা লীলাগী লমচৎশিংনা শিবা নাইত্রবা মওংদা লৈরিবসি, মথোয় মথোয়না তশেং-তশেংনমক থঙ-উরবা থৌদোক-থৌওংদগী তাশিন পৈশিল্লকপননি। মীওইবসি অথাপ্পদগী য়েংলবদি মপান্থোংগী গুণচুতমক উই, মাগী মনুংগী ঙক্লবা চয়েৎনবা শক্তমচুদি উবা যংদে। নবশিন্না য়েংলগতা থঙবা ঙম্মকই, পিকই হায়না খল্লম্বচুনা কয়া য়াম্না চাউরম্বা, চাউই হায়না খল্লম্বচুনা কয়া য়াম্না পিক্লম্বা। মীওইবদি তিক্সং-লাইকম্মি, শোইনাই, হিংচা-য়াইতম্মি, পুকচেল ফত্তে; অদুগা অমরোমদনা অমুক মীওইবদি মশা-মউ কৈ, নিংথি-ফজে, লোনচৎ চুম্মী অদুগা লাইরম্বেনগী মতৌ তৌই; মীওইবদি থবক তৌই অদুগা থবকগী লৈথোকপচুম্ন পাম্মি; মীওইবনা মুংশু-মুংশি অদুগা তুম্নু তুকচৈ: কপ্পনা লৈকম-চাকম থঙদে, অদুগা নোকপনম্নু মুংঙাইবগী মথুম-মরাঙ হৌই। অমুম্বা মওং কয় কয়াগী, ফিভম কয়া কয়াগী মীওইববু ঙক্লবা শক্লোন শেমচুনা লীলাদা হেক পুশিল্লকই।

অদুগা অমুক পুন্সিগী মরমদা উ-থঙলগতমু য়াবা নত্তে, লীলা ইবনা পুন্সিগী হেক লৈরিবা ঙম্নমকপুম্নু থম্মোইদা মুংশিবিবা পোক্কদবনি। মীওইবনা মীওইবগী থম্মোইমুংগী অথুপ্পচু য়ৌনা মুংশিবা অমদি মামিম্নরগতা থঙবা ঙম্মি। অফবগা ফত্তবগা কল্লা মক্লরকপনা লীলাগী হিংনিংঙাই মচাক্লি। মরম অদুনা অফবা,

নিংথিরবা লমচত্তা লীলা ইবনা পুক্লিং চঙবা অদুম্মুক কঙবা, কমচং নাইদবগী মফমদসু পুক্লিং চঙবা তাবনি। King Lear নাটক্কী এডমণ্ডনা হায়রকপা,--

Why bastard? wherefore base?
When my dimensions are as well compact,
My mind as generous, and my shape as true.
As honest madam's issue? Why brand they us?
With base? with baseness? bastardy? base, base?

হায়বা বাহৈশিং অসি তায়রকপদা তুকচ নিংডাই ওইরবা মীশকসিগী বাশিংসি লীলা ইবা মশামক্না হায়রকপোইনা থল্লি।

অকোয়বদা লৈল্লিবা সমাজগী ময়মদা অইবনা মুল্লা থঙদবা য়াদবগুম, লীলাগী খুৎশীন, ষ্টেজগী খুৎশীনগী ময়মদসু মহাক মমুৎ তানা থঙবা তাই। সমাজগী লোনচং শাজংপু নিংথিনা থঙবনা মাগী লীলাদু নিংথিবা তশেংবা ওইহল্লি, অদুগা খুৎশীন-থৌশীন হৈবগী মপাম্না মহুবু কাউংমত্রবা লেঙনাইদ্রবা শক্তম ওইনা শেম্মি।

লীলা ইবনা খুৎ থাম্নকপা মতমদা মায়কৈ অনি মিৎয়েং চপ মাম্না য়েংফম থোকই--সাহিত্যিক ওইবগী মাযকৈ অমা অদুগা লীলাদু মায় পাক্না উংননবগী মায়কৈ অমা। লীলা ইবা হায়বসিম ক্রবু মক ওইনা শান্নবা ইবনি। অদুনা পূঙ অনি অতম চুপ্পা ভাবোক্কী পুক্লিং ফাবা ঙম্নবা খুৎইদা ইবা তাই। ষ্টেজদা উৎপা হুম্মোইদবা থৌদোক অমদি দৃশ্য লীলাদা হাপ্তবনা চুম্মি। য়াদবা মতাং লাক্লগনা ষ্টেজগী রাংমদা (নেপথ্যদা) মওং-মতৌ মানবা ইঙ্গিৎনা ভাবোক্তা বুদ্ধি তাহনবা তাই। ভাবোক্কী পুক্লিংদা লেথোয়কপা পোকহন্দবনা খ্বাইমক্তগী মক্ক ওইবা থৌশীল্লি। অদুনা লীলাগা মরী থম্না মথল-মথেলগী রস শেম্বা তাই। মতাং মতাংগী মচুং ইম্না শক্তম, ফিজেৎ ওনবসু মচং ওইবা পোৎচংনি। লৈবাক মতুম অমথক্তংদগী নত্রগা আকাশকী মচেং থজিক্তংদগী লৈশেম-হুংশেমগী অথুপ্পা মবোল কয়া থঙবা ওম্বগুম, লীলাগী পুঙ থজিক্তংগী তেনথ্রবা বাম্রি অমদি মউৎনা পুন্সিগী অরোল অথুপ কয়া মকা লাম্না ফোঙদোক্তুনা হুংঙাইবা য়াওনা ভাবোক্তা বাথলগী ইথিন পিবা ঙম্নবদি লীলাদু মায় পাকপা ওই।

# ষ্টেজ অমস্তুং নাটক

সাহিত্যগী অতৈ মখলগা নাটকা থেম্নরিবসি নাটক্তি তা-বা অদুগা পাবরোমদা থোইনা অকনবা শাফু লৈতে, মাগী অকনবা শাফুদি য়েংবরোমদনি। শৈরেং-ঋারেং উপন্যাস-নচিংবদি রস শেম্লিবহুগা রস চুপ্পিবহুগা হকথেংনবা মরী লৈ, অদুবু নাটকীদি রস শেম্লিবহুগা রস চুপ্পিবহুগা অদুম্বা হকথেংনবা মরীতু লৈতে। মফমসিদদি লীলা থোক্লিবা মীশিংহুন্না মরক্তা থন্নুনা লৈ। ষ্টেজগী মনিঙদা লীলা ইবা, ষ্টেজগী মমাঙদা ভাবোক অদুগা ষ্টেজগী ময়ায়দা লীলাগী মীওইশিং লৈ। লীলা ইবগী শকউদবা কল্পনাগী দৃশ্যহু তশেংবা শক্তম শনহল্লকই. ষ্টেজদা, অদুগুম্বা তশেংবা শক্তমগী রসতুদা তাট্টই, লুপ্সি ভাবোকশিংনা। য়েংবা লাক্লিবা ময়ামহু মশা মশাগী নিঙিগী থোঙলোইনরিবা মপাম্বোংগী ওইবা জগতু থাদোক্লয়গা লীলা শায়ফম ষ্টেজগী চুম্নবা তশেংলবা জগতু য়েংননবা লাকই। অদুবু ষ্টেজগী তশেংবা জগৎ হায়রিবসি নোংদম্বনা শেম্বা জগতুদি নত্তে, আর্টকী থুৎশীম্লা শেম্বা তশেংবা জগৎনি হায়বদি তশেং-তশেংলবা জগতুগী illusion নত্রগা মায়াতনি। অদুম্বা মায়া শেম্বহুনি লীলা শায়ফমগী পান্দম্ফম ওইরিবা। ভাবোকশিংনা লীলা শঙদা লাক্লগা মতম থরদং অদুক লেংলি পাল্লিবা জগৎ অসি কাউথোক্তুনা মায়াগী জগত্তা পুক্লিং-বাথলহু লুপ্নৈ। হায়রিবা মায়া জগৎসিগী মিত্রংগুম্বা মীনোক্তা মথোয় পুমণ্ডম শুমহৎলি, মিত্রংগুম্বা মীকপ্তা মথোয় তথুক-তথুকই। লীলা শঙম্নুংদগী থোক্লক্লবা ফাওবা মথোয়দা অদুম্বা Illusion গী জগতু কাউডমদবা তুশেংবা ওইনা থোক-খিহুনা কনাগুম্বনা মচিন্দা অতুম মোমোন মীনোক্তী মমি তাই

অদুগা কনাগুম্বনা মমিত্তা পিগী ঈরা হাইফেৎ চেল্লি। অদুদগীদি থবক্তা কুক-কুক ঈল্লরবা পুন্সি লম্বেলদা অসুম চৎলকপদা মায়া ভগৎকী ৱাকমড় কাউনখি, অদুমকপু মরক-মরক্তা থঙহৌদনা হুমকপা মুংশিরবা লৈনমগুম অদুম্বা হরাউ-তুজং পোকপা, অমদি মুংশি শৈহেক্কী ইশৈনা থল্লবা জগৎকী ৱাকমড় নিংশিংলক্তুনা থমুংগী মিত্তা উরকই, মুংশি মিংৎফমগী থোইথুল্লবা মিৎয়েং নত্রগা অৱা-অনা তারবা শবকফমগী পিরাংনা থুমহুৎলবা মায়থোং।

লীলা ইবা মীদি স্টেজগী মপান তাংবা তাবনা থাবনা মনীং-মথা ভন্না লীলাগী শবওং শেম্বদু হেক ঙমদে। মহাক থনবা তাই স্টেজগী ৱা, মক ওইনা মতম মতমদুগী মরৈবাক্তা চৎনরিবা স্টেজগী মওং। স্টেজগী মতেং লৌদুনা মহাক ভাবোক্কী মনাক য়ৌগদৌ-বিবনি, মরম অদুনা মহাক মতমচুম্লদা মীথা পোনবা হায়বদুদি অদুম ওইববনি। অদুনা অয়াম্বা মতমদা মানা উৎনিংবদু মায় পাক্লা উংপা ঙমদে, হায়নিংবদু মপুং ফানা হায়বা ঙমদে। লীলা কুম্লিবা মীশিংদুগী হৈ-শিংলবা মউৎনা মানা শেম্লিবা রসতু চঙথোন্না ফোঙদোকই, অদুগা স্টেজগী নিংথিরবা খুৎশীন্না তেংবাংদুনা মহাউ চেলহল্লি। অদুগা মহাক মশাদি লীলাদু ফজনা পুথোক্লবা খুৎজিন-থৌরাং তৌরিবদুদা করিগুম্বা হক অমতা লৈতে, মদুগী হক্তুদি লীলাগী অরাং পুরেন (পরিচালক) অদুগী মখুত্তা লৈ। অদুনা লীলা ইবনা ফনা নিংথিনা ইজ্জরবসু লীলা কুম্লিবা মীশিং অদুগা পরিচালক অদুনা নিংথিনা ফোঙদোকপিত্রবা অমদি চুশিন্নরবা খুৎশীন্দা শীনবিত্রবদি লীলাদু ভাবোক্লা থোয়দাদে, অদুগা তাইন-বিবনা অইবদা চোংলম-চাদবা থুৎইনি হায়দুনা। অদুগা অমরোমদা মসিগী ওন্না-তৈন্দবসু থোক্তবদি নত্তে। য়াম্না চমগ্রবা লীলা কয়া কুম্লিবা মীশিংনা হৈ-শিংবা অদুগা পরিচালক্তা ফজনা শীনবদগী লৈবাক শীন্থুংনা কাওবা য়াওই। অদুনা মথক্তা পনগ্রিবদুনি, লীলাগী মায় পাকপা-পাক্তবদা অইবগী দাই য়াওরবসু অয়াম্বা

শকক্তি কুপ্লিবা মীশক অমত্তগা প'রিচালক্তা নন্দুনা লৈ। অমত্তুন্দি ওইরগা মমুংগী অর্থ থোইনা য়াওদবা, ইচম চম্বা পংনোক্তা নোক-হনবা, লীলা খুৎইদি যেংলিভৈদা ফনা মুংগাইনা থোক্লবস্থ, মতম কুইনা শক চত্তে। মমুংদা পু রবা ভাবতুনি থ্বাইদগী অকুবদি। তুন। ভাবোক্কী থম্মোংদা অপাম্মন। নম্রগা নাকোইননা পালহনবা ংমগতা মীযাম্না তুং বোইনা পায়ে, হাযবদি ভাবোক্কী থম্মোইদা কবিগুপ্তা রাখল থবা লোইনহনখিবা ঙম্নবদতা লীলাগী শাংথনা ছিংই। তুনা লীলা মায পাকপা পাক্তবদা খুয়ো চেনবা ফনমক লৈরবস্থ ভইবগী কল্লবা ইথিনগী খুৎশেমত্তুবুদি থিংবা ঙম্নিংভাই লৈতে। লীলাদা উৎলিবা পুন্সিত্তু মহাক্লা উ-খঙলবা পুন্সিনি, অমত্তুগা লীলাদা যোঙদোক্লিবা তশেংবত্তু, মাসক্লা মপুরিংদা ফাওজবা তশেংবনি।

## ভারতকী থাইনগী লীলা উৎকল

ভরতকী নাটাশাস্ত্রদা যাওরি, ব্রহ্মাগী যাথংদগী ভরত মুনিনা টামণ্ডপ ( নাট্যবেশ্ম ) শাখি।

ততোইচিরেণ কালেন বিশ্বকর্মা মহচ্ছুভম।
সর্বলক্ষনসম্পন্ন নাট্যবেশ্ম চকাব সঃ।

[ নাট্যশাস্ত্রী। ১ ম অধ্যায ]

হাযবিবা নাট্যমণ্ডপ নম্রগা লীলাশংসি অমুক মথল অমত্তুম থোক্লা খাযদোকই— বিকৃষ্ট ( Repulsion ), চতুবস্র ( Quadrangular ) অমত্তুগা ত্র্যস্র ( Triangular )। হাযবিবা মণ্ডপ মথল অমত্তুমসিগী অমুব শক্তাক মথল অমত্তুন লৈ, মত্তুদি জ্যেষ্ঠ ( মকোক ), মধ্যম ( ময়াম ) অমত্তুগা কণীয ( অতোম্বা ) জ্যেষ্ঠ কাঙবুগী মণ্ডপসি খুত্তুপ ১০৮ শাংই, মধ্যম কাঙবুগী মণ্ডপনা খুত্তুপ ৬৪ শাংই অমত্তুগা খুত্তুপ ৩২ পাকই, অমত্তুগা কণীয় কাঙবুগী মণ্ডপনা চিথেক অমত্তুম নাই

মায়কৈ খুদিংগী অশাংবনা খুড়ুপ ৩২ নি। জ্যেষ্ঠ মণ্ডপ্পা লাইশিংগী-দমক্তনি, মধ্যম মণ্ডপ্পা নিংথৌশিংগীদমক্তনি অদুগা তৌশিন্নবা ক্বাগি জুগাইনচিংবগীদমক্লা কণীয় মণ্ডপনি হায়না লেপ্পি।

অষ্টাধিকং শতং জ্যেষ্ঠ চতুঃষষ্টিস্তু মধ্যমম্।
কণীয়স্তু তথাবেশ্ম হস্তা দ্বাত্রিংশাদিষ্যতে॥
দেবানাং তু ভবেজ্জ্যেষ্ঠং নৃপানাং মধ্যমং ভবেৎ।
শেষানাং প্রকৃতীনাং তু কণীয়ং সংবিধীয়তে॥

[ নাট্যশস্ত্র। ২ য় অধ্যায় ]

নাট্যশাস্ত্রদা হাযবি মতুদি, লীলাশঙ পুম্নমক্কী মন্নুংদা মধ্যমনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ, মবমদি হাযবিবা মখলসিগী লীলাশঙসিদি মুন্না কুপ্পা যেংবা অমদি ঈশৈ নোংমাই তাবদা নমেক শেংবা হেল্লি।

প্রেক্ষাগৃহানাং সর্বেষাং তস্মান্মধ্যবমিষ্যতে।
যাবতপাঠ্য চ গেযং চ তত্র শ্রব্যতবং ভবেৎ॥

[ নাট্যশাস্ত্র। ২ য অধ্যায়

লীলাশঙচু শবক অনি থোকই -ভাবোকাশংগীদক্তা অকপ্পা শরুক অদুগা লীলা শান্নফম ফম্পাক। ভাবোক্কী মফমশিংচু তোঙান তোঙানবা যুম্বীনা মশক তাকই। মমাঙদা ব্রাহ্মণশিংগী ফম্ফম্নি খঙহল্লি অঙৌবা যুম্বীনা, ভাংশং-ভাংবা যুম্বীনা খুদম ক্ষেত্রিশিংগী ফম্ফম, অৱাং নোংচুপ পাংবদা নাপু মচুগী যুম্বীনা বৈশ্যশিংগী ফম্ফম তাকই অদুগা অৱাং নোংপোক পাংবদনা শূদ্রশিংগী ফম্ফম লৈ। ফম্ফমশিংচু উ অমদি চেক্লা শাই। ভাবোকশিংগী মমাঙদনা লীলা শান্নফম লৈ।

'তদগ্রে নটনং কুর্যাৎ ত্যস্থলং রঙ্গ উচ্যতে'।

[ অভিনয় দর্পন ]

লীলা শান্নফমগী মমাঙথংবা শরুকপু রঙ্গশীর্ষ কৌই। শান্নফম ফম্বাক্কী মনিংথংবা শরুক্তা নিংথিনা য়েক খোৎলবা মখল অমা লৈ। মখলচুগী মনিংদনা লীলা কুম্লিবশিংচুগী অবোনবা বা লৈ। মক্কম

অসিদগী পুল্লপ পুন্না লাউরকপা, মরাং জরাং তৌবা পুন্নমক থোকহন-লকই অতুগা লাইনচিংবনা হায়রকপা খোঞ্জেল খোম্থাংসু মফম অসিদগী তাহল্লকই। থুমজিল্লিবা ফিজংগী মচুদি লীলাদা উৎলিবা দৃশ্যতুগী ভাবকা চুশিন্নবা মচুতুনা ওই। চৎনবী ওইনা লীলা হৌ-রকপা মতমদা শক-চু চঙখোল্লবী মুপী অনিনা ফিজংতু চিংথোকথ্রবা মতুংদা লীলাগী মীশকশিংনা ফম্বাক ময়ায়তুদা চঙলকই। লীলা শান্নফমতুদগী এরোনবা কা অতুদা চৎননবা থোঙজাউ অনিথক পাল্লি, অতুগা যন্ত্র খোংবা য়ৈবনচিংবগী মী পুন্নমক্তু থোঙজাউ অনিসিগী ময়ায় কারক্তুদা ফম্মি।

সংস্কৃত নাটক্তি মরু ওইবা থৌদোক থৌরম থোক্লকপদা হেক হেক শান্নে, মতুদি, দেব পুজা, কোন্নুংগী লুহোং খোংদোংবা, লাল ঙম্মকপা অসিনচিংবদা। লীলা শান্নফমদি মন্দিরদা নত্রগা কোন্নুংদা ওই। কোন্নুংদা জগোই ইশৈগী শঙ থম্নে। অসিগুম্বা শঙশিংগী মনুংদগী অমথক্তা অতুম্মক লীলাগী শঙ শেম্বোইনা তৌমাল্লে। শান্ন-ফম ফম্বাক্কী তুং ইথং থংবদা পর্দা অমথক্তুং য়াম্নে, অতুগা অতৈ করিগুম্বা লীলাগী শিন্নি হায়বা অমতা শিজিন্নদে। লীলাগী থৌদোক থৌদোক্তুগী ফজবা নিংথিবতু কবিগী চঙখোল্লবা ৱাহৈ ৱাতা অমদি অয়েংবশিংগী ভাবনা শাগৎপা ৱাখল্দা ( কল্পনা শক্তিদা ) মরু ওইনা অতুম্মক লাম্থোকই শিন্নথোকই। লীলা শান্নফমদা জগৎকী তশেংবা পোৎচৈ মুংজৈ অমতা পুশিন্নদে, লীলা কুপ্লিবা মীতুনা উৎলক্লিবা মঙং মতৌ শাথেক শাঙনা হায়রিবা পোৎচৈশিংতু অতুম্মক লৈ হায়বা ভাবোকশিংগী থম্মোইদা কাঙহল্লি। নিংথৌনা রথ তোংলক-পদা রথ পুশিল্লকপগী কান্ননিংঙাই লৈতে, উৎলক্লিবা শাথেক শাঙং কয়ানা মহাক অতুম তোংলক্লি হায়বতু উৎলি। তুম্মতুনা শক্তি তান্নরকপা মতমদা লীলা ফম্বাক্তা শক্তি পুথোক্তুনা উত্তে, নিংথৌনা মাগী শাজৎ মুংচৎ অমদি তৌথোরকপা ইঙ্গিত কায়দানা শক্তি লৈ হায়বতু ভাবোক্তা অতুম খঙহল্লি।

## থাটমগী গ্রীক্কী লীলা শান্নফম

ভারতকী লীলা শান্নফমগা য়েংনবদা গ্রীক্কী লীলা শান্নফমদি শংখোক্লা লায অতুগা চম্মী। এথেন্সতা হুঙনা শাবা গ্রীক্কী লীলা শান্নফম লৈরিবতু চাউখাক্লা খ্রীষ্টগী মমাঙ শতাব্দী মনিশুবগী অতুরাইদা শারম্লনি। মতুগী মাঙওইননা খ্রীষ্টগী মমাঙ শতাব্দী মঙাশুবদা লৈরম্বা শান্নফমতুদি, ফম্ফমশিংতু উ-না শারম্মি অতুগা তংথায় ওইনা কোযশিনবগী মওংদা শেম্লম্মি। মথাদা কোয়বপ কোয়বা জগোই শাফম লৈরিবতুগী নাকল অমদা পিক্ত-কপা লীলা শান্নফম লৈ। মতুগী তুংলোমদা উগী য়ুম অমা লৈ, মফমতুদা লীলা য়াওরিবশিংতু লৈখ্রেং খোক্তেংবা শেং-চাবা তৌই। য়াংনা ফম্বাক হাতুনা শেম্বা লীলা শান্নফম মতমতুদা লৈরমদে, শিন-মুংগী য়াখলম্ব মতমতুদা পোক্লমদে। মনাক্তুনক্তদা ডায়োনিসাসকী মন্দির লৈ, মতুনা লীলা শান্নফম অসি ধর্মগী শেংলবা অথোইবা মফম্নি হায়বসি খঙহন্নবা তৌই। লীলাগীদা যাওরিবা মী পুম্বতু মাইখুম ( mask ) লোইনমক শিজিন্নে। মখুমশিংতু লাউনা মযা মমিং ভুংনি অতুগা মাইদম্ব কা হেন্না যেক খোংলি। লীলাগী মীশিংতু উ না শাবা খোঙউপ শিজিন্নে অমসুং মরুক্তু পোঙবে কুং পোশাক মওংতু শেংলি।

ডায়োনিসাসকী ইরাৎ পূজা নুমিত্তা শান্নগদৌরিবা লীলাতা য়েংননবা অহিং ওইবিডৈদগী ভাবোক লিশিং লিশিং তিজিন্নে। কোয়না থাবিনা ফম্ফমশিংতু ভাবোক্লা কুক কুক ঈরে। অয়ুক্কী নঙাললনা তন তুবংদা ফাওবক্লবা মতমতুদা লীলা শান্নবা হৌই। পান্ত লাউথোকপা মী গননা ইহান হানবদা লীলা অতুগা লীলা লেংবা মীতুগী মওং লাউথোকই। গ্রীক নাটকী হায়নিংডাই লৈতনা চীং-লেম্নবা শৈরে, য়াবেংগী শক্তম অতুগা য়ৌশিন্না থন্নুংদা ফাওরবা লীলাগী মউৎ, কোবাসকী অপুনবা ইশৈ অমদি চুনববা ছন্দগী খোলহৈ খোঙ্গোন পুন্নমক্তনা ভাবোকশিংগী থম্মোইদা য়োনা পেনবা অমদি

চুংঙাইবগী রস অমা পোকহল্লি। লংলবা মুংশা মঙাল, লমথৈ নাইত্রবা আতিয়া অতুগা তান্না লৈরিবা চীংশাংশিংনা লীলাগী চুশিন-রবা শান্নফমগুম, লৈতে ওই। ছায়রিবা থোঙহুদা ধর্মগা অধর্মগা, পাপকা পুন্যগা লোইবা নাইদনা মৃক্রবগী দৃশ্য উৎলকপত্নুনা ভাবোকী থশোইবা ভশেংবা মঙানগী ইহল অমা ইপোম চাউনা লাংহল্লকই। ভাবোক লিশিং লিশিংবু তাহনবা তাবনা লীলাগী মীশিংদু য়োনা হৌরবা খোঙ্খাংদা রা ঙাঙই। অহাঙবা মক্ষমদা লীলা শান্নবনা লীলাগী খোঙচত্তু ভশ্লি অতুগা চীং লেম্না চৎলি, য়াঙলবা অমদি অকিং অকাইগী খোঙচৎ তম্নবা থুদোং চাবত্নু ফংদে। মাইখুম হাপ্নবা মাই নিংকী মগুং মতো উৎপত্নু ঙমদে অতুগা কোরাস য়াওবত্নুনা মথাগী ভশেংবা মগুণ অমদি অরোন অথুপকী থোদোক উৎননবা কয়িগুম্বা থুদোং চাবত্নু ফংদে।

## চীনগী লীলা শান্নকম

চীনাগী লীলা শান্নকমদি লীলা উৎলকপা মতমদা পুমহাঙ হাঙনা থম্মি। শান্নকম কম্বাক মমাঙদা মুখল অমতা থমদে, অতুগা নাকল থনজিন্নবা ( Wings ) অমদি অয়েকপা সিন্নচিংবা কয়িমতা য়াওদে। লীলা শান্নরকপা মতমদা থাউমৈস্নু চাং অমতদা অতুম থাল্লি। শান্নকম কম্বাকী মনিংলোম থংবদা য়ান্না কূপা চঙখোন্না হৎ-খোংলবা পর্দা অমা লৈতেংত্নুনা লৈ। লীলা শান্নরিঙৈ মতমদা লীলা য়াওদবা মীশিংনা লীলাদা চঙবা পোচৈ-মুংজৈ ষ্টেজদা চঙ-লক্তুনা থন্নে, মবক মরক্তা মখোয়ত্নুনা লীলা য়াওন্নিবা মীশিংত্নুগী পোশাক হোংদোক হোংজন তৌবত্নু তেংবাংলৈ। ষ্টেজদা মীতোপ চঙলক্তুনা মবক অত্নু অদানচিংবা তৌররবত্নু য়েংজিন্নশিংত্নুনা রুল চুপ্পকপাদা কয়িত্নু অকান্নবা থোক্কে, অয়েংবশিংগী রক্তনা শক্তিত্নু থাক য়ান্না লৈশিত্নুনা চমওবা পোৎ ঙাক্কা গুরু-কজরবা দৃশ্য কয়ারী মঙাল

থম্মোইদা ফাওহনবা ওম্মি। চৌকি অমা, লৈরোং হৎপা গালিচা অমা নত্রগা টেবিল অমতনা চিঙহুম মচা, লৈকোল নত্রগা চাউরবা চিঙজাউ অত্থুমক থঙহন্নবা তৌই। থুদম ওইবা পোং অমদি হকচাংগী শাথেক শাওংনা তশেংবা থৌদোক থৌরমত্থু নিংথিনা অত্থুম জ্ঞান তাহল্লি। ঈশিং মন্নুংদা চৎপা উৎলকপদা ঙা য়েকপা ফিরাল অমা উৎলগা অত্থুমক থঙনবোইনা তৌই। শগোল তোংবগী দৃশ্য উৎ-লকপদা লীলাগী মীশক্তুনা মথোঙত্থু চাউকান চাউকান কাল্লগা মথুত্তা শাজৈ অমা হুরু হুরু লৈবত্থুনা অত্থুম উৎলি। লীলাদা কুম-লিবা মথল মথেল খুদিংমক্কী মীশিংত্থু মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা থোম্লোক অত্থুগা শাথেক শাওং শিজিন্নৈ। লীলাগী পোশাকশিংত্থু য়োনা হেক্তা অরং অরাক্লা হৎ থোংথ্রবা ঙাক্লি, অত্থুবু লীলা মওং মওংগী চুশিন্নবা ওইনা পোশাক শেম শাবত্থুদি উদে। মায়দা য়েক থোংলিবত্থু করি করিগুম্বা মতমদা অসুন্বী মতিক হকচিনবা য়াওলকই, লীলা কুম্লিবশিংত্থু মায়থুম শিজিন্নবগুম্না উবকই। মমাযদা তৈন্নিবা মচুত্থুদগী অয়েংবশিংনা কনস্থ। শাজৎর্বা মীনো হায়বত্থু অত্থুম থঙনৈ— মত্থুদি, অঙৌবা মচুনা লমচৎ ফত্তবনি থঙনৈ, অঙাংবা মচুনা লমচৎ অফবনি থঙনৈ, শনা মচু মানবা মচুনা লাইরম্লেনগী লমচৎ চৎপনি হায়বত্থু তাকই। লুহোংবগী মুপীনা অঙাংবা ইনফি অত্থুগা লৈথিদ্রবা অহল লমন্না অমুবা ইনফি ইল্লি। মপুকচেন চুমদবা অঙম অথোগী নকোক্তা কোয়রক কোয়বা টুপি উপ্পি।

## জাপানগী লীলা শান্নকম

জাপানদদি অচৌ অশাং কাঙবু অত্থুগা মীচম প্রজা কাঙবুগী ওইনা লীলা শান্নফম মথল অনি থোক্লা চৎনৈ। অচৌ অশাং কাঙলুপকী মীশিংনা থাইনদগী হৌনা নো-নাটকপু অত্থুম য়োকথৎ থাক্কৎলকই। শতাব্দী তরামরি অত্থুগা তরামঙা শুরকপদা মন্দিরদা ধর্মগী থৌদোক থৌরম লৌথৎলকপদগী নো-নাটক অসি থোকখিবনি।

নাটকসি য়াম্না পিকই তোল্লি, অদুনা নাটক কয়ামুক পুল্লপ পুন্না হেক শান্নে। হায়রিবা নাটকসিগী থৌদোক থৌরমসু য়াম্না নোপ্লি অদুগা কুপ্লি। মসিগী য়াহৈ খুদিংমক ইঙ্গিত অমাদি পাখোং ওইনা তৌই। অদুম্বা ইঙ্গিত অদুগা পাখোংদু লীলাগী মীওইশিংগী শাথেক শুংথেক্তা, জগোইদা অমদি ইশৈদা মকা লাম্না ফোঙ-দোক্লকই। লীলাসি শান্নরিবা ফম্পাক্তু ভয়াম্বা ওইনা বর্গফুট তরানিপাল্লোম পাক চাউই। মদুগী মায়কৈ অহুম্মক্তা ভাবোকশিংগী ফম্ফম থাই। লীলা ফম্পাক্কী য়েৎথংবা নাকন্দা কোরাসকী ফম্ফম্নি। লীলা কুপ্লিবশিংদুগী তেংবাংবা ওইনা মী তরুক নত্রগা মদুদগী হেম্বনা কোরাসকী কাওনু শাই। মখোয়দু মতম চুপ্পদা অদুম্মক ফম্বাক্তুদা ফমদুনা লৈ। ওইরোম থংবদনা ফিজেৎ লৈতেং তৌফম লৈ। মনিংদনা দেবদারু পাম্বী অমা থাই। ফম্বাক পুম্বদু শিনথুংনা ফজনা চঙথোন্না লৈতেং খোঙেংই। অদুবু লীলা উৎলকপদা শিন হোং-দোক হোংজিন তৌবগী করিগুম্বা চংনবী অমতা লৈতে। লীলা কুপ্লিবদি মী অনি, অহুম নত্রগা মাবিমুক্তনি। মকওইবা লীলাগী মীশকশিংদু মায়খুম হাপ্লি। লীলাগী শেংলিবা পোশাকশিংদুসু য়াম্না লৈতে, খোঙেংই।

জাপান্দা মীচম প্রজাশিংগীদমক্তা লিংখংপা অতোপ্পা মখলগী লীলা শঙ অমসু লৈ, মদুগী মমিং কাবুকি লীলা শঙ কৌই। হায়-রিবা লীলা শঙ অসি অচৌ অশাং কাঙবু অদুগা অখঙ অহৈশিংনা হুম্বনা থীনা ডাওনববসু, তশেংবা অমদি পুক্লিং তুজুংবা লীলা কয়া পুথোকপদগী মীচম্মশিংনদি ওস্থোক্লা য়াম্না হেল্লম্মি। ও-কুনি কৌবী জগোইশাবী অমগী জগোই মউত্তগী মসি থোকখিবনি। তশেংবা ওইনদি মগৈথংদা নো-নাটকী মওং মতৌ কয়াসু মসিদা অদুম্মক তিনশিন য়ানশিন্নগ্রে। কাবুকি লীলা শান্নফমগী মায়কৈ অহুম্মক্তা ভাবোকশিংনা কোয়শিন্দুনা ফম্মি। ভাবোকশিংগী ফম্ফম মরক্তুদা

লম্বী অমি লৈ। লম্বী অনিতুগী মমিং পুষ্পপথ (লৈগী লম্বী) কৌই। চীনগী মতৌগুম্না জাপান্দসু লীলা য়াওদবা মীশিংনা শান্নফম ফম্বাক্তা চওরুগা লীলাগী পোৎচং কয়া পুথোক্লুনা লীলাহুবু তেংবাংই। ইউরোপ্পা হুরু হুরু লৈবী লীলা শান্নফম ফম্পাক হৌ-দৌক্লিদ্রৈংগী য়াম্না মমাও ওইনা জাপান্দদি হায়রিবা মওংসিগী লীলা শান্নফম শেমগ্রবনি। লীলা উংলকপদা মথল কয়াগী শাথেক শাওংনা তশেংবা পোৎশকী শক্তম কয়া লীলা কুম্লিবশিংনা ভাবোক্লা ভাব তাহন্না উৎলি। চীনাশিংগী মতৌগুম্না জাপানীশিংসু মমায়দা য়েক থোক্লুনা অওক অওকপা শকওং শক্তম শেম্মি। কাবুকি লীলা কুম্বশিংদি অগোই অতুগ' ণা ওাওদনা উৎপা মউক্তা য়াম্না হৈ শিংদবা য়াদে। কাবুকি লীলা শান্নফমদি কল্পনানা থনবা চীনাগী লীলা শান্নফমগা তশেংবতা উৎপা ইউরোপলোমগী লীলা শান্নফমগা অনিগী মরক্তা লৈবা শক্তম্ন।

## এলিজাবেথ মতমগী লীলা শান্নফম

পাক চাউরবা ফম্বাক অমগী মথক্তা লীলা শান্নে। মায়কৈ অহুম কোয়শিন্দুনা ভাবোকশিংনা ফম্মি। মরুওইবা ফম্বাক্লুগী মনিঙদা লম মচেৎ অমা লৈ। মফম অতুদা লীলা কুম্লিবা মীশক-শিংহু ফিজেৎ লৈজেংই অতুগা কান্নলিংঙাই লৈরবদি লীলা শান্নফম ফম্বাকী শরুক ওইনসু অহুম শিজিন্নে। অস্তম্না মথক মথা নাইনা ফম্বাক অনিসি লৈবনা লীলা ইবশিংনা গুরুবা চয়েৎমবা মওং মতৌ কয়া লীলাদা হাপচিনবা ওম্মি। মরু ওইবা ফম্বাকী লৈমায়থক্লুদা মীনা থও উদবা থোও কয়ামুক মফম কয়াদা পান্নি। হায়রিবা থোও-লিং অসিদা ভূত প্রেত শাবশিংহু অমদগী অমদা কাউগৎ কাউথা হেক তৌহল্লি। ফম্বাকথক্লুদি মথক কুপ্পি, অদুগা অতৈ মরুমশিংদি করিমতা কুপ্তে। থুংথিলগী পুও অনি তাবা মতমদা লীলা শান্নবা হৌই। লীলাদা পোৎচৈ কয়া পুথোক্লুনা উৎলি অদুগা চীনা অরুদি

জাপানী লীলাগুন এলিজাবেথ মতমগী লীলাদসু লীলা য়াওদবা মী শিংনা চঙক্নু পোৎচৈশিংত্থু থরে, অতুগা অমুক উৎপত্থু লোইরগা পুখোকখি। মতমত্থুগী লীলা ফম্বাঙ্কী মিং থক্লিংঙাই ওইবদি, শেৎ-চারিবা পোশাক্কী অরুং অরাক অতুগা মীয়াম পুন্না উৎপনা ওই। মীয়াম তিনবা, হরাউ তয়াম তৌবা, লুহোংবা, জগোই ঈশৈ অসিনচিংবা মতমত্থুগী মীয়াম্না পামজবা মথল মথেল কয়াগী দৃশ্য উত্নুনা ভাবোক খোন্নবা তৌই। অয়েকপা সিন শিজিন্নত্থুনা দৃশ্যগী তশেংদা রসত্থু ফাওহনবা অমদি মৈঙাল হোংদোক হোংজিন তৌত্থুনা মতম খঙহনবা অসিনচিংবগী খুদোং চাবত্থু মতমত্থুদা লৈরমদে। লীলা কৃম্নিবশিংত্থুগী ঙাঙলকপা ৱাঙাঙদা অয়েংবশিংনা ঙম্নমকসি অত্থুম ভাব তাবা তাই, খঙবা তাই। ইশৈ শকপা অতুগা যন্ত্রগী খোন্থাং হায়বসি মতমত্থুগী লীলাগী তৎন-থানা য়াদ্রবা শরুক অমা ওইনা লৈ। লীলা তৌরিঙৈদা অমদি ঙাইহাক লেপ্লিঙৈ মতমদা যন্ত্র অত্থুম খোংই। এলিজাবেথ মতমগী ভাবোকশিংদি লীলাদা ফাগি জগাই তৌবা, য়ৈনা শুনবা, কুস্তি, থাং হাইনবা অসিনচিংবসি য়েংবা য়াম্না পায়ে। লীলাগী ফম্বাঙ্কা অয়েংবশিংগা য়াম্না নকবা মরম্না লীলা কৃম্নিবশিংত্থু কূপ্নবা মিৎয়েং নায়েং, খোয়রাংবা, পাখৎপা, মুংশি পোকপনচিংবা ময়েক লানা ফোংদোকপা ঙম্নে। ভাবোকশিংত্থুগী মমিত্তা হরাউ তুজুং পোকপা করিগুম্বা দৃশ্যবু উরক্লবদি পেনবা মুংঙাইবা পোক্লে, দৃশ্য খুদিংমক্তু মথক্কী নত্রগা মখাগী দৃশ্যগা চুশিন্নব্রা. মরী লৈনব্রা হায়বরোমদা করিস্থু থো ব্রা শারুদে। হৌজিক মতমগী অচুম অরান কূপ্না থিজিল্লবা ভাবোকশিংগী থম্মোইদা য়ানিংলোইদবা থৌরম থৌদোকশিংত্থু, মখোয়দি ইরাই লাইনা ইকোম কোম্না অত্থুমক য়ানিংনা থাজনা লৌই।

## অওই' শক্তম-পাম্বগী (বস্তুবাদী) লীলা শাম্নফম

অওই' শক্তম পাম্বগী ষ্টেজদি য়ুখল হেক হাইগৎখিবগা লোয়নমা ঐখোয়না তশেংবা জগৎকী দৃশ্য অমা উবা ফংবগুম তৌই। মতু ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা য়ুম অমগী ফক্লাং অমা ফাত্তোকপগী মতৌগুম্মি। মতুদা লীলা শাম্নরিবা মখোয়শিংতু মখোয়গী জগৎতু মত্তনা অতৈ করিগুম্বা জগৎ অমতা খঙলু-উরুদবোইনা তৌই। মখোয়না লীলা উৎলিবতুগী পোৎচঙ চৈজংতুস্থ হেক্তমক তশেংগ্রবা জগৎকী শক্তম ডাক্লি। তশেং-তশেংববু চপ চানা মতৌ তম্বা, ষ্টেজগী ওক্লিংডাই ওইবা খুৎশেম্না ভাবোকপু শুনহত্তুনা থম্বা হায়বসি অওই' শক্তম পাম্বগী লীলা উৎফমগী মরু ওইবা পান্দম্মি। পুন্সিদি অফহুংডাইগী ফজরবা শক্তম নত্তে, পুন্সিদি তমথিরবা, মোৎলবা, অমদি য়েংবদা তুক্কচরবা শক্তম ডাক্লা মায়কৈ মরিমক্তা শন্দোক্তুনা লৈ হায়বসি ময়েক লানা উৎপতুনি অওই' শক্তম পাম্বনা পান্দম্ফম ওইরিবসি।

খ্রীষ্টাব্দ ১৮৫০ দগী ১৯০০ ফাওবা ষ্টেজদা তশেং তশেংবা হেক উৎপগী মরমদা চাংয়েং কয়া কয়া তৌনখ্রে। কাইনথংদদি অতুবু কা হেন্না ষ্টেজদা তশেংবমক পুথোক্তুনা উৎপসি মী কয়াগী পুক্লিংদা চিংনবা য়ানিংদগী মতো উনরক্লে। ষ্টেজদা তশেং তশেংববু খোংখোংনা হেক্তমক লোম্বা-ইনবা তারবদি, ষ্টেজদা পুথোক্লিবা পোৎ-চৈ পুম্নমক্তু তশেং তশেংগ্রবগী চপ চাবা শক্তম ওইবা তাই। য়ুমগী ফক্লাংতু অস্তুম্বা মওংদা শেম্বা তাই, মী অমনা মতুগী মথক্তা হেক তুশিল্লবদা হাইকেং ফাওবা নিক্তবা। অতুবু হিরম থুদিংমক্তা হেক্তমক তশেং-তশেংখ্রবা হায়বতু করম্না ওইথোক্লিংডাইনো? তশেংবা জগত্তা ফক্লাং অহুমথক্তমক থাবা মায়কৈ অমদি ফাত্তোকপা য়ুমসিবু লৈব্রা? য়ুন অমথক্কী মমাং জুরি তাফমদা থাউমৈ পয়েং থানবসিবু তশেংবা জগত্তা য়াওনবরা? তশেংবা ফনমক য়াওহল্লবস্থ লীলা

শান্নফম্বু হেক্তুমক তশেংগ্রবা ভাক ওইহনবদি ভম্লিংভাই লৈতে হায়ৰসি খওনরকপদগী তশেংৰগী মহুত্তা খুৎশা হৈৰনা ষ্টেজ লৈতেং খোঙেং তৌৰসি চৎনরকখিৰনি।

## লীলাগী খুৎশিন্দা থোক্লাওবা লীলা শান্নফম

শতাব্দী তরামাপলগী লোইরমদাইদা অওই' শক্তম শকউৎপগী ( বস্তুবাদীগী ) ষ্টেজ মওংনা অথোইবা ওইনা লৈৰহু, কুনশুবা শতাব্দী ফাওবা মমি পুম্নতাম তামখিবা তৌদে। অদুবু হায়রিবা শতাব্দীসিদা মহুম্বা ষ্টেজ মওংহু পান্নবক্তুবগী লৈচিন নোংফাই অমদি মংনরক্লে। মী পুম্বা অস্সুম্মক জ্ঞান তানরক্লে, থিয়েটরদি অহৈ অশিং উৎফম্নি, মনম অদুনা হেক্তুমক তশেংগ্রবা হায়ৰহু পুশিনফম থোক্লে। তশেংবা পোৎ চপ চানা উৎপহুম্বু ভম্লিংভাই লৈতে। অদুনা তুংদা হৌরকপা অওই' পাম্বা কাওবুশিংনা ষ্টেজদা তশেংবতা উৎননবা হোৎনবহু খরদং শক্তম ওনবগী মওংদা পায়খৎপা হৌরকই মথোয়না উৎলকই, ষ্টেজদা তশেংৰা অওইবা পোৎশক্তু পুথোকপদা অথাম্বদা ফম্বা ভাবোক্তদি করিম্বু থোইদোকপা থম্মোইগী ইথিন অমা পোক্লমদবা য়াই। হৌন-শাগী ওইবা মি-লৈ-মিংয়েংসু শাশিন্নবনি হায়না খল্লম্বা য়াই ; ফিজেৎ অমা ইমুংদা ফনমব চুনরবসু লীলাদদি হায়রিবা ফিজেৎতু ওম্মোক্লা চমগ্রবা অমদি চুনখিদ্রবা অমা ওইনা উবসু য়াই। লীলাদা পুথোকপা পোৎ-চৈহু লীলাগী মওং মতৌ[য়েংনা খরা ঋাক-ঋমক তৌনা নত্রগা খরা হম্বনা শীল-লাওবা তাই, নত্রবদি মথোয়হুন। লীলাহু থোগৎপদি লায়রহুনা ভাবোক্লা মিৎ নাবা অমহুন থোকহনগনি। অসুম্বা মিৎ-য়েংদা অওই অওইৰতা উৎননবা লাক্লরম্বহু কাৰক্তি শেমদোকপ্লে হায়ববু হৌজিক ফাওবদসু পুমকোক কোকপদি তৌদ্রি। কুনশুবা শতাব্দী হৌরকপদা অকনবা থোঙজং অমদি চওশিনবা হৌরক্লে হায়বা য়াই।

অওই' পাম্বা ষ্টেজ মউংকী মায়োক্তা অকনবা লালহৌ অমা হৌবকপসি ফাওববা অভিনেত্রী এলেন টেৰিগী মচানিপা গর্ডন ক্রেগনি। ষ্টেজ শেম-শাবদা মহাক্কা খুদমতনা উৎপা থৌশিন পায়খৎলকই অদুগা শরুক অহুম থোকহনবা সেট (three dimensional form ) শিজিন্নবা হৌরকই। মহাক্কী দৃশ্য শেম্নকপদা লৈতেং খোত্তেং য়াওদে, মহাক্কীদি চন্নবা, পাক-চাউবরা, চীংলেম্নবা অমদি মক-লাম্না লীলা কৃম্বশিংনা হৈশিংবা উৎননবা ফম্বাক্নি। ক্রেগ অদুগা মাগী তেংবাংবা অ্যাপ্লিযাবনা হৌদোকপা ষ্টেজগী মশীল অদুদগী মমৈথংদা অ'তে মখল কযাগী ষ্টেজগী মশেম—Cubism, Futurism হায়বনচিংবা মখল কয়াগী শক্তম পুখোন্নবা হোংনবক্লে। মসিগী মতাংদা ডৈবেন্স-ক্রেগনা হৌদোকপা Constructivism গী পনবা য়াই। মখোযনা হায, ষ্টেজদা তংে বগী মতৌ মওং উৎপসি কান্নদবা অরেম্বনি, অনৌ অদোৱা শক্তমদা খুং শা হৈবা ফোংদোকপনা ষ্টেজ শেম্নিবা মীগী অমতা ডাইববা পান্দম্নি।

ঐখোযনা তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী লীলা শান্নফম খুৎশিনগী ইতিহাস নৈনবকপদা উবা ফংই, লৈবাক লৈবাক্কী যুগ যুগকী অপাম্বা অমদি খোযলাৱা, চৎনবোল অমদি খুংশা হৈন্গী তুংইন্না. ষ্টেজগী পোৎচৈ কোন্না ফংনদনচিংবা য়েংহুনা। লীলা শান্নফমহু হেক হেক শেম্মি। হায়বিবা অমুম্বা ষ্টেজগী মওং অদুগা লীলা উৎপদা জুগোৎ চাবা চাদবা হাযবহু যেংল য়েংলহুনা লীলা ইবশিংনা লীলা লেংই। অদুগুম্বা লীলাশিংহু তুংগী মীবোন্না অয়াম্বা ওইনা শেমজিন-শাজিম্বা অমদি নাতৈ চুদৈ চাদবা ওইনা থনবা য়াই, অদুবু মতম মতমহুগী চৎনরোলশিংহু যেংহুনা লীলাশিংসি ইখিরনি হায়বসি মুন্না ভাব তানা খঙলবদি হায়গ্রিবা ৱাফমশিংসি থক পোক্লোই। চীন অদুগা জাপানগী লীলাদা লীলা য়াওদবা মীশিংনা চঙক্লনা মরক মরক্তা ষ্টেজদা পোৎচৈ পুখোকপা অমদি পুশিনখিবহু, অওই শক্তমগী লীলা

য়েংবদা হৈনব্রবা ভাবোক্তদি থৌদোক্লু, ওস্থোক্না য়েংবদা মুংঙাইখিদ্রবা অমা ওইনা থোকপা। য়াই, অতুবু হায়রিবা লৈবাকশিংসিগী ভাবোক-তদি মতুম্না থব থন্দে, মরমদি অতুগুম্বা মওংগী লীলা মউৎ ঙাক্তনা মখোয়দা বস মপুঙ ফানা অতুম্মক পোকহনব্রবনা। যাত্রা (শুমাং লীলা) শান্নবকপা মতমদা লীলাগী মীশিংতুনা অয়াম্বা মতমদা বাহৈ অমথক্তং মায়কৈ বয়ামুক্তা ওল্লতুনা হন্দিন হন্দিন্না হেক ঙাঙই। অম্সুম্বা লীলা মউৎসি হৌজিকী মতমদদি ওইথোক্ত্রবা অমা ওইনা থোকপা য়াই, অতুবু যাত্রাগী থাইনগী চৎনরোলদা হৈনব্রবা ভাবোক-শিংগী মফমদদি ওইথোক্তবা ওইনা থক থল্লোই, মরমদি অতুগুম্বা লীলা মউত্তুদা বস নিংথিনা পোবপতু মখোয়দি অতুম হৈনব্রবনি। এলিজাবেথ মতমগী লীলা যম্বাক্তি ভাবোক্না লীলা কুম্লিবা মীশিংতুগা য়োনা হেক্তা নকশিন্নবদগী, মতমতুগী লীলাদা মশা মথন্তা ঙাঙজবন-চিংবসি (স্বগতনচিংবসি) য়াম্না মক ওইবা অমা ওইনা তৌনৈ, মরমদি মথন্তুমক চংলিবদো মশাগী ওইনা মথন্তুমক ঙাঙজবা নত্তে, লীলা থোকমিন্নবিবতুবু নাথৈতুনা থম্বোইনা তৌবগা মমাংদা লৈরিবা ভাবোকশিংতুগা হাইফেৎ পুন্নিং হোদোক্লবনি অতুগা হকথেংননা অতুক তোংনা তিন্নবনি। হায়বিবা মতৌশিংসি ষ্টেজগা ভাবোক্না নকশিন্নদ্রবদি ওইথোরিংঙাই ওইদে। অওই-শক্তম-লাকশীনবা লীলা মউৎকী থৌশিন্দি অম্সুম্বা নকশিম্বসি থমদ্রবনা মথন্তা ঙাঙজবা হায়বনচিংবসি থাদোক্লগ্রে।

তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী লীলা শান্নফমসি ওস্থোক্না য়াম্না থেন্নবা লৈরবসু, হিবম কয়ামুক্তদি ওন্নিংঙাই ওইনা মান্নবসু থেংনৈ। লীলা শান্নফমগী খুৎশিলসি হিবম অহুম্লোমদা য়েংশিনবা তাই, মতুদি— ১। নেপথ্যগৃহ (অরোনবা কা), মফমতুদা লীলাগী শেম শাবা অমদি পোৎচং-চৈজং লাঙবা; ২। মঞ্চ (ফম্পাক), মফম অতুদনা লীলা উৎকদবা; ৩। প্রেক্ষাগৃহ (য়েংফম) মফম-তুদনা ভাবোকশিং ফম্লগা লীলা য়েংবা। লৈবাক পুন্নমক্কী যুগ

ওয়মকী লীলা শঙ শেম শাবা কাঙবুশিংনা হায়রিবা মায়কৈ অহুমসি অহুম্মক য়েংশিন্দুনা লাক্লবনি। মফম পুম্নমক্তা লীলাগী ফম্বাক্তা উহন্দবা অরোনবা মফমগগী মরক্তা য়ামদ্রবদা কিজং অমনা তোঙান তোঙাল্লা থায়দোক্লবা শেম্মি। অসুম্না থায়দোকপসিদগী থঙবা ওয়ে, লৈবাক খুদিংমক্কী, যুগ খুদিংমক্কী মীশিংনা অহুম থঙলক্লে, অশেংবা জগৎকা লীলাগী জগৎকা অমতমক নত্তে, লীলাগী জগত্তি খুৎশেম খুৎশীন হৈবগী ( শিল্পগী ) জগৎনি, মায়াগী জগৎনি। লীলাগা ভাবোক্তা ফনমক য়াম্না নকশিন্নবা মরী লৈরবস্থ তঙাই ফদনা লাপ্পবা অমদি মফম পুম্বদা অহুম লৈ। লীলাগী মীশিংনা রস শেম্বনি অহুগা অয়েংবশিংনা রস চুপ্পনি ; অমনা অপিবনি অহুগা অমনা অরৌবনি। অসুম্না অমগা অমগা মরী লৈনবসিনা লীলা মঙৈত্তা মথল মথেলগী শক্লোন চোংথোরকপনি। গ্রীক নাটক অহুগা যাত্রাদি অহাঙবা মফমদা ভাবোক লিশিং লিশিংগী মমাঙদা শাম্নবা মরম্না, লীলা মথল অনিমকসিদা কুপ্পবা থম্মুংগী ভাব ফোংদোক্লবা হোৎনরুবগী মহুত্তা থোক্লেল থোনফমহু বাংনা হৌনা ঙাঙবা অমদি ঈশৈ-মুংশৈগী শকক্লা নম্না হাপ্পনা মরু ওইনা চৎনখিবনি, অহুগা অময়োমদা সংস্কৃত নাটক্তি ইথা খাজিনবা শঙমুংদা শাম্নবনা থাইনগী ভারতকী লীলাদা ফজ-ফজবা মঙংগী শকুম শঙং উৎপরোমদা অকুপ্পা মিৎয়েং থম্বহু ঙম্মি। ভাবোক্কবু নকশিন্নরমদ্রবদি সংস্কৃত নাটকস্থু অহুক য়োশিন্না কুপশিন্না ভাব ফোঙদোকপহু ঙম্মোইদবনি।

## লীলা কুম্বশিংগী মঙৈৎ ( অভিনয় )

লীলা কুম্লিবা মীনা লীলা ইবগী বাহৈশিংহু মশক নাইহল্লি অহুগা মথরাই পালহল্লি। মরম অহুনা মাংগী দায়িসি য়াম্না চাউই। মহাক্লি লীলা ইবগা ভাবোক্তগী মরক্তা লেপ্লিবসি, মহাক্লি লীলা ইবনা হায়নিংলিবহু ভাবোক্কী থম্মোইদা ফাওহল্লিবসি।

অহুনা লীলা কুম্বা মীদি হিরম অনিদা হৈ-শিংদবা ৱাদে। অহানবদা, অইবা মীনা হায়নিংলিবহু মহাক মমুৎ তানা খঙগদবনি। মহুগীদমক মহাক লাইরিক লাইশু হৈবা, রস নিংথিনা খঙবা, অহুগা মমুৎ ছজিন্না খঙ-উঙম্বা অমা ওইবা তাই। অনিশুবদা, ভাবোক্কী থম্মোইদা অইবগী হায়নিংলিবা ৱারোলশিংহু চঙখোম্না ফাওহন্নবা মহাক মায়থোং, খোম্মোক অহুগা উৎলকপদা হৈ-শিংবা হায়বসি মরু ওইনা চঙই। লীলা কুম্লিবহুগী শকওং-শক্তমহু অইবনা শেম্লিবা ল্যোনচৎ-শাজত্তুগা চুশিন্নরবদি ভাবোক্কী থম্মোইদা রস পোকহনবা শুকঙম ঙম্মোই। লীলাগী মরু ওইবা মীশক্তু শাননবগীদমক ৱাং চাউবা; চুং ফিরান চাবা, য়েংবদা ফজবা মীওই অমা চঙই। অহুগা নোঙ্লিংবা পোকহন্নবগী লমচত্তনা থীকনেম্বা, তনোই-তনোইবা নত্রগা তিঙ্গং-য়াঙ্গংবা মীওইনা শাবগা নাতৈ চানবা ওইনা তৌই। শক-চুহু লু-হেল্লবদি নোঙ্লিংবা পোকহনবদা য়াম্না ৱানা থোকই। খোম্মোক হায়বসি লীলা কুম্বা মীশিংগীদি হায়ঙমদনা মরু ওইগ্রবা লন্নি। খোম্মোক্তু চীং লেম্লবদি অথাপ্পদা ফম্বা ভাবোক্কী থম্মোই ফাওবা ইরাই লাইনা খোনবা ঙম্মি। অওইবমক লীলা উৎপদা মরু ওইবা পোৎচং ,ওইরিবসি খোঞ্জেল খোম্বাংদা মওং মওংগী ওইনা ফজহনবা নত্রগা অনেম অরাং নাইতন্দুনা তোঙান তোঙানবা ভাব নিংথিনা ফোঙদোকপা ঙম্বহুনি। Theatre and Stage কৌবা লাইরিক্তা মসিগী মরমদা অম্না হায়রি,— "His voice must be varied in pitch and extensive in range and he must have flexibility not only in pitch but also in tone, in order that the colour of his voice may reflect the mood of the character he is playing"— খোম্মোক্তু অচুম্বা খোম্বাংদা মথং মথং অম্নম হাইগৎলক্লবা নত্রগা নেমথয়রক্লবা, অহু ওইরবদি ভাবোকশিংগী থম্মোইদা নিংদোল চোংনা হুংনাংবগী ইপোম অমা পোকহন্নি। অহুগা অমনা, খোম্বাংহু

ৱাংলম্বদগী খংনেম হেক নেমথৱকপা নত্রগনা নেম্নম্বদগী খংৱাং হেক ৱাংখৎলকপা, অদুম তৌরবস্লু ভাবোক্কী থম্মোইদা ইখও খওহৌদনা থুক পান্দুনা ঙক্লিংঙাই ওইবা নাট্যরস শেম্মি। হৈ শিংনা মুংশা-স্নবদু শান্নরগা খোম্মোক্তু করিগুম্বদা কপ্লিংবা, করিগুম্বদা থোং মেঙবা অসিনচিংবা অদুম তাহনবা য়াই। লীলাগী খোম্মোক্তা খোম্বাং চুম্বা অমদি চাং লেম্বদনস্লু চুংনদে, য়াম্না তক তকনা ময়েক শেংহনগদবনি। অয়াম্বা মতমদা ৱাঙাঙ থুক্তিনখিবদগী খোম্মোক অমগা অমগা য়েংশিন্নখিদুনা ৱাফমদু ইশেং শেংদনা ওই। অদুগা কবিগুম্বা মতমদনা ৱা অম্লুম ঙাঙথরকপদা লীলাগী মীশক্তু স্বর চনিং-চমাং শম্নবক্তদুনা ( দম পুবা ঙম্নক্তদুনা ) লোইবকপগী ৱাহৈ-শিংদু মকা লামহনবা ঙম্লক্তে অদুনা অয়াম্বা ওইনা তাবা ফমবক্তে। অদুনা স্বর অসি কুইনা শাংথনা হোনবা হৈননবা অদুগা ৱাহৈ খুদিংমক মতীং পান্না হায়দোকপা ঙম্নবা স্বর হোন্দোক হোজ্জিনগী কম্নবা শাজেন অমা তৌবা তাই। অযাম্বা লীলাগী মীশকশিংনা ৱাঙাঙদা অদনবা শাফু পিননবা তোংনরকপদা খোম্মোক্তু স্বর চাদবা ওইবকই, মদুনা ৱাঙাঙদু তাবদা মুংঙাইহন্নক্তে। মমাংহৈগী লীলা মউত্তদি স্বর নাইনা ঙাঙবসি কম্না চৎনদম্মি, অদুনা থম্মোই ইথিন পোক্না খভিক্তং ঙাঙলকপদা কম্নগী খোম্মোক্লোমদা তাথরকই। উংলকপদা ৱাহৈশিংদু ৱাঙাঙ চাংচৎ অমতদা অস্লমক গুাঙথরক্লবদি তাবদা লে-থোরকই। মবম অদুনা লীলা উংলকপদা অঙকপা মুংঙাইবা পোকহন্ননবা ৱাহৈশিংদু ৱাংখৎপা নেমথবা, য়াঙশিনবা তপথবা মফম চানা চানা শিজ্জিন্নবা তাই। লীলা হৈবশিংনা করিগুম্বা মতমদা ৱা অস্লম গুাঙথবম্বদগী খংলেপ লেপথোক্তুনা ভাবোক-শিংদা খোয়বাং মুংনাংবা অমা কম্না পোকহন্নগা, মথাগী ৱাহৈশিং তপ্না তাথরক্তুনা মুংঙাইরবা মওং অমা শেম্মি।

লীলাগী ৱাঙাঙগী হেক মথংদা লীলা কুম্নিবশিংগী মরু ওইবা ৱাফম অমনা হকচাংগী শাথেক শাওংনি। তশেংবা জগত্তা থৌদোক

থোদোক্লী তুংইন্না মীওইবনা করম্না চৎথোক চৎশিন তৌই, করম্না খুৎ-শা হাইদোক হায়জিন তৌই, করম্না মায়, মিৎ, পিশূম অমদি লাইবক্লচিংবদা লেঙ-খোৎলকই অমসুং মখল মখেলগী শুক্তোক শুর্কচিন তৌবনা পুক্নিংগী ৱাখল কোঙদোকই হায়বসু লীলাগী মী-শিংনা ওস্থোক্লা পুক্নিং চঙনা কূপ্পা য়েংবা তাই। অসুম্বু লীলাদি তশেংবসু তম্বতনদি ওইদে, মওং অনগী হৈথোই শিংদোইবা উৎকর্ষ্নি। অসুম্বু উৎননবা তৌরকপদা হৌনশাদগী কা-হেনবা য়াওরকই। শাউনিংবা উৎলকপদা লাইবক্লী লৈইশিং পুপচিল্লকপগী মওং নত্রগা অঙকপা কোঙদোনকপদা লৈইশিংসু থক্লোমদা ইনথৎলকপগী মতৌ লীলা তৌরিবা উৎলিবা অসুক-য়োনা, হৌনশাগী লোনচত্তদি থক তৌদে। তশেংবা জগত্তা চথোক-চৎশিনগী ইকোম-কোম্বা মতৌসু লীলাদদি তৌরুবা য়াদে। লীলাগী মীদি করিগুম্বা মরু ওইবা ভাব অমা কোঙদোক্লবগীদমক্তা চথোক-চৎশিন্দু অর্থ লৈহনবগী মওংদা তৌই। মহাক্না ভুমিন্না য়েংথুনা লৈবা অমদি শুকলেঙ-লেঙদনা ফমথুনা লৈবসুদসু য়াম্না হৈশিংবগা লোয়ননা ভাবোক্লী থম্মোইদা থঙনিংবা খুংনাংবা অমা পোকহন্নবা তৌগদবনি। লীলা কূপ্পা মীগী হকচাং কায়াং পুম্নমক নাতে চানা, মওং তানা, হৈশিংনা উৎপা ওন্নথা হোৎনগনি। লৌনম পুকচেন উৎলকপদা মিৎ-না অমদি চিনবান অনি পৈথোক পৈশিন তৌবসু খজিক্কুং ৱাৎপদা ভাবসু য়োনা কোঙদোকপা ওমদে। থোনা পাঙ্গল উৎলকপদা হকচাংসু ওস্থোক্লা জিংনা মায়-মিৎকী শরু তোংশা পুম্নমক য়োনা ফুদোক্কুনা উৎত্রবদি অকন-অথৌসু মান্দে।

নাট্যশাস্ত্রদা লীলা মউৎ মখল মরিথক্লী ৱা পল্লি,— 'আঙ্গিকো বাচিকশ্চৈব হ্যাহার্যঃ সাত্ত্বিকস্তথা॥' ( নাট্যশাস্ত্র, অষ্টমোইধ্যায়ঃ। ) হায়বদি— আঙ্গিক ( হকচাংগী ), বাচিক ( ৱাঙাঙগী ), আহার্য ( ফীজেৎ চাকচাগী ) অমসুং সাত্ত্বিক ( ভাব কোঙবগী )। আঙ্গিক অভিনয়দি অঙ্গ, প্রত্যঙ্গ অমসুং উপাঙ্গশিংমা ফোঙদোকই। কোক,

খুৎ অনি, থবাক, নাকথং অনি, খ্বাঙ অমসুং খোঙ অনি—হায়রিবা তরুকসিনা অঙ্গনি ; লেংজুম-অনি, পাম্বোম অনি, নঙ্গল, পুক, কৈরু অনি অমসুং খুবোম অনি— হায়রিবা তরুকসিবুনা প্রত্যঙ্গ কৌই ; মিৎ, পিশুম, মিৎপাল, মিৎ-মাছা, খজাই অনি, নাতোন, চাইরুং, চিনবান, য়া পরেং, লৈ, খদাঙ, চিন— হায়রিবা খরসিনা উপাঙ্গনি। কাব্যনাটকচিংবদা শেম্লিবা ৱাহৈ ৱাতাগী অভিনয়সু বাচিল্লি। লিক-কোন, খুজি-তান, ফিজেৎ-লৈতেং অসিনচিংবনা হুকচাং লৈতেংহনা উৎপসু আহার্য অভিনয়নি। থম্মোয়গী চয়বা শেং-লবা ভাব পুম্নমক স্বাত্বিক অভিনয়দা ফোঙদোকই। মুংবংবা (স্তম্ভ), হুমাং কাংবা ( স্বেদজল ), তুজুংবা ( রোমাঞ্চ ), খোনজম কায়বা ( স্বরভঙ্গ ), চমম্নবা ( বেপথু ), খ্বাই পাখৎপা ( বিবর্ন’তা ), পি ( অশ্রু ) অমসুং লোইনা মাঙ তাকপা ( প্রলয় )— নিপাল অসি সাত্বিক ভাবনি। ভরতকী ‘নাট্যশাস্ত্র’ অমসুং নন্দিকেশরগী ‘অভিনয় দর্পন’ অসিনচিংবা লাইরিক্তা কোক, ঙক, মিৎয়েং, খুৎ, খোঙথাং শাজং অসিনচিংবসি মথল কয়া থোক্লা থায়দোক্তুনা মরীকচুম্না শন্দোক্লা তাল্লি। হায়রিবা অসুম্বা নাট্যশাস্ত্রদা শঙ হৈরবা অইবশিংগী লাইরিক পারুবদা থাইনগী ভারতকী সমাজদা লীলা কুম্বশিংনা উৎকদবা মউৎকী ( অভিনয় কলাগী ) মরমদা কয়ামুক য়াম্না য়োৌশিম্না নৈনরম্বগে হায়বসু খঙবা ঙম্মি। নাট্যশাস্ত্রদা কোক্কী মউৎ মথল, তরাহুমদোই শুবগী ৱা ইরি। অমসুং অভিনয় দর্পনদনা সম ( চাং কায়দনা লৈবা ), উদ্বাহিত ( থাঙ্গৎপা ), অধোমুখ ( লূকথবা ), আলোলিত ( হাই-খোৎপা ), নোম্বা ), কম্পিত ( নীকপা ), পরাবৃত্ত ( লৈথোকপা ), উৎক্ষিপ্ত (লোংথোকপা) অমসুং পরিবাহিত ( খঙ উরে উৎপা )— হায়রিবা কোক্কী মউৎ মথল মাপল অসিগী ৱারোল পল্লি। নাট্যশাস্ত্রদা মিৎয়েং মথল কুম্ন্রাতরুক্কী ৱা য়াওরি— লেঙগ্রবা ৱাখলগী মিৎয়েংদা মথল নিপাল, রসকী মিৎয়েংদা মথল নিপাল অমসুং ৱাখল হোদোক্লবা মিৎয়েংদা মথল কুন। ‘অভিনয়

দর্পনদা'— সম [ চাং কায়দবা ], আলোকিত [ খঙ উরবা ], সাচী [ লৌনবা ], প্রলোকিত [ অপাম মিহৌবা ], নিমীলিত [ উইশিন্বা ], উল্লোকিত [ হৱাউবা ], অনুবৃত্ত [ তুংইম্নবা ] অমসুং অবলোকিত [ কুপশিনবা ]— হায়ৱিবা মিংয়েং মখল নিপালসিগী ৱা ইরি। 'নাট্যশাস্ত্র'দা মখল মাপল থোক্লা ঙক্কী ৱা হায়রি, অদুবু 'অভিনয় দর্পন'দদি সুন্দরী [ চঙখোনবী ], তিরশ্চীনা [ খোয়ক্রংবী ], পরিবর্তিতা [হুৎ-ফেৎ লৈবী] অমসুং প্রকম্পিতা [ থক থক নীকপী ]— হায়রিবা মখল মরিসিগী ঙক্কী ৱাবোল পল্লি, খুৎকী মওংসু মখল অনি থোক্লা থায়রি— চুশিন্নবা অমসুং চুশিন্নদবা। চুশিন্নদবা খুৎকী মখল কুন্নিপাল, নাটশাস্ত্রদনা বুনয়রি অমসুং চুশিন্নবা খুৎকী মখলনা কুনহুমদোই থায়দোকই। খোঙপাংগী মখলনা মরি শুই—অকোয়বা, অচোংবা, তহা-তঙাবা, চুনচং। 'অভিনয়দর্পন'দা চংপা মখল তরা থোকপগী ৱা হায়রি— হংসী [ কাংঙগুম্বী ], ময়ূরী [ ৱাহোংগুম্বী ], মৃগী [শজিগুম্বী], গজলীলা [ শাম্ব শাজৎকুম্বী ], তুরঙ্গিনী [শগোল তোংগুম্বী ], সিংহী [ নোংশাগুম্বী ], ভুজঙ্গী [ লিলগুম্বী ], মণ্ডুকী [ হঙোইনা চোংগুম্বী ], বীরা [ থৌনাফবীগুম্বী ], মানবী [ তাইবংমীগুম্বী ]।

থাইনগী ভারতা মরু ওইনা লীলা কাঙলুপ অনিথক লৈরম্মি— ভরতকী লীলা কাঙলুপ অমসুং নন্দিকেশ্বরগী লীলা কাঙলুপ। নন্দিকেশ্বরগী কাঙলুপনা হানবদি হাল্লি, অদুবু ভরতকী কাঙলুপ্পুনা মীনা পাম্নবা হেল্লি। 'নাট্যশাস্ত্র', 'অভিনয়দর্পন' অমসুং অতৈ অতৈ লাইরিকশিংনা হায়রি, নন্দিকেশ্বরনা ভরতকী নাট্যগুরুনি হায়না। নন্দিকেশ্বরগীদি লীলা উৎলকপদা মপাম্তোংগী টেকনিকলোমদা মরু ওইবা শাফু পি, অমসুং ভরতকীদি মমুংগী ওইবা রসতু ফুদোক্লবগী মায়কৈরোমদনা হেন্না অকনবা শাফু থম্মি, মহাক্কি রস শেম্বদা হাইফেৎ কায়বা কা হেন্না হকচাংগী কায়াৎনা

উৎপা মউত্তু কল্পা য়ানিংদবা ফোঙদোকই। অসুম্বা অমগা অমগা য়ানদবা লীলা কাঙলুপ অনি সিগী মরক্তা য়ানবা অমা পুৱরকবা মমৈ-থংদা কোহল অত্তুগা মাতঙ্গ চোংথোরকই। মখোয়সু রস শেম্বনা মরু ওইনা লৌইদি হায়ববু, হকচাংনা উৎপা মউৎপু পুমথা থাদোক-পদি তৌদে।

লীলা উৎপগী মওং মতৌ মথক্তা নৈনগ্রিবা ময়াম অসি মথক্তা, ৱাফম অমথক্তা অমুক নিংশিং নিংঙাই ওইবদি, রস তোঙান তোঙাম্বা নাটক্কী লীলা মউত্তসু তোঙান তোঙাম্বা মওং মতৌ অত্তুম্মক লৈগদবনি। রোমান্টিক নাটক শান্নরকপদা থন্নুং ইথিনগী কল্পনা শাফু ফোঙদোকপা তাই। অসিগুম্বা লীলাদা কুম্বা মীশিংদি কল্পনা অমদি কবিত্ব শক্তি লৈবা মীশক ওইবা তাই। শেকসপীয়রগী শাংলবা কবিত্বনা থল্লবা ৱাঙাঙশিংদু ঙাঙথনকপা মতমদা লীলা কুপ্লিবা মীদু ভাবোক্লোমদা ওনশিন্দবসি ঙম্লিংঙাই লৈতে, জ্ঞান তানা মহাক্তা থিথরিবা শরুক্তু ভাবোক্কী থম্মোইদা মহাক পালহল্লিংঙক্কনি। অত্তুবু অওই-শক্তম-পাম্বা ( বাস্তবধর্মী ) নাটক উৎলকপা মতমদদি লীলা কুপ্লিবা মীশক্তু ভাবোক লৈ হায়বা পুমকাউ কাউগদবনি। মাগী চৎথোক চৎশিন অত্তুগা ৱাঙাঙ শাঙাঙ পুম্নমক হৌনশাগী চপ চাবত্তুমক ওইগদবনি। মশানা উৎলিবত্তু কাউথোক্তুনা মহাক কৈদৌঙ্গুংদা মায়কৈ অত্তৈরোমদা য়েংলোইদবনি। ট্র্যাজেডি উৎলকপা মতমদা খোম্থাং খোম্থোক চীং লেম্ফম থোকপত্তু, প্রহসন ( ফাগি লীলা ) উৎলকপা মতমদা চঙলুফম করিমতা লৈতে। ঐতিহাসিক নাটক শান্নরকপদা খোঙ থুং অনদি মায় মিং হাইদোক হাইজিন ওম্থোক ওনশিন তৌবা অত্তুক, হৌজিক মতমগী সামাজিক নাটক্তা তৌরুনিংঙাই করিসু লৈতে। অত্তুম্না তৌরুরবদি কাহেনবা মউৎনি হায়না ভাবোক্লা থীনা ঙাঙননি। অত্তুগা অমনা, অওই' শক্তম পাম্বা নাটক্তা তশেংবা জগৎকী ৱাফম অত্তুগা লোনচৎ শাজৎ অমতা কায়দনা মতৌ তম্বত্তু, ইঙ্গিৎকী ( সাঙ্কেতিকী ) নাটক শান্নরকপদাদি

কবিমতা মায পাক্লিংঙাই লৈতে। সাঙ্কেতিক নাটকশিংদি লীলা কুম্লিবত্থগী চথোক চৎশিন, মিৎয়েং অত্থুগা ৱাঙাওত্থ কবিশুম্বা থাপ্পা লৈগ্রবা জগতকী ইঙ্গিত, নত্রগনা কবিশুম্বা ফোঙদোকপা মন্থুংগী ৱারোলত্থ [ তত্ত্ব ] পাখোং চনবগুম্মা শক্তাকদবনি।

শম্লপ্পা মচং ওইবা ৱাফমদি, লীলা কুম্লিবা মীনা মহাক্লা শাব্রিবা শকওই শক্তমত্থুগা মশাগা থৱাই হবচাং অমতমক ওইশিনগদবনি। শাবিবা লমচত্থ্ কবম্বা মতমগীনো, কবম্বা ফিভমগীনো, মাগী ৱাখল অমদি থম্মোইগী ইথিল্লা কবম তৌবনো হাযবনচিংবসি লীলাদা শাবিবা মীশক্তনা চঙখোল্লা মৃম্লা ভাব তানা থঙবা তাই। মবম অত্থুনা লীলাগী মীশক খুদিংমক থবদং ৱাখল লৌশিং লৈবা, অদুম অবান থঙবা অমদি মী ... ... চংকী মবমদা থঙ উবা মীশক ওইবদা তাই। চঙখোল্লা লমচত্থ্ খংদোক্লগা হৈশিংলবা মউৎ উত্থ্না শাবিল মীত্থুনা মত্থুবু মথৱাই পালহনগদবনি। অত্থুবু উৎপা হৈ-শিংলগতম্থ ওইবদি নত্তে, শাবিবা মীত্থুগী হেক লৈজবা পুম্নমক্থ শাগদৌবিবা লমচত্থগা অমতা ওইনা পুল্লপ ওইশিন্নখিবত্থ ঙমগ্রবদি, উৎলিবত্থ যনমক চঙখোল্লবস্থ. লমচত্থ্বু মথৱাই পালহন্দুনা ভাবোক থম্মোইদা তিং হেক পালহনবদি ঙম্ফম লৈতে।

## শকওং শক্তম শেম্বা ( Make-up )

লীলাগী লমচত্থ্ মকা লাম্না ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা কুম্লিবা মীত্থ চঙখোম্না হেক্লা লীলাদা হৈশিংলবা মীশক অমা ওইবত্থনস্থ য়াদে, মত্থুগা লোয়ননা জুং চপ চানা শকওং শক্তম শেম্বস্থ মহাক থঙবা তাই। কাউবোইদবদি, লীলা রস চুপ্পা লাক্লিবা ময়াম অদো অয়েংবা ঙাক্লি, হায়বদি অহানবদা য়েংবা লাকপনি, মত্থুংদনা তারকপনি। ইহান হানবদা মখোযনা যেংগনি কনানা হায়রিবনো, অত্থুগী মত্থুংদা য়েংলক্কনি করি হায়বিবা অত্থুগা বরম্বা মগুদা হায়রিবা হায়বত্থ। মবম অত্থুনা কনানা হায়রিবনো হায়না অয়েংবশিংনা

সুংনাংনা খঙনিংলিবদো কোরুনবগীদমক লীলা কূম্লিবা মীহুনা শক্তম অমদি ফিজেৎ চাকচেত্তা মানা শারিবা লমচত্নগী চপ চাবা মওং মতৌহু মালহনগদবনি। মী অমখক্কী মশক মতৌ অমদি শেংলি চারিবহু উরকপদা ঐখোয় অহুন ভাবনা লাকশিনবা ঙম্মি, মহাক্তু করম্বা মওংগী মীনো অহুগা করম্বা ৱাঙাঙ ঙাঙবা য়াই অমদি করি শাজং চংলবা য়াই হায়বহু। লীলা কূম্লিবহুগী মশক মতৌ অমদি পোশাক সুংশাক্তা মানা ঙাঙলিবা ৱাঙাঙ অহুগা চংলিবা শাজত্নগা করিমতা চূশিল্লব্রবদি অয়েংবশিংনা মঙোন্দা করিমতা থাজবা অমদি য়েংনিংবা পোক্লোই। লীলা উৎলকপা মতমদা কূম্লিবা মীশক্তু মশাগী লোনচং শাজং পুম্নমক পুমলোং লোংশিল্লগা শাগদৌরিবা লমচত্নগী শাজং লোনচং শিং-শিংনা লৌগদবনি। অয়েংবশিংসু খঙই, লীলাগী মীহু অরোনবা ফিজেৎ শেংলিবনি অহুগা ননথাক লৌনম তৌরিবনি হায়বসি, অহুবু মখোয়হ হায়রিবা ঙম্নকসি ঙাইহাক্কী ওইনা কাউথোকগ্রগা অচুম্বা শক্তম ওইনা লৌহুনা মথাইদা হরাউ সুংঙাইবহু ফংনিংই। শকওং শক্তম শেম্বা হায়বসি লীলা উৎপগীদমক্তি তঙাইফদ্রবা পোংচঙনি, মসিনা ঙম্মিংঙাই ওইদ্রবা থৌওং কয়া পাঙথোকপা ঙম্মি। অহুমকপু মশাগী হাম্না লৈজবা শকওং-শক্তমসু ইচঙ-চঙদবদি নত্তে। শকওং ফিভম কয়া চুমদ্রবী মুপীমচা অমবু ফনমক য়েক-খোত্নুনা হোংনরবসু য়োনা ফজবী হায়বহু ওইহনবা ঙম্মিংঙাই লৈতে। কনাগুম্বা তিঙ্গং-য়াঙ্গংবা নিপা অমা ফনা মশক্তু শেম শাহুনসু অকনবা নিপা অমগী শক্তম ওলহনবা য়ারোই। অসুম্না লীলা কূম্লিবা মীহুগী শকওং ফিভম্না লীলাগী লমচত্ন ফোঙদোকপদা য়াম্না তেংবাংইদি হায়ববু লমচং তোঙান তোঙানবহুগী শক্তম চূশিন্নবা শকওং-শক্তম শেম্বদি তৌদবা ইয়া য়াদ্রবনি। সমাজগী পুন্সিদা মখল মখলগী মীওং লৈ—মহুদি ধর্ম চেনবা, পুকচেল চাউবা, লোথুপ-লোনম্বা, চিরোল হৈবা, য়ু ঙাওবা, ওক্তবা, হুরান চিষ্টি তৌবা, মীসুংশি খুঙদবা অসিনচিংবা। হায়রিবা

মথল পুন্নমকসি শকওং-শক্তম শেম্বনা য়োশিন্না মালহনবা য়াই। শক্তমন্থ মালহন্নগতা লীলাদু মথৱাই পানবা ভাবোক্পা খোয়দাবা ওই।

মমাংঙৈগী নাটক্কি যাওবিবা লমচংশিংদুগী মশক নতৌ অমদি থিজেং চাকচেং কবিমতা অইবনা পল্লমদে, শক্তম-শকওং শেম্নিবা মীহুনা মতমমথুদদি মশাগী ভাবনা শাবা ৱাথল শিজিন্নদুনা বসকী তুংইন্না অহুম্মক শেম্নম্মি। অদুবু লৌকিকী মতমমদি লীলা ইবনা লমচং লমচত্তুগী মওং মতৌ নিংথিনা শুগাইনা তাক্নবনা শক্তম শেম্বদা ওস্নোক্পা খুদোং চাবে। অদুম ওইদুনসু শকওং শেম্বা মীগী লম্নাই ৱাথল ইযাওমক যাওদবদি যাদে। মহাক লীলাদু করম্বা মতমগীনো, করম্বা জাতিগীনো, শাজং-পুজংনা করম তৌরম্বনো হায়বসি মন্না খঙদবা যাদে। ঐতিহাসিক লীলাগীদি থবা লায়না পোকই, মবমদি লমচত্তুগী মওং মতৌদু ইতিহাসতা থুনা অদুম মই, অদুগা অযেংপা লাই নন্দ্রগা। মুঙনা শাবা মুর্ক্তিস্ন কযা অমা থেংনৈ। অদু নত্তবা অতৈ লীলাগীদি শকওং-শক্তম শেম্নিবা মীদুনা, মতম মতংগী ওইথিবা সমাজগী ৱারোল নৈনবগা মশাগী কল্পনা শক্তি শিজিন্নদুনা তশেংবা শকওং শেম্নবদু হোৎনবা তাই।

শকওং-শক্তম শেম্বগী থুংশীনসি থাইনদগী হৌনা লৈপাক পুন্নমক্তা তোঙান তোঙানবা মওংদা। হৈশিংবসি অদুম্মক ফোঙদোক্ল-বকই। গ্রীক অদুগা রোমগী লীলা য়াওবশিংনা শোঙান তোঙান্বা মওং মতৌগী মাযখুম (mask) শিজিন্নম্মি। চীন অদুগা জাপানগী লীলাদনা মায়দা নখল মথেলগী মচুনা মওং কযামুক থোক্নবা য়াম্না থা-না থা-না তৈবদুনা শেম্মি। থাইনগী ভারতকী লীলা কৃষ্ণশিংসু মখোয় মখোয়না শান্নিবা লমচত্তুগী তুংইন্না মমায়দা। রঙ তৈনরম্মি। অঙৌবা, শংবান্নবা মুবা, অঙাংবা অমদি নাপু মচু মরিসি মরু ওইনা শিজিন্নরম্মি। কিরাত, বর্বর, কাশী, কোশল অদুগা থা ভারতকী

মীওইশিংগী মচুদি অমুবনা ওই। শক, যবন, পহ্লব অসিনচিংবা জাতিগী মীশিংনা নাপুগা অঙাংবগা য়াম্নবা মচুঁ থাই। অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, মগধ, পাঞ্চাল অসিনচিংবা লৈবা মীশিংতু অশংবা মচুঁ শিজিন্নে। বৈশ্য অতুগা শূদ্রগী মীশিংস্থু অশংবা মচুনা ওই। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিশিংনা লৈঙাং মচু শঙই। শম মশেমস্থু চেকশিন্না য়েংই। ভূত, হিংচাবা, অঙাওবা শাবশিংগী মশমতু শাংহল্লি অতুগা পুমচাই চাই। বিতুবকী ( নিংথৌগী ফাগি তৌবা মীগী ) মকোক্তু ভাওহল্লি। ঋষিশিংগী মশম মহাং অতুগা শমজি মপুন্দস্থু তোঙান তোঙানবা লমদমগী চংনবীতু কায়দনা থম্মি। ফিজেৎ চাকচাদস্থু খেন্নবা অতুম্মক লৈ। মুনিঋষিশিংনা কৌপীন নত্রগা উ মকু শিজিন্নৈ, নিংথৌশিংগী পোশাক্না অরং অরাক্না থল্লি। অমোংপা শেগাই ভুগাইবা ফিনা অৱা অনং, ঙাওত্রং ফৈদ্রংবা, মথৱাই চাল্লবা মীওইশিং শক্তাক্লবা শিজিন্নে।

হৌজিক্কী মতমদদি মৈঙাল মথল মথলগী খুংশীন থোৱাং হৈরকপনা শকওং-শক্তম শেম্বসি তঙাইফত্রবা হায়বতু ওইরক্লে। অশেংবা জগত্তদি মঙাল অসি কোকথক্লোমদগী লাকই, অতুগা লীলা শাম্নফম ফম্পাক্তদি হৌজিক মঙাল পিশিল্লকই কোক্লোমদগী, খোঙ-লোমদগী অতুগা নাকল্লোমদগী। অদুদস্থু নত্তনা তোঙান তোঙানবা মচুগী স্পটলাইটস্থু শিজিন্নরকই। মস্তুম্বা খুশেমগী মঙাল পুম্বসি য়ৈশিল্লকপনা মহৌশাগী মায়গী কুচুতু মাঙখিতুনা য়েংবদা মুংঙাইতবা মঙাল অমদি মমি তাশিল্লকই, অতুনা মায় মিত্তা উংফম থোকপা মওংশিংতু পুম্মাও মাঙহনখি। মরম অসিদগী মায়দা ওইফম থোকপা শকফমদু খোকহম্নবগীদমক্তা শক শেম্বা য়েকপা হায়বসি শোয়দনমক তৌদবা য়াদ্রবনি। খুংশেমগী মঙাল অদু নমহুংখিনবগীদমক তৈ খোংলতুনা শেম্নিবা মশেমদুবু Straight Make-up কৌই। কোল্ড ক্রীম শিজিন্নদুনা উনশা মচুগী পাউডার হাইকেং থাগদবনি। পিশূম অনিদু হাইকেং মুশিনহনগদবনি, অদুগা মতুংদদা মায়দু

শিন্থংনা রুজ হাইরপ নান্নগদি অতুম য়ারে। মায়গী মচুহু খরনং শাংথনা লেঙদনা লৈহনগে হায়রগা অহানবদা গ্রীজ খজিক্তং তৈশিন-হৌবা তাই। মিংকী ফজবতু লেঙদনা থমগে হায়রগস্থ মিং মচুহুগা চুনবা করিগুম্বা তৈবা য়াৱা অমা তৈনৈ। মায়-মিংকা মপা চাননা চিনবান শঙননবস্থ য়াম্না চেকশিন্না কুপ্না য়েংগদবনি। মায়গী মচুগা খোঙ, খুৎ, লেংক্তম লেংবান্নচিংবগী মচুস্থ মান্নহনবা তাই। মখল মথেলগী শক্তম শেম্বসি শম্নস্থ অয়াম্বা থোকহল্লি, মওং মওংগী শম-হাৎনা ফিভম শকওং তাহনবা য়াই। শমদা মচু তোঙান তোঙাম্বা তৈহনা য়েংবদা নাতৈ চাননবা ফজনবা শেম্বস্থ য়াই। শনগী মচুগা চুশিন্নদা পিশূম য়েক্কদবনি শেম্নগদবনি। চিম্বান কোই, খদাং কোই, অতুগা অশাবা শম ( wig ) না মী অমগী মশক অমদি শাজৎ পুমহোং হোংনা শক্তমতনবা য়াই, অতুনা অশাবা শম শিজিন্নবসি শকওং শক্তম শেম্বগীদি য়াম্না কান্নথ্রবা পোৎচঙনি। মায়দা মখল মথলগী লৈই চিংবনা ৱাখল কয়ামুক্কী মফোঙদোক্তস্থ তেংবাংই। লৈইশিংহু চুমদ্রিংনা নাকল অমদগী নাকল অমা তান্না চিংলবদি পুকচেল ফাঙম্বা, অখাঙ কনবা অমদি পুকচেল চাউবা ফোঙদোকই, অতুগা খোইদ্রিং খোইদ্রাংনা মথক্লোমদা চিংথৎলগনা হৱাউবা, পুক্লিং মকালাম্বা ফোঙদোকই, অতুগা অমুক্না লৈইশিংহু খোয়না খোয়না মথারোম চিংথরগনা অৱাবা, থম্মোই শোকপনচিংবগী ভাব উৎলকই।

## মৈঙালগী থুৎশীল

হৌজিক মতমগী লীলা শান্নফম ফম্পাক্তা মিত্রংগুম্না থোকহন্নবগী অথোইবা পাম্বৈদি মৈঙালনি। এলেকত্রিক্কী অনৌ অনৌবা থুৎশেম থুৎশিন কয়ানা মতমসিগী লীলাবু ঙক্লিংঙাই ওইবা মওং ওইহল্লে। মমাংঙৈদদি ভাবোক্লা লীলা শান্নফম অতুতা উননবা মৈঙাল শিজিন্ন-ৱম্মী। হৌজিক্তি লীলাগী থৌওং থৌদোক্ত তশেংবমক মান্নবা, কুম্নিবশিংহুগী য়োনা কুপ্পবা থম্মোইগী ইথিন ফোঙদোক্লকপহু ময়েক

কাম্মা উচ্ছলবা অতুগা লীলা শান্নফমগী হাংমদা লৈরবা থাপ্লবা কপ্ত্রভকী ইঙ্গিত অমা ভাবোঙ্কী থম্মোইদা পোকহল্লবা মৈঙাললগী মতেং লৌনরে।

অহাঙবা লমছাঙদা লীলা শান্নবিতৈ মতমদদি মকৌশাগী মঙালতনা শান্নফমহু ঙালহল্লম্মী। মতমহুদা খুৎশেম মঙাল শিজিন্ন-হুনা অঙকপা পোকহল্লবা কল্পিগুম্বা খুদোং চাবা অমতা লৈবমদে। লমহাঙলগী শঙল্লুংদা লীলা শান্নফম হোংজিল্লবা মতম অতুদগীদি মৈঙাল শিজিন্নদবা যাদবা মওং তাথি। গ্রীককী লীলা অতুগা থাইনগী ভাবতকী লীলা অনিমক অযুক্তগী শান্নবা হৌবা ঙাম্মি। মতমতুদদি মুংশা মঙালতনা লীলা শান্নফমহু ঙালহন্নম্মী। এলিজাবেথ মতমগী লীলানা মুংথিল পুও অনি তাবদগী হৌই। মুংশা মঙালদা লীলা যেংবহুনা গ্রীক অতুগা এলিজাবেথ মওমর্গী লীলাদা মুংশি হৈথিল্লবা অমদি থম্মোই কাইনিংঙাই ওইরবা দৃশ্য য়াওবহু ভাপোক্কী মফমদা খাংওমদবা ওইনা থোক্কবগুম তোই। মা হাৎলমদাইগী দশ্যদা হাৎকে লাল্লিবা মীতুগী মখুৎকী শিংলিশিং, কমদৌনা পোঙথোরকপা, মাগী মমাব অমদি মঙকী শদোংশিংহু কবম হাল্লনা চাঙথোরকপা, মমিত্তুনা করম্বা মওংদা ঙল্লিংঙাই ওইনা ঈঁমুক ঙাংলকপা হাযবন-চিংবসি উরবতদা মীহাৎপগী তুঙ্গুংনা অকিবা পোকপহু অয়েংবশিংগী থম্মোইদা তশেং তশেংবমক ওইন্না ফাওরকই। মুংশা মঙালদদি অরাপ্পদগী হায়বিবা মকুপ-মতাগী মওশিংসি পাক উবা ফংদে। নবশিন্না ফমহুনা যেংলবহু মঙালম্মা যাকল্লনখিবনা হাযবিবা মথলগী দৃশ্যসি থম্মোইদা কল্লা ফাওবা ওমদে। অসিগুম্বা দৃশ্যদি থোদোক থোকফম অতুভমক ঙালহল্লগা, অকোযবহু হাইফেত্তমক ঙালহনবা নত্রগনা মমিশামি ওইমতা থম্বনা থম্মোইদা কল্লা ফাওবা হেল্লি। মঙালগা মমিগ্রা অতুম্বা তোৎনা তিল্লহনবগী ক্সিভমহু শেমল্লবদি অয়েংবশিংগী থম্মোইদা ঙকচানহনবহু পোকহলবা ওমদে।

শঙল্লুংদা লীলা শান্নফম হোংজিন্নকপা তুংদগীদি ফল্লাক্তা মঙাল তাহল্লরগী মরমদা মতম মতমগী ওইনা মওং কল্লা, বোৎশিং কল্লা

পুথোক্লম্মকই। রেনেসাসঁকী যুগতা ইটালিদা ষ্টেজদা মৈ মথালগী চাং কয়া কয়া য়েংখ্রে। মতম অতুদদি মোমবাতি অতুগা থাউগী থাউমৈ কয়া অখন-অখন্নবা মফমদা থমদুনা লীলাগী ফম্পাক্তু ঙালহল্লগা ওইহল্লিংবা মওং কয়া ওইহন্নবা লাক্লম্মী। অধংবা অহে কাওবু অমনা ভাবোকশিংগী মাঙওইননা থাউমৈ যাম্নবা পাম্মী, অতুগা অথও অহে কাওবু অমনা তুংলোমদা নত্রগা কোকথক্তা থাউমৈ থাদহল্লিংই। কনা কনা অমনা অমুক নাকপ্লোমদগী থাউমৈ মঙাল তাহল্লক্লবা হায়। মতমতুদা লিক্লি থম্না অঙাংবা-নত্রগা ভগশংবা মচুগী মহীলাওবা পোৎ চাপচিন্নগা, মতুগী মনিঙদা থাউমৈ থান্দুনা তোঙান তোঙানবা মচু তাহনবগী মওংসু ক্লৈদোক্লম্মী। এলিজাবেথ মতমগী লীলা শাম্ন-ফমদদি মফম কযাদা মৈ হৌগত্তুনা নোংথাং কুপ্পা, বজ্র তাবগী মওং মতৌ মাম্নবা শীল্লম্মী।

তরামাপাল্লগুবা শতাব্দীদা গ্যাসকী থাউমৈ পুথোকপগা লোয়ন লোয়ননা মৈঙাল শিজিন্নবগী হায়ঙমদন। ওক্লবা থৌওং কয়া পায়খৎপা ঙম্লক্লে। গ্যাসকী মৈঙালনা খুদোংচাবা হায়নবু, লীলা ফম্পাক্তু লংনা চঙবোম্না ঙালহনবা যাই অতুগা। মুংথৎনিংবা মতমদসু খুমৎ মুংথৎপা যাই। অতুগী মতুং তাবকপদা এলেকট্রিকী থাউমৈ লাকপদগীদি অঙকপা ফংলবা মওংদা পুক্কহেং চাংবা অমা থোক-লক্লে। খ্রীষ্টাব্দ ১৮৮০ দগী ১৮৮৭ ফী মনুংদা ইউরোপ অমদি আমেরিকাগী মক মক ওইবা লীলা শাম্নফমদা দৃশ্যতুগী ওশংবা মওং ওইনবা অতুগা। ভাব যৌশিন্না ফোঙদোক্লবা এলেকট্রিকী থাউমৈ শিজিন্নরক্লে। অতুবু হৌখিবা শতাব্দীগী এলেকট্রিকী থাউমৈ শিজিন্নবা হৌগ্রবসু, হায়যম তক্ষম খঙদ্রবা মিত্রংগুম্বা কয়ানা লীলা ফম্পাক্তা অঙকপা থোকহনবসিদি হৌজিক্কী শতাব্দীগী হৌবকপা মতম অগ্গরাইদগীনি।

হৌজিক্কী মতম্দদি এলেকট্রিকী মৈঙালনা লীলা ফম্পাক্তা অঙকপা ফজবা থোকহনবা, লীলাগী থোঙচৎ কনহনবা অতুগা

য়োশিন্নবা শেম্বদা অয়োৰা থৌদাং লোপ্রে। দৃশ্য অমৰু পুমঙাল ঙালহনবা, অপান্নবা মফম অমথকপু থিন্দুনা তাকপা, ঙইহ্ হ্নিংবা মচু ওইহনবা, নত্রগা মম্মি মম্মিবা ফিভমদগী মিৎ থক্লবা মঙাল ফাওবা তাহল্লকপনচিংৰা ওন্থাং ওনশিনগী ফিভম শেম্নকপদা এলেকত্রিক্লা অঙকপা ফংনা তেংবাংলে। ষ্টেজগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী মওং মতৌ কয়াগী মৈঙাল পিরক্কুনা মতাং মতাংগী জুৎ চাবা মৈঙাল পিবা ঙমে। হৌজিক মতমগী ইতিং তিংবা অমদি ইঙ্গিতনা ফোঙদোকপা লীলাদা, উৎলিবা সিনগী পোৎচঙহ্ করিমতা ইগোং হোংদোক্কনা চুম্নগী থাউমৈ মঙাল ঙনা দৃশ্যগী শক্তম অমদি ভাবকী অঙকপা মওং কয়া পোকহন্বা ঙম্নে। হৌজিক শিভিম্নরক্লিবা থাউমৈগী মখল মথেল ওন্থোক্লা য়াম্নখে। ব্যাটেন লাম্প, প্রোজেক্টর ল্যাম্প, ডিসচার্জ ল্যাম্প, ডিমার অসিনচিংবা নমানা তোঙান তোঙানবা মওংগী মৈঙাল পিনবক্লে। মৈঙালগী মতেংনা হৌভিক্তি নোং, থরানমিচাক, মৈবি, উন, নোংথাং, সমুদ্রগী ইথক অসিনচিংবা ঙম্নমক তশেংবা শক্তম মাম্না উৎনরে।

মুংশা মঙালনা অয়াম্বা ঙম্নমক শক উৎলিদি হায়রবু, অঙৌবা মঙালনা থোইদোকপা রস অমদি থম্মোইগী ইথিন পোকহনবদি তৌদে। অঙৌবা মঙালদা য়াওরিবা তোঙান তোঙানবা মচুহ্ থায়দোক্লবা অহ্নগা অঙৌবা মচুহ্নগা অতৈ অতোপ্পা মচুগা য়ানশিন তোংশিন্নবা ঙম্নবা, অহ্ন ওইববদি লীলাদা নিংথিবা স্নুর অমদি থম্মোইগী ইথিন পোকহনবা ঙম্মি। অঙাংবা, নাপু, অহ্নগা কমলা মচুদি ওন্থোক্লা য়াকই অহ্নগা লংই; অমরোমদা শংবান্নবা, অশংবা অহ্নগা মঙ্গ্রা মচুদি য়াম্না নৌই অহ্নগা মেঙই। কবিগুম্না অকিৰা অমদি তমথিবা দৃশ্য উৎলকপদা অঙাংবা মচু শিজিন্নবা অহ্নগুম্না, পুক্নিং নোহৌনা মুংশিবা রস চেনবা দৃশ্য উৎলকপা মতমদনা অশংৰা নত্রগা শংবান্নবা মচু শিজিন্নবা তাবনি। মিৎ মন্নুংদা শিংলি মখল অহুম লৈ। মথোয়শিং অহ্ন অঙাংবা শংবান্নবা অহ্নগা মঙ্গ্রা মচুদা

মথং-মনাউ নাইনা থক থক হেক পাল্লি ( response ) তৌই )। করিগুম্বা অঙাংবা পোংশক অমদা মন্না শংত্রিক্লা য়েংলুরবদি, অঙাংবা মচুগা নবী লৈনবা শিংলত্ত মকা কোংলকই অতুবু ঙাইহাক্তংগী মন্নুংদা নেমপশি, অতুগা শংবান্নবা অমদি মচু মচুগা মরী লৈনবা শিংলশিং অতুদ অতুম্মক থো-না চঙ-চঙ লাউনা লৈ। মবম অতুনা অঙাংবা পোংশক, মাঙখিবগা লোয়না লোয়ননা চঙ-চঙ লাউনা লৈরিবা শিংলশিংতু তৌথম্ থোকপা মথৌ পায়খৎলক্তুনা মিক্না শংবান্নবা অমদি অশংবা মচুঙাক উরকই। লীলা শান্নফমদদি চঙংলনা মেঙাল য়েংশিন্নকপন। শক ঙং-শক্তম শেম্বগী মচুস্থ থরা য়াক-শিনবা তাই। এলেকট্রিকী মেঙালদদি অশংবা মচুসি থরদং হুম্ব-রকপোইনা উই। অতুগা অঙাংবা অমদি নাপ্ন মচুদি য়াকথংলকই। মবম অতুনা নাপ্ন মচুগী পোংশক শিংদি খুৎশেমগী মঙালদা তাইফেং-তাইনা অমদি ভৌথাংলনা উরকই। তশেংবা অঙাংবা মচুহু খুৎশেমগী মঙালদা অতুক্কা হেন্না ঙাং শিন্ননই। মহৌশা জগৎকী পোংশক কয়া, হায়বদি, নুংশা মঙাল, য়াচঙলকপা, থাবল মঙাল অসিনচিংবসি মালহনগে হায়রবদি অঙৌবগা মচু-মরাংগী মঙালগা য়ানশিন্দুনা শেম্না তাই। চংঙক-নাইঙক্কবা দৃশ্য শেম্বদা মচু মচুগী মৈঙাল উক-উক্ক লৈহুনা নত্রগা শৎ-শৎ হোংহুনা উৎপা তাই।

অঙকপা মৎংগী মৈঙালনা হৌজিক মতমগী ষ্টেজগা থানবা য়াক্সবা পোংচঙ অমা ওইহনবস্থ, ঐখোয়না কাউরোইদবদি মৈঙাল পিরিবহু লীলাগী মতেং পাংনবনি — লীলাহু ফজহন্নবনি, লীলাবু নমহৎনবা নত্তে। ষ্টেজদা হৈ-শিংনা শিজিন্নরবা খুৎশেম পুন্নমক পান্দমফমদি অমত্তনি,— লীলাহু উৎলকপদা মীওইবা পুন্সিবু চঙ-খোন্না শক্তম লাকপা ঙম্লনবা মতেং পাংবনি। মশিমস্থ মিংশিংগ-দবনি, থাইনা যন্ত্র ( machine ) শিজিন্নহুনা লীলাগী শরুক কয়া চঙখোন্না উৎননবা উপায় লৈত্রিঙৈ মতমহুদস্থ, ভাবোকশিংহু হৌজিকী মতমগী ভাবোকুম লীলাদা চপ মান্নবা হুংঙাইবহু অতুম ফংই

মথোয়নত্থম হেন্না মুংঙাইবা কংলমগদবোই নিঙই। হৌজিক মেচিনগী যুগ অসিদদি লীলাদা মেচিন চঙহন্দবা হায়বসি ওইথোক্লিংঙাই ওইদে। অত্থবু মে'চিনগী অঙকপবোমদা ভাবোকী পুক্লিং কল্লা চিংশিনখিত্থনা লীলাগী রস চুপ্লদা নোপহন্দনবদি চেকশিন্না য়েংবা তাই। হৌজিকী মতমদা অয়াম্বনা সিনেমাগী মতৌরোমদা মৈ-মশাম্না অমস্থ শান্নরক্লে। মত্থ লীলাগী থৈজদদি য়াম্না চুশিন্নদবা মওংনি। লীলা শান্নকমদা মৈঙাল চঙদবদি শুকয়া য়াদে, অত্থবু মৈঙালত্থনা পুন্সিবু পুমঙান ঙালহনগদবনি, পুন্সিবু মিৎ থকহনগদবদি ‐ঙে। 'Theatre and Stage' কৌবা লাইরিক্তা রবার্ড নেসবিট ( Robert Nesbitt ) না মসিগী মরমদা য়াম্না নিংথিরবা য়াফম অমা হায়, 'My theory is that stage lighting, admittedly an essential component of modern theatrical presentation, is but a part, and as such it should never be used to overpower other indispensable and effective components.'

## শুন্দগী শক্লকপা ইশৈ অত্থগা থোঁবোক্তা চুশিন্নবা থোঙ্গোক-থোনথ'ং—

অয়েংবশিংগী মিৎ অমদি নাকোং পেলহনবগা লোয়ননা রস পোকহনবসি লীলাগী পান্দম্নি। মিৎপু পেলহল্লি মৈঙালনা অত্থগা নাকোংত্থ পেলহল্লি থোম্থাংনা। মৈঙালনা মিত্রংশুম্বা শক্তম কয়া কয়া শেমত্থনা লীলাগী থোঙচৎ অমদি থৌরমদা অকনবা ইনোৎ হাপ্পগুম, থোম্থাং অমদি সুরগী কজরবা ইথিল্লা ভাবোকী থম্মোইদা নিংথিবা রম্বকী কল্লবা ইপোম লাংহল্লি। লীলাগা যন্ত্রগী থোম্থাংগা থোঙলোইনবসি লৈবাকপুম্বদা যুগপুম্বদা অত্থম চৎনরকই। থাইনগী ভারতকী লীলাদা পুঙ-শেলগী কাঙবু অত্থম য়াওরকই। মমাংঙৈগী থিয়েটর শান্নবদস্থ শান্নকমত্থগী মমাঙদা অথোং অরাকী কাঙবু কম্মি। হায়রিবা থোংবা-য়ৈবশিং অসিনা পাঙথোক্লিবা

পাঙথোক্লিবা থৌরমত্থু অমগা অমগা ইমান মান্নে—লীলা হৌড্রিঙৈগী মমাঙদা অমদি ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্লা মতাংদা যন্ত্রগী খোন্থাংশিংনা ভাবোক্তা রসকী ইচেল লেপহন্দনবা ঙৌবনি। খোংনবা যন্ত্রগী মরী অমমমদা স্বর অমমম লৈবগুম, ঐখোয়গী থম্মোই-যন্ত্রগী মরী অমমমদা ইথিন পোকহনবা শাফু অমমম লৈ। করিগুম্বা হৃদাবা দৃশ্য য়েংলকপা মতমদা বেহালাগী স্বর নাকোংদা তাররক্লবদি দৃশ্যত্থু অমুক্কা হেন্না থম্মোই শোকহল্লকই। করিগুম্বা দৃশ্য অমা হৌনদাইদা বাঁশি স্বর তাররক্লবদি, মত্থুগা লোয়না লোয়ননা ভাবোকী পুক্লিংত্থু উরুম-বারুম লাংবা খুঙং অমগী লম্বী লনহাংদা কোইচং চত্তুনা লৈরকই। করি-গুম্বা লানফম অমগী দৃশ্যদা ঙাইহাক্তুং পোক্লাউ য়ৈবগী মখোল তাহল্লবদি অয়েংবশিংগী থম্মোইদা লালগী বাখলনা কঙাউনবা পোকহল্লক্কনি। মৈঙালনা তৌবগুম, খোংলি-য়ৈবিবা যন্ত্রগী খোন্থাংস্থু লীলাবু শোগৎপা ওইনা লৈগদবনি, লমজিংত্থুনা চৎকদবা নত্তে। অত্থুবু অয়াম্বা মতমদা লীলাগী খোঙচংপু তুং ওইননা থম্লবা শুন্দগী যন্ত্র ইশৈনা অয়েংবশিংগী পুন্থাং খোন্নবা নাক্লরকপস্থু য়াওই। অত্থুম্বা কা হেনবত্থু তৌদবা তাই, লীলাদদি লীলানা মরুনি, অত্তৈনা তেংবাংবনি।

শৈহৌদা অমদি মরক মরক্কী লেপ্লকপা মতাংদা শুন্দগী যন্ত্র ইশৈ খোংবতা নত্তনা লীলাগী মতাং কয়াদা যন্ত্রগী চৃশিন্নরবা খোন্থোং-খোন-থোক্লা অকম্বা effect হেক হেক পী। শুন্দগী থোক্লকপা খোন্থোক্লি লীলাদা অয়াম্বা ওইনা অত্থুম চংই। প্রজাগী চৈহৌ, লান্থেংনরকপা, দাবি তাল্লকপা, অসিনচিংবা বয়া অসি মীয়ামগী অপূম্বা খোল্লাউনা ভা-বোক্তা রস চঙথোম্না পোকহল্লি। খোল্লাউদ্থুগা ইরোইননা লীলাগী মা-ত্থুনা থৌদোক-থৌরমত্থু খোন্থোক্তা, মিত্তা-নাদা, শাক্তৎ-শাঙৎদা উৎপা গুন্নগতা শকউদবা মীয়ামশিংগী তশেংবা শক্তমত্থু অয়েংবশিংদা ফাওই। খুদম ওইনা 'টিকেন্দ্রজিৎ' লীলাদা প্রজা মীয়াম হৌরকপত্থু মন্থুংদগী ময়াম্না লাউ-খোংলকপা, নিল্লকপা অত্থু তাহল্লকপনা অওইবা শক্তম

শেম্লকই। লীলা কৃম্লিবা মীতুনা চুম্নতমক মচিন্দা 'প্রেজ্জা মীযাম হৌরক্লে' হায়বতনদি লীলাদু য়াংনা চৎলি, তশেংবা রস পোকহনবা ঙমদে। অকনবা লাপ্নেনরকপদা মঙ্গুংদগী নোংনৈ টোপনচিংবগী মখোল তাহল্লগা ভাবোক্কী থম্মোইদা তুজংবা অকিবা পোকহনবা হেল্লি।

টেপ-রেকোর্ডিংনচিংবা থেক্লকপগী ভৌতিক্তি লীলাদা ঙঃফল্রবা খোন্তা-খোম্লোক বয়া ইপাই লাইনা থোকহনবা ঙম্লে। অতুনা লীলাগী মুংভাইবা চাংস্ন হেনগংলে। মবম অসিনা লীলাদু মরীক চুম্না পুথোক্লবা তোংনবদা খোঙ্গেল-খোঙ্গং কয়া শেম্না হায়বসি তঙাই ফদ্রবা পোৎচঙ অমনি। অদুগা অদু মশেমতদা খুংশিন হৈনা লীলা-হুগা নাতৈ-চাননা শেমদবদা য়াদে। মতাং চানা অরাং-অনেম থায়না শেম্নবা য়াম্না কপাশন্না য়েংনা ওই।

## লীলাগী অথোইবা শক্তম অমনি চৎনবী কন্নামুক

রোমান্টিক নাটক

'রোমান্টিক' অদুগা 'রোমান্টিসিজম' হায়বা ৱাহৈ অনিসিগী মরমদা য়াম্না থম্ন-নৈনখ্রে। 'রোমান্টিক' হায়বা ৱাহৈসি ক্লাসিক হায়নরিবা ৱাহৈগা শম্ন তৈনবা মওং মতৌনি হায়না মমাংঙৈদগী থম্নরকই। মরম অদুনা 'রোমান্টিক' হায়বসু করিনো নৈনগে হায়-রবদি 'ক্লাসিক' কা লোয়নননা হাইকেৎ চাংদম্নবা অমা চঙই। ক্লাসিক সাহিত্যদদি চুমদ্রিং চুম্বা, তশেং তশেংবা অমদি নিয়ম্না অফা-অপুন্নবা শক্তম অমা লৈ। ওয়াল্টার পেটারনা হায়, 'And in the classical literature of Greece and Rome, as in the classics of the last century, the essentially classical element is that quality of order in beauty which they possess indeed, in a pre-eminent degree' মকম

অসিদা পল্লিবা 'quality of order in beauty'— হায়রবসিনি ক্লাসিক সাহিত্যগী মরু ওইবা বা। অদুগা মসিগী অ-তৈনবা ওইনা রোমান্টিক সাহিত্যগী পান্নফমদি নিয়ম অমদি নীতি পুম্নমক মায়োক্তা লেপ্পনি। ওয়াল্টার পেটরনা রোমান্টিসিজমস্থু 'curiosity and the love of beauty' হায়না হায়; ওয়াটস-ডানটনগী য়ারোলদনা 'The Renascence of wonder' হায়না হায়। কম্পটন রিকেটনা রোমান্টিসিজমগী অথোইবা য়াকম অহুমথক পল্লম্মী, 'Subtle sense of mystery', 'exuberant intellectual curiosity' অদুগা 'an instinct for the elemental simplicities of life'। ইংলণ্ডদা রোমান্টিকী অন্দোলনসি রেনেসাঁসকী মতমদা খ্রাইমক্তগী হেন্না কল্লবা শাফুদা চঙশিনবা হৌখি। অদুগী মতুংদা তরানিপালশুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা রেনেসাঁস অদুগা রিফর্মেশন যুগকী খোঙচত্তু মহৈ য়ানবা ওইনা রোমান্টিক আন্দোলন অমুক হন্না য়াকায়রকখি।

ক্লাসিকী মওং মতৌ লেপ্পশিংগী মত মতুং ইন্নদি রোমান্টিক নাটকপু তশেংনা ট্র্যাজেডিনি নত্রগা কমেডিনি হায়না শুক্লো-লোকম লৈতে। ক্লাসিকী থৌশিন মিৎয়েংদা করিগুম্বা তোৎশিন-য়ানশিন্নবা হায়রবসি য়াদে। অদুগা হেক লৈরিবা মথল পুম্নগী মচাক য়ানশিন্দুনা শেম্বনা রোমান্টিক নাটকীদি লোনচৎনি। শ্লেগেলগী য়াহৈদা হায়রগা, 'all contrarieties : nature and art, poetry and prose, seriousness and mirth, recollection and anticipation, spirituality and sensuality, terrestrial and celestial, life and death, are by it blended together in the most intimate combination.' (Dramatic Literature) নিয়মগী মথা পোল্লিবা জগৎসিগী অওবপা, মুক্কবা অমদি থোয়রাং-খোয়লাউনবা অসিনচিংবদগী থোক্লকপা ওয়মত্তু রোমান্টিক লীলা ইবশিংনা কোয়খি থি। শ্লেগেলনা য়াম্না নাতে

চানগ্রবা মওংদা ক্লাসিক সাহিত্যব্ সুড হত্নুনা শাবা ( sculptur ) অহুগা রোমান্টিক সাহিত্যবুনা লাই য়েকপগা পান্দয়হুনা হায়রম্মী। সুড' হৎপনা শাবা মূর্ত্তিদু শওং-শাদা পুম্নমক ভঁশেং তশেংবা বিভমহ্ ওই, করজ অহুগা চুড ফিরান চায়। অহুগা লাই য়েকপদনা'মূর্ত্তিহুগী অকোয়বদা লৈবা নক্লবা অমদি লাপ্তক তৌবা শক্তমশিংদু য়াওশিন্না ময়ামদা উংলি। লাই য়েকপগী মূর্ত্তিদি মুডদা হত্নুনা শাবগুম তশেংবা ওইদে, অহুব্ মচু অমাদ শেই কয়া তৈশিন-চিংশিন্দুনা থম্মোইগী কুপ্লবা রাখলহু ফোঙদোকই।

রোমান্টিক নাটকসু পুন্সিগী তোংশিন-য়ানশিন্নবা অমদি চঙৎ চনৈনবা শক্তম উৎপেক্তুনা পুন্সিগী য়েনা নিংথি-ফজবহ্ শক্তাক শকউৎপা পান্মি। মফম অমদি মতমগী তুং-চানবা থোইনা য়েং- শিল্লবা তৌদনা অঙকপা পোকহনবা, অরাইবা অরুবা হিরম পুল্লপ অহুম থোকহনবা, রারেং-শৈরেং অনিমক হাপচিনবা অসিনচিংবসি তৌবনা রোমান্টিক নাটক্কী ফজবা শক্তম ওই। রোমান্টিক নাটক্কী অথোইবা নিপা-মুপাশিংহু থাগৎকম থোকপা অমদি মীথোই মীহেম্বা লমচংকী মীওইশিং ওইরবসু, মখোয়হু অয়াম্বা মতমদা মীচম ময়ামগা খোঙলোইনরকপা অহুগা মুরুরকপা হেক থোক্লকই। থৌদোক থোক্লকপদা হাইফেং অহুক তশেংবা পোৎশকসু নাটকসিদা য়াও- রকই। রোমান্টিক নাটক্তা ক্লাসিক নাটক্কী 'an action one and complete'— হায়বা চৎনবীহু পুমথা থাদোকই, অহুগা রারি মপূম অমদা মশা মরেং কয়া অমদি নাতৈদি চানবা থৌদোক পরেং কয়া হাপচিল্লি। রোমান্টিক নাটক্কী মরু ওইবা শক্তম অমনা, য়াম্না থোয়রাং-মুংনাংবা অমদি ঈ শাগৎপা থৌদোক ষ্টেজদা উৎপসিনি। থৌদোকশিংহু মরী মরী ওইনা মূকথায়-মূকথেক্লহন্দুনা লীলাগী খোঙচহু, জর-জর য়াঙশিনবা অহুগা থম্মোইদা পালহন্নবা হোৎন- বসিনি লীলাসিগী অথোইবা মওং। থৎনবা, য়ৈনা-শুনবা লালু,

মীহাৎ-মীপুন অসিনচিংবসি ষ্টেজদা উত্তুনা ভাবোক্কী থম্মোই ময়াই কাহন্নবসি রোমান্টিক লীলা ইবশিংনা কন্না লাক্নে।

রোমান্টিক নাটকসি ইংলণ্ড অহুগা স্পেন্দনা মরু ওইনা চাওখৎখি। তবানিপালগুবা শতাব্দী ফাওবা স্পেন্দা ইনখিবা লীলাগী লাইরিক অমম্মা রোমান্টিক ওার্র। স্পেংগী নাটক্তি লোপ চান্ভগা অহুগা মর ওইনা ক্যালডেবনগী খুখা-খুৎইদগী যৌনা চঙখোল্লবা রোমান্টিক্কী শক্তম ফংখি। ইংলণ্ডদা রোমান্টিক লীলা ইবশিংগী মন্নুংদা খ্বাইমক্তগী মকোক ওইবা মীশক্তা শেকসপীয়রনি। বাঙলাগী নাটক্তা রবীন্দ্রনাথকী মতম ফাওবা শেকসপীয়রগী খুদুং মক ওইনা ইন্নবন্মী। শেকসপীয়রগী রোমান্টিক কমেডিগী মতৌ তমহুনা কমেডি কয়া অহুগা মাগী রোমান্টিক ট্রাজেডিগী ফিদম লৌহুনা ঐতিহাসিক নাটক কয়া হনগ্রে। অহুবু ঐতিহাসিক নাটকশিংহু রোমান্টিক ওইরবস্ত্র, ইতিহাসকী ওইবা অমদি জাতিগী ওইবা বাফম্নি হায়হুনা তোঙানবা মখল অমা ওইনা থম্নবা হায়নবক্নি।

## ক্লাসিক নাটক

ক্লাসিক নাটকপু মখল অনি থোক্না খাযদোকপা য়াই—থাইনগী হায়বদি তশেংলবা ক্লাসিক নাটক অহুগা মতুং তারকপগী হায়বদি নিও ক্লাসিক নাটক। থাইনগী ক্লাসিক্কী শক্তম অনি অমুক ওই—গ্রীক্কী ওইবা অহুগা রোমগী ওইবা। পুমচুম-চুমশিন্নহন্বা অহুগা ওইফম থোকপহুতা ওইহনবা হায়বসি—গ্রীক্কী খুৎশিন থৌরমগী মক ওইবনি। থৌদোক-থৌরমগা খুৎশিনগী চংনবীগা পুল্লপ অমতা ওইহন্নবা লাক্লবনা গ্রীক নাটক্কী পান্দম্নি। গ্রীক্কী নাটক্তি লেঙ-মদ্রবা খুৎশিন-থৌরমগী তুংইন্নদা ই হায়বসি মথক্তস্থ নৈনগ্রে। গ্রীকশিংগী মতুংদা রোমদা কমেডি অহুগা ট্রাজেডি ইনন্নকই। রোমলোমগী ওইবা ট্রাজেডিগী শক্তমসি সেনেকাগী নাটক তরাথক্তা উবা ফংই। সেনেকাগী ট্রাজেডিদা অকিবা অমদি ওইথোক্তুবা

থোৌদোক-থোৌরম কয়া য়াওরবসু, শাংল-শাংলবা বাঙাঙ, ৱাহৈ-লৈজেং য়াম্মনবা, থোৌদোক্তু থোঙচং তপ্পা অসিনচিংবনা উৎলকপদা চঙ-থোক্লা মায় পাক্কে। অতুবু হায়রিবা ট্র্যাজেডিশিং অসিনা য়ুমৈথংদা ইটালী অমদি ফরাসিগী ট্র্যাজেডি ইবশিংগী ফিদম লৌনফম হায়বসু ওইথি। ক্লাসিকী ফিদম লৌদুনা ফরাসি লৈবাক্তা করনিল, রেসিন, ভলটেয়ার অদুগা ইটালি লৈবাক্তা অ্যালফিয়েরিনা ইখিবা নাটকশিং অদুবু নিও-ক্লাসিক হায়না খঙনৈ।

ক্লাসিক নাটক্কা নিও-ক্লাসিক নাটক্কা মায়কৈ অনিথক্তা থরদং থেন্নবা উৎলকখি, অহানবদা ক্লাসিক নাটক্তা মমি তাদবা রোমান-টিক ওইবা মুংশি-থোয়দাবগী শক্তম নিও-ক্লাসিক্তা য়েক্লকই; অনিশুবদা, হায়রিবা নাটকসিদা কোরাসকী মফম শুক্লে লৈতে। থোৌদোক-থোৌরম লেপ্লকপদা নিও-ক্লাসিক নাটক্কা ক্লাসিক নাটকী খুত্থুং অতুম ইল্লি। হায়বদি মমাংঙৈগী যুগকী ফাওরবা লমচং-শাজংকী মীওইশিংবু ক্লাসিক নাটক্তা লৌথংপগুম, নিও-ক্লাসিক নাটক্তসু মীথোই-মীহেনবা অমদি ইতিহাসতা ফাওরবা মীওইশিং খনগৎলগা উৎলি। ভলটেয়ারনা হায়খিবা ফাওরবা ৱাফমদু পব্বা ৱাই —'but tragedy always requires characters raised above the common plane.' ইচম-চম্বা তশেংবা পুন্সিগী করিগুম্বা থোৌদোক, করিগুম্বা লমচং অমতা, হায়রিবা নাটকসিদা য়াওদে। নাটক্তু হৌবদগী লোইবা ফাওবা থোঙচং শুকায় কায়দনা থম্নবগীদমক অৱাংবা থাকী শাজং ৱাখল অমদি থোৌনা অতুম্মক ইচেন-চেন্নদুনা লৈনবসি লীলা ইবশিংনা কুপ্পা য়েংশিল্লি। মরম অদুনা হায়রিবা লীলাসিদা অতুক নোক্নবা ফাগি-ফরাংগী ফায়কপা ফিতম ফাওবা য়াওদে। ক্লাসিক অদুগা নিও-ক্লাসিক নাটক্তা মফম মতম অমদি থোৌদোক ওম্মোক্না চুশিন-চাশিন্নবা থম্মি। মখল অনিসিগী নাটক্তদি থোৌদোক্তু অয়াম্বা মতমদা ফোংনা উৎপা তৌদনা শন্দোকপা

হাওহাও-শাওহাওবা থওহল্লি, তমথিবা অমদি হুংশি হৈতবা থৌদোক কয়া চৈজগী হাংমদা থোকহল্লগা মহৃগী পাউহুতমক ওল্মি। মরম অসিমক্তনা হায়রিবা লীলা মথল অনিসিগী থৌরম-থৌদোকী থোওচত্ত্ মোমান-টিক লীলাগুম হকচিনবা অমদি য়াওশিনবা হাংপদগী শিথবা অহুগা হামচংনবা হায়বত্থু ওই।

## অওই' শক্তম লাকপা নাটক

অওই' শক্তম লাকপা নাটক্কী অহানবা পান্দম্ফমদি তশেংবা তাইবং পুন্সিগী চপ চাবা মওং মতৌত্থু ওকায়-কায়দনা তম্বনি। ময়াম্না থওনরবা, নিতিগী থোক্লিবা, হৌনশাগী ওইবা শাজং লোন-চত্থ্ উথোকপা তমথোকপনি— লীলাসিনা পাল্লিবসি। মসিগী অনিশুবা পান্দম্ফম্না মিত্রংগুম লীলা-শাল্লকমত্থু শেম্লগা হেক্তমক তশেংলবা জগৎকী শক্তম পুশিল্লকপত্থুনি। মহৌশাগী ওইনা অত্থুম ফজরবা তশেংবা জগৎ অসিবু মথোয়না থোইনা লৈশি লৈথোক্লিং-লূদে, মথোয়না পাম্লিবদি অকোয়বদা অত্থুম লৈরিবা তশেংবা জগৎ অত্থুবু চপ চাবা শক্তম লাক্তুনা পুথোকপত্থুনি। শাথিবা, তমথিবা, তুক্কচনিংঙাই ওইবা অমদি পাউথোকপিরবা, অত্থুগুম্বা অত্থুতবুনি— অওই' শক্তম লাকপশিংনা য়াম্না পামজরিবসি। কুলি, পৈশাবালি, মিস্ত্রী, শেজাবা, মীন্নুংশি থওদবা, লমচৎ নাইদবা অসিনচিংবসিনি— অওই' শক্তম লাকপা নাটক্কী লমচংশিংদি। মথোয়গী পুন্সিদা অরা মায়োক্নখিবা অমদি লাহ্নেনরিবা, থুদোংথীবা, থৌওই উংশিং-শানবা হোংনজমনগী কাম্নবা অসিনচিংবা ওল্লমক লীলাদা তশেং তশেংবা মমেক লানা থেকই। ঐথোয়নদি থওনিং-উনিংনুদবা, অত্থুম্মাদি ওইরগা তশেংনদি চুমথ্রবা ওং-মৈবিরবা পুন্সিত্থু হায়রিবা অওই' শক্তমগী নাটকসিদা শকউংলি। অওই' শক্তম লাকপগী থৃইদগী থৌইথোক-হেনোকপা শক্তম অমনা Naturalism (প্রকৃতিবাদ মহৌশাগী ওইবগোমদা লৌবা) নি। হায়রিবা naturalism দু

পুথোক্নয়া ময় ওইবা মীশক্না জোলানি। মহোশাগী ওইবরোমদা লৌবশিংনা তাইবং মীওইবগী ইন্দ্রি কায়াৎমুংগী পোংশক-পোৎলম ( organ ) লোমদনা হেন্না হকচিন্না লৌই। মপা-মপুগী শাগৈ-জাৎ, হাথল-মুংথল, অমদি অকোয়বদা লৈরিবহুগী শাজৎ-মুংজৎনা শেম-গৎলকপা পুন্সিহু মখোয়না উৎথোকপা পাম্মি। গ্যাসনারগী হায়্হৈদা অস্থন্না হায়,— 'The strictly naturalistic view was mechanistic, physiological and deterministic The individual was to be exhibited as the product, puppet, and victim of the inexorable forces of heredity, instinct and environment, for man was to be regarded as a wholly, natural object subject to natural processes.' ( Form and Idea in Modern Theatre ). Naturalism গী মীওইশিংনা লীলাদা কুম্নিবশিংহুগী শকওং-শক্তম, হাভাভ অদুগা উৎলকপা মউন্দু হেক ওন্নিবমখৈ মহো-শাগী ওইবহু লেঙদনা থম্না পাম্মি। অহুবু অস্থন্না naturalism গী মীওইশিংনা শিং-শিংনা হেক্তা লৌবসি অওই' শক্তম লাকপা ( বাস্তববাদি ) শিংনা তুং কোইনা শোগৎখিদ্রে, মতম থন্না লৈরগা naturalism গী মহুত্তা Selective Realism হায়বা অমা থোরক্লে।

অওই' শক্তম লাকপগী ( বাস্তবতাগী ) অথোইবা মওং অমনা উৎকমহু য়োশিন্না মালহনবনি। ভিক্তর হিউগোনা হায়, 'The place where this or that catastrophe took place, becomes a terrible and inseparable witness thereof.' লীলাগী লমচং অমা অচুম্বা অমদি থাজবা হায়বহু ওইহনগে হায়রবদি অকোয়বগী মওং মতৌ অদুগা থৌওং থৌদোক্ন্দু য়ান্না চুশিন্নলা শেম্বা হায়বসি তঙাইফদবনি। শিন্মী অমগী লমচং উৎকে হায়রবদি মহাক্ন্দু কদায়দা লৈ, কনা কনাগা তোৎনা-ভিন্নৈ, মাম্মী

মুদ্বান-কৈবান্দা অরাৎ-অপা করি করি লৈ হায়বনচিংবসি নিংথিনা ফোঙদোকপা তাই। মাগী লোনচৎ-বাঙাঙদসু খোনচোপ অমদি চাওখত্তবা মতৌচু খরা উৎপা তাই। সমাজগী লৈপাক-ঙাক্লোন অত্থুগা শেল-থুমগী ফিভম্না মীওইবগী লমচত্তা করম করম্বা বাখল অত্থুগী থৌওং-থৌশিন থোক্লকপগে হায়বচু হৌজিক মতমগী অওই' শক্তম লাকপা নাটক্তা হেক পুথোকই। মীওইবগী বাখল শাজৎসি লৈরিবা অকোয়বা সমাজগী লোনচং-শাজৎতা হিদোংবনা হৌজিক মতমগী অয়াম্বা নাটক্তি কনাগুম্বা অথোইবা মীওই অমদি তোঙানবা মীশক অমগী 'ওইনা লৌখৎত্রে, মরু ওইবা মীশক অমগী মচুত্তা মরু ওইবা মীশক কয়া কয়া হাপনরে।

অওই' শক্তম পাম্বা নাটক্তি থম্মোইগী বাফমদগী বাখল অমদি লৌশিংগী বাফমোমদা হেন্না হকচিন্না চৎখিবনা য়েৎনবা অত্থুগা অচুম-অরান খিবগী বাফম্না মরু ওই। সমাজগী মরমদা জ্ঞান তারকপগা লোয়ননা সমাজগী খোঙচং খোঙথাং, চৎনবী, হৌনবী নিয়ম অসিনচিংবগী মরমদা অপান-পামদা অমদি ওইহল্লিংবা মওং মতৌচু লীলা কুপ্লিবা মীগী মচিন্দা ঙম্নমক হায়দোকহল্লি। ইবসেন অত্থুগা বার্নার্ড-শোগী লীলাদি সমাজবু কুপ্না য়েংশিনবা ওইবনা সমাজগী অকায়বা, চুমদবা, অমদি খঙ-উদনা লৈবচু অত্থুম য়োনা কুপশিন্না নৈনরিবনি। বার্নার্ড শো-না হায়, '**We now have plays, including some of my own, which begin with discussion and end with action, and others in which the discussion interpenetrates the action from the bigenning to the end**' ইবসেন অত্থুগা শো-গী অয়াম্বা নাটক্তা ক্লাসিক নাটকী মতৌগুম উৎফমচু চুশিন্নমা অমতং শেম্নগা লীলাগী নিপা-মুপীশিংদ্ অমগা অমগা মত খেন্নহনবগী বাঙাঙ-শাঙাঙনা চক্রি-চরাং থাংহন্দুনা কুপ্না নৈনহনবগী মওং পুথোক্তুনা লোইশিলহল্লি। লীলা হৌথিবা মফমদ্দা লোইশিনবচু

অহুম ওই। লীলাগী খোঙচত্তা অদুম্না তপথরকপা অমদি অকনবা ইথিনগী শরুক বাংলকপনা মী অয়াম্বনা হৌজিক মতমগী অওই' শক্তম লাকপা নাটকপু খোয়দাদবগী বাঙাঙ ওইনা ঙাঙনরকই। অদুবু হায়রিবা অওই' শক্তম লাকপশিং ( বাস্তববাদীশিং ) অসিদি উৎকম্নদা খোয়জংলুবদগী নৈনবা অমদি থওহম্বরোমদনা হেন্না য়োশিল্লা খোয়জংই। অসুম্বা মথলগী লীলাদদি চুম্না নৈনরগতা তোকপা নত্তে, নৈনরিবদুগী মঙ্গুংদা তশেংনা পিনিংবা মত অমত্থু ময়ামদা থওহম্নবা কৃপ্পা যেংশিল্লি। লীলা ইবনা মাগী লীলাগী করি করিগুম্বা লমচত্তা মশাগী মত অদু হেক ফোঙদোকহল্লি। বার্নার্ড শো-দি মাগী লীলাগী মীওইশিংদা মশানা হায়নিংবদু ফোঙদোকহনবতা নত্তনা, মাগী লীলা-লাইরিক থুদিং মক্তা শাংলবা বাহৌদোক ইদুনা মশাগী মত অদু অদুম ফোঙদোকই। অদুক য়েৌনা চঙশিনবদু লীলা ইবা অয়াম্বনদি থক তৌনদে। ইবসেনগী নোম্না নত্রগা মিসেস অ্যালভিং অদুগা বার্নার্ড শো-গী ট্যানার নত্রগা মিসেস ওয়্যারেনগী লমচৎশিংদু নৈনরুবদা থঙবা অদুম ঙম্মি, মখোয়শিং অদুদা ইবসেন অমদি শো-না কয়ম তৌনা মখোয় মশা মশাগী মত ফোঙদোকপগে হায়বদু। থাইনগী সমাজদা চৎনরিবা লোনচৎ হুৎচৎশিংগী মায়োক্তা লীলা ইবশিংনা মাগী লীলাগী মীশকশিংবু শাথিনা য়ানিংদবা পামদবা ফোঙদোকহল্লি। থুদমগী মশক ওইনা Ghosts নাটকী মিসেস অ্যালভিঙগী বাহৈ থরা পনবা য়াই। ইবসেনা থাইনগী জগতকী অমম্বা ওইনা থাজবা ( অন্ধবিশ্বাস ) অমদি ফত্তবা চৎনরোল ( কুসংস্কার ) বু ফজবা চৈথা পিরদুনা হায়,

'...... We're all haunted in this world— not only by the things we inherit from our parents— but by the ghosts of innumerable old prejudices and beliefs half forgotten cruelties and betrayals—we may not even be aware of them—but they're there just the same— and we can't get rid of them. অওইবা-অতৌক

থৌরম য়েক্লিংবা ( বস্তুবাদী ) হৌজিক মতমগী লীলা ইবশিংগী মনুংদা সমাজনা অশীন পুরেন ওইজবা পাম্বা ( সমাজতন্ত্রবাদ ) মখোয়শিং অহুদি শেল থুমগী ফিভম (অর্থনৈতিক) খেন্নরূপগী মরম লৌখত্তুনা লীলা ইনৈ, সমাজগী ধানা নোমজবা কাঙবুবু শেঙ্গাউ পায়বশিংনা বমদৌনা তুহৎপিবা অমদি মাঙনা কানহন্দবা হায়বনচিংবহু ময়েক লানা য়েক্তুনা শিল্পীশিং মিকপ থোক্লবা লাক্লে। মীয়ামগী ইহৌনা সমাজগী য়াইফবা পুরক্লি ভাইনি হায়বসি উংনবা হায়রিবা লীলা ইবশিংসিনা খুং থাই। ভাবোক মশা মশাগী ফিভম থঙহনবনা মখোযগী অথোইবা পুক্নিং।

অওই' শক্তম লাকপা ( বস্তুবাদী ) নাটক্লা হৌখিবসি তরা-মাপলশুবা শতাব্দীদনি, অমসুং অহানবগী পৃথিবীগী লাঙ্গাউফাওবা মসিগী কল্লবা ইথৈন লৈবাকপুক্তদা শন্দোকখি। ইবসেন, শেকভ, স্ত্রিণ্ডবার্গনচিংবা অথোইবা বস্তুবাদী নাটক ইবশিংসি হায়রিবা শতাব্দীসিগী মীওই ভাক্লি। খ্রীষ্টাব্দ ১৮৭৯ শুবদা ইবসেন্না মাগী অহানবা সামাজিক নাটক A Doll's House হায়বহু ইখি অমসুং মাগী অরোইবা নাটক্লা খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯৯ দা ইখি। মহাক্না মীওইবা সমাজগী দোষ অমদি ফত্তংলোনচংশিংবু কূপ্লবা মিৎয়েংনা শন্দোক্লা তাকই, অরানবা বাখল অমসুং চংনরোল পুম্নমক্তা অকনবা চৈথা পিহুনা, লৌনম্বা অমদি পুবচেল পিকপশিংগী মায়োক্তা কল্লবা লালহৌ হৌই। স্ত্রিণ্ডবার্গসু মীওই' পুন্সিগী অবাবা-তুশোম্নবা পুথোক্তুনা য়াক্লবা খোনফমদা মাগী লীলাশিংহু ই। মহাক্কী লীলা-শিংগী মনুংদা The Father, Creditors অমসুং Miss India মীয়াম্না থাগৎনৈ।

বাস্তববাদী লীলাসি ফ্রান্সতা আলেকজাণ্ডার ডুমা অমসুং জার্মন্দা হাউপ্টম্যান, ফ্রেডারিক হেব্বেল অসিনচিংবা লীলা ইবশিংনা হিরম কয়াদা চঙখোল্লবা শক্তম ওইহল্লবসু নরওয়েগী বাস্তববাদী

নাটক্কা হেক চাংদম্নবা য়াৱসি ৱাশিয়াগী নাটক্কনি। টলস্টয়, শেকভ, গোর্কি অসিনচিংবা লীলা ইবশিংনা হায়ৱিবা মখলগী লীলাসিবু অথম্নবা ৱাংলবা থাক্তা পুথৎলম্মী। বাস্তব নাটক যুগতা ৱাশিয়াগী খ্বাইদগী অথোইবা শান্নফম্মা মস্কো আর্ট থিয়েটরদা ওইখি।

ইবসেনগী বাস্তববাদ ওইবা খুৎইহু মাগী অথোইবা শিষ্য বার্নার্ড শো-না ওস্থোক্লা মায়পাক্লা খুঙ্ং ইনখি। শো-গী মতুংদা গলসওয়ার্দিসু সমাজগী চুমদবা অৱানবগী মায়োক্তা য়ানিংদবা উৎনা লীলা কয়া ইখি। শো অমদি গলসওয়ার্দিগী মতুংদা গ্র্যানভিল বার্কার, ব্যারী অসিনচিংবনা হায়ৱিবা লীলা খুৎইসিগী নিংথি ফজবা কয়া শন্দোক্লকপা থেংনৈ।

বাঙলা সাহিত্যদি হায়ৱিবা মখলগী নাটকসি য়াম্না থেংথনা, অনিশুবা পৃথিবীগী লান্জাউ মতুংদতা ময়েক শেংনা উবা ফংলকই। তৱামাপলশুবা শতাব্দীদা মওংসিগী লীলা অমতং অহুক উথিবা হায়ববু, 'নীলদর্পন' হায়বা নাটক্কনি। অসি নত্তবা 'সধবার একাদশী', জামাই বারিক' অসিনচিংবসু মখলসোমদা চিংবদি ময়াই। হৌজিক্কী যুগকী কাওলুপ অমগা অমগা মুক্রবা, সমাজবু নৈনবগী শক্তম ইহান হান্না পুথোকপসি ৱবীন্দ্রনাথ ঠাকুৱগী নাটক্কনি। মাগী 'প্রায়শ্চিত' নাটক্তা নিংথৌগা প্রজাগা,মুক্রবা 'মুক্তধারা' দা মেচিনগা মীওইবগা মুক্রবা অহুগা 'রক্ত করবী'দা শেঙ্গাউ পায়বগা মীচমগা মুক্রবসি ঐখোয়না উবা ফংই। অহুম্মকপু হায়ৱিবা নাটকশিং অসিবু হেক্তা তশেংলবা বাস্তব নাটকনি হায়না কৌবদি য়াদে। মৱমদি, লীলাশিংহুগী কোওদোক্লিবা মফোওদোক অহুগা য়েক্লিবা লমচৎ ময়েক্তু ঈঙ্গিতনা উৎপগী (সঙ্কেতধর্ম্মী) মায়কৈরোমদা চৎল্রে। ইশৈ-মুংমাই য়াম্বা, শৈৱেংগী শক্তম ওইবা বাঙাও অসিনচিংবনা নাটকশিংহুগী থৌওং অমদি খুৎশীন্দু বাস্তবকী মওংগা চুশিন্নদ্রে। অনিশুবা পৃথিবীগী লান্জাউদগীদি কাওবু কাওবু মুক্রবরোমদা মুন্দম

ওইহুনা অওই' শক্তম লাকপা নাটক কয়া কয়া অইবশিংনা চঙখোম্না ইনরক্লে। মখোয়শিংহুগী মন্নুংদা, মনোজ বস্থগী 'নুতন প্রভাত', তুলসী লাহিড়ীগী 'দুঃখীর ইমান', মন্মথ রায়গী 'ধর্মঘট' অসিনচিংবা নাটকশিংসি মমিং পনবা য়াই।

## খুদম্না উৎপা নাটক ( সাঙ্কেটিক নাটক)

তরামাপলশুবা শতাব্দীদা অওই' শক্তম লাকপা ( বাস্তবধর্মী ) নাটক্কা অতুম খোঙলোয়ননা তায়োম্নবা মওংগী খুদম্না উৎপা নাটক ( সাঙ্কেটিক নাটক ) সু থোরকই। খুদম্না উৎপা পাম্বশিংনা তশেংবা জগতকী থৌদোকপু কৈদৌঙ্গুংদা অথোম্বনি হায়না লৌদে। তশেংবা জগতকী বাংমদা আধ্যাত্মিক্কী ( spiritual ) গী জগৎ অমা লৈরিবহু, নম্রগা উনা-খঙনরিবা জগতসিগী খমথেংনা মন্নুং হুজিনবদা শক্লাই-শকউদবা জগত অমা লৈ হায়না। লৌনরিবহু মখোয়না খিজিন্বা পাম্মী। তশেংবা পোংশকপু থাদোক্লগা মখোয় থুপবা-খঙঙমদ্রবরোমদা ( mysterious লোমদা ) খোঙদম্মী। O. Greenwood কী The playwright হায়বা লাইরিক্কুদা অহুম্না ইরি— 'The symbolist movement was fundamentally mystical. Its quarrel with realism was that realism was a study of surface, a sort of artistic materialism.' খুদম্না উৎপা পাম্বশিংগী মততা, তশেংবা জগৎসিদি ওইথ নাই অমদি ভাইহাক্কুংগীনি, অহুগা ঐখোয়না ভাবনা শাহুনা লাকশিনবা ওম্নিবা জগৎসিদি মপান নাইদে অহুগা মতম পুম্বগী ওইনা লৈরবনি। লেঙলি-পাম্লিবা পুন্সিসিদগী নাম্নোক্লগা ঐখোয় অহুম্বা জগত্তুদা লৈবা মীশক ওইবা ঙম্মী। উইলিয়াম ব্লেক্না হায়,' 'The world of Imagination is the world of Eternity. It is the divine bosom into which we shall all go after the death of the vegetated body. The world of

imagination is infinite and eternal, whereas the world of generation or vegetation is finite and temporal. There exist in that eternal world the eternal realities of everything which we see reflected in the vegetable glass of nature.' লেপনাইদ্রবা পোৎশক-পোৎলমগী জগৎসিদগী অদুম্বা মতম চুপ্পদা তশেং তশেংবা জগত্তুদা লাংগোওনা চৎপতুনি— খুদম্না উৎপা পাম্বশিংগী ( সঙ্কেতবাদিশিংনা ) খোয়রাংনা পানজরিবসি।

খুদম্না উৎপা পাম্বশিংগা রোমাণ্টিক পাম্বশিংগা মাম্নবা মত তিম্নবা থরা লৈ। মরমদি, অনিমক্কী মত্তা তশেংবদগী কল্পনানা হেল্লি হায়না লৌই, অদুগা অনিমক্তা ওক্লবা অমদি খও-উওমদবা রস অমা ফুমদুনা লৈ। অদুবু মসিনদি কাউবা চুমদে মদুদি, রোমাণ্টিক নাটক্লা তশেংবা ভাবতু উৎথোকপনি. অদুগা সাঙ্কেতিক নাটক্লা পাখোং ওইনা শক্তাকপনি। রোমাণ্টিক নাটক্কদি নিংথিনা শেম শারবা থৌদোক অমগী খোঙচৎ তুংইল্লি, অদুগা সাঙ্কেতিক নাটক্কনা থৌদোক্কু কোৎদোক্কে অমদি খোঙচৎ য়াওদে। মীওইবগী থমুংদা লৈখা খোম্না লোম্না চীক্লা লৈগ্রবা তথরুরবা চরাংনরবা ওম্নমক্কু খুদম্না উৎপা পাম্বশিংনা ( সঙ্কেতবাদিশিংনা ) তাইবং থম্মোইদা তশেং তশেংনা ফাওহন্নবা হোৎনৈ। ফাওরবা সঙ্কেতবাদী ম্যালার্মনা অদুম্বা অচৌকপতুবু বাঙাঙসোমদা শক্তাকৃস্মী —'the silence which is more musical than any song.'

অসুম্বা থমুংগী লোম্নাইদ্রবা অমদি হৈঙম-শিংঙমদ্রবা মতৌসিনা সঙ্কেতবাদীগী ফিদম ওইবদগী সঙ্কেতবাদীগী নাটকসি খোঙফম কায়দ্রবা মওংগী ( stability ) নাটক্লোমদা চথগ্রে। হায়রিবা খোঙফম কায়দ্রবা নাটকসিবু শৌগত্তুনা মেটারলিঙ্কনা মাগী ফাওরবা বারেং The Tragical in Daily Life হায়রবতুদা নিংথিবা

বারোল কয়া উৎথে। অদুবু একাঙ্ক নাটক ( one act play ) নত্তনা হায়রিবা মথলগী লৌলাসি নিংথিনা মায়-পাকপা হায়বছুদি কয়া উদে। গ্যাসনারনা অস্থুম্না হায়— 'But it was a sterile concept, except in the field of the short one act play, and thus could not generate a new dramatic form.' ( Form and Method of Modern Drama, by John Gassner ). মেটারলিঙ্ককী The Intruder, Interior, The Blind হ ৎবনচিংবা নাটক্তা থৌদোকী শাফুহ য়াম্না হেক্তা ভপ্নিবগী মবম শুগাইনা পল্লহুনা মহাক্না হায় মহুদি, অস্থুম্বা লেঙনাইদ্রবা পুন্সি শক্তম অসিত্তনা পুন্সিগী অমুক্তা হেন্না অশেং অশেংলবা, মন্থুংয়ৌনা হুঞ্জিল্লবা, পাক-চাউরবা শক্তম্নি— 'a deeper, more human, more universal life.' শেকভেগী নাটক্সু হায়রিবা খোঙকম কায়দবা ( static ) নাটকী মন্থুং চল্লি। অদুম ওইনমক মেটারলিঙ্ককী মতুংদা ইয়েটসনা হায়রিবা মওংসিগী নাটকপু খ্বাইমক্তগী হেন্না শৌগৎপা মীওই ওইখি। অদুবু গ্যাস-নারগী মতৌশুম্ন এলিজাবেথ ডস্ত static ওইবা নাটকপু কনথত্তে। মহাক্না ইয়েটসকী নাটকপু লঙনবা খোনফম ওইনা হৈরম্মী— 'This means the deliberate exclusion of character and of action for their own sake, indeed it implies a static drama, which is almost a contradiction in terms The worlds of trance and what we usually mean by drama are antipodes.'

খুদম্না উৎপা ( সাঙ্কেতিক ) নাটক্তদি অথম্নবা মওংগী বাহৈ অমদি বাঙাঙ-থোম্থোক শিজিন্নবা তাই। বাহৈ-বাতাশিংছু অর্থ অনি পুবা, মথল-মথেল কযা লৌনিংঙাই ওইবা, পাখোংগুম্না ওইহন-গদবনি। যুক্তি অমদি বুদ্ধিনা সাঙ্কেতিক খুৎইগী লোন্দা চপ-চানা খঙবা ঙম্নিংঙাই লৈতে, থম্মুংগী ওইবা বাখলগী মিংয়েংতনা লোন্দাছু

খঙবা ঙৱৈ। মেটারলিঙ্কনা সাঙ্কেতিক নাটকী ৱাহৈ-ৱাতাগী মরমদা হায়রবহু মতাংসিদা নিংশিংলি—

Indeed, it is not in the actions but in the words that are found the beauty and greatness of tragedies that are truly beautiful and great; and this not solely in the words that accompany and explain the action, for there must perforce be another dialogue besides the one which is superficially necessary. And indeed the only words that count in the play are those that at first seemed useless, for it is therein that the essence lies. Side by side with the necessary dialogue will you almost find another dialogue that seems superfluous, but examine it carefully and it will be borne home to you that this is the only one that the soul can listen to profoundly, for here alone is it the sould that is being addressed you will see, too, that it is the quality and the scope of this unnecessary dialogue that determine the quality and the immeasurable scope of the work,— The Tragical in Daily Life— The Treasure of the Humble, P. 111-112.

সাঙ্কেতিক নাটকসি ওয়াগনারগী ইশৈনা মপুঙ ওইবা নাটকী মপাঙ্গা নিংথিনা চাওখৎপা ওইখি। ওয়াগনারনা হায়, 'Music is the soul of drama.' ইশৈনা মীওইবগী পুক্কিংবু থৌগী থৌ ঙাক্তা ঙায়রবা জগৎসিদগী থম্মোইঙুংগী ঈংলবা ধ্যানগী জগৎ অমদা পুহনা চৎপা ঙম্মী। ময়েক শেংত্রবা, হায়কম-তক্কম খঙথিত্রবহুবু ইশৈতনদি কোঙদোকপা ঙম্মী। সাঙ্কেতিক লীলা-ইবশিংনা ইশৈ

য়াম্না হাপচিন্দুনা অমদি ৱাঙাঙ-ৱাতাহ্ন ইশৈগা তোৎশিন-য়ানশিন্নহ্নুনা লীলাগী থৌদোক্তু মপাম্মোংতগী ওইনা শকউৎপা জগৎ ওইহন্দনা খঙঙম উঙমদ্রবা ভাবকী জগৎ অমদা পুহ্নুনা চৎলি। ৱবীন্দ্রনাথকী সাঙ্কেতিক নাটকশিংদা ইশৈ য়াম্না য়াওরিবহ্ন অয়াম্বা মতমদা উৎকম থোকপা থৌদোক্কী খোঙচত্তা নাত্তৈ চানদবা, কান্নদবা, অবায়বা ওইনা খন্নবম্বা য়াই, অহুব ইশৈশিং অহুদা তশেংবা সাঙ্কেতিকী মতৌদি অহুম ফোঙদোক্লবনি। ইশৈশিং অহুনা নাটক্তা উরিবা তশেংবা থৌদোক্তুবু উবা ফংদ্রবা ভাবকী মালংপান অমদা লন্নজিংহ্নুনা চৎলবনি। ৱবীন্দ্রনাথনা নাটক্তা ইশৈ য়াম্না হাপ্লিবগী মরমদি, কবিনা মাগী তত্তুহ্ন ফোঙদোক্লিংলকপা মতমদা ৱাহৈ-ৱাতাদনদি মপুঙ ফাদে, য়ৌবা ঙমদে হায়না খনবদগী, মাগী হেক্তমক চন্না তিংলবা ইশৈ থোম্মোক্কী মপান তাংহ্নুনা মহাক্না ওম্মোক্না থৌৱাংনা পামজরবা জগৎ তহ্ন কোয়থি থিরকপনি।

সাঙ্কেতিক নাটক্তা ইশৈগা লোযনন। শৈৱেংগী–শৈহেক খোনফম ( পদ্যছন্দ ) গী ৱাম্ন পন্নিংঙাই অমনি। ৩ৱামাপলগুবা শতাব্দীগী লোইরমদাইদা অমুক হন্না নাটকী জগত্তা বৰি চঙশিল্লক্লে। হাউপ্টম্যান, ইয়েটস অসিনচিংবগী নাটক্তা পদ্যছন্দবু শাদোং ওইনা লৌনরক্লে। সঙ্কেতবাদিশিংনা ৱারেংগী লোন্দাবু ভাব ফোংদোকপদা মতিক চাদে হায়না খল্লি। লোইনাইদ্রবা অমদি তাইবং পুম্বগী ওইবা পুন্সিগী কুপ্পবা ৱারোলশিংসি মথোয়না ছন্দগী খোম্মাংদা ময়েক লানা ফোঙদোক্লকই। ছন্দগী মপান্না ভুম্বোই-ভুমদবোই লৈনরিবা পুক্নিংবু অপাম ৱাখলদগী লাম্মোকহন্দুনা তশেংবা তাইবং পুন্সিগী জ্ঞান থম্মোইদা কাওহল্লি।

সঙ্কেতবাদিশিংনা হায়,— Symbols are the only things free enough from all bonds to speak of perfection. চুম্বদগী চুম্বা, ফজবদগী ফজবা তাক্কে হায়রবদি

সঙ্কেতকী ( খুদম ইঙ্গিতকী ) মপান তাংবা তাই। লৈরাং আতর গোলাপপু খুদমগী মশক ওইনা শিজিন্নগে হায়রবদি ঙকানবদা লৈনা-শিংগী ফজরবা শক্তম অমদি মুংশিন্নবা মনমত্তু ময়েক লানা খঙহনবা তাই, অদুগী মতুংদা মুংশিবা মীগী নিংথি-ফজবত্তু মতৌদুদগী অদুম কোংদোকপত্তু য়াই, অদুদগী অমুক্তু শন্দোক-পাকথোক্না তাইবং মীওইবগী নিংথি-ফজবদি ভাইহাক্তুংদগীনি হায়বা ইঙ্গিতত্তু মহুনা অদুম উৎলম্বা য়াই।

সাঙ্কেতিকী লীলা শান্নরুম মশেমসি খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯০ গী তুংদা মীয়ান্না পান্নবা হায়বত্তু ওইরকই। গর্ডন ক্রেগ অদুগা মাগী খুত্তুং ইনবা লীলাগী ফম্বাক শেম্বশিংনা লীলা শান্নকমদা থোঁদোক্না মতমগা লুং চাননা শেম্বত্তু তোকথোক্তুনা পাকশন্না তাইবংপুম্বা পানশিনবা য়াবা মওংলোমদা শেম্বা পান্নকই। আমেরিকাগী লীলাগী ফম্বাক্না ফজরিবা চাওখৎলিবা ঙম্নমক হায়রিবা সাঙ্গেতিকী মওং-মতৌসিদগী থোকখিবনি। অসুম্বা মওংগী লীলা শানফমসি হৌদোকপদা শিংথানবা য়ারবা রবার্ট এডমণ্ড জোনসনা হায়, 'a good scene design should not be a picture but an image.' অওই' শক্তম পাম্বশিংনা ( বাস্তববাদীশিংনা ) লীলা অমদি লীলা উৎলকপা মউত্তা অওইবা অশেংবগী মিং থাক্লিংভাই ওইবা শক্তম— illusion of reality পুথোকপ পাম্বগুম, খুদম্না উৎপা পাম্বশিংনা ( সঙ্কেতবাদিশিংনা ) মত্তুগী ওম্ন-তৈনবরোমদা ওইদবা শেংদবগী মিং থক্লিংভাই ওইবা শক্তম— illusion of unreality ফোংদোক্নবা লাক্লরকই। সঙ্কেতবাদীশিংনা হায়রিবদি অসিনি, 'Look into the soul of the play.'

অওই' শক্তম পাম্বশিংবু ( বাস্তববাদীশিংবু ) য়ানিংদবা ওইনা সঙ্কেতবাদী লীলা ইবশিং চোংথোরকখি, অদুবু সঙ্কেতবাদ নাটকফি হৌজিক ফাওবদা কন্না হেক্তা মায়পাকপা হায়বত্তুমক্তি ওইত্রি। নাটক

অমদি নাট্য শাস্ত্রকমদি তশেং তশেংবা অমুগা খোঙচং নাইবা খুৎশীন থৌরমগী মফম্নি, ময়েক লাদবা ভাবনা থনবা খোঙচং য়াওদবা থৌ-দোক্কীদি থোইনা ওইনিংঙাই ওইদে। মেটারলিঙ্কস্থ মসিগী বাসি খঙখিবগুম্না তৌই। পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা মহাক static ওইবা নাটক ফিদম থাদোকখি। মহাক্না চিঠি অমথক্তা ইরম্মী, 'you must not attach too great importance to the expres-sion 'static'; it was an invention, a theory of my youth, worth what most literary theories are worth —that is, almost nothing,'

## কোঙদোক্নবা তাকপা নাটক ( অভিব্যক্তিবাদী, Expressionistic Drama )

রোমান্টিকবাদী অমুগা সঙ্কেতবাদীশিংগী মতৌগুম্না অভিব্যক্তি-বাদী ( ফোঙদোক্নবা তাকপা ) নাটকস্থ বাস্তববাদী নাটকপু য়ানিংদবা ওইনা থোক্লকখিবনি। অভিব্যক্তিবাদ ( Expression-nism ) হাযবসিদা এখল তোঙ্গনবা অমগী মিৎযেং অমুগা খুৎশিন থৌরাং অনিমকপু অমুম্মক মখঙনৈ। মক ওইবা ফরাসী লৈবাক্তা সঙ্কেতবাদনা হৌখিবগুম, অভিব্যক্তিবাদস্থ জার্মেনিদা হৌখি। খ্রীষ্টাব্দ ১৯১০ দগী ১৯২০ ফাওবগী মমুংদা অভিব্যক্তিবাদী নাটক থোক্লকখি। অহানবা পৃথিবী লান্তাউগী মহৈনা মীওইবগী পুন্সিদা অমাং-অতা অমদি অশি-অনা শাথিনা থোক্লকপম্থ উবদা লীলা ইথশিংনা চুম্নতা হৌনশাগী তশেংবা পুন্সিগী শক্তম য়েকপনদি পেম্নরক্ত্রে। তাইবং পুন্সিদা অওনবা অমদি মাঙনা-তাক্নবা অমতং থোক্লকপদা অথম্নবা লৈপাক অমতংগীনি নত্রগা মীওই অমতংগীনি হায়না লৌবা য়াদে, তাইবং শীনবা থুংনা চৈনাথোল অমুম্মক কংই। যন্ত্র ( Machine ) কয়া কয়া হায়নিংঙাই লৈতনা পুথোরকপনা মীওইবগা শাথিনা মূকথায়নরকপা, নোম্নিংঙাই-শূনিংঙাই খাৎলকপা

অমদি খোয়রাংনবা হ্নংঙাইতবা পোক্লকপা পুম্নমকসি লীলা ইবশিংনা য়োঁশিনবা শক্তম উংথোক্লবা লাক্লরকই। রাজনীতি অমদি অর্থনিতিগী ফিভম্না মীওইবগী পুন্সি খোঙচত্তা তং-তাবা ফিভম লৈরক্তবনা সমাজগী চংনরোল অমদা অন্নুমক লৈবসি অমুক অচুম্বনি লেঙকদ্রবনি হায়না লৌনরক্লে। মতমগী তুংইন্না ওইরক্লিবা পুন্সিগী শক্তমসি মরা চেন্নবা অমদি তোয়না হোংনাইবা অমা ওইরক্লবসিদা, অহুম্বা পুন্সিগী মন্নুং হুক্সিবা শক্তমহু উং শতনা লীলা ইবশিং করম্না পেন্দুনা লৈবা ঙমগদৌরিবনো? মরম অহুনা মখোয়না মন্নুংগী মচং ওইবা পোত্তু মকা-লান্না শন্দোক্লা উংলকই অহুগা মশা মশাগী থম্মোইদা ফাওরকপা রারোলশিংহু লীলাগী শক্লোন্দা মমি তাহল্লকই।

হায়রিবা অহুম্বা পোংশক্তুবু পোংশক অহুতমক ওইনা লৌদনা খুংশীন-খুংহেলবনা মশাগী থন্নুংদগী পোক্লকপা রাখল কয়ানা মচু শঙহুনা ফজহনবসিনি—অভিব্যক্তিবাদকী ( Expressionism গী ) থ্বাইদগী মরু ওইবা লোনচং। শং-শংনা উরবা অচুম্ববু পাকথোক-শন্দোক্লা মরীক-চুম্না শকউত্তুনা মহুদগী কল্লবা রাখলগী ইপোম অমা ইহৌহনবনি হায়রিবা মওংগী লীলা ইবশিংগী অথোইবা পান্দম্ম। লীলা ফম্পাক্কী ফজবা খুংশিন, হায়বদি মৈঙাল, দৃশ্যগী লৈতেং-খোত্তেং অহুগা লীলাগী মউং-মরাক্তা তশেংলবা মতৌহু ( বাস্তব-তাহু ) অনৌবা মওংগী রস মশেম অমদা ওন্থোকপহু মখোয়না পান্মী। লীলাগী খুংইদসু মখোয়না অনৌবা মওং কয়া পুথোরক্লে। শাংলবা অক্কগী মহুত্তা তেল্লবা দৃশ্যনা শিল্লে। রাভাঙ-শাভাঙসু তেলহল্লে অহুগা ইখঙ-খঙহৌদা ভাব হেক ফোঙদোকপগী মওং শিজিন্নরক্লে, অওইবা লমচং ( বাস্তব চরিত্র ) পুথোকপগী মহুত্তা খুদম্না ইঙ্গিতনা তাকপা লমচং ( সাঙ্কেতিক চরিত্র ) পুশিল্লক্লে, মী-য়াম পুল্লপ পুথোক্তুনা চাউরবা অপুনবা শক্তিগী মঙাল ফাওহল্লক্লে। লীলাগী মন্নুংদা অহুম্বা অপুনবা শক্তিগী মগুণ, হৌরক্লিবা মীয়ামগী কল্লবা রাখলগী ইথিন্দু শাফু-কন্না শক্তমহম্বা— মসিতনি অভিব্যক্তি-বাদী নাটকী মরু ওইবা রাকম। মরম অসিদগী কনা কনাগুম্বা

সমালোচকা হায়, অভিব্যক্তিবাদীগী নাটক্তি থনুংলোমদা য়েংশিন্বা নত্তে, মপাল্লোমতদা য়েংশিন্বনি ; অতুনা হায়রিবা নাটকসিবু হৌজিক মতমগী ক্লাসিকবাদী নাটক্কী কাওলুপ্তা চনবা য়াই। আত্মজ্ঞান্দা চেৎনা থাজরবা অনৌবা রোমান্টিকবাদী ( Neo romantic ) লীলা ইবশিংনা হৌজিক্কী যুগকী যন্ত্র ( machine ) অতুগা খুৎশা হৈবগী বাখল্লোমদা শুকচং-চংলুদনা ইন্দ্রিনা খওঙম উঙমত্রবা বাখলগী তেংবান অমরোমদা চৎপতু পাম্মি অতুগা অভিব্যক্তিবাদী নাটক ইবশিংনা হায়রিবা যন্ত্রগী যুগ অসিবু থৌ-বা শারুদবতু য়ানিংদে।

অহাম্বা পৃথিবীগী লাঞ্চাউগী মমাংদা অতুগা এতুংদা Expressionistic Drama অমি শকথংনবকবস্তু, মসিগী অহাম্বা চেৎলবা খোঙকমদি ষ্ট্রিণ্ডবার্গকী The Dream Play অতুগা The Ghost Sonata হায়বতুদগী হৌখিবনি হায়বা যাই। ষ্ট্রিণ্ডবার্গকী মতুংদা হায়রিবা মখলসিগী অথোইবা লীলা ইবসি কাইজার অতুগা আরনষ্ট টলার মনিং মরু ওইনা পনিংঙাইনি। জর্জ-কাইজারগী Gas অতুগা From Morn to Midnight হায়বা নাটক অনিসি খ্বাইমক্কুগী হেন্না মমিং চৎলবা নাটক্নি। Gas নাটক্তা লীলা ইবনা শিল্পীগী হায়নিংঙাই লৈতনা বাত্রবা শওংম তংশংনা ফোঙদোকই। From Morn to Midnight হায়বতুদনা মতমতুগী সমাজগী চপ-চাবা শক্তম Expressionistic Drama গী মওংদা চঙথোন্না য়েবই। আরনষ্ট টলারগী খ্বাইদগী মীনা পাম্নবা নাটক Man and the Masses হায়বতুদা, শিল্পী মুপী অমগী অবাবা ফিভমতু কোক্লনবা কন্না লাত্থেংনবকপদা মমৈথংদা কয়ামুক ট্র্যাজিক ওইনা অশিববু থাগোম্নখিবা হায়বতু ময়েক লানা ফোঙদোকই। Expressionism হায়বসি জার্মনগী বাংমদা মালেম পুম্বনা খওনবা নাট্যগী ঈহৌ অমা ওইনা শন্দোবকখি। চেকোস্লোভাকিয়াগী নাটক ইবা ক্যারেল ক্যাপেক্কী R. U. R. অতুগা আমেরিকাগী নাটক ইবা হাওয়ার্ড

লসনগী Processional, এলমায় রাইসকী The Adding Machine হায়বনচিংবা নাটকশিংসি লৈবাক মীয়াম্না থাগৎনরবা লীলা ভাক্তি। আমেরিকাগী খ্বাইমক্তগী হেন্না মমিং চৎলবা নাটক ইবা ইউজিন ওনীলনা হায়রিবা মথলগী লীলাসিবু য়াম্না চঙখোম্না অরাংবা থাক্তা পুথৎলম্মি। The Emperor Jones, The Henry Ape, Lazarus Laughts অসিনচিংবা Expressionistic Drama শিংনা অয়েংবশিংগী থম্মোইদা কল্লবা ইথক-ইপোম হৌহল্লম্মী।

Realism বু য়ানিংদবা থরগস্থ Expressionism গা মত তিন্নবা ঐখোয়না থেংনৈ। ইটালি লৈপাক্তা খ্রীষ্টাব্দ ১৯০৯ শুবদা পুথোকপা ভবিষ্যবাদ ( তুংগী বাকম নৈনবা, Futurism ) গা মসিগা মান্নবা উবা ফংই। ভবিষ্যবাদীশিংগী মতনা, 'We feel the need of delivering ourselves from old sensibilities, in order to create definitely the new plastic art inspired by the machine.' হায়বসিনি। নির্মাণবাদী ( শাগৎ-খোকৎপা পাম্বা, constructivist ) শিংগী শাজৎ-খোঙচৎস্থ অয়াম্বনা ভবিষ্যবাদীশিংগা মান্নৈ।

Realism বু য়ানিংদব' উত্থুনা মত অমদি রীতি কয়া থোক্লক-লবস্থ, তুং কোইনা মখোয়দু লেংদনা থম্বদি ঙমদ্রে। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৫ গী অতুরাইদা Expressionistic Drama গী খোঙচৎ লেপখিবোইনা তৌরে। অতুগী মতুংদা খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩০ য়ৌশিল্লকপা অতুরাইদনা ইটালিগী Futurism অতুগা ফরাসী লৈবাক্কী Sure-Realist লোমদা চৎপশিংস্থ শক থোইনা উরক্রে।

## পৌরানিক নাটক

বাঙলা নাটক্কি ইচেল অহুম ফাংই — পৌরানিক, ঐতিহাসিক অমগা সামাজিক। তোঙান তোঙাম্বা সমাজগী কল্লবা শাফুদা

চংলিবা চংনরোল-হৌনরোল কয়াসিনা সমাজগী মীওইশিংগী পুন্সিং বাখল শক্তম অমরোমদা ওল্লক্লে, অদুনা ওল্লক্লিবা বাখলগী তুংইন্না অথন্নবা মওং কয়াগী নাটক মীয়াম্না পাম্নরক্লে। হৌজিক্কী মতমদদি সামাজিক নাটক নত্তনা অতৈ মখলগী নাটক কয়া ইনদ্রে। অদুবু মতম অমা লৈরম্মী, সমাজগী মীওইশিং অসিনা হৌজিক হৌজিক্কী বাকম কাউথোক্তুনা লংলবা নোংদোম্বক্কী খঙঙম-উঙমদ্রবরোমদা থম্মোই লুপ্না নম্রগনা শনা-ফুদোংলবা মচুগী অনৌবা কোয়ৌনা নোংপোক হারমদা ঙাল্লকপা। মতমতুদনা ইখি পৌরানিক অদুগা ঐতিহাসিক নাটক।

পৌরানিক নাটক্কী শক্তম-শকওং খঙগে হায়রবদি ইহান-হাম্বদা 'পৌরানিক' অদুগা 'নাটক' হায়বা বাহৈ অনিসিগী বারোল য়েং-শিন্বা তাই। পৌরানিক হায়বা র হৈসিমক্না অদুম তাক্লে নাটকসিগী য়ুক্ষমদি পুরাণনি। রামায়ণ, মহাভারত, অদুগা অতৈ অতৈ পুরাণদগী বারি লৌরদুনা অমুম্বা মখলগী নাটকসি ইবনি। অদুবু বারি লৌবদুতসু নত্তে, পৌরানিক্কী বাখল ফিদমদুসু চঙ-চঙ লাউনা শক্লাইহন্দুনা পুথোকপসি নাটকসিগী শান্দম্নি। মসিদা থাইনা চংনরম্বা হৌজিক চংনরিবা হায়বগী বাকম চঙদে, তাইবংগী হৌনশা ওইবা হৌনশা ওইদবগী মফম লৈতে, মীগা লাইগা উনবদসু করি-মতা অপন-অখিং লৈতে। থাজবা অমদি ভক্তিদা লুপ্লবা মীশিংদুতনা হায়রিবা জগৎ অসিদা চঙবা ঙম্মী। পুরাণগী বারিতমক লৌখৎপা, পুরাণগী মচং ওইবা ভাবতুদি ফোংদোক্তবা নাটক্তু, চপ-চাবা পৌরানিক নাটক্কি হায়না শিংথাবা য়াদে। অদুবু অসিগুম্বা পৌরা-নিক নাটকশিংসু লৈ, মখোয়দুদা নাটক ইবদুনা জ্ঞান তানিংঙাই ওইবা বাকমদি ফোংদোক্তবা, অদুগা মশাগী ওইজবতা তাম্নরবা জগৎসিগী বাংমা লাম্না শেংলবা বাংলবা ধর্মনীতিগী বাখল্লোমদা ভাবোক্কী থম্মোইবু য়োনা চিংশিনবা ঙম্বা। 'ইতি সংসারে স্ফুটতর

দোষঃ। কথমিহ মানব তব সন্তোষঃ।' মায়াগী লাংনা কুপ্পবা সংসার-সিদা অপেনবা ( সন্তোষ ) হায়বছু লৈতে। অপেনবগী তুংফমদি লংছুনতা লৈরবা স্বর্গলোকনি,— মফম অদুদতনি থম্মোইগী অইংবা কংলিবা, মফম অদুদতনি নিংজবা পামজবা পোলোই ওইফম। ধর্মগী লম্বীদা খোঙদম্লিবশিংনা মুংনাংনা ঙাইজরিবা অদুগুম্বা পো-লোইগী মায়কৈরোমদা পৌরানিক নাটক্লা অয়েংবশিংগী থম্মোইবু থিংঙমজ্রবা শাফুদা লমজিংছুনা চৎলি।

পৌরানিক হায়বা ৱাহৈসিগী মরমদা খরদং নৈনগ্রে, হৌজিক অতোপ্পা ৱাহৈ অমসিগী মরমদা খরদং অমুক নৈনছুনা য়েংসি। পৌরানিক নাটক হায়বসি পৌরানিক্লিদি হায়ববু, নাটক্তি নাটক্লি। নাটক ওইবা মরম্না, মছুবু নোংমদোল্লোমদতা খোঙদনহন্বা য়াদে, মালেম লৈমায়থক্তুসু লৈহন্বা তাই। যাত্রা অমদি ইশৈংতগী ওইবা লীলাগা নাটক্কা খরদং খেন্নবা লৈ। যাত্রাদা ইশৈ অমদি মুংঙাই মুংঙাইবা ৱাহৈ-ৱাতানা, থৌদোক্কী মরমদা কুপশিন্বা ভৌদনা, ভাবোক থম্মোই খোন্নবা হোংনৈ। ইশৈংতগী ওইবা লীলানা ইশৈনা মপুঙ ওইনা নাটক্কী লমচৎ লৌই। অদুগা পৌরানিক নাটক্লা ইশৈ য়াওরবসু ৱাঙাঙ-শাঙাঙনা মরু ওই। ইশৈনা মিৎনা উরিবা জগৎ-সিবু মায়াগী জগৎতা শকওলহল্লি, অদুগা ৱাঙাঙনা মায়াগী জগৎপু খঙনা উনরিবা জগৎতা শক্তমহল্লি। ৱাহৈ ৱাঙাঙনা অথোইবা ওইবদগী পৌরানিক নাটক্কী লমচৎশিংদু তশেংবা জগৎকী মুক্লা-কাউনরিবা মীওইবগী লমচৎ ওইহন্বদু য়ারিবনি। পৌরানিক নাটকশিংসি নোংচুপ্লোমগী নাটক্কী মওং লৌছুনা ই। অয়াম্বা পৌ-রানিক নাটক্তি পঞ্চাঙ্ক ( fife acts ) নাটক ঙাক্লি। অঙ্ক অমদি দৃশ্য কয়া থায়দোরকপনা লীলাগী খোঙচত্তু মথং মথং অৱাংবা থাক্লোমদা পুথৎলকপদা খুদোং চাই। অদুগা নাটক লোইশিল্লকপদা ফিদম্নফম্ ওইবা ৱাখল পুক্লিংগী লম্বেল্লোমদা চিংলগা ঈশ্বরগী মফমদা

মীওইবগী লৈজবা পুন্নমক থরাই-হকচাং য়াওনা কখোক্লুনা ভক্তি-রসকী ঈংলবা ইচেলমুংদা তাউহল্লি।

পৌরানিক নাটক্তা পৌরানিক ওইবগা নাটক্কী শক্তম শেম্নক-পগা মূক্রবগী মওং অমা হেক উই। হায়রিবা মূক্রবসি লীলা ইবগী থম্মোইদা ফুমহুনা লৈ। নাটক্কী পোৎচঙ ওইরকপনা অয়াম্বা মতমদা মহাক লমচঙ্, (চরিত্র) তাইবংগী ওইবা চৈথেং-চৈনা অমদি মীওইবগী লোনচংলোমদা হেক হেক পুশিল্লকই, মতুদগী অমুক থর্মগী ফিদয়োমদা তনখল শল্লকপা তানফমদনা চৈথেং-চৈনা অমদি চথরক্লিবা রস অদু খংহৌদনা থম্মল অমবোমদা হোংখিবগুম্না তৌই। অদুনা পৌরানিক নাটক্কী অয়াম্বা মফমদা থাজনিংঙাই ওইদ্রবা পোলোই অমদি চয়েৎনরবা পৌরম-খৌং অদুগা মখোং মরম খঙদনা ভক্তিগী মায়কৈ তম্লকপসি হেক হেক উই। করি করি-গুম্বা নাটক্তা, খুদম ওইনা গিরিশচন্দ্রগী 'জনা' পল্লবদা, লেঙলি-পাল্লিবা জগৎকী অৱা অনানা চয়েৎনরবা মীওইবা পন্সিগী রগা-লোমদা মক ওইনা চংখিবনা, লীলা ইবনা অক্ক এনা শিন্মুংনা তাইবংগী অৱা-অনা পুম্বদু শৈথাবগা খঙঙম-উংমদনা শান্তরসকী শক্তম ওইনা পোলোই তাহল্লবই। ভারতকী থমুংগী ওইবা মিৎ-য়েংদি (অধ্যাত্মদৃষ্টিদি) অৱাবা ডাক্তি হায়না লৌরবসু অবাবগী রসতা হায়বদি ট্র্যাজেডিদা নাটক লোইশিন্না তৌদে। অনাবতনা অৱাবগী পোলোই ওইরবদি, ঈশ্বরগী থৌজানগী মশক ওইবা খুৎশান্দা মীওইবনা পেন্দবা, পুক্লিং থিংজিন্নিংদবা অমা শোয়দনা ওইনিংঙাইনি। ঈশ্বরনা অৱাবা থোকহল্লি, খুদোংথিবা ওইহল্লি, অদুবু মাগী মফমদা চঙজরবদি অৱাবা, খুদোংথিবা পুন্নমক্তগী লাম্থোক্লুনা মীওইবনা ঈংলবা খুভম ফংই হায়বসি উৎননবা, পৌরানিক নাটক্তা থর্ম কায়দবনা মায়পাকপগী পোলোইরোমদা চথনৈ। ট্র্যাজেডিগী অৱাবগা তাইবং ৱাথল চঙজ্রবা থমুংতগী ওইবা অৱাবগা শকমাম্নদে। ট্র্যাজে-ডিগী অৱাবা উরুরগা ঐখোয়গী পুক্লিংসি ৱাবনা মুংবংই। অদুগুম্বা

অৱাবা অদোমদতা ঐখোয়গী পুক্নিংসি চিংশিল্লি। অদুনা তাইবং পুন্সিগী অপাম-মিহৌদু হেন্না হেন্না পোকহল্লি। হায়ৱিবসি পোক-হল্লিংদবা থব্নুংগী ৱাখল ফিদম শক্তাক্লিংবা লীলা ইবশিংনা মখোয়গী নাটক্কু কৈদৌঙ্গুংদা অৱাবা পোলোই তাহন্দে।

পৌরানিক নাটক য়েংবা লাক্লিবশিংসি অয়াম্বনা মপুক্লিংদা তাইবং মীওইবগী লোনচৎ-শাজংকী রস চুপ্লিংবগা লোয়ননা তেংবান মপুগী মপান নাইত্রবা মগুণতুস্ন খঙনিং-উনিংবা অমা য়াওনা লাকই। মসিমদি কাউরোইদবনি, লীলা ইবা মীথু চুম্নগী খুৎশিন হৈনা শেম্বা মীশক্তা নত্তে, মহাক অয়েবা কাঙবুশিংগী মনক্তুস্ন য়াওরিবনি। জাতিগী ওইনা চেল্লিবা ধর্মগী খোঙজেলদু মুন্না য়েংলগা অয়াম্বা মতমদা নাটক্কী চৎনবোল থাদোক্তুনা ইচম-চম্বা ভক্তিগী ইচেল অমা চেন্নবা লাক্লবা চুম্মি। ধর্মগী নিংথিরবা মগুণ ময়েক লানা ফোং-দোকপা ঙম্বতদা মখলসিগী লীলা য়েংনি-তুনা লাক্লিবা কাঙবুশিংগী মপুক্নিংদু পেল্লি, লীলাগী অরান-অহুই, নাতৈ চানবা চানদবা অমদি হৌনবা হৌনদবা ঙম্মক মখোয় থোইদনা যেংশিল্লুবা তৌদে। ‘চৈতন্য লীলা’ ‘প্রহ্লাদ চরিত্র’ অসিনচিংবা লীলাবু মীয়াম্না খোয়-দানৱিবসি লীলাগী অফ-ফত্ত মগুণদগী ভাবোকশিংগী থম্মংগী তশেংবা ভক্তিগী ৱাথম্না য়াম্না কা হেন্না লৈথিবননি।

নোংচুপ্পোম্নগী লমদস্ন ধর্মগী ওইবা নাটকসি ৱাইবেল অমদি খ্রীষ্টানগী ইতিহাসতা তাক্লিবা ভগবানগা তাইবং মীওইবগা লৈন-ৱিবা মরীগী ৱারিদু চঙখোন্না মুন্না শক্তাক-শকউৎলি। ইউরোপ্তা শতাব্দী মাপন্দগী তরাতককশুবা ফাওবা গীর্জাবু মরু ওইনা থমদুনা ধর্মগী নাটক ইনবা হৌথি। অহাম্বদদি গীর্জাতদা হায়ৱিবা নাটকসি শান্নবগী অদুগা ধর্মযাজকশিংনা (পাদ্রিশিংনা) লীলাদুদা কুম্মী। অদুদগীদি মথং মথং মীয়ামগী মরক্তা হায়ৱিবা নাটকসি শান্নবা হৌরকই। লমহাংদা অমদি করি করিগুম্বা মফমদনা গাড়ী মথক্তা

তোংনা তোংনা লীলা শান্নরুনা চৎপদু য়াওই। অয়াম্বা ওইনা করিগুম্বা লাইগী থোক্লকপা উৎসব মেলাতদা হায়রিবা নাটকসি শান্নে। মতমশুদদি মী পুম্নমক্কী পুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা ধর্মবু চেৎনা থাজনরম্মী। মরম অদুনা মতমশুগী নাটক্তা ধর্মগী ওইবা হকচিন য়োৌশিল্লবা হিরমগা লোয়ননা মতম অদুরাইগী মীওইশিংগী তশেংবা পুন্সিগী শকুমশু তোংশিন-য়ানশিল্লবসু ভাবোকশিংগী মমিত্তা নাতে চানদবা ওইনা থক উদে। হৌজিক মতমগী ধর্মগী ওইবা নাটক্কী থোঙহৌসু ইউরোপ্তা গীর্জাদগী অহুম্মক থোকখিবনি। মতম শাংনা গীর্জাগা লীলা ক্ষম্পাক্না থায়দোক্লদুনা লৈরম্বদু হৌজিক্কী শতাব্দীসিদদি অসুম অসুম্মক কোকশিল্লক্লে। হৌজিক মতমগী ধর্ম নাটক্তা খ্বাই-মক্কগী হেন্না কল্লবা ইথিন পোকহল্লিবসি এলিয়েটকী কাওরবা নাটক Murder in the Cathedral হায়বদুদগীনি। এলিয়েটকী নাটকসিদগী থঙবা ভুমলে, হৌজিক মতমগী লীলা ইবশিংনা ধর্মগী ওইবা হিরম্নোমদা পান্নরক্লে অদুগা ভাবোকশিংসু অদুম্বা মথলগী নাটক্তা কন্না থোয়দানবক্লে হায়বসি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাউগী মতমদা ধর্ম নাটকসি পাক-শন্না শন্দোকপা অদুগা মীনা পান্নবা অমুকসু হেনগৎপ্রে। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৯ দা 'রিলিজিয়াস ড্রামা সোসাইটি' কৌবা কাঙলুপ অমা লিংখৎপ্রে। হৌজিক্তি হায়রিবা মথলগী লীলাসি রেডিওদসু শন্দোরক্লে। মতমসিগী ধর্ম নাটকশিংসি চাওরাক্না মথল মঙা থোক্না থায়দোকপা য়াই। অহানবনা, বাইবেলগী বারিদু চপ চানা লৌদুনা লেংবা নাটকশিং। অনিশুবনা, হৌজিক মতমগী শকুম পানশিন্বা বাইবেলগী বারি লৌরগা ইবা নাটকশিং। অহুম-শুবনা, খ্রীষ্টগী পুন্সি লৌদুনা ইবা ঐতিহাসিক নাটকশিং। মরিশুবনা, ধর্মদা য়ুম্ফম ওইদুনা ইবা সাঙ্কেতিক (symbolic) নাটক পুম্বা। মঙাশুবনা, ধর্মগী ওইবা মিৎয়েংদা ইবা তশেংবা থৌদোক-থৌরম লৌখৎপা নাটকশিং।

ময়াই ওইবা য়ুগতা (মধ্যয়ুগতা) ধর্মগী ওইবা নাটকসি মথল অনিথোক্না 'থায়দোক্লম্মী, মদুদি— নিসট্রি অদুগা মিরাকল প্লে।

মিসট্রিদা ওল্ড অমদি নিউ টেষ্টামেণ্টকী বারিশিংতু শন্দোক্না উৎলি অতুগা মিরাকল প্লেদনা লাইনিংবা ( সাধক ) অমদি অচুম্বগীদমক মথবাই কৎপা ( শহীদ ) শিংগী পুন্সি বারি উৎলি। মিরাকল প্লেশিংনা মিসট্রিদগী মরায়া য়ায়া পায়খি। ঐখোয়গী লৈপাক্তা সাধু অমদি মহাপুরুষশিংগী পুন্সি বারি লৌখৎতুনা ইবা নাটক— নিমাই সন্ন্যাস, বিল্বমঙ্গল, রূপ-সনাতন, ধ্রুব, প্রহ্লাদ চরিত্র, চণ্ডীদাস অসিনচিংবসি হায়রিবা মিরাকল প্লেগী কাওলুপ্তা চঙ্বা য়াই।

ইংলণ্ডদা মিসট্রি অমদি মিরাকল প্লেগী মতুংদা মর‍্যালিটি অতুগা ইন্টারলুড হায়বসি থোক্লকই। মিসট্রি অতুগা মিরাকল প্লেদদি য়েৌনা হকচিল্লবা অমদি ইচম চম্বা হিরমশিং অতুম্মক তোৎথায়-য়ান-থায়নৈ। অতুবু মতুং তারকপা মর‍্যালিটি প্লেদদি য়েৌনা হবচিনবা অমদি তত্ত্বগী মশক ওইবা হিরমশিং ঙাক্তা চঙখোয়া য়াওরক্লে অতুগা ইন্টারলুডতনা ইয়াং-য়াংনা অমদি ফাগিগী শক্তম ওইবা থৌদোক্তমক ময়েক লানা শকউৎলি। মর‍্যালিটিদি তশেংগ্রবা ধর্মগী ফিদম লৌখত্নতা ই অতুগা থম্মোইমুংগী ভাব অমদি লোনচৎশিং অতু মীশক পালহন্দুনা নাটক্তা অতুম পুথোকই। মতাংসিদা ফাওরবা নাটক Everyman গী মমিং খুদমগী মশক ওইনা পনবা য়াই। নাটকসিদা শিবা ( মৃত্যু ), জ্ঞান, শক্তি, নিংথি-ফজবা অসিনচিংবসি লীলাগী মীওই ওইহল্লি। অতুগা ঙয়মক্রদি মীওইববু তন্না অতুম্মক থাদোকখি, সৎকর্মতনদি ( Good Dedes তনদি ) * মীওইববু কৈদৌমুংদা খক থাদোক্লে হায়বা বাফমসি, ঐখোয়না Good Dedes কী মচিন্দগী তাবা ফংই —

Good Dedes—

All erthly thynges is but vanyte,
Beate, strength and Dyscrecyon do man forsake,
Folysshe frends and kynness men that fayre spake
All fleeth save Good Dedes, and that am I.

---

* সৎকর্মবু লীলাগী শক্তম ওইনা পুথোক্লগা Good Dedes হায়না মিংথোনবনি।

ইণ্টারলুডকী মরু ওইবা পান্দমফমদি নুংঙাইবা পোকহল্বা অতুগা থৱাই পেলহনবতনি। অহানবদা মসি অচৌ-অশাংগী চাকচা-হৈজানবদতা উৎলম্মী, মমৈথংদা নিংথৌ অষ্টম হেনরিনা ( Henry the 8th ) পানবা মতমদা জন হেউডনা মসিবু সাহিত্যগী অথন্নবা ফম্ফমদা চিংশিনখি।

বাঙলা সাহিত্যদা পুরানগী ওইবা নাটকসি ভরামাপলশুবা শতাব্দীগীময়াই চল্লকপা অতুরাইদগী ইবদি হৌরে হায়ববু তশেংলবা পৌরানিক নাটক্কী চপ-চাবা শওম পুথোকপদি গিরিশ যুগতগীনি। গিরিশচন্দ্র অতুগা মাগ থৌমন-নাউমিন্নবা লীলা ইবশিংনা পৌরা-নিক নাটকপু লংলবা ৎাক্কা পুথৎলম্মী। গিরিশচন্দ্রগী তুংদা দ্বিজেন্দ্র-লালনা অনৌবা মওংগী পৌরানিক নাটক ইবা হৌরকই। মহাকনা পৌরানিক্কী মীওই-শক্তম লৌরগা খঙভনন্দ্রবা লাইগী মগুণ উৎপা তৌদনা, তাইবং পানবগী অৱা-নুংঙাই, গোক্লিবা থক্নুং ইথিন অমদি ৱাখল অসোমদা মরু ওইনা পানশিল্লকই। পৌরানিক্কী ৱারি লৌরগা তাইবং মীওইবগী রস ওইনা শেম্নসি মাইকেল মধুসূদন্না মাগী 'মেঘনাদবধ' অতুগা 'বীরাঙ্গনা' কাব্যদসু পুথোরকই। দ্বিজেন্দ্রলালগী মতুংদা পৌরানিক নাটক্কা তাইবং মীওইবগী রস মপুঙ ওইনা ফোঙ-দোক্লবা হোৎনবশিংগী মন্নুংদা মন্মথরায়গী মনিং পনবা য়াই। মাগী 'কারাগার', দেবাসুর, 'সাবিত্রী' অসিনচিংবা নাটকসি ৱারিরোমদা য়েংলগদি পৌরানিক্কি, অতুগা রসলোমদা য়েংলগনা মকোক্কী লোইবকাওবা জগৎকী তশেংনা ওইরিবা হৌজিক হৌজিক্কী মওং মতৌনি। মথলসিগী নাটকসি হৌজিক্কী মতমদা মীয়াম্না পাম্নবা কন্না ওইরক্লে।

## ঐতিহাসিক নাটক

লীলা ইবনা মাগী লীলা ইরকপদা, থৱদং ওইনা অতুক অয়েং-বশিংগী পামজবা নিঙলিবা অদোমদা য়েংই, অমুক থৱদং ওইনা

মশাগী অথন্নবা ভাবতু শক্তম লাকপা নত্রগা মপুক্লিংদা ফাওবকপা তশেংবতু খঙহন-উহল্লিংবলোমদা মপুক্লিং চঙই। মাগী অতুগুম্বা অপাম্বতু ফোঙদোক্লবা লাক্লরকপদা, করিগুম্বদনা মতম মতমতুগী সমাজদা, করিগুম্বদনা পৌরানিক জগৎকী মায়কৈরোমদা, অতুগা করিগুম্বদনা মীথোই-মীহেম্বা মীগী পাঙ্গল অমদি মতিক মঙালগী ঙক্লিংঙাই ওইবা থৌদোক্তা কুপ্রবা মিৎকম থল্লকই। ভাবোবশিংসু ইতিহাসতা নত্রগা চিঙ্খাঙ ওইনা বারিতমক পাতুনা তাতুনা থম্মোইদা মুংঙাইৰা অমা ফাওবতু মিৎমক্লা মওং মতৌ পুন্নমক্কু উতুনা লংলবা হৌথিবা জগৎ অমদা তাউনিংলকপা, ফিদম্লিংলকপগী বাখল পোক-লকপা মতমদা ইতিহাসকী মীওইশিংদা খোয়দাবকই। অস্নমা অইৰগা ভাবোক্কা বাখল পুক্লিং লেংমান্নরকপদগী ঐতিহাসিক নাটক থোক্লকই।

ঐতিহাসিক নাটক ইবদা অইবনা মায়কৈ অনিদগী মচাক ওইনিংঙাই লৈ। অহানবনা, মহাক ঐতিহাসিক ওইবা মীওইতুগী করিগুম্বা থবক-থৌওং অমদি গুণদা মথৱাইতু লুপথিবদগী লীলাদা খুং থাবা; অনিগুবনা, মহাক মীওই' লোনচৎকী করিগুম্বা শিংথা-নিংঙাই ওইবা থৱক নত্রগা মগুণ ফোঙদোক্লবগীদমক ঐতিহাসিক ওইৰা মীওই অমদি থৌদোক-থৌরম থিতুনা লীলাদা পানশিনবা। হায়রিবা মগাক অনিসিগী মন্নুংদা অইবনা অনিগুবগী অসিদা হেন্না পান্নবগা লোয়ননা থু-থানৈ। লীলা ইবগী মরু ওইবা পান্দমদি মীওইবগী লমচৎ শেমগৎপনি, ইতিহাসপু শন্দোক্লা তাকপা নত্তে। মহাক মীওইবগী লমচৎ মপুক্লিংদা শাগৎলগা হায়বদি কল্পনা তৌরগা ইতিহাসতা মতুগী শক্তম থিরকপনি, ইতিহাসতগী মীওইবগী লমচৎ কল্পনা তৌৰা নত্তে। ইতিহাসতদি মীওইবগী মপাম্ভোংগী থৌদোক্কা থোঙলোইনবা শক্তমতুতমক উৎলি, অতুগা নাটক্তনা মীওইৰগী লৈরিবা শক্তম পুন্নমক মন্নুং-মপান ফাওনা পুথোকই। থৌদোক্তি পোৎলম অমা ওইজবতনি, থৌদোক্তুগী মন্নুংদা মাগী শাগোম্নরিবা

শক্তম মথৈ— মরৌশিং, মপুকচেন, মিৎয়েং, ফিদম, তৌথোরকপা থবক অমদি লোনচৎ-শাজৎ ওল্লমক ময়েক লানা ফোঙদোকপসিনি নাটকী পান্দম। দ্বিজেন্দ্রলালনা মতাং অমদা হায়খি, 'সমালোচক-শিংবু নাটক্তি কাব্যনি, ইতিহাস নত্তে হায়বসি ভাব তাহনবদা মতম কাবক শাংনা চঙব্রে' ; হায়বদি পুন্সিগী হেক্তা তশেংব্রবা অমদি নিংথি-ফজবা শক্তমত্থু য়েকপা-থাবনা কাব্যগী পান্দক্ষম্মি, মত্তুমক্তি নাটকী পান্দক্ষমস্তু। ইতিহাসকী মীওইত্থু ইতিহাসকী অঙৈ অঙৈ লৈরিবা থাইনগী মিংচৎকুম মমলদি য়াম্মী অত্তুবু মথৱাইদি পান্দে। ইতিহাসকী মীশক্তু উপন্যাসতা মত্রগা নাটক্তা নত্রগনা রসকী মুন্ধম ওইবা অমদা লৈফম ফংব্রবদি মহাক শিবা নাইত্রবা হায়বত্থু ওই। অত্তুবু হায়রিবা লৈফম অসি ফংগে হায়রবদি ইতিহাসকী অথম্বা লম্বী অদোমদগী চৎপনদি ওইরোই, লম্বীগী নাক-য়েত্তা লৈরিবা চঙথোল্লবা অঙকপা শক্লোনশিং অত্থুগা মীওইবগী থম্মুং-থোঙ্গা লৈব্রবা থুমবা হায়োলশিংত্থু তশেং তশেংনমক উৎনবা লম্বী অদোমদা মহাক চৎপা তাই।

ইতিহাসকী অচুম্বা পোৎশক্তু থরূদং ছন্দোক্লগা, নিংথিরবা মচু থরূদং তৈশিন-থোৎচিন্দুনা লীলা ইবনা ভাবকী ওইবা অচুম্বা জগৎ অমা শেম্মী। মরম অদুনা মহাক ইতিহাসকী অচৌবা থৌদোক থাঙ্গোকপত্থু য়াওই, অত্থুগা করিগুম্বা চয়বা থৌদোকত্থু লৈশি লৈ-থোন্দুনা নিংথিবা রস শেম্মবগী মচাক ওইহনবত্থু য়াওই। করি করিগুম্বা নাটক্তা ঐতিহাসিক ওইদবা মীওই কয়া অইবগী থুথা-থুৎশিলনা মমল য়াম্বা অমদি ইকাই খুম্নিঙাই ওইবা মীশক ওইহল্লি। 'সিরাজ-দ্দৌলা' নাটকী জহুরা অত্থুগা করিমচাচা, 'সাজাহান' নাটকী দিলদার অসিনচিংবসি মতাংসিদা শবা য়াই। অয়াম্বা মতমদা ইতিহাসকী থৌদোক মত্তবনত্থু নাটকী তশেংবা নিংথিবা ভাব অমবু শকউৎপদা য়ায়া নত্তে পাহই। 'চন্দ্রগুপ্ত' নাটক্তা এন্টিগোনাসপু সেলুকাসকী মচানিপা ওইনা শেমত্থুনা লীলা ইবনা এন্টিগোনাসকী লমচৎপু

অয়োবা থাকী ট্র্যাজেডি ওইনা পুথোকই। 'মেবার পতন' নাটক্তা মানসীগী লমচত্তা বিশ্বপ্রেমগী নিংথিরবা ফিদম অমা লীলা ইবনা শন্দোক্লিবত্থ, ঐতিহাসিক থোদোক্তগী য়াম্না ৱাংথ্রবা ভাবকী জগৎ অমদা পুত্থনা চৎপনি। অয়াম্বা মতমদা লীলা ইবনা ইতিহাসকী অথোইবা মীশক কয়াবু মুৎপা নাইরক্লোইদবা চুম্নবা ভাবকী শক্তম ওইনা থেক হেক শেম্মী। মাবলোগী Tamburlaine the great হায়বা নাটক্তা মক ওইবা নিপাত্থগী লমচত্থ, মীওইবা থম্মোইগী চুম্নবা শেংলবা ৱাখলগী ইচেল ফাওম থিঙমদনা লেঙদনা অত্থুম চেন্দুনা লৈবগী শক্তম ওইনা শেম্মী। ড্রিঙ্কওয়াটরগী Abraham Lincoln অমদি বার্নার্ড শো-গী Saint Joan না অইবা মীগী মশাগী ওইবা দার্শনিকী ৱাত্থ কোঙদোক্লবা ওইনা লীলাদা শকউৎলি। 'সাজাহান নাটক্তা সাজাহানগী লমচত্থ, মচা মুংশিবনা থম্মোই শোক্সথ্রবা মপাগী শক্তম ওইহন্দুনা য়েংহৈদ্রবা ট্র্যাজেডি তাহল্লি। মতৌ অসুম্না লীলা ইবনা ঐতিহাসিক চরিত্রবু থোদোক্কী লেঙফদ্রবা লিপুন্দগী নাম্হোক-হল্লগা মশাগী ৱাখলত্থ নিংথি-ফজবা রসতা পুথোক্লবা হোৎনৈ।

অত্থবু লীলা ইবনা নীং-খা তম্বত্থ ফংলবস্ম হিরম অমদদি য়াম্না চেকশিন্না য়েংবা তাই। ময়াম পুম্নমক্না খঙনরবা অত্থগা থাইনদগী অচুম্বনি হায়না লৌনরক্লবা ঐতিহাসিক ওইবা তশেংবত্থদি লীলা ইবনা ফৈরেংননা পুননবগী মতিক লৈতে। রবীন্দ্রনাথনা মাগী 'ঐতিহাসিক উপন্যাস' কৌবা ৱারেংত্থদা মসিগী মরমদা ফজরবা ৱাফম অমা পল্লম্মী: মী পুম্নমক্না খঙনরবা অচুম্বত্থ থক-খা থক ওম্হোক্তুনা য়ুংখৎলুরবদি রস কায়বা (রসভঙ্গ) ওই, খঙহোদনা পারিবশিংগী কোকথক্তা য়ুম হেক কীস্থরকপগুম্না তৌই। অত্থগুম্বা খংয়ৈ অমুক্তং য়ৈরকপত্থনা কাব্যত্থ লৈথা-খোম্না লুপ্তনা মাঙখি।' হায়রিবা রবীন্দ্র-নাথকী ৱাফমসি ঐতিহাসিক নাটক্তস্থ চপ-চানা অত্থম্মক পাম্বা য়াই। মতম শাংনা করিগুম্বা অথম্নবা অমা অশেংবনি হায়না মীয়াম্না অত্থম্মক

তা-না খণ্ডনরক্লবদি, মহু মীওইবগী ৱাখল অমদি চৎনৱোলদা লেঙ-ঙন্দ্রবা ওইনা তোংশিন-য়ানশিন্নখি। লৌনৱিবা অশেংবহু হাইফেৎ-লাকফেৎ অহুক ওম্বোক ওনশিন তৌবদি ময়াই। অহু নত্তনা মহুবু পুন্নৌ হেকমক লৌদ্রবা নত্ৰগা মহুগী ওন্ন-তৈনবহুবু অশেংবনি হায়না প্রমান তৌনবা লাক্লক্ৰবা, অহু ওইরবদি মীওইবগী থম্মোইদা খণ্ড-হৌদনা কল্লবা চৈথা অমা ফাওরক্কনা মহুবু শুকথা থাজক্লবা ঙম্লোই। অহুগা পারিবা অমদি য়েংলিবহুগী মপুক্লিংদা থাজববু পোকহনবা ঙমদ্রবদি খুৎশিল-থৌরাং ঙম্নমক অরেম্বদা তাই। নেপোলিয়নগী মরমদা তোঙান তোঙানবা ঐতিহাসিকশিংনা তোঙান তোঙানবা মত ফোঙনৈ। কনাগুম্বা অইবনা নেপোলিয়নগী থৌঙশিংহু অফবনি হায়না লৌবা য়াই, কনাগুম্বা অইবনা মাবু ফত্তবনি হায়বা য়াই। অহুবু কনাগুম্বনা করিগুম্বা নেপোলিয়নবু কিগনবা অমদি পাঙদবনি হায়না শিংথানরুরবা, অহুগা তায়োম্নবা অমরোমদনা অমুক কনা-গুম্বনা মাগী য়োনা হেক্তা মায়থিবহুবু মায়পাকপনি হায়না লৈশি-লৈ-থোল্লরবা, অহু ওইরবদি মহাক্ত ঐতিহাসিক ওইবা অচুম্বহু লংথোক-পতা নত্তনা, খুথা-খুৎশিন হৈবগী ( শিল্লগী ) অচুম্বহুসু হুন্দোক্লবনি।

ঐতিহাসিক ওইবা অচুম্বহু থোইনা পংকায় কায়দনা থম্লগা, লমচৎশিংহুগী খঙনা উনদ্রিবা অমদি ফোঙদোক্ত্রিবা মন্নুংগী ওইবা ফজ্জবদ চঙথোল্লা য়েকপা ঙম্লগতা, শক্লাইবা লীলা ইবা হায়বহু ওইনিংঙাইনি। অথোইবা লীলা ইবশিংদি ইতিহাস মুন্না চঙথোল্লা নৈনবা অমদি থোকখি থোকথিবা মতমদদা চত্তনা মথম্মোইদা শাগৎলিবা ভাবকী অচুম্বা শক্তমদ মন্নুং হুজিল্লা ফোঙদোক্লবা কল্লা লাক্লে। মদম তৌরবদি খঙনা উনদ্রিবা লংলা-লংজিন কয়া থেংন-রক্তনা কল্লনাগী শক্তমদ তশেংবা ওইনা শকউৎপদা মায় পাকই। অপরেশচন্দ্রনা মাগী 'রঙ্গালয়ে ত্রিশ ব্যসর' হায়বা লাইরিক্তা গিরিশ-চন্দ্রনা ইতিহাসতা মথৱাই-লুপ্লগী ৱাফম অমা পল্লম্মী, "গিরিশবাবুনা নাটক ইরকপদা, লৌখৎলিবা বিষয়হুগী মপা চাবা ঐতিহাসিক

অমদি পৌরানিকী লৌনিংঙাই ওইবা ৱাকম মখৈ লোইনা পান্দ্না য়েংথোকই। সিরাজদ্দৌলা ইংরিজগী মমাঙদা মহাক মুর্শিদাবাদতা চৎলি অদ্গা সিরাজগী মরমদা হেক লৈরিবা ঐতিহাসিকী ৱাকমশিং অমদি লাইরিকশিং থোমজিল্লি। মদ্দগী নাটকী মচাক থন্দোকই।" দ্বিজেন্দ্রলালনা হায়রিবসিমক্তা মায়না অদ্মক তৌখি।

ঐতিহাসিক নাটকতা ইতিহাসকী থৌদোক-ৱাথোক অদুতা য়াওবা নত্তে, মতুংদগী হেনবা মমল য়াম্নবা পোৎশক—ইতিহাসকী রস অমা তুংতুনা লৈ। লেঙলি-পাল্লিবা জগৎকী নীতিগী থাংলিবা পুন্সি খোঙচৎকী রসতি ওমচান্নতুনা লৈ, মকা-কোংদে। অদুগা ইতিহাসকী রসতি সমূদ্রদা ঈহৌরকপা চাউরবা ইথক-ইপোমগুম পাক-শন্নি অদুগা কঙাউনৈ। ইতিহাসতা শিংথারিবা মীওইশিং অসিদি হাইফেৎ মীথোই-মীহেনবা মী ঙাক্লি—মখোয়গী ৱাখল-মথন, তৌথোরকপা থৌওং থৌদা অয়াম্বনা ঐখোয়গী থম্মোইদা ঙক্না ক্লুংনাংবা ইথক অমা হেক হৌহল্লি। মখোয়দি মীয়ুংশি খঙবদসু খম থেংই অদুগা হিংচা-য়াইতম্বদসু মপাল নাইদে, শক্তি অমদি লন-থুমগী নেশাদা লুপ্পুনা লৈ, অদুগা অমুক্না ওইজবা থাদোকপা অমদি সংসারগী ৱাখল চঙদবগী ফিদম ওইনসু থাক ৱাংনা লৈ। মখোয়গী অসিগুম্বা ওক্লিংঙাই ওইরবা পুন্সিগী শক্তমসি মথক্তাই পাল-হনবনা ঐতিহাসিক নাটক ইবশিংগী মরু ওইবা পান্দম্নি।

ঐতিহাসিক জগৎকী রসতু অয়েংবশিংগী থম্মোইদা য়েনা ঈহৌহম্নবগীদমক লীলা ইবনা লোন্দা-পুদাদা অমদি মঙৎ-লাকউত্তা হৈ-শিংলবা থুংশিন্না হেক শীল্লকই। ঐতিহাসিক নাটকী লোন্দা-পুদাদি ইচং-থৌহনবা অমদি চীং-লেমহন্বা তাই। থঙহৌ-উহৌত্রবা জগৎ অমগী শক্তম ফোঙদোকপা তাবনা লীলা ইবনা শক্তমতু থম্মোইদা উননবা লৈশি-লৈথোনগী ৱাহৈ কন্না শিজিন্নবা চুম্মি। থন্নুংগী ৱাখল ইচেন্দু হেন্না কন্না ক্লুংনাংহন্দুনা ক্লাইমেক্সলোমদা পুখৎ-লগা লোঙদনা অতুম্মক থম্নবা হোৎনবা তাই। লীলাগী লমচৎশিংছু

রাঙাঙ অমদি শাজন্তা থৌনা লিংজেন নিংথিনা ফোঙদোকহন্দুনা বীররস শেম্বসিন্থ ঐতিহাসিক নাটক্কী মরু ওইবা পান্দম অমনি। হায়রিবা নাটকসিগী থৌদোকল্থ খোঙজেল-য়াঙনা য়ৈথায়বা অথিংবা শক্তি কয়া মুকথায়নহন্দুনা ঈ শাগৎহল্লগা, মমৈথংদা থম্মোই শোক্লবা ট্র্যাজেডিগী চৈনা নল্লগনা ওয়্নোক্লা পোকহল্লিংগ্রনা মহাশান্তি অন-রোমদা হেক তাহল্লে।

[illegible] নাট্যসাহিত্যগী রোমান্টিক যুগতা মাল্লো অতুগা [illegible] ঐতিহাসিক নাটকপু লেমজনিংঙাই ওইবা মওংদা মঙাল [illegible] পুথোক্লম্মী। তরামাপলগুবা শতাব্দীগী অওই' শক্তম পাম্বা (বার্নবার্দা) লীলা ইবশিংগী লমজিং-পুরেন ওইবা ইবসেন অমদি ষ্ট্রিণ্ডবার্গন্থ ঐতিহাসিক নাটক ইবরোমদা থুথা-থুংশিন হৈবা ময়েক [illegible] উৎলম্মী। অতুগী মতুংদা হৌজিক্কী শতাব্দীগী অহুম শুরকপা [illegible] পৃথিবীগী মঙম কয়া কয়াদা ঐতিহাসিক নাটকপু মীয়াম্না [illegible] অতুগা পাক-শম্না শন্দোরকপসি ঐখোয়না উবা ফই। ফ্রান্সকী রোমা রোলা, আমেরিকাগী ম্যাক্সওয়েল অ্যাণ্ডারসন অতুগা ইংরেজী সাহিত্যগী বার্নার্ড শো, ড্রিঙ্কওয়াটার অমদি টি, এস, এলিয়ট অসিনচিংবা মালেম্না শকখঙনরবা লীলা ইবশিংনা ঐতিহা-সিক নাটকপু যৌনা চাওথংলবা থাক্তা পুখৎলক্লে।

বাঙলা সাহিত্যগী শৈহোদগী অনিশুবা পৃথিবীগী লাঙ্লাউ মনাও ফাওবা ঐতিহাসিক নাটক্কী ইচেল লেপ্পা নাইদনা চেন্থবকই। লীলা ইবশিংনা মক ওইনা ভারতকী থৌনা লিংজেন লৈরবা অকন অথৌশিংগী রারি লৌথত্থুনা শিবা কিদ্রবা লাঙ্গং শকউৎলকপনা লৈবাকসিগী মীয়াম্থ মরৈবাক মুংশিবগী রাথল নিংথিনা পোকহনথি হায়রসি হায়মনবা থোক্লোই। নিংতম্বা ফংলবা মতুংদগীদি জাতিগী মুংনাংলম্বত্থ ময়েং তাথথিবনা ঐতিহাসিক নাটক্কী খোঙজেলস্থ শোম্বরক্লে। অতুবু করম্বা মতমদা করম্বা অনৌবা ইথিল্লা ঐতিহাসিক

নাটকসি অমুক্ অকনবা শাফুদা ঈহৌরক্কদৌরি হায়বত্থু উনিংবনা, লীলা পাম্বশিং ওস্থোক্লা থৌরাংনা ঙাইরি। অসিমদি চেৎনা থাজনিংঙাইনি, মতম অমদা তোমথিন ওইনা ঙানখিবত্থদি যুগ কয় হৌখ্রবস্থু শকলোংখিবদি থক তৌরোই।

---